নুমিৎকী মেঙলবা মঙালদুনা হায়রকখিবগুম তৌখি— "নঙনা শকখঙননিংলিবা গ্রীসকা ঙসিদি শুকশোয় শোয়দনা শকখঙনরগনি।"

অয়ুক্কী পূং ৯.১০ রোম চৎলে মোস্কো এয়রপোর্টতা থুংবদু। এরোপ্লেনটনা লৈমায়গা শন্নরমদাই মতমদুদা উখি চাউববা ফজরবা মোস্কো সহরবু। মোস্কোবু অহিংবা অমগুম উহল্লিবা পাক চাউববা লম্বীশিংদা গাড়ীশিংনা চেল্লি শিংলি নাওরিদা ঈনা চেনবগুম।


মোস্কো এয়রপোর্ট মনুংদা

য়াংল য়াংলবা বিল্ডিংশিংনা থিনগৎলি সনা তোপ্পা যাগুম। মোস্কোগী লৈমায়গা হেক শন্নবদা ঐখোয় অমুক ট্রাঞ্জিৎ পেসেঞ্জর অমা ওইনা চাউববা মোস্কো এয়রপোর্ট মনুংদা চঙলে। অয়ুক্কী চীন-যা শেংবা হকচাং শেংদোকপা পুন্নমক অমোৎপা মচেৎ অমত্তা উদ্রবা মফমদুদা লোয়শিল্লবা মতুং-দগীদি হকচাংসি ইতেক তেকখৎপগুম তৌখি। টিস্যু পেপর শীজিন্নবসু য়ুরোপ য়ৌবকপদা হেন্না মযেক শেংনা উরকখি। তনান-তনাল্লবা ইশাগী ঈমি তাবা মিংশেলগুন্নবা চাউখ্রবা এযরপোর্ট মনুংদু থুংনা কোযবা ঙমদে। ওম্বোক্লা চাউখ্রে। চাউখ্রবা কৈথেলনি লৈবিবদুসু। দ্যুতি ফ্রী সোপ ওইবনা মানা মানা অপাম্বা পোৎ যান্না লৈনৈ। মনুংদুদগী মপান্দা যেং-থোকখিবদা এরোপ্লেন্না চৈতেক তাবগুম তাদুনা অকোয়বদুদা লৈবদু উবদা ঙকখি। কবন্নবুদি ইম্ফাল এযরপোর্টকা চাংদম্নরুনি? মিনিট অনী অহুম কাংনদে। অমা পাইখৎখি অমা তাবকই। এবোপ্লেন পাইবগী খোঞ্জেল তাদবা মীকূপ অমত্তা য়াওদে। এবযপোর্টকা নক্লনা লৈবা মফমশিংগী মীশিংদি অঙকপা পোক্লমদবসু য়াই। হৈনরম্বসু য়াই। অতোপ্পা মফমশিংদা লৈবা মীশিংদি অঙকপনা পীক থল্লমগনি। এয়বপোর্টকী অকোযবদু যেংখি য়েংখিবা খুদিংদা এবোপ্লেন্না ককচেং চৎপগুম চৎখি। এযবপোর্টতা থবক তৌরিবী য়াম্না স্মার্ট ওইবী নুপীমচাশিংগী সার্বিসতুনা অমুক্কা হেন্না অহিংবগুম উহনখি।

ঙাইহাক পোথাবা ওইনা অকোযবদা লৈরিবা দুকানশিংদুদা কোয়বা চৎখি। দুকান্দারশিংদু য়াম্না লেম্না লেম্না ফম্মি। পোৎশিংবু হা হাদুনা যোন্দে। মমল কয়ানো হংলুবা মতমদা খুল্লকপা য়াওই। নৎত্রগনা কম্প্যুটবদা নম্লগা হায়রকপা য়াওই। পোৎকী মমল ফাওবা কম্প্যুটবনা ফজনা কন্ট্রোল তৌই। তনান তনানবা মফমসিদা করম্না অমোৎপগী য়াখল

পোক্লক্কনি? চাইখাযবা হন্দোকপা মোংহনবগী ৱাখলনা শেমগংথ্রবা কনাগুম্বগী কোক অদুফাওবা মফমসিদদি খুদক্তা মাঙখিগনি। শোযদনা পামগনি অব্ব-অহেন। নাল্লবা মফমসিদা অমোংপা হৈনবীগী ৱাখলদু শোযদনা মাংখিগনি। মসিগীদমক্তা মোস্কো এযবপোর্টনা অসুক যাম্না নাল্লিবা? মফম অযাম্বদা থেংলিবা চাউববা ফক্লাং ঘডীনা মথৌ তৌদুনা লেপ্তুনা চংলিবদু কনানসু থিংলুবা যাওদ্রি। ইথন্তা খল্লকই চাউববা ঘডীদু উবদা— "কবিগুম্বা ঘডীগী কাটাসিনা লেপথ্রবদি পৃথিবীগী মীযামসি কবি ওইগনি?" মোস্কো থাদোক্তুনা গ্রীস চংকদবসি অযূক্কী পুং ১১ ৪০ দনি। মতম য়ৌবক্লদুনা ঐখোয পূম্নমক মাইগ্রেসনগী কাউন্টবদা ভিযান চিংবা চেক তৌহনবা চঙলে। ওফিসিয়েলশিংদু নুপী ঙাক্তনি। যাম্না নৌবিবী নুপীমচা ঙাক্তা ওইনা তৌই। মখুত্তা কোর্দলেস ফোন অমমম পাযদুনা পাউ খুদিং শৎ শৎ ফাউনৈ। থবক অমত্তা পম্বদে। শৎ শৎ লোইশিন্নবা হোৎনৈ।

সেক্যুবিটি চেক্লচিংবা লোইবদুনা ঐখোযনা তোংলকপা এবোফ্লোটতুদা ঐখোয অমুক কাখৎলে। হান্না তোংমিন্নবকপা পেসেঞ্জব অযাম্বা উদ্রে। অনৌবা পেসেঞ্জব খবা উবা ফংলে। অযূক্কী পুং ১১ ৪০বোম তাবদা এবোফ্লোটনা ঐখোয পূম্নমকপু পুবদুনা গ্রীসকীদমক মায ওনবা হৌবে। মোস্কো সহব থাদোকপা হৌবে। তপ্না তপ্না ৱাংখৎলকপগা লোযনননা ফজববা বাং চাউববা দলান কযা বোনসাই ওইনা গম্লা মথক্তা হৌবিবগুম উবকখি। অসুম অসুম ৱাংখৎলক্লগা পৃথিবী অসি অসুম অসুম পীকর্শিল্লকপগুম তৌখি। শাফু কন্না ঈবাওখোলগা লোযননা চেল্লিবা তুবেলশিং মবূক তপ্লবা তুবেল ওইনা উবক্লে। মথৌ চিল্লবা লম্বী থোং কযাদা চেল্লিবা মশীং থিঙমদ্রবা গাডীশিং পীক্লবা ককচেং শঙ্গুনা পবেং পবেং চৎপগুম উবক্লে। বাংলবা চীংজাওশিং কাখন নাইবা মোল্লবা তেবা মোম্পাক ওইনা উবক্লে। অমগা অমগা শর্ন্নবিবা লম্বী থোংশিংসু ইম্ফালগী মোৎলবা বার্কশোপশিংদা লৈবা শেংদোকপীদ্রবা কাবগী মিংশেলদা অঙাংশিংগী খুদোম্বীনা শৎ শৎ চিংশিনবদা তাবকপা মমিদুগা চপ মান্নখ্রে। ঐখোযবু পুদুনা চংলিবা এবোফ্লোটনা অসুম অসুম বাংখৎলকপদা মখাদা উবিবা অঙৌবা লৈচিলশিংদুদি অঙৌবা উবোক্লা শঙ্গু শঙ্গু পাইবগুম উবকলে। কল্লবা সমুদ্রগী ঈথকশিংনা তোর্বান তম্না ফূজিল্লকপদু চাউববা লীনশিংনা মকোক ফন্দোক্তুনা চোংশিল্লকপদু মঙাযখ্রে। থোঙনাও মনাক্তা ফমদুনা যেংবগী পেন্নাইদ্রবা ঐখোযগী পৃথিবীনি। কযাম কুইনা লৈখিগদৌবিবা? শান্তি লৈত্রবা, মফম খুদিং উংখৎনববা পৃথিবীসিদা মখল কযাগী লান চখবি। কৈদৌঙৈ উৎ ওন্দুনা মাঙখিগদৌবিবা ঐখোযগী পৃথিবী? মসি থোক্তনবগীনি ঐখোযনা চংলিবসিসু ৱার্ল্ড পিস কনফবেন্সতা। জীব পানবনা খুন্দাজবা পৃথিবী কৌবা গ্রহ অসিবু মীওইবা ঐখোযনা কবিগী উৎ ওলহনগদৌবিবা?

— "এক্সক্যুজ মি, বাইন।"

— "নো থেঙ্কস"

ইনাক্তা এয়র হোস্তেস অমা নোকফেৎ তৌনা লেপ্পুনা লৈরম্মী। ঐগী পাউখুমদুদা মহাক ইনাক্তগী লাপথোকখ্রে। তুংদা ফল্লিবা মীশিং অদুদা মথং মথং হংলগা চৎখ্রে। ইনাক্তা অমুক লাকপা তাঞ্জা অমদা থরুবা ঈশিং পাম্মী হায়বদগী তরু তরুবা ঈশিং গ্লাস অমা পীরম্মী। ঐসু মাগী নোকফেৎ তৌবা মতৌদুগী পাউখুম পীখি— "থেঙ্ক য়ূ।"

এরোফ্লোটনা ঐখোয়বু পুরিবা অসি গ্রীসকী খ্বাইদগী চাউবা জিওগ্রাফিকেল রিজন অমা ওইরিবা মাসেদোনিয়াগী কোনুং থেসালোনিকিদনি। গ্রীসকী অৱাং থংবা মায়কৈদা লৈরিবা মাসেদোনিযাবু পল্লকপদা হেক হেক নীংশিংলকখিবসি অলেকজন্দর দি গ্রেটনি। মোস্কোদগী লাকপা খোঙচৎ অসিদা ঐখোয়না য়ুরোপকী লৈবাক খরা মথং মথং লাল্লকখ্রে। খঙহৌদবা মীকূপ খরগী তুংদা পূল্লিদা ইহান হানবা ওইনা গ্রীসকী লৈমায়দা থুংখি। ঐখোয়বু করিদা শোইখিগদগে খন্না চেকশিন্না শেন্নজরকখিবী এরোফ্লোটনা অশোয় অঙাম অমত্তা য়াওদনা শকহেনবী থেসালোনিকি ইন্টরনেসনেল এয়রপোর্টতা ঐখোয়বু অমুক শিন্নবীরম্লে। অকোয়বদা উরিবা চীংশিংদগী হুন্নকপা অকনবা নুংশিৎনা ঐখোয়গী হকচাংদা পেন্না য়ৈররে। অনৌবা থুংলবা অমগা ইহান হান্না শকখঙনবগী মতৌগুম হরাওরদুনা গ্রীসকী নুংশিৎনা ঐগী হকচাং শীন থুংনা উব্দ উরু লৈশিল্লকখি। মপূ নীংবা হুইনা মমৈ ফেরে ফেরে হাইরদুনা মরৈ তিংথোক্লগা লেক্কদবগী চোংখৎ চোংখত্তুনা শান্নবদু মঙায়খ্রে। এরোপ্লেন মনুংদা অফা অপুন্নখিবা পুন্নমক্তগী নাম্থোক্তুনা হৌজিক্তি ইনীং তম্না গ্রীসকী চীং লবূক লমহাঙ পুন্নমক মযেক শেংনা উবা ফংলে। গ্রীসকী তম্পাক্তা হেক খোঙদাবা ফংবগা পূক্লিংদা ফাওখি— "পৃথিবীগী লৈবাক অতৈনা লৈকূৎ লৈবাইদা লৈরিঙৈদা চাওখৎপগী মঙাল ঙন্না ফংখিবা গ্রীসকী তম্পাক্তা ঙসিদি খোঙদাবা ফংজরে!"

থেসালোনির্কি ইন্টবনেসনেল এয়বপোর্টতা থুংলবা মতমদু নুংথিলগী পুং ২.৪৫ রোম তারে ঐগী শেমদোক্লিবা ঘড়ীদা। গ্রীসকা ভারতকা চাউরাক্না পুং ২.৩০ রোম খেন্নবম্মি। এয়বপোর্ট মনুংদা লৈরম্বা ফক্লাং ঘড়ীদা য়েংবদা মখোয়গীদি নুংথিলগী পুং ১২.১৫ বোম তাবদা ঙাযরম্লি। ঐখোয় পুন্নমক চঙশিন্দুনা পাসপোর্ট কন্ট্রোলগী কাউন্টরদা পরেং লেপখি। ঐখোযগী পাসপোর্টশিংদু পূল্লপ পিশিনখি। পাসপোর্টশিংদু য়েংলগা সেক্যুরিটি ওফিসার অমনা ঐখোযবু চঙবা যাখিবোই হায়দুনা থিংলগা থমখি। চঙবা য়াররোইদ্রা হাযনা চিংনবা অমা কন্না ফাওবকখি। কোলকাতাদা মাইগ্রেসন ওফিসাব অমগী মমাঙদা ঐনা থৱায ৱাখিবা অদুগা চপ মান্ননা মফমসিদসু খোকখি। ওফিসিযেলশিংদুনা ঐখোয়বু ইন্দিয়াননি হায়বসি শুকয়া য়ানিংখিদে। চৎলিবা ঐখোয় পুন্নমক ৱা অমত্তা ঙাঙনদে। তুমিন তুমিন লেপ্পুনা লৈনখি নুংগী মূর্ত্তিগুম। ডাঃ নরনদি কন্না ঙাঙনখি। ৱারী শানখি। ঐখোয়না লাকপগী মরম করিগীনো হায়নসু কন্না তকখৎলকখি। কনফরেন্স য়াওবা লাক্লবগীদমক ঐখোয়দা তৌরকখিবা বার্ত্তন অদুফাও পুথোক্তুনা ৱারী শানখি। মনুংদুদা লৈরম্বা ওফিসিয়েল পুম্বা

চুংশিন্নখি। মখোয় মশেল করি করিনো খঙদে ঙাঙনখি মমীৎশিংদুনা ঐখোয়দা য়েংলক্লগা। মখোয় মশেন চুংশিন্নদুনা খন্নরবা মতুংদা ঐখোয়বু চঙবা য়াবে হায়বগী ইঙ্গিৎ অমা পীরকখি কোম্বংদা। ঐখোয় খংনুং নুংঙাইখি। ঐখোয় মথং মথং অমমমতা ওইনা চঙলে। মখোয়না ঐখোয়দা মুন্না য়েংবদি লেপ্তে। ঐনা চঙলকপা মতমদা ওফিসিয়েল অমনা ঐঙোন্দা হংলকখি— "আর য়ু ইরানিয়ান?"

— "নো।"

মসিদগী হেন্না মখা তারমদে। ঐহাকপু ইরান মচা মাল্লুরবরা খঙদে। ইস্ফাহানদসু হায়বকপা যাওখি ইমাম্নবা খরনা ঐবু ইরান মচা মাল্লি হায়দুনা। কোইগা খজিক্তুং চোন্নবদি অমুক্কা হেন্না হায়রকই। ওফিসিয়েল অসিগী মমীত্তসু ঐবু ইবানিযান অমা ওইনা উরম্বা য়াই। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু চঙবা য়াবগী অযাবদু হেক ফংবদা ঐগীদি নীংবা থুংলে। নুংশিবী গ্রীসকী তম্পাক্তা মীকুপমত্তসু পোত্থাবা ফংলগনি খনবদা অৱাবা পুন্নমক মাঙখ্রে। এবোফ্রোটতা পুরকখিবা ঐখোযগী পোৎ পুন্নমক লৌথোক্লবে। ইশাগী পোৎশিং ইশা ইশানা পায়নরগা ঐখোয় এয়রপোর্ট মনুংদগী থোবকখি নোক্লদুনা গ্রীসতা ৱার্ল্ড পিস কনফরেন্স য়াওবা ফংলগনি হায়বগী থাজবগা লোযননা।

# অনী

নিংথৌ ফিলিপকী মচানুপাগী মমিংনি থেসালোনিকি। অলেকজন্দবদি গ্রেটকী জেনেবেল অমা ওইখিবা কসান্দ্রোসকা লুহোংলবা মতুংদা মফম অসি সহব অমা ওইনা ৩১৬-৩১৭ বিসিদা শেমগত্তুনা থেসালোনিকিগী মমিং লৌবগা থোনখিবনি। হৌজিক্কা মাসেদোনিযাগী কোনুং ওইবগা লোযননা ফজববা সহব অমা হাযবদু ওইবে। এযবপোর্টতগী থোবক্তুনা অকোযবদু কোয়বৈ লৈনা যেংবদা ফজবনা পীক থল্লম্মী। যেংখি যেংখিবা মাযকৈ খুদিংদা অঙাঙবা তাইলনা কুপপা যূম কযানা পাক শন্না শন্দোকখিবদু উবে। মেদিটবেনিযান ক্লাইমেটকী নুংঙাইবা অদুসু হুকচাংদা ফাওববে। গ্রীসকীদমক লাক্লিবা ঐখোয১১মক ইশা ইশাগী পোৎশিংদু পায়নদুনা টেক্সী লৈবিবসিংদুদা যেংনবি। টেক্সী দ্রাইভব অমত্তনা চঙশিল্লক্তুনা কদাই চৎকদৌবিবনো হংলদে। ঐখোয় পূম্নমক ইঙক ঙকই। ইম্ফালদা, কোলকাতাদা, দিল্লীদা টেক্সী দ্রাইভব-শিংনা পাইশিন্নবক্তুনা ঐগীদা চৎলসি ঐগীদা চৎলসি হাযদুনা ঐখোযবু মুন্নবদো নীংশিং-লকই। খুৎ পায়দুনা পোৎ থাংখিদুনা চিংখিবা কযানি। মমল ঙাঙনবদা শংগৎনখিবা লাউনখিবসু কযানি। অদুবু মফমসিদদি পুবা ওন্ন তৈননা থোক্লবে। 'টেক্সী' থাবা কাব মযাম অমা লৈবদি উই। দ্রাইভবশিংসু চীংলেম্না তুমিন তুমিন লৈবদু উই। মীযায চল্লপ তৌববা

নুপা অমা থোরক্লুনা হংলৈ ঐখোয়গী মরমদা। ৱারী শানরিঙৈ তাঙ্গাদুদা মীয়ায় চল্লবী মশা য়াম্না নোয়বী মশম তেন্না ককপী নুপী অমদি ঐখোয়গী নাক্তা চঙশিল্লক্লুনা হংলে—
"ইন্দিয়া?"

মহাক ৱা মখা তাদে। ঐখোয়না খুম্মী— "য়েস-য়েস"। ৱা য়াম্না ঙাঙনিংবদু ইপন পনবগুম তৌই মহাক। মহাক্কী লৈতোন অদু ইফা ফাজিনবগুম তৌই। ঙাঙনিংবনা ফুনগৎলকলে হায়বা খঙই। "ইন্দিয়া... আ... পিস কনফরেন্স...." ৱাহৈশিং অসিনা মহাক্কী অপেনবা ওইখিদে। য়াম্না ঙাঙনিংলি হায়বা খঙই। উপায় লৈতদুনা মহাক গ্রীক লোন্দা ঙাঙলকই। ঐখোয়না অমুক খঙদবা মরম্না মহাক অমসুং ঐখোয়গী মরক্তা লোলগী পল অমা খাগৎলকখি। অদুবু কুইদে পল অদু নিংখায়খি। মীওইবগী নুংশিনবগী মরী অদুনা পূন্নমক থদৎখি। মহাক ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরম্বী থেসালোনিকি পিস কমিতিগী মেম্বর অমা ওইরম্লে। ঐখোয়না ইংরাজিদা ঙাঙই মহাক্না গ্রীক্তা ঙাঙই। লোল অনীসিনা শন্নহন্দ্রবসু থম্মোয়গী মরীদুনা য়াম্না থুনা নকশিন্নহনখি। ইন্দিয়াদগী দেলিগেট খরা ঙসি থুংলরগনি হায়বদুদা মহাক্না ঐখোয়বু ওক্লম্বনি হায়বা খঙলে। নুংশিননা ঐখোয় খূৎ শোক্লে। মহাক্কী চীনবান্দা ঙাঙনিংবা ময়াম অমদি মৈগী চীংগুম ওমখত্নুনা লৈরি হায়বা খঙই। পোকখায়রক্তবগী ৱাদনি। ঙসাইগী মীয়ায় চল্লপ তৌবা নুপাদু কৌশিন্দুনা ঈ-পাউ লোইনা ফাওনবে। এযবপোর্টতা থবক তৌবা ওফিসিয়েল অমনসু ঐখোয়গী মতেঙ পাংবীররে।

টেক্সী দ্রাইভব অনীখক কৌশিনখি মখোয়না। মখোয়গী মরোন্দা করি করিনো খরা ঙাঙনখি। কুইদে ঐখোয়গী ইনাক তম্না টেক্সী অনীখক থৌজিল্লকই। ঐখোযগী পোৎ-চৈ লোইনা হাপচিল্লে। ঐখোয়বু ওক্লম্বী নুপীদুগা পূন্না টেক্সী তোংদুনা থেসালোনিকি সহব ময়োল তম্না লাকমিন্নবে। থেক্লা খোযনা চৎলিবা পাক্লবা লম্বীশিংদুদা গাডী অমত্তা তপ্না থৌবা উদে। গাডী খুদিংমকসু য়েৎলোমদা লোইনা থৌই। মণিপুবদদি ওয়রোমদা চৎনবনিনা ইশাসিদা ইহৈ-হৈনদবা অমদি ফাওই টেক্সী তোংনা তোংনা। সহর ময়োল য়ৌশিল্লকপগা লোযননা লম্বী চিনবা হেনজিল্লকলে। ঙৌশোক ঙৌশোক ঙৌবী নুপীমচাশিংনা মখূত্তা লাইরিক ময়াম কোল্ল কোল্লদুনা য়ুনিভর্সিটি/কলেজ কয়াদগী থোরকপদু উরে। চাউখ্রবা লম্বীশিং পীশক পীকশিনখ্রে। লম্বীশিং অদুদা চে মচেৎ অমত্তা, প্লাস্তিক মচেৎ অমত্তা, চুকপ মতেক অমত্তা তাবা উদে। নুপামচাশিংসু লাইরিক খাউ যাল্লদুনা চুরুপ মচৈ অমমম চিংলগা থোরকপদু ময়েকশেংনা টেক্সী মনুংদগী উবে। ইথক্তা খনখি— "মখোয় পূন্নমক চুকপ লোয়না থকপা জাৎলা?" চুরুপ থকপদা নত্তনা লম্বীদা চৎলিবা নুপা নুপী অয়াম্বা মখূৎ শম্নদুনা, লেঙ্গোন্নদুনা চৎপা উরে। অমুকসু খনখি— "মসি লম লমগী চৎনবী হায়বদুনি। অদুবু ইম্ফালদগা অসুম তৌরবদি করি থোক্কনি?"

থেসালোনিকি সহর ময়োল য়ৌরমাল্লে। টেক্সী অনীমক খাম্মি। ঐখোয়বু ওক্লম্বী

নুপীদুনা টেক্সীদগী হেক কৃমথবগা মহাক্না ভাবা পীখি। ঐখোয়না পীগে হাযবা মহাক্না শিবেমখৈ য়াখিদে। থেসালোনিকিদগী এথেন্স যৌনা চৎনবগীদমক বসকী তিকেৎ করুনবা তিকেৎ কাউন্টব অমদা মহাক্না লুচিংদুনা চঙলে। ঐখোয তবামাথোইগী বসকী তিকেৎ কক্লে ঐখোযনা। বস থাগদবা পূং অমবোম ৱাৎপা মবন্না কাউন্টব অদুগী মনাক্তা লৈবা



হোটেল অমদা চঙদুনা ঐখোয ঙাইহাক পোত্থাবে। মহাক্না ঐখোযগীদমক চান থক্লবা খবা ওর্দব তৌখি। মহাক্না লোযননা ঐখোয চামিন থকমিন্নখি। মসিগী পৈশাসু মহাক্না পীখি। ঐখোযনা পীগে হাযবা মহাক্না শুকযা যাখিদে। ঐখোয পূন্নমক মহাক্কী অতিথিগী সেবা খুৎতৌ অদুদা পেনখি। অদুবু খ্বাইদগী নুংঙাইতবদি মহাক্না ইংবাজি ফজনা খঙলমদবনা থম্মোযগী অশেংবা বাবোলশিং অদু ফাওনখিদবদুনি। থেক্ক যু হাযবসিনা খ্বাইদগী মমল যাম্লবা ৱাহৈ ওইখি। হোটেলদগী থোবক্লগা বস ঙাইনা ঙাইনা ঐখোয পূন্নমক্না মঙোন্দা নুংশিনা "ইন্দোমচা" হাযনা কৌখি। মহাক্না কৈদৌঙৈদসু ইন্দোমচা হাযবসি খঙলমদ্রবসু ঐখোযনা নুংশিনা "ইন্দোমচা" হাযনা কৌবদা মঙক নোম্লদুনা নোকফেৎ তৌবকখি। মসিদা ঐখোয পেনখি। নুংঙাইখি। ইন্দোমচাগী অর্থসু খঙবদি খঙহনখি মঙোন্দা। অদুনা অন্টি হাযনসু কৌখি।

ইংবাজি ফজনা খঙদবনা লোল ফাওনদ্রবসু খজিক খজিকতি খঙবনিনা ইন্দোমচাগা ঐখোয়গা ফজনা শকখঙনবে। অমত্তা ওইববা ফেমিলি মেম্বরশিংগুম্লে। ঐখোয পূন্নমক শক্তাক্লবে হেন্না নীংথিনা। ইন্দোমচাগী মমিংসু খঙলে— বোলা মোসতেবাকি। অদুদগী ঐখোযনা কৌবে মঙোন্দা নুংশিনা— "অন্টি বোলা।" মহাক্কীদি নোকপখক্তনি। মহাক্কী মীনোক অমদা ৱাহৈ লীশিং লীশিংনি। ঐখোয়বু কনামত্তনা ঙাইবিদবসি মতম্নি। ইন্দোমচাগা

কায়নরমদাই মতম য়ৌরক্লে। গ্রীসকী মতমদা নুংথিল পুং অহুমদা থেসালোনিকি থাদোক্কদবনি এথেন্সকীদমক ঐখোয়না চৎননবা তিকেৎ কক্লিবা বসকী মতমসি। ভারতকী মতমদদি নুংথিলগী পুং ৫.৩০ তারে। মতমদু ইম্ফালদদি নুমিদাংবাইরম ওইরক্লম্লগনি। বস থাবগী মতম য়ৌরক্লদুনা ঐখোয় পুন্নমক বসতা কাখৎনরে। নুংশিনা বিদায় পীনরে ইন্দোমচাগা। পিস কনফরেন্স য়াওননবা এথেন্সতা অমুক লাকপদা উনসি হায়রম্লগা মহাক ময়ুমগীদমক খোঙশানখ্রে। ঐখোয়না বসতা এথেন্সকীদমক মায় ওল্লকলে।

গ্রীক পিস কমিতিনা ঐখোয়বু এয়রপোর্টতা ওক্লননবা থৌদাং শিন্নরকপদগী থেসালোনিকি পিস কমিতিগী মেম্বর অমা ওইরিবী অন্টি রোলানা ঐখোয়বু ওক্লম্বনি। এথেন্স য়ৌনা চৎনবগী লম্বী শীন্দোক শীঞ্জিনসু মহাক্না পাঙথোক্লম্লবা মতুংদা নুংঙাইনা অমদি হরাওনা লৈহৌখি থেসালোনিকিদা। অদুবু মহাক্না অমুক এথেন্সতা উনখিনি খল্লুবদা ঐহাক শাথিনা নুংঙাইখি। থেসালোনিকিদগী এথেন্স ফাওবসি কিলোমিটর ৫০০ রোম লাপ্লি। শাংখ্রবা লম্বীসিদা বসনা চৎকদৌরিবসি মতমসু চঙগনি অদুগা ৰাবসু হেনগনি হায়বসিনি ঐখোয়না খন্নখিবসি। অদুবু মখোয়না হায— "চঙগদৌরিবা মতমসি শুপ্নগী পুং তরুকখক্তনি।" ঐখোয় ঙকই বস অসিবু পাইগদৌরিববা? করিগুম্বা য়াঙনা থৌমনবদগী এক্সিদেন্ট থোক্লবদি কমদৌবা? অকিবা অমসুং অৱাবা অনীগী মরক্তা তোংখিবনি ঐখোয় বস অদুদা। ইম্ফালদগী গুৱাহাটি ফাওবা কি. মি. ৫৭৯ গী অশাংবসিদা নুংতিগী বস সার্বিস লৈদুনা চৎনরিবা অসি ফাওবা পুং ১৭/১৮ চঙনরি চীং লম্বী ওইরবসু। করিমক্তা চিংন-নিংঙাই লৈতবা য়াম্না নুংঙাইবা বস সার্বিসনি হায়না অন্টিনা হায়জরক্লবসু ঐখোয়গী থম্মোয়দদি অকিবা অমা অসুম ফাওরি। মরমদি চীংনুংদা চীংলম্বীদা ফত্তবা চীং লম্বীশিংদা মতম কুইনা হিংদুনা লাক্লবা ঐখোয়দদি অফবা নুংঙাইবা লম্বী অমগী মহাও তংদ্রি। ইম্ফাল মনুংগী লম্বীশিংদা লৈরিবা কোমকুৎ ময়াম, শেম্বীদ্রবা লম্বীশিংদা অমগা অমগা শন্নদ্রবা কয়লাস মপাক মপাকশিংনা লৈতেংলিবশিং, কয়লাস মথক্তা নাপী হৌগনবা লম্বীশিং অসি নত্তনা ঐখোয়গী ইমীত্তা অনৌবা লম্বী কবিবু উরিবগে!

অকিবা পুন্নমক তপ্না তপ্না মাঙখিবগুম তৌরকই। বস অদু হায়রপ কন্না থৌবা হৌবকই। ঐখোয় পুন্নমক বেল্ট ফাজিন্নরে। সিটশিং অদুসু য়াম্না নুংঙাই। এরোপ্লেন তোংলগা চৎপগুমই। পাক্লবা লম্বী অদুদা অকৃৎ-অতোঙ অমত্তা লৈতবা মরম্না বস তোংবদা য়াম্না চোংবা খোৎপা অমত্তা তৌদে। ঐখোয়না হান্না পাখৎনরম্বা অদুগা বস তোংবদা ওইরক্লিবা ফিভম অসিগা পুমওন ওন্নরে। পাক্লা নান্না শেল্লিবা অসিদা থৌরিবা গাড়ী পুন্নমক চৎখিবা ঙাক্তনি। ঐখোয়গী মায়োক্তা গাড়ী অমত্তা থৌরক্তে। ঐখোয়গী মায়োক্তা থৌরকপা গাড়ীশিংগীদি খরা চখোক্লগা য়াম্না নান্না অফবা লম্বী অমা লৈবদুদা থৌনখি। ৱান ৱে ঙাক্তনি। মসিমক্লসু কন্না কন্না থৌনবনি মখোয়। তুংদা লাকপা গাড়ী অমনসু ওয়রোমদগী

শৎ শৎ হেনগৎনখি। যান্না ঈংনা মোং হাদনা ড্রাইভবদুনা লিবি লিবি থৌদুনা ঐখোয়বু পুবা মাল্লবসু নাকন্দা যেংথোকপা মতমদদি বস অসি অসুক্কী মতীক কন্না থৌবে হাযবসি পাক্লবা লবুক চীং মচা মচাশিং উবদা খঙখি। ঐখোযগীদি লম্বী অমফাও ফজনা মওং তানা শেম্বা ঙমদ্রি। মীগীনা অমদি লাযবদুনা অনী অনী শেমদুনা এক্সিদেন্ট থোক্তনবা অমদি সবফেস ট্রান্সপোর্টেসন অসি অসুক্কী মতীক চাওখৎহন্নবা হোৎনবি। লম্বীগী মতেঙ নত্তনা হিংনবা উপায লৈত্রবা মণিপুবদা কবম্বা মতমদা লম্বী থোংগী ফিভম ফগৎলক্কবা। খনখি বস মনুংদা ইথন্তা।

ঐগী মতম শেমদোক্লিবা ঘডীদা যেংবদা নুমিদাংগী পুং ১০ ৪৫ বোম চৎলে। গ্রীসতদি নুমিদাংবাইবম ওইবকপদা মঙাযবি। ইম্ফালদদি অহীং ওইবক্কদৌবে হাযদুনা তুমখুন তান্নবন্নগনি। নুমিদাং পুং ৭ তা থোঙ লোনবা ইম্ফালগী কৈথেল পূন্নমক খাগি শেৎপা, ওলিবগ্রিন শেৎপশিং নত্তনা কনামত্তা উবন্নবোই। নোংঙানবগা খবব খুদিংমক্তা হাৎনবেগা শিনবেগা ফাখ্রেগা কাপ্নমলেগা হাযবা পাউ মযাম পাগদবগী ঙাইনবিবশিংদা অনৌবা পাউ তমগদবগী অৱা অনা থিদনা চেল্লিবা পাউমীশিংনা থৌবগী গাডী মখোলসু খবদি তাবমগনি। নমখিববা অপূম অশা ফত্ত হৌদি মযাম পুবদা চোকথববা নম্বুল তুবেলনা নমথীবা মনম কযাবু স্বব ওইনা হোন্দোবকপদা ইম্ফাল সহবসু ওনিংলম্নগনি। অদুবু ঐখোযনা তোংলিবা বস অসিগী সাইদ গ্লাস অসি খজিক্তং চিংথোকপদদি ঈং ঈং লাউবা নুংশিৎনা হকচাংদা যৈবকপদা ইতেক তেকখৎহল্লি। নুমিদাংবাইবম ওইবকপগী নুমিৎনা নোংচুপ চীংযা পাংখিবদগী ফজববা সনা মচুনা গ্রীসগী তম্পাক অসি লৈতেংলি। নুমিদাংবাইবম ওইবক্তুনা লবুক্তা লৌবাং শুবিবা লৌমী পূন্নমক মযূম মাযকৈ তন্নবক্লে। লম্পাক মচা মচাশিংদা শান্নবম্বা অঙাংশিং অঙাঙবা তাইলনা কুপ্পা যূমশিংদা চেনশিন্নখ্রে। লম্বীগী ফিভম খজিক্তং শোনপদা শেমজিনগদবগী হোৎনবিবা ইঞ্জিনিযাবশিং অনৌ অনৌবা লম্বী শেমগদবগী চীংলম্বী কক্তুনা মবমদমগীদমক কখোকপা অমগা লোযননা হোৎনবিবা ইঞ্জিনিযাব পূন্নমক মর্মশিল্লক্রদুনা মাগী মগী থবক শুফম থাদোক্লবক্লে। শাংনা লাকপগী ঙাইহাক পোত্থাবা ওইনা স্তেসন অমদা খামদুনা ঙাইহাক লৈখি বস অদুসু। ঐখোয পূন্নমকসু হোটেল অমদা চঙদুনা কবিগুম্বা খবা চামিন্নবে। ঐখোযগী চীঙ্গাক্তা মান্নদবগী অৱাবা অমদি থেংনবা হৌবক্লে।

এথেন্সকীদমক বস অদু অমুক থৌবক্লে। অমম্বা মবক্তা ঐখোযগী পম্বুংগীদমক বসকী স্পিদতি শুকহন হনদে। তুংদা লাকপা যাঙল যাঙলবা কাব কযানশু বগন লৌখৎখি। নুমিদাং অদু লম্বীদা থাল্লিবা বল্বশিংনা মমীৎ-মনা শিংহনবগুম তৌই। অসুম অসুম চঙশিল্লকপনা মৈঙান পবেং পবেং উবক্লে। বাকনিগী অহীং ওল্লকলে। মমৈথৎদদি মৈঙান্না পূন্নং লংবা চাউববা সহব অমা উবা ফংলকলে। দুকান কযানা থোঙ হাংনবি। ইবাং-লাংনবি। অচীকপা হায়বদু কদাযদা লোৎখ্রবনো খঙদে। ইম্ফালগী পাওনা বাজাব, থাঙ্গাল

বাজাবগদি কযাদা খেন্নববা। গ্রীক পূন্নমক ময়ুমদা অমত্তা চঙনদ্রববা? সহবসিগী লাঙবা নিনবা মবক্তা লৈবববা? এথেন্স সহব যৌশিল্পকলে হাযবসি বসকী সেকেণ্ড ড্রাইভব অদুনা খঙহল্লকই। লম্বীগী নাক-য়েত্তা ওপন্দা লৈবিবা বাব কযাদা, বেস্তোবেন্ট কযাদা নুপা-নুপী কযা ওনশিন ওনশিন্নদুনা ৱাবী শানবিবদু ঙাল্লবা মৈঙান্দা উবকই। নুপা নুপী কযা মনীং-তন্না লেঙ্গোন্নদুনা, কোন্নদুনা চৎলিবশিংদু মযেক শেংনা উবকই। মফম কয়াদা নুপা-নুপীশিং চুপ্নদুনা লৈমিন্নবদু উবকই। শাংলবা চুকপ মচৈ অমমম চিংলদুনা নুপা-নুপীশিং চৎমিন্নবি। ইঞ্জিন পানবা যাঙলবা টু হুইলবশিংদা নুপানা থৌবগা নুপীশিংনা তুংদগী চেজেৎ চেজেৎ কোনশিন্দুনা চৎখ্রিবশিংদু ফিলমনি সিনেমানি কবম হাযগনি? ইংলিস ফিলম কযাদা উখ্রবা শক্তমশিংদু মীৎমাঙদা অশেংবা ওইনা থোক্লবে। পৃথিবীগী মী কযানা টুবিষ্ট ওইদুনা কোযরক্লিবা লমদম অসিদা জাতি কযাগী মীওইশিং উবে। মক ওইনা অঙৌবা অমুবা অনীদি মযেক শেংনা চোংথোবক্লে।

অসুম লাকপনা পূং তকক চঙবা খোঙচৎ অসিগী পঙ্খুং ঐখোযনা হান্ননা বুক তৌখ্রবা হোটেল স্তানলিদা চপ চানা বসনা খান্নে। ঐখোয পূন্নমক বসতগী কুমথদুনা হোটেল চঙবদা উবে হোটেলগী ঘড়ীদা নুংমিদাংগী পূং ৯ তাবদু। ঐখোযগী মতম শেমদোক্লিবা ঘড়ীদনা নুমিদাংগী পূং ১১ ৩০। অর্থাৎ ইচীক হুক্লন্নগদবা ইম্ফালদা চেক মোক লাউনদ্রবসু এথেন্সতদি অযুক নুংথিলওম্লন্নি। হোটেলগা হান্ননা পাউ ফাওনদুনা বুক তৌখিবদগী বিসেপসনিষ্টনা ঐখোয ১১ না লৈগদবা কা মবি পীবে। কা অমদনা তামো




চাওবা, তামো টিকেন অমসুং তামো বঘুমণি, কা অমদনা তামো সুন্দব, ঐজ্ঞা হবিদাস অমসুং ঐ ইশামক, কা অমদনা ডাঃ টি এস, গাংতে অমসুং মহাক্কী মিস্ত্রেস প্রিযাদর্শিনি গাংতে অমসুং কা অমদনা শ্রীমতী থোকচোম ভানুমতী, ডাঃ নবা অমসুং কুমাবী ইলোবানি। ঐখোযনা লৈগদবা কাশিংদা চঙবদা মেগনেতিক লোকশিংনা অযাবা পীবে। সহব মযোলমক্তদা লৈবা চাউববা নাল্লবা হোটেল অসিমক ১৯৬৬ তা লিংখৎখিবদগী হোটেল বীজিনেসতা এক্সপবিযেন্স লৈববা অমনি। হোটেল অমগী লৈফম থোকপা পূন্নমক শুনা

লৈববা মফম অসিদা যুবোপকী লিবিং স্তাইল খবদি মশক খণ্ডবা ঙম্লে।

চাকপু লাইনিং ওইজবা ঐঙোন্দদি চাক্কী লান অমুক হৌবক্লে। হৌজিকপু কদাইদগী চাক থিকগনি? চাক্লা মপুং ওইনা চাদবা লৈবাক্লি। চাইনিজ হোটেলদদি চাক ফংই হায। থুংবতা মঙাযবি কবম্না থিকগনি? উপায় লৈতে অহীংসিমা অফংবা খবনা লেনবা তাবে। হোটেলগী মপান্দা থোক্তুনা ব্রেদ খবদি লৈকবে। ইমা ভানুমতী অমসুং তামো টিক্কেনখোযনা চেঙপাক পুবকই হাযবম্মী ঐঙোন্দা। মখোযগী কাদা চত্তুনা চেঙপাক খবা লৌকুবগা লীক্লি গ্লাস অমদা ঈশিং খবা হাপচিন্দুনা চেঙপাকশিং অদু তীংথোক্লে। শিদনবা হাযবদুনি। পোপথোক্লবা চেঙপাক অমসুং ব্রেদ অদুগা লোযননা অহীংদুমা চবা নোংখন্ননবা হোৎনখি। মসিনা ওইবদি যাবা নত্তে। অদুবু অদুম যাহল্লে। ঈশিং খবা থকচিল্লগা ফমুংদা হীপথবে। মাঙদা লৈবিবা কলব সেটিলাইট টেলিভিজন অদু থাগত্তুনা বিবিসি, সিএনএন নচিংবা চেনেলশিংনা পৃথিবীগী পাউ কবি কবি পীবিবগে হাযনা য়েংনিংবদগী টি ভিদু অমুক ওন তৌকই। টি ভি যেংনা যেংনা নুংশিবী গ্রীসকী তম্পাক্তা ইহান হান্না হেক থুংলবগা ঐখোযবু তবাম তবাম তৌবীখিবী অন্টি বোলাবু ইমীৎসিদা শংশংনা উবকখি। ঙাঙনিংবা কযা ঙাঙথোকপা ঙমদনা মহাক্কী চীনবান্দা পন্দুনা লৈহৌবদু নীংশিংদুনতা লৈখি। কবিগুম্বা ইংবাজি যান্না ঙাঙবা ঙম্লন্নবদি থৌজান হৈবা মবুক মপাউ ফবা পূকচেল চাউবা মাগী চীনবান্দগী ব্বাহৈ লীশিং লীশিংনা মনীং তন্না নোং খীকপগুম খীকথবমগদবনি।

গেষ্ট অমনা থুংলবা মতমদা অন্টিনা থম্মোয শেংনা ঐখোযবু পেলহনখিবদুমদি কবম্না কাউগনি? হাযযু অন্টি নহাক বোসিসকী শাযোনলা? লাযববা ফিলেমোন অমসুং মহাক্কী নুপী বোসিসনা শকখঙদবা অনীখক্তা তৌখিবা অতিথি সেবা, হোসপিতালিতি কবম্নদি কাউগনি? ঐনা থাজে— "অন্টিদি শোযদনমক্কি বোসিসকী শাযোন ওইবমগনি।" অতিথি সেবাদা গ্রীকশিংবু হাযনৈ। গ্রীসকীদমক ইম্মল থাদোক্তিবৈঙেদা খনখি মীযোক মীচান ফবা অতিথি সেবাদা ফাওবিবা গ্রীকশিংগী মনাক্তা চৎপদা ঐহাক কবিমত্তা চিংননিংঙাই লৈতে। খনখিবা অদুমক চুম্লম্মী। কনাগুম্বা লমাঙনববা অমনা মাগী পম্বুং খঙলক্তুবদা গ্রীক অমা থেংনদুনা মতেঙ পাংখিবগী নুংশি নুংশিববা ব্বাবী কযা অঙাং ওইবিঙৈদা তাখি। ব্বাবী ওইনা তাখিবা পুম্নমক গ্রীসতা অমুক্তং চৎপা ফংলবদি অশেংবা অদু খঙলগনি খনখিবনি অঙাং ওইবিঙৈদা। মসিগী মথক্তা গ্রীসনা চাওখৎপগী অহানবা মৈবা ওইখিবদুদা অমুক্কা হেন্না চৎনিংখিবনি। কনাগুম্বনসু হায— "গ্রীসপু যৌবা ঙম্নবদি স্বর্গ কাবগা চপ মান্নববনি।" অফাওবা অইবা অমনসু হাযখি— "গ্রীস চৎপা ফংদবা মীদুদি মপুং ফাদ্রবা মী অমনি।"

অহীং থেঙজিল্লক্লবা ফাওবদা অন্টিনা ঐগী ব্বাখলবু কোযপু পুদুনা চৎপগুম তৌখি। ঐগা হেক থংননা তুম্লিবা ঐজ্ঞা হবিদাসতি নাখোক্লম্লে। হন্না য়েংবীদ্রবা টিভিদু মুখৎলগা ফৈজুপ চিংখত্তুনা তুম্বা থেন্নম্মী। তুম্বা যাখিদে। নাকন্দা লৈবিবা থোঙদু হাংদোক্লগা

বেলকোনিদা থোক্তুনা য়েংথখিবদা থাশিগী অমম্বা অহীংদা থবানমিচাকশিংনা পূম্নং লংনা অতিয়াদা থোকপদুগা চপ মান্নবা লৈরমখি। ফজরবা এথেন্সকী শক্তম অমা নুমিদাংসিদা উবা ফংলে। লম্বীদা থৌরিবা ইঞ্জিন পানবা গাড়ীশিংদগী থোরকপা অরংবা মঙালশিংনা নুমিদাংগী মৈঙালদা হৌদোংগী মমীৎনা ইরং লংখৎলকপদুগা চপ মান্নখ্রে। য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা এথেন্সকী অতিয়াদা থবানমিচাকশিংনসু ইরং ইরং লংনা তনীক তনীক থোক্লি। খ্বাইদগী পূক্লিং নুংশিনিংঙাই ওইবদি জুনোগী শরৌলাংদা বানা খাঙখিবী মশক মতৌ ফজবী কাল্লিস্তো অমসুং মহাক্কী মচানুপা অর্কাসপু অতিয়াদা গ্রেট বিযার অমসুং লিটল বিয়ার ওলহন্দুনা অব্বাবদগী কনবীরগা অরংবা থবানমিচাক ওইনা জুপিটরনা থমখিবদু ময়েক শেংনা উরকই। অসুম য়েংশিল্লবগা অচৌবা গ্রেট বিযাবদু শকহেনবী কাল্লিস্তো ওইনা চোংথোবকই। অপীকপা লিটল বিয়ারদু উবদা অর্কাসনা লীরুংদা তেঙ্গা থোংদুনা মমা তম্না কাপকদৌবগুম উরকই। জুনোনা পূম্নমক মাঙহন্নবা হোৎনবদু লাইশিংগী নিংথৌ জুপিটবনা উরদুনা মখোয়বু লেঙদনা অতিয়াদা ঙান্দুনা লৈননবা গ্রেট বিয়াব অমসুং লিটল বিয়ার ওইনা থমখিবদু ঙসিগী অহীং অসিদদি হেন্না ময়েক শেংবগুম তৌরি। কৃফেৎ কাফেৎ তৌবিবা থবানমিচাকশিংনা পীক থল্লবা অতিয়াসিগা ইবং লংলবা বম্বশিংনা কৃপশিল্লিবা এথেন্সকা ব্যাটি কন্তেস্ত অমা তৌরকপগুম উখি। ঐদি জ্যুরি মেম্বর অমা করম্না ওইকুগনি? ঐনা কনাগী মীচঙ চঙলুগনি? কনানা হেন্না ফজৈ হায়রুগনি?

শুবা নোম্বগী চোকথবা নাইদ্রবা এথেন্স তৃমথরক্লমাল্লে। অচীকপনা লাঙ্গোয় চর্নশিল্লকলে। থোঙ অদু লোনশিন্দুনা ঐসু ফমুংদা চঙলে। অসুক কুইরবা মতমসি ঙাইহাক্তসু মৈ মূৎপা থেংনদ্রি। ইম্ফালদদি লোদ সেদিংগী প্রোগ্রামদা অমুক মূৎ অমুক ঙান তৌবদা মশীং থীঙম্নবোইদবনি। এথেন্সতদি লোদ সেদিং লৈতবজাৎলা? ইম্ফালগী মতৌ তমনিং-দবজাৎলা? লোদ সেদিংদা হৈনববা ঐখোযদা মৈ অসুম ঙান্দুনা লৈবসি ইহৈ হৈনদবা অমা ইশাদা ফাওরকই। ঙাইহাক্তা ওইববসু মূথৎনিংলে। কাগী বম্বশিংদু লোয়না মূথৎলগা ফৈজুপ চিংখৎলগা তৃমথনবা অমুক হোৎনৈ। অদুবু মপান্দগী লাকপা মৈঙালশিংদুনা থোঙনাওগী পর্দা মরুমদগী লোন্না চঙলকই। করম্নদি খৎনরুনি? সোমনসনা ইনাক্তা লাকখিবসু খঙহৌদে। ঙসাইমখৈ মাদি ঐবু ঙাইদুনা লৈবল্লিবজাৎ ওইবে। তৃমথখিবা খঙহৌদে।

# অহুম

এথেন্স ওস্তোক্লা ফজখ্রবা সহর অমা ওইবগ্নে। অয়ুক্কী ঙাঙ্খান্নবা মচুনা চাইথবকপদা এথেন্সকী মশাদু ইতেক তেকখৎনা উই। তগৎ তগৎ তেক্লিবী চীংমী নিঙোলগুম উবকই। জ্ঞান অমসুং লৌশিংগী লাইবেন্থী এথেনাগী মিং লৌদুনা খোনখিবা সহর অসিগী ফজবসিদি কবিগা চাংদম্নকনি? গ্রীসকী কোনুংনি হাযবদা চপ চাই। অয়ুক ঙন্না হৌদুনা হোটেলগী মথক থংবা ফ্লোরগী মতোন্দগী যেংখিবদা চীংলেন্নবা এথেন্স অমসুং এক্রোপোলিস উবা ফংখি। এথেন্সকী ফজববু কবন্না শৈথাগনি? শৈথানবা ৱাহৈ অমত্তা পৃথিবীগী হেক লেবিবা লোল পুন্নমক্তা যাওবমগনি থাজদে। 'ফজখ্রেদা' হাযবা ৱাহৈসিনসু ঐবু পেলহনবদি ঙম্মখদে। ঐখোযনা লৈবিলা হোটেল স্তানলি অসিমক এথেন্স সহবগী মযোলমক্তদা লেবা মবন্না যেংখি যেংখিবা মাযকৈ খুদিংমক্তা ফজবগী ফজবা ঙাক্তনি উবিবা। লাইবক ফবনি ঐখোযনা হোটেল অসিদা লৈবা ফংবা। গ্রীক পিস কমিতিগী মেম্বরশিংগা হান্ননা পাউ ফাওনখিবদসু হোটেল স্তানলিদা লৈবনা হেন্না নুংঙাইগনি হাযবকখিবনি। মখোযনা হাযবকপসিগী মরম কযাসু লৈবমগনি। এথেন্সকসু হেন্না শকখঙনহন্নিংলমগনি মীনৌ ওইবিবা ঐখোযদা। মখোযদা ফাওবিবা ৱাখলদু ঐখোযগী থম্মোযদসু পাল্লবে।

নীংশিংবা হায়বসি কৈদৌনুংদসু মূৎপা নাইদে হায়নৈ এথেন্সতদি। 'দেমোক্রেসি' বু মরু শুনখিবা মফম অসিগী থৌদোকশিং করম্নবু কাউগনি? নীংশিংনিংঙাই ঙাক্তনি। নীংশিংবা পুন্নমকসু কৈদৌনুংদা মূৎপা নাইররোইদবা, নীংশিংবা চাম চামনা খুজিং ওইনা থোমজিন্নকপদগী থম্মোয়দগী পাথোরক্লগনি হায়বা ঐ খঙই। ফজববু য়েংনিংদবা অনৌববু খঙনিংদবা কনা লৈরমগদগে? ঐগী ইম্ফালগী কীষ্ট্ররবা মন্নবা হন্না য়েংশিনবীদ্রবা ফূরা দলানশিংদুদি নত্তে। পৃথিবীদা অওনবা কয়া লৈখ্রে। যুগ কয়াগী অহোংবা  লৈখ্রে। অদুবু নীংশিংনিংঙাই ওইবা কয়াদি শেমগৎতুনা য়োকখত্তুনা থম্নরি। উরিবসি খরখক্তনি। নকশিল্লুবা নৎত্রি মনাক্তা হকথেংননা। উদবা কয়ামসু লৈরি।

অয়ুক্কী ব্রেকফাষ্ট লৌননবগীদমক ঐঙ্গা ইবানী রেস্তোরেন্টতা চঙলে। ৱার্ল্ড পিস কনফরেন্স য়াওগদবা পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লৈবাক কয়াদগী লাকপা দেলিগেট-শিংসু রেস্তোরেন্ট অসিদা ব্রেকফাষ্ট লৌনরম্লে। কনফরেন্স অসিগীদমক দেলিগেট খরদি হোটেল অসিদা থম্মি হায়বসি ওরগনাইজরশিংদগী মাংজৌননা খঙখি। ঙসিদগীদি পুন্নমক্কা শকখঙনরগনি খল্লুবদা থম্মোয়দা নুংঙাইবা অমা ফাওখি। অমুক্কা হেন্না নুংঙাইখিবদি পৃথিবীগী মফম খুদিংমক চত্তুনা শক-চু মান্নদবা মীওইবা কাংলূপ পুন্নমক্কা উনবা হায়বদুদি ওইথোক্লরোইদবনিনা ঙসিদগী হৌগদৌরিবা ৱার্ল্ড পিস কনফরেন্স অসিদদি পুন্নমক উনরগনি হায়বসিদনি। ব্রেকফাষ্টকীদমক পীরিবা মচলশিং অসি উবদা ঐখোয়গা মান্নদবা কয়া থেংনরে। করম করম্বা লৌগদগে খনবদা অৱাবা অমা ওইরে। অদুবু ঐখোয়না শীজিন্নবা পোৎলমশিংদমক লৌরে। মরু ওইনা শঙ্গোম, য়েরুম, হৈ, লফোই, খোইহী, ব্রেদ অসিনচিংবা। অরাম্বা ফাওরক্তনবা হায়দুনা ফজনা চাশিল্লে। য়াম্না ফ্রেস ওইবা তগৎ তগৎ তেকপা হৈ-রাশিংনা পীক থন্না লৈবা উই। খোইহী মরাঙ কাযনা ফংবা মরম্না খোইহীসু তঙাইফদবা মচল অমগুম পী। অয়ুক ঙন্না চাক চাবা হায়বসি ঐগীদি হৈনবী ওইবা মরম্না ব্রেকফাষ্ট কী মচলশিং অসিনা অয়ুক্কী চাক চাবগুম চাশিল্লবা মতুংদা ঐখোয়গী কাদা চঙদুনা ঙাইহাক পোত্থারিঙৈদা ডাঃ নরনা মাগী কাদগী ইন্টরকোমদা হায়রকই— "পঙলাপ লাপ্তনা হোটেলগী অকোয়বদা ঙাইহাক অসুম চখোকলুসিদনা।" ঐসু খুমখি— "চৎলুসি।"

এথেন্সকী মতমদা অয়ুক্কী পুং ১০ রোম তারে হোটেলদগী ৱাকিং ওইনা ঙাহৌ ঙাহৌ থোরকপদু। এচিলোস স্ট্রিৎলোমদনি ঐখোয়না লাকপদু। কৈথেল পোৎলক ওইনা তৌই। লম্বীগী নাক-য়েৎ পুন্নমক দুকান ঙাক্তনি। লম্বীশিংদু পীকই। ৱান রে ঙাক্তনি। অসুম চঙশিনবদা মনা-মশীং য়োনবা ময়াম নাক-য়েত্তা লৈরম্মী। ময়াইদা চৎফম ফজনা পী। তোঙান তোঙানবা মফম কয়াদগী কারদা পুরকপা মনা-মশীংশিংদু থা থাদুনা য়োল্লি। এগ্রিকলচরগী লমদা য়াম্না খুমাঙ চাওশিল্লবা লৈবাক অসিদসু এগ্রিকলচরিস্ট পুন্নমক অকন্নবা কমপিটিসন ঙাক্তনি। মসিগী খুদমদি পুথোরক্লিবা পোৎ-চৈ অসিদগী খঙবা ঙমই। আলু

কোবিনচিংবা পুথোবক্লিবা পূন্নমক চাউই ফজে। হেক যেংবদা লৈনিংহল্লি। কুইদে যোল্লমলিবা পোৎ-চৈশিংদু হেক শীৎপগা কাব পার্কতা লৈবিবা কাবশিংদু থৌদুনা মযূমদা হন্নখি। ফনা শাংনা ঐখোযনা চৎলুববা মতুংদা ঐখোযনা লৈবিবা হোটেলদা অমুক হল্লকপদা উবিবসি কাব ঙাক্তনি। মবক মবক্তা টু হিলব। শাংখ্রবা লম্বী পূন্নমক কাবতনা পীক থনবগুম তৌই। মদুস্ মমল যাম্বা অফবা য়াম্না মোদর্ন ওইবা। কাব ফনা যাম্না চৎখ্রবস্ মৈখু অমত্তা কামথোবকপদি উদে। কাব অমনবা অমত্তা যাওদে। ইম্ফালদদি মৈখুনা পীক থল্লি। চীন-নাতোন খুমদ্রবদি যাদে। গ্রীস অসি পোল্লুসন যাম্না থোকপা মফম অমা ওইবম্বদগী হৌজিক্তি পুবা কন্ট্রোল তৌবে হাযনা ঐনা পাখিবা খবব খবদা থেংনখি। মদুমক ঙসিদি চুন্নমলে। গাডী অমনবা অমত্তা থৌবা যাদে, মৈখু থোকপগী চাং যাম্না তোযনা চেক তৌই হাযবগী ৱাসীস্ খবব খবদা থেংনখি। মসিনা ওইবম্বা তাই অমনবা গাডী অমদি মৈখু থোকপা গাডী অমত্তা উদ্রিবসি। অমনবা গাডীশিংদু ওইবম্বা তাই ঐখোযনা থেসালোনিকিদগী এথেন্স তম্না লাকপদা ৱার্কশোপ কযাদা লম্বী কযাগী নাকন্দা কাব মযাম পৈ পৈদুনা হন্দোক্তুনা লৈহৌবদু। মদুদনি ইথম্তা খনখিবদু— "মণিপুবদা ওইববদি অমত্তস্ অসুম্না অবেম্বদা তাদুনা লৈবোই। মণিপুবদা অমনবা তাবদি লাযধদনা দিল্লীদগী কোলকাতাদগী, অরুনাচলদগী, মিজোবমদগী পুথোবক্লিবা অমনবা মৈখু কা হেন্না থোকপা সেকেণ্ড হেন্দগী গাডীনা পীক থল্লে। মসিদবু কবম্না এযব পোল্লুসন থোক্লোইদৌবিবনো? মণিপুবগী মীশিংসে ওস্থোক্লা ফখ্রেদকো। কাব থৌবিবস্ লম্বী চৎলিবস্ মৈখু থোকপগী চাং চেক তৌবিবা কাঙবুসু চপ মান্নে কবিমত্তা হাযনদে। ওস্থোকপা লৈবাক্লি মণিপুব। গ্রীসতা ওইববদি কবি থোক্লমগনি?"

হোটেলগী মনাক্তা লৈবিবা কবাইস্কাকি অকোযবদা থৌনবক্লিবা গাডীগী মশীং অঙকপনি। লম্বী কযানা মশা মবেংগুম শন্দোকখিবদু উফূল মবীক অমত্তা তৌদে। ইম্ফালদদি ঐগী হেক ইমাঙদা গাডী অমা লাম্থোকখ্রবদি কমাল পাযদুনা নাতোন মেন্দবা যাদে। যামখ্রবা এথেন্সকী লম্বীশিংদুদা উফূল অমত্তা লৈত্রিবদু কনানা ফাজিন পুনশিনখ্রিবা? লম্বীদা যনস্ অমত্তা কুন্দুনা লৈবা উদে। কদাইদা থর্মখিবনো খঙদে। লম্বী মযাযদা যন মযাম কুন্দুনা লৈহৌবা ঐখোযগী লম্বীশিংদু মথং মথং নীংশিংলকই। ঐখোযগী মোৎলবা লম্বীশিং গলিশিং ইমীৎসিদা ফন ফন চোংথোবকই। অদুগা মখোযগী খূবক হাঙদনা লৈবিবা লম্বী মযামসিদনা অমোৎপা অমত্তা তাদে। মিথাই মকূ অমফাওবা তাদে। চুকপ মতেক অমত্তবু তাবা উদে। চুকপ থকপদি অঙকপা ফংনা উই। উবিবা নুপা নুপী কাব মনুংদা তোংলিবা থৌবিবা পূন্নমক মখুত্তা চুকপ মচৈ অমমম চপ্পগুম তৌই। অঙাংদগী হৌবগা লৈশাবী পাখঙ নহা অহল পূন্নমক চুকপ লোযনা থকই। অদুবু চুকপ মতেক অমত্তা লম্বীদা তাহন্দবসিবু কয়ামুক যাম্না নানবা পামজবনো মখোয? নৎত্রগনা কয়ামুক যাম্না সিবিক সেন্স লৈবা সিতিজেন্নো মখোয? মণিপুবদদি কা চাবশিংনা লম্বীদা ফক্লাংদা কামশিল্লিবা

ক্না কোদাঙনা অনৌবা শক্লোন অমা ওইহল্লকই। মখূদোম্বীনা শুনু তৈশিনবদগী অনৌবা শক্তম ওল্লকপা কযা চেঙগুম শৌবগুম শৌগৎলক্লিবা মণিপুবগী লৈবক কোন্সাং খুদিংদা চোংথোবক্লিবা পান দুকানশিংগী ফক্লাংদা উবা ফংলকই। অনৌবা ওফিস অমা অনৌবা শঙলেন অমা হেক হাংদোকপগা নোং হেক ঙানবগা ক্না কোদাংনা লৈতেংবীবম্বা ঙাক্তনি। খ্বাইদগী নান্না অমদি লু হেন্না থমফম থোক্লিবা মণিপুবগী হোসপিতালশিংদসু অদু মঙাই ক্না কোদাঙ ওশিনবীবমদবা মবায়বক ফবা ফক্লাং অমত্তা থিবা ফংলোই। তুংগী অফবা সিতিজেন অমা ওইবক্নবা অমদি মহৈ মশীং তমফম ওইবিবা শেংলবা লাইশঙগুম খন্নবিবা স্কুল কলেজগী ফক্লাং অমত্তং ক্না কোদাঙ ওশিনবীবমদবা য়াওববদি গিনিস বুক ওফ ৱার্ল্ড বেকোর্দতা চলহনবা যাগনি। খৈনি চাবশিংনা মতিন পিৎ পিৎ কামশিনবদা খাঙবদা ৱাববা মণিপুবগী লম্বী সোবোক ফক্লাং ঙাক্তনি। চাউববসু পীক্লবসু খবদং লৈজবিবা ইম্ফালগী লম্বীশিংদা চাইবিবা মোৎলিবা পৈখৎলিবা ফত্ত হৌদি প্লাস্তিক মচেৎ লীক্লি মচেৎ অপুম অশা পূন্নমক্না ঙসিদি ফজবগী মিংশেল ওইবে। অসিগুম্বা ফিভম অসিদি অশি নিংথৌ প্লুতোগী অশি লৈবাক্তসু লৈবমগনি থাজদে। অসুক যান্না অমোৎপা হৈনবা জাতি অমদি ওইবকখিদবনি। অদুবু কবম্না ওইবকখিবনো? শেংনা লৈজবম্বা নম্বুল তুবেলবু অমোৎ অকাযনা নাউপুহল্লগা লোক্তাক পাত্তা চাবোকহল্লুবদগী থোবক্লিবা লোক্তাক্কী প্রোব্লেম কনানা উবিবি? থেঙল অহীং তাংলৌ কযাদা লোক্তাক্না তেংথাজবা পূম্বা কনানা তাবিবি? নোংপোক ভাবত্তা খ্বাইদগী শেংবা ফ্রেস বাটব লেক অসিগী ফিভম নোং মা নোংমগী শোকচিল্লকলি। গ্রীসকী পাৎ ওইজরল্লবদি গ্রীকশিংনা ঙাক-শেঞ্জবদা লোক্তাকসু ওইখিগনি খ্বাইবাকপম চাওবগী অদুঙৈগী লোক্তাক।

এথেন্সকী লম্বী থোং লূবা নানবা উবদা কল্লক্তবা কনাসু লৈবোই। লম্বীগী নাক যেত্তা থল্লিবা অমোৎ অকায হুন্দোকফম


এথেন্সকী লৈরক

অদু চপ চানা মথৌ তৌহল্লি। ফত্ত হৌদি পুন্নমক মদুদা হুন্দোকই। মখূত্তা গ্লোব উপপা এপ্রোন শেৎপা মী খরনা ফত্ত হৌদিশিংদু লৌথোকপা লাকই। পুল্লপ ত্রক অমদা হাপকৎলগা পুদুনা চৎখি। ফত্ত হৌদি লৌথোকপা লাক্লিবা নুপা নত্রগা নুপীশিংদুদি কার তোংদুনা অমুক হনখি। গ্রীক পুন্নমক থবক চিন্না উই। অরেম্বদা খক লৈবা উদে। লম্বীগী নাক য়েত্তা লৈরিবা বারশিংদা হোটেলশিংদা রেস্তোরেন্টশিংদা ইংনা তুমিন তুমিন য়ু থক্কুনা কয়ামসু ফম্মিন্নরি। কায়নরমদাইদা হরাওনা নুংশিননা হেক্তা চুপমিন্নে। চুপ্নবা হায়বসি মখোয়গীদি খ্বাইদগী ৱাংবা নুংশিনবগী থাক অদুনি হায়না লৌনে। অতোপ্পা লমগী মী ওইরবসু শকখঙনরবা মতুংদা নুংশিবগী ইঙ্গিৎ অদু ফোঙদোক্কুনা নুংশিনা খজাইদা চুপ্লি। লম্বীদা লাক্লা লাক্লা অনৌ অনৌবা শক্তম কয়ানি উরকলিবসি। ঐঙোন্দদি পুন্নমক ইনৌ নৌনা থোকই। য়ু থক্কুনা বারদা ফন্নিবা নহাবু ওইরবসু অহনবু ওইরবসু লৈরিবা মখোয় অমত্তা লাউনবা তাদে। শঙ্গৎনবা উদে। মণিপুবদদি জ্ঞান তাদবা খরনা হেন্না হেন্না থকচিনবদগী খৎনবা শঙ্গ ৎনবা কয়ানি। ইংরাজি লোল্লকপদা মখোয়গী থাক মথন্তা তাকচরকপা ঙাক্তনি। অদুবু এথেন্সকী মফম কয়াদা উরিবা বারশিংদগী রেস্তোরেন্টশিংদগী য়ু থক্কুনা থোরক্লিবা মখোয় অমত্তা মখোঙ কারন চনবা উদে। লাউবা তাদে। যান্না জ্ঞান তানা চৎনখি। মখোয়বু উবদা নীংশিংলকই— ***"Stop drinking only water, and use a little wine because of your stomach and your frequent illness". (I Tim 5:23)***

হোটেলদা ঐখোয় অমুক থুংলবসি অয়ুক্কী পুং ১১.৪৫ রোম তারে। মপুং ওইনা চাক চাদবনিনা ঐঙোন্দদি চানিংবা অমদি অসুম ফাওবগুম তৌই। চাক হেক চারগা নে তাবগুম তৌই। অদুবু চাক ফংদবা চাক চাদবা লৈবাক অমদা থুংলুবগী অৱাবা অদুদি খাঙবা খরসু তম্বা তাই হায়বসি ঐগী ফিবেপনি। লম্বীদগী লৈরকপা লফোই হৈ-ৱা খরদু চাদুনা চাক চানিংবগী ঈথৌ লাংবসিমদি নমহৎনবা হোৎনরে। শোক ১৯৯৪ দা সাহিত্য একাদেমীগী ত্রাবেল গ্রান্ট অমা ফংবদগী কেরলাদা চৎমিন্নখিবা য়ুমলেম্বমগী তাইবোমচানা হেক হেক 'চাকমী' হায়দুনা লৱকখিবদু ঙসিসু নীংশিংলকই। ৱার্ল্ড পিস কাউন্সিলনা শীন্দুনা পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাউবা ৱার্ল্ড পিস কনফরেন্স অমদা শরুক য়ানবগীদমক পীকখ্রবা মণিপুরদগী দেলিগেট ওইনা লাক্লিবা ঐখোয় ১১ মক্কী পুল্সিদদি গ্রীস অসিমক ইনৌ নৌবা মফম অমনি। ঐখোয় ১১গী থম্মোয়দদি ৱার্ল্ডগী ওইবা কনফরেন্স অমদা শরুক য়াবা ফংবগী নুংঙাইবা অদুদি থম্মোয় খুদিংদা লৈনরিবা ঙাক্তনি। মরম অসিনা হৱা নুংশিৎকী, লম্বী থোংগী, চীঙ্গাক্কী খেন্নবা কয়া লৈরবসু পুন্নমক তুংওইনরগা মণিপুর ইমাবু মশক তাকপা হায়বসি ঐখোয়গী লাইনীং ওইরগা লাকখিবনি। ভারতকী দেলিগেট অমা ওইনা মণিপুরদগী লাক্লিবা ঐখোয় ১১ মক ভারত মচা নত্তে হায়দুনা মমাঙদা হংনখিবগী থৌদোক খরসু

থোকখ্রে। মরু ওইনা থেসালোনিকি এয়রপোর্টতা থোকখ্রে। ৱার্ল্ড পিস কনফরেন্স অমদা ঐখোয়বু শক তাক্লবগী নুমিৎ অদু ঙসিদি লাক্লে হায়দুনা ঐখোয়গী পুক্নিংদা নুংঙাইজবা অমদি ফাওনখি। ঐখোয়সু কনফরেন্স অসিদা য়াওরুনবা শেম শাবা লোইনরে। ঐখোয় পুন্নমক হোটেলগী গ্রাউন্দ ফ্লোরদা লৈরিবা ৱাইটিং রুমগীদমক লিফ তোংদুনা ৭ শুবা মথোন্দগী কুমথরক্লে।

ঙসি অসিমক ৱার্ল্ড পিস কাউন্সিলনা শীনবা ৱার্ল্ড পিস কনফরেন্সকী অহৌবা নুমিৎ মেগী ১০, ২০০০ ইং য়ুমশকৈশা নুমিৎনি। নুমিৎ অসিতবু খৌরাংনা ঙাইরকখিবনি। অয়ুক্তি ব্রেকফাষ্ট ফজনা চারবা মতুংদা হোটেলগী অকোয়বদা খোঙনা ৱাকিং চত্তুনা লমদমসিগী হৱা নুংশিৎ খরদি শকখঙনরুরবনি। ঙসি অহৌবা নুমিৎসিগী অয়ুক পুং ৭ ৪৫ দদি ৱার্ল্ড পিস কাউন্সিলগী একজিকিউতিব কমিতিগী মিতিং অমা পান্টেও য়ুনিভর্সিটিদা পাঙথোকপ্রবনি। নুংথিল পুং ৪.৩০দগীদি পান্টেও য়ুনিভর্সিটিমক্তদা পৃথিবীগী মফম কয়াদগী লাকপা দেলিগেটশিংনা শরুক য়াগদৌরিবা ৱার্ল্ড পিস কনফবেন্সকী হৌদোকপগী থৌবম অমসুং এসেমব্লী পাঙথোক্কদৌরিবনি। ঐখোযসু হৌদোকপগী থৌরম অসি যাওননবা য়াম্না মাঙজৌননা হোটেলগী ৱাইটিং রুমদা বস ঙাইদুনা লৈনরে। হোটেল স্তানলিদা লৈরিবা দেলিগেট পূন্নমক লৌরুনবা বস অমা ওরগনাইজিং কমিতিগী মেম্বরশিংনা হোটেলদা বস অমা থারক্লগনি হাযবদগী হোটেলসিদা লৈমিন্নবিবা দেলিগেটশিং পুন্নমক বস লাকপা ঙাইদুনা লৈমিন্নবম্মী। বস লাকত্রিঙৈগী মরক্তুদা ঐখোয়গা শকচু মান্নবা মীওই খরা সোফা অমদা ফমদুনা লৈবদু উই। মখোয়গী মনাক্তা চঙশিন্দুনা করি লমদগীনো হংবদা খরা অহল ওইরপ তৌববা অমনা মখোয় চিনাদগী লাকপনি হায়না খুন্নকখি। মখোযনসু ঐখোয়বু কদাইদগী লাকপনো হংবদা ভারত্তগীনি হাযবদা ঙক্লা থোকখি। ডাঃ নবনা য়াম্না ময়েক শেংনা ঐখোয়না লৈরিবা মফম অদুগী মরমদা হায়খি। ঐনসু মণিপুরবু মশক তাকপা 'ইন্ট্রদক্সন টু মণিপুব' কৌবা বুকলেট অমা ৫শুবা নেসনেল গেমসকা মরী লৈননা ফোঙখিবা অদুগী কোপী ময়াম অমা পুদুনা লাকপদুদগী অমা লৌথোক্লগা মঙোন্দা পীখি। মদু য়েংলগা মহাক ঙক্লা য়েংখি। অতোপ্পা লৈবাকশিংদগী লাকপা শক-চু মান্নদবা মীওইশিংনা ঐখোয় পুন্না চাইনিজশিংদুগা ৱারী শানদুনা লৈবদু উবদা মখোয়না শোয়দনা খল্লমগনি ঐখোয লৈবাক অমত্তদগী লাকপা ওইরমগনি হায়না।

বস থুংলরে। ঐখোয় পুন্নমক কাখৎনরে। সিনগ্রু স্ত্রিত্তা লৈবা পান্টেও য়ুনিভর্সিটি ওফ পোলিটিকেল সাইন্স তম্না চৎপা লম্বীগী অকোয়বগী ফিভমবু য়েংনিংবা অমা ফাওখি। ঐঙোন্দদি পুন্নমক ইনৌতা নৌবা মফম্নি। যেংনিংমনবগী ময়াইদুনা হান্না কাখত্তুনা থোঙনাও মনাক্তা ফম্লুই। ইকুই কুইদনা থৌরে। লম্বী অয়াম্বা ৱান ৱে ওইবনিনা নুংঙাই। গাড়ী অয়াম্বসু কন্না থৌনৈ। অদুবু মীগী মহুৎ শিনখ্রবা ট্রাফিক সিগনেল লাইতনা লম্বীগী অচৎ অওক

পূন্নমক ফজনা কন্ট্রোল তৌই। কনামত্তা লম হেনবা তৌদে। মরী মরী লাক্লিবা গাড়ীশিং-দগী বগন লৌখৎনদুনা ট্রাফিক্কী নিয়ম থুগাইদুনা পঙথৌদা থৌজিন্নবা অমত্তা উদে। ইম্ফালদা তৌনরিবা মওং অসিগদি খেন্নবগী খেন্নবা ঙাক্তনি। ইম্ফালদদি পঙথৌদা থৌজিন্নবা মফম মরাঙ খঙদনা কন্না কন্না থৌজিনবা হোর্ন হৌনা হৌনা খোংজিন্নবা হানবা তান্নবা ট্রাফিক্কী নিয়ম থুগাইবা অদুনা অকনবা শক্নে লেম্নে। এথেন্সকী লম্বী অমদা থৌহনবা তারবদি অঙকপা ফংনা এক্সিদেন্ট থোক্কনি। লম্বীগী নাক য়েত্তা মফম খঙদনা গাড়ী ময়াম পঙখামদা খামদুনা থমজিন্নগা অচৎ অওকশিংদা অপনবা পীবা হায়বসি ইম্ফালগী লম্বী অমদা মীকূপমত্তং চৎপদা থেংনগনি। মপান্দগী লাকপা মীওইশিংনসু হংনরিবনি মসিবু মণিপুরগী চৎনবীরা হায়দুনা। পূন্নমকসিবু কদাইদগী মতৌ তন্নরক্লিবনো? মণিপুরসিবু থায়নদগী অসুন্না হৈনরক্লবা জাৎলা? য়ুনিভর্সিটি য়ৌনা লেপ্পা লৈতনা থৌরিবা বসসিদা তোংলিবা মীয়ামসু ব্রা অমত্তা ঙাঙনদে। মপান্দা য়েংলগা করিগুম্বা খরদি খন্নবগুম তৌই। কনানা করি খল্লিবা হায়বসিখক্তনি ঐনা খঙবা ঙমদ্রিবা।

য়ুনিভর্সিটি য়ৌদ্রিঙৈ মরক্তা লৈরিবা লম্বীগী নাক য়েৎকী দুকানশিং, ওফিসশিংগী মমিং মথানচিংবা সাইনবোর্দ কয়াদা ইরিবদু গ্রীক অমসুং ইংলিস ময়েকশিংনি। মথক্তা গ্রীক্কী বাহৈ মখাদনা ইংলিসকী। ঐখোয়গীদসু মসিমক লৈবি হায়বসি খনবদা ইথন্তা থম্মোয়দা চাউথোকচবা অমদি পোকখি। মণিপুরদসু মফম খুদিংমক্তা মীতৈ ময়েক্কা ইংলিসকা মথক মখাদা পূন্না পূন্না সাইন বোর্দশিংদা ইমিন্নবদুনা ঐখোয়গীসু ইয়েক অমসুং ইরোন নুংশিজে হায়না উৎলিবসিগা গ্রীকশিংগী থম্মোয়দা [illegible]ল্লিবা অদুগা মান্নরম্বদুদা নুংঙাইবা পোকখিবনি। চহী খবগী মমাঙদা ওল মণিপুর স্টুদেন্টস য়ুনিয়ন্না কন্না হোৎনবদগী মায পাকখিবনি মসিসু। লম্বীগী নাক য়েত্তা হৌরিবা কমলা পাম্বীশিংদা মপূং মরৈ ফারকলবা কমলাশিংনা মরীক চূপ্পা পাল্লিবদুমদি কল্লকই। কনামত্তনসু হেক্তোকপীদে। যেংবদা হেন্না ফজহল্লি। শারিবা যুম পূন্নমক চাং অমদা লোইনা লৈ। খরনা নেম্বা খরনা খংবাং ব্রাংবা অমত্তা উদে। মখোন মরিগী ওইরবসু নৎত্রগা অহুমগীবু ওইরবসু নৎত্রগা তরাগী ওইরবসু মফম মফম অদুগী মতুং ইন্না চাং অমদা লোইনা লৈ। য়েংবদা অচৌ মচা নাইদুনা সহরগী মশক থীহনবা ঌৌদে। ইম্ফালগী ফিভমদি কাঙজৈগা কাঙদ্রূমগগী মতৌগুম্বা ঙাক্তনি। কদাইদা করম তৌবগা হেন্না ফজহনসিগে খনবদা এথেনিয়ানশিংদি অহীং তূম্বা ফংলমগদবা মান্দে। লম্বীদা চাক্লিবসু অমত্তা উদে। তশেংনা চাক্লি ফিনিবা অমত্তা লৈতবজাৎলা? লাই পূন্নমক্কী নিংথৌরেন জুপিটরনা মখোয়দা বাত্তনবা লন থুম পীবা জাৎলা?

থৌনা ফবা নুপাশিং অমসুং মশক মতৌ ফজবী নুপীশিংনা খুন্দারিবা লৈবাক অদু গ্রীস হায়রিবসিনি হায়না গ্রীকশিং থাজে। কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বা অমদা ফত্তবা থবক অমা তৌরবদি মদুগী দন্দি ওইনা অৱাবা তাবা, অনা অয়েক থোকপা, শিবা নাবা কয়া

থোকই হাযনা গ্রীকশিংনা থাজনৈ। কবিগুম্বা অফবা থবক তৌববদি নুংঙাই যাইফবা পী, মবন মথুম পী, ঈশ্বরনসু থৌজানবী হায়না থাজনৈ। মবম অসিনা মখোয অফবা থবক তৌই। ঈশ্বরগী মূর্ত্তি কযাসু অচৌ অচৌবা লাইশঙ শেমগত্তুনা সনানা, শামু মযানচিংবনা শাদুনা থমলগা ঈবাৎলি। কবিগুম্বা খুদোংথিবা নংলবা মতমদসু ঈশ্বরদুগী মনাক্তা চঙজদুনা থৌজানবীনবা হাযজে। থৌজানবীবক্তুনা নুংঙাইবা ফংলকপা মতমদসু থৌজান হৈবা ঈশ্বরদুগী মনাক্তা লাক্তুনা থাগৎ ৱাহৈ কযা পীবৈ। মবল মথুম কযা চহী খুদিংগী গ্রীক্কী লাইবেম্বা লাইবেম্বীশিংনা গ্রীকশিংদা পীদুনা লৈববজাৎলা? মহৈ মবোংগী লাইবেম্বী সেবেসনা চহী খুদিংগী ৱাত্তনবা মহৈ মবোং, চীঞ্জাক মবাঙ কাযনা গ্রীকশিংদা পীবদগীবা? সেবেসনা চানবীবা হাযবসি গ্রীসকীদি পোইনুদা ওইগদৌবিবনি। কবিগুম্বা সেবেসনা শাউববদি কুম কাংবা থোক্তুনা গ্রীক পুন্নমক ৱাগদবনি। অদুবু গ্রীক পুন্নমক্কী মাযথোঙদা নুংঙাইবগী মমি অমা তাবিবসি সেবেসনা শোযদনমক্কী চানবীবমগনি।

— "শবতচান্দ যৌবেহে।"

তামো টিকেননা তুংলোমদগী ঐগী লেংজুমদা পোপ লাউনা থাবকপদা জ্ঞান তাই। বস খামদুনা লৈবন্নে। ঐখোয পুন্নমক বস মনুংদগী মবী মবী কুমথবগা যুনিভর্সিটিগী কেম্পসতা চংলে। যুনিভর্সিটিগী সেন্ট্রেল হোলগী মপান্দা রেজিস্ট্রেসন কাউন্টর অমা লেবম্মী। ঐখোযগী পাসপোর্টশিংদু কাউন্টবদুদা লৈবম্বী নুপী অহুমদা খূৎশিন্নববা মতুংদা দেলিগেটকী নাইল আইদেন্টিটি কার্দ, মবী লৈনবা চে-চাং বলম্নচিংবা পীবকই। হেদ ফোন অমমমসু সেসন লোইববা মতুংদা অমুক পীবম্নবা হাযবকপগা লোযননা ঐখোযদা পীবকই। চাউববা সেন্ট্রেল হোলদু



হোল মনুংদা

যাম্না চীং লেম্মী। যাম্না মোদর্ন ওইবা মতমসিগী চপ চাবা ফেসিলিটি খুদিংমক ফংবা হোলনি। ঐখোয চং-শিন্দুনা ইশা ইশানা পাম্বা সিট খল্লগা ফম্নবে। সিটতুগী নাকন্দা মাইক্রোফোনসু অমমম যাওবম্মী।

পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লৈবাক কযাদগী লাকপা দেলিগেট ২০০ বোম্না শরুক যাবা কনফরেন্স অসিগী হৌদোকপগী থৌবম যাম্না চীং লেম্না হৌখি। গ্রীক পিস কমিতিগী

প্রসিদেন্ট ওইবতা নত্তনা ৱার্ল্ড পিস কাউন্সিলগী প্রসিদেন্ট ওফ ওনব ওইবিবা মিস্তব ইভানজেলস মহেবাস, গ্রীসকী মমিং চৎলবা এক্টব মিস্তব কজাকোস, ৱার্ল্ড পিস কাউন্সিলগী একজিকিউতিব সেক্রেটৰী ওইবিবা ফ্রান্স মচা লিজিযান অলজার্দ অমসুং মক ওইবা কাউন্সিলগী মীওই খবনা প্রসিদিযমদা লেঙশিন্দুনা দেলিগেটশিংগী অপুনবা খূবাক মখোলগা লোযননা থৌবম চখবা হৌখি। প্রসিদিযমদা লেঙশিল্লিবা মখোয খবনা হৌজিক পৃথিবীদা উংখৎনবা কযা লৈবিবা লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা যেংথিনবা হেনগৎলকলিবা, পৃথিবীদা শান্তি লৈবক্ত্রিবা কযাবু মচা খাযনা ঙাঙবা হৌবকখি। গ্লোবেলাইজেসন্না পুবকপা ফত্তবা ফল লোযননা যুনিপোলব ৱার্ল্ড ওইবকপা শুপ্নগী সুপব পাৱাব অমখক্তনা পৃথিবীবু কন্ট্রোল তৌনবা হোৎনবকপা, ৱার্ল্ড বেঙ্ক, ৱালর্দ ট্রেদ ওবগনাইজেসন কয়াবু লৈবাক অমগী ইন্টবেষ্টতা থবক তৌবকপা, ইনাকখুনবনা হেন্না খুনগৎলকপা, লাযববনা খম থেংনা ৱাবকপা, য়ূএনগী সেক্যুবিটি কাউন্সিলগী অযাবা যাওদনা লৈবাক কযাদা অনদিক্রিযাব বাব অমা চখবকপা কযাগী মতাঙদা ঙাঙনবকখি।


হোল মনুংদা

ইমপবিয়েলিজমগী মাযোক্তা থেংন নবগীদমক ৱার্ল্ড পিস কাউন্সিলনা লেপলি হায়বদুসু মেম্বরশিংনা ফোঙদোকখি। মখোযনা মাগী মাগী মৰোন্দা মকওইনা গ্রীক, ফ্রেঞ্চ, জাপানিজ স্পেনিস, ইংলিস, জবমন, ইটালিযান, পর্টুগিজ, কসিয়াননচিংবা লোন্দা ৱা ঙাঙনববসু শকক যাবিবা ঐখোযদা কবিমত্তা অবাবা পীখিদে। ঐখোযদা পীবিবা হেদ ফোন অদু শীজিন্নবা মতমদা খঙবা ঙমখি মখোয়না ঙাঙলিবশিংদ। চেনেল ২০ লৈবদুদগী অপাম্বা অমদা নম্বদা তোঙান তোঙানবা লোলশিংদা তাবা ফংখি। ইন্টবপ্রিটবশিংনা খূদক্তা অর্থ হন্দোক্তুনা ঐখোযদা তাহনবনি। শকক যাবিবা দেলিগেটশিংনা মানা মানা খঙবা লোলশিং অদুগী চেনেলশিংদু নম্নগা তৃমিন তৃমিন তানবি ঙাঙর্নবিবা হাযনবিবা পুন্নমক। প্রোগ্রাম কন্দক তৌবিবা মীওই অদুনা গ্রীক লোলদা কন্দক তৌবদগী কবি হাযবিবনো হাযবদু খঙদ্রবসু চেনেল ৱান্দা নম্বদা মহাক্না ঙাঙলিবা পুন্নমক ইংলিসতা ওইনা খূদক্তা হন্দোবকই। ইন্টবপ্রিটবশিংগী হৈ শিংবা অঙকপনি। কুইদে খূদক্তনি ঐখোযদা খঙহল্লিবদু। অয়াম্বনা ইংলিসতা ঙাঙনদে। মক ওইনা গ্রীকতা, স্পেনিসতা। অদুবু লোলগী অৱাবা অমত্তা

লৈহন্দ্রবনিনা চপ মান্নবা খুবাক মখোল তাবা ফংলে। পুন্নমকসে উরুবগা তাকবগা য়ুএনগী মীফম্নচিংবদা চখবিবা থৌবমশিংদু নীংশিংহল্লি। চাওখৎপা হাযবসিদি লোইবা খম্বা নাইদে। চাওখৎপগী মতৌ তম্বদসু ইকাযনিংঙাই লৈতে। মণিপুরদদি কবম্বা মতমদা মসিগী থাক অসি যৌবক্লগবা।

কাউন্সিলনা শীন্দুনা পাঙথোক্লিবা হৌদোকপগী থৌবম অমসুং এসেমব্লী অসিগী মপুং ওইবা আপিলদি শান্তি পাম্বা মীওই খুদিংমক পূনশিন্দুনা অপূনবা শক্তি অমা শাগত্তুনা পৃথিবীদা শান্তি পুবকপনি। ব্রাফম অসিদা শরুক যাবিবা লৈবাক কযাগী দেলিগেটশিংনা অযাবা পীবগা লোযননা থৌবম অসি লোইশিনখি। ঙসিদগী শকখঙনববা দেলিগেট পুন্নমক সেন্ট্রেল হোলদগী নোক্লদুনা হবাওবা ফোঙদোক্লবদুনা থোক্লবকপদু চাউববা পৃথিবী অসি অপীকপা যুম অমগুম উবকখি। সেন্ট্রেল হোল অসিদা তিল্লিবা পুন্নমক পৃথিবীগী কাচিন কোযাগী মীওই শুবে। ধৰ্ম্ম তিন্নদবা কুচুমান্নদবা লোল তিন্নদবা পুন্নমক অমত্তা ওইনা যুম অমদা পুল্লবে। পান্টেও যুনিভর্সিটিগী হোল অসিমক পৃথিবী অমগুম উবকখি। সোলব সিস্তেমদা লৈবিবা গ্রীক্কী বাহে প্লানেটেস হাযবদি কোযনা চৎপা হাযবসিদগী ওইখিবা প্লানেটশিংগী মনুংদা পৃথিবী অসিসু অমনি। গ্রীক্কী লাইবেম্বা লাইবেম্বীশিংগী মমিং লৌবগা থোনখিবা মারক্যুরি, ভেনস, মার্স, জুপিটর, সেটর্ন, যুরেনস, নেপচুন প্লুটোনচিংবা প্লানেটশিং অসিদগী লাকপা দেলিগেটশিংদি নত্তে ঙসিগী ৱাল্ড পিস কনফরেন্স অসিদা যাওরিবশিং। মখোয় পুন্নমক শান্তি লৈবক্তৃবা প্লানেট আর্থ অসিদা খুন্দাবিবা মীওইবা ঙাক্তনি। আর্থ অসিদা লৈবিবা লৈবাক কযাগী জাতি পুন্নমক্কী মহুৎ শিন্দুনা জ্ঞান অমসুং লৌশিংগী লাইবেম্বী এথেনাগী তম্পাক্তা ঙসিদি অমত্তা ওইনা পুল্লবিবনি। খ্বাইদগী পুক্লিং নুংশিবা অমসুং নুংঙাইবগী ঈথক্লসু থম্মোয খুদিং পাববা মীকুপনি। মীকুপ অসিনি সমুদ্রগী লাইবেম্বা নেপচুন্না মথানুংদা নুংশিনা কোন্দুনা থমখিবা। যুরোপকী লৈমাযদগী সমুদ্র তম্না শন্দোকখ্রিবা হেলেনিক রিপব্লিককী তম্পাক্তা থোকপা খ্বাইদগী নুংশিনিংঙাই ওইবা কাউঙমদ্রবা থৌদোক অমরু কবিগীদমক নেপচুন্না মথানুংদা কোন্দুনা থম্লোইদৌবিবনো?


মণিপুরগী দেলিগেট খরা

ঐখোয়দা পীবকপা হেদ ফোনশিংদু পীথোক্লম্লগা ঐগী ঐগী পাসপোর্টশিংদু পাযবগা থোক্লবকপদা শরুক যাবা লাক্লিবা দেলিগেটশিং হবাও হবাওনা কৌনবা

হৌবে। অমগা অমগা শকখঙনবা হৌবে। ঐগী খ্বাইদগী নুংঙাইজখিবদি ঐগীসু অনৌবা মরূপ খবা পৃথিবীগী মফম খবদা লৈবে হায়বসিদনি। নৌনা শকখঙনরবা মরূপশিং ফোটো নমমিন্নবে। ঐখোযবু ইন্দিযাননি হায়বদা কনামত্তনা থাজবীদবে। কম্ত্রিসাইদতা লৈবা ববমাগা তাইনবা মফমদগীনি মোঙ্গোলোইদ গ্রুপনি হাযবসিনা ঐখোযগী শক্তাকফম ওইবে। ঐখোযনাপুবকপা 'ইন্ট্রদক্সন টু মণিপুর' গী কোপীশিংনা শক্তাকপদসু হেন্না খৃৎলোযবে। ঐখোযগী মবক্তা যাওবিবী মিস্ট্রেস গাংতেনা মৈতৈ নুপীগী মযেক নাইবা ফনেক শেৎপদুনসু হেন্না মীৎযেং চিংশিনফম ওইখি। নুমিদাংবাইবম ওইবক্লে। ঘড়ীদা যেংবদা পূং ৮ মুক তাবক্লে। তাবমদাই কোবৌগী কোবী মচু চঙবা পূক্লিং নুংওন্নববা মচুদুনা এথেন্সকী মাযথোঙদা শঙজিনবীববে। হান্না ফজবগী মথক্তা হেন্না ফজহল্লে। ঙসিগী থৌবম লোইবদুনা ঐখোযসু ঐখোযনা লৈবিবা হোটেলদুদা চৎননবা হান্ননা ঐখোযবু ঙাইদুনা লৈবিবা বসতুগী মনাক্তা ঐখোয চঙশিল্লে। বস হেক কাখৎপগা নুমিদাংগী অমম্ববু মাযথীবা পীবদুনা হবা ওনা নোক্লিবা এথেন্সকী মৈঙান্দা ঐখোযবু পুদুনা লাক্লে বসতুনা। হোটেল স্তানলি হেক যৌবগা ঐখোযগী নুমিদাংগী দিন্নব কমদৌবা হাযবসিদা ঐখোয ১১ মক কোক চুংশিন্নবে। খবনা চাইনিজগী হোটেল থিবগা চাক ফংব্রা যেংলুগনি হাযদুনা চৎনখ্রে। খবা অমনা অচাপোং খনা চাবগা ঙসিগী অহীং অসি লেল্লগনি হাযদুনা মাগী মাগী কাদা চঙনখ্রে। ঐসু চেঙপাক তীং থোক্লগা লফোইগা চাবগা ঙসিগী অহীং অসি লেল্লগে হাযদুনা কাদা চঙলে।

চাক্কী মহুৎ চেঙপাক তীংথোক্লগা চাবদসু চাক চাবা মখল অমনি। মীওইশিংদি ঐখোইনা লংফৈ চৎপদা মসি শাঁজিন্নৈ হাযবসি অঙাং ওইরিঙৈদগী তাদুনা লাকখি। ঐসু লংফৈ চৎপা মখল অমনিনা ঙসি চেঙপাক চাদুনা লেনবদা কনি কাযবগেম্বা মখল অসিদা চাক লাম্বগী ঈথৌলাংবদুদি মাঙহনখ্রে। যমুংদা হীপা তাপা ঙসিগী চৌদোকপগা থৌনমদু যাম্না চাংলেম্না চংখিবদ নীংশিংলকই। থৌনম অদুবু কোঙব চৌবা লানখিবা প্রেসকী মীওইশিং, টিভিগী, রেদিওগী, অতৈ অতৈ মেদিযাগী লাক্লিবা মীওই পুক্নিং স্মার্ট লোইনা ওই। মক ওইনা নুপীশিং অদু মমীৎ মনা যাম্না শিংই। মণিপুরদসু নখোযগুম্বা নুপী কযা থোবকপগী তঙাইফদবা চাওনা লৈবে। বি বি সি দা সি এন এন দা ঐখোযনা উবিবা নুপী জবনেলিষ্টশিং ইন্টরভিউবশিং অঙকপনি। অঙকপা মখলগী হেলদি কম্পিতিসননি। ঈবাংনা থল্লবা মণিপুরদা কবি থৌদোক থোক্লমগদগে হাযবসি তত্তনা খঙনিংখি। বি বি সি দা সি এন এন গী চেনেলদা তোযনা যেংখি ইমাঙদা লৈবিবা টিভিদুদা।

থোঙ কোক কোক থীন্দুনা ঐবু কৌবকপদুদা কনা ওইববনো হাযদুনা থোঙ হাং-দোক্লবদা ঐজ্ঞা হবিদাস ওইবম্মী। মহাক্তি ডাঃ নবখোযগা লোযননা চাইনিজগী রেস্তোরেন্ট থিবা চৎখিবনি। ঐখোয়না লৈবিবা হোটেল অসিদগী পঙলাপ লাপ্তনা কিলোমিটর অনীবোম চৎলগা চাইনিজগী রেস্তোরেন্ট অমা ফংদুনা চাক চাবকলে হাযদুনা ঐঙোন্দা পাউ তম্মি।

চাক পল্লকপদুদা ঐহাক চাক খংলাম লাল্লকপগুম তৌখি। অদুবু থেঙলবা মতমসিদা কবিদি তৌকনি? ঈশিং খবা থকচিল্লগা তূম্বা যানবা হোৎনবা নত্তনা ঐগী অতৈ উপায লৈখিদে। ঈশিং গ্লাস অনী পেন্না থকচিল্লগা ফমুংদা চঙলে। টি ভিদু মুখৎলল্লগা ঐজ্ঞাসু মাগী ফমুংদা চঙখ্রে। তূন্নিংবদি ফাওদ্রিমাল্লে ঐজ্ঞাদু। লক্লবকই - "গ্রীসকী অনৌ অনৌবা মযামসে উবদা নঙদি কবি খল্লিবা?"

— "কবিসু খন্দেদা। যুমবু লাইনিং ওইবা হোম সিক ওইবা ঐখোযসিদি যুমদগী হেন্না কবিমত্তবু উদ্রেদা ঐজ্ঞা।"

— "থাজদেদা।"

— "অশেংবনে। ইচানুপীদু নীংশিংলকই। ঙবাংসু মঙদা উবম্মী।"

— "ঐদি যুমদবু হন্নিংদ্রেনে । ফজদ্রনে মফমসে। যেংবগী পেনবা নাইদে। শান্তি লৈ। ঈবাং লৈতে। নঙবু, লম্বীদা ওলিব গ্রিন নৎত্রগা খাগি মচু শেৎপা নোংমৈ পাযবা সিফাই উব্রনে ? দুকানসু নুমিদাং থেঙলফাওবদা থোঙ হাংই। ঐখোযগী মণিপুবগা যান্না খেন্নদ্রনে?"

— "অদুগীবুদি চুম্মি ঐজ্ঞা। শান্তি ওইবা ইংবগী হাযকববদি যান্না খৈন্নে। ইম্ফালদদি সিফাইগী সিফাই ঙাক্তা। মণিপুবগী মী ১০/১০ দা সিফাই অমমম থুংনবমগদবা মাল্লি। খবব ফংঙে হেক পাবগা অমা শিবেগা অমা ফাখ্রেগা অমা হাৎলমলেগা ইজ্জৎ মাঙহল্লমলেগা অসি ঙাক্তা। মফমসিদদি সিফাইসু অমত্তা উদে। অদুবু ঐজ্ঞা মীগী মীবমসিদদি লৈনিংই হাযদুনা লৈবদি যাবোইদো। ঈবাংদা হৈনববা, সিজন তৌববা মণিপুবদা অদুম হনবা তাবনিনে। খঙদে ঐজ্ঞা ঐখোযগী মণিপুবগী ঈবাংসিনা কবম্বা মতমদা লোইখিদোইনো? কবম্বা মতমদা শান্তি লাক্কদোইনো?"

— "ঙাইবা হাযবদু তাবেদনা। নঙসু উবেদনা মখোযগী দুকান পুন্নমক মিংশেলনা লোইনা খাজিন্দুনা থম্মি। থোঙ পুন্নমকসু লোনশিন্নদে। ইম্ফালদগা ওইববদি নোংঙানবগা পোৎ অমত্তবু লৈবল্লোই। কযাদা থম্মোয শেংনবিবা মখোযগীদি? মখোযগী মতৌসিদি ঐখোযনা তমজনিংঙাই ঙাক্তনি।"

— "অদুনবু পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী সিবিলাইজ ওইবা লৈবাক অমনি হাযনা শীংথানবিদনা। মখোযগী ৱাবীসিদি শাবগী লোইবা খম্বা নাইৱোই। শীংথাবগী লোইবা নাইৱোই ঐজ্ঞা।"

— "অদুগা শবতচান্দ, ঐখোযগীদি নোংমা নোংমগী ফিভম শোকচিল্লকপদৌনা তৌই।"

যান্না নৈনখি অহীং চুপ্পা ঐজ্ঞা ইবানী। চহী লীশিং অনী হেনবগী মশাগী ইতিহাস লৈজবক্লবা মণিপুবগী ৱাবী কযা মথং মথং চিংথোক্তুনা নৈনখি। অদুবু অহীংগী অচীকপনা তপ্পা তপ্পা লাঙ্গোয চনশিল্লকপদগী ইবানীসু অচীকপদা তিনখি।

# মরি

অযুক্কী ফজবদি কবিগা চাংদম্নবনি ? নুমিৎকী লাইবেম্বা এপোলোনা চাইথবকপা মঙালদা মৌ অনৌবীগা চপ মান্নখ্রে এথেন্স। নুংশিবা মতৌমসু উবক্রে। খ্বাইদগী শুমহৎপা ঈশৈসু তাবক্রে। বাংল ব্বাংলবা হোটেলশিংগী মীহুৎথোঙশিং মথং মথং হাংদোক্লবক্রে। নোংঙাল্লকপগী লাইবেম্বী ওবোবানা পূমশুম শুমহত্তুনা ঐখোযগী মীৎফম হোংহনখিদ্রে। অঙকপনি এথেন্স। যেংলু খুদিং ফজবগী ফজবা ঙাক্তা। কব্বম্ননো নঙবু কাউবা ঙমগদৌবিবা? অদুনবা নঙনা তত্তনা হাযখিবদো— "নীংশিংবা হাযবসি কৈদৌনুংদা মুৎপা নাইববোই।" চুম্মি নীংশিংদুনতা লৈবগদবা ঙাক্তনি। ঐগী ব্বাহৈনা ফোঙদোকপদা ব্বাবগদবা ঙাক্তনি। হংদবসু নত্তে ইথত্তা— "কবিগীনো গ্রীস নঙনা অসুক যাম্না ফজবম্লিবসিনা ? কবিগীনো অউবা ঐখোযবু অসুক যাম্না ঙাওহম্লিবসিনা ? চহী খবগী মমাঙদদি য়াম্না মোৎলম্মী হাযনৈ। হব্বা নুংশিং যাম্না শেংদবা মৈখু চেনবা য়াম্না পোল্লুতেদ ওইবা মফম অমা ওইবম্বদু জ্ঞান তাবা লৈবাক মচা তাবা লৈবাক্কীদমক খনবা গ্রীকশিংনা খূদক্তা অশেংবা মফম অমা ওস্থোকখি হাযনৈ। অদুনবা অমুবা মৈখু, অমোৎপা হব্বা নুংশিং অমঙবা উফুল মপৈ অমত্তা নঙগী অতিযাদা উদ্রিবসি ?"

ঙসিদগী প্লেনাবী সেসন অমসুং ব্বার্কশোপ হৌগদৌববনি। ঙবাং হৌদোকপগী থৌবম

মায পাক্লা লোইশিনখ্রবা মতুংদা ঙসিদগী লৈবাক কযাগী মবমদা খন্নবা হৌবগনি। খোঙচৎসিগী মক ওইবসু মসিনি। মসিগীদমক লাঙতক্লবম্বা পূম্বা ঙসিদগী তপ্না তপ্না কোকপা হৌবক্লগনি। পুন্সিদা খ্বাইদগী ব্রাবসি ঙাইবনি। ঙাইবগী অব্রাবসু লৈ। নুংঙাইবসু লৈ। নুংদা ঙাইদুনা লৈবদুনি নুংঙাইবা হাযবিবসি। ঙাইবসিনা হেক হৌখিবদা নুংঙাইবসু মাঙখি। লোইখি। অদুবু নুংঙাইনা লৈনিংখি। নুংঙাইবসি হৌহন্নিংখিদে। কবম্নদি থিংলুগনি? হৌখিবা তাবনি পূম্নমক। অদুবু এথেন্সতদি পূম্নমক মূৎপা নাইদবা পোৎশক অমগুম লৈহৌবগনি । অদুনা ঐগী থম্মোযদা লৈবিবা নুংঙাইবা অসিদি থক মূৎপা নাইববোই। মসিনি ঐগী নুংঙাইবা। এথেন্সতা লাকপগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা। নুংশিবী গ্রীসকা শকখঙনবগী খ্বাইদগী পেঞ্জবা।

অযুক্কী ব্রেকফাষ্ট লৌননবা বেস্তোবেন্টতা ঐজ্ঞা হবিদাসকা চঙমিন্নবে। ঙবাং শকখঙনখিবা লৈবাক কযাগী দেলিগেটশিং টেবল অমমমদা কোযশিন্নদুনা ব্রা ব্রা নোক্লগা চামিন্নদুনা লৈবম্বদু উই। যুবোপকী লৈবাকশিংদা চানবিবা চীঞ্জাকশিংদু হৈনববসু হৈনদ্রবসু আইতেম খবা লৌবগা ঐজ্ঞা ইবানী কাচিন অমদা চঙশিল্লগা ফম্লে। ইবানী নোক্ল নোক্লদুনা পূক থন্ননবা চাবা যাবা চাশিল্লে। ঈশিংগা শঙ্গোমগা খোইহীগদি খবা যাম্না থকচিন চাশিনহৌবা ফৈকো হাযদুনা ইবানী ফাগি তৌনদুনা নোকমিন্নবিঙে তাঞ্জাদুমক্তদা মশা পাবপ তৌবী, মশম তেন্না ককপী কুচু ঙৌবী নুপী অমখক ইবানীনা ফল্লিবা অদুগী মনাক্তা হাঙনা লৈবিবা চৌক্রিদুদা ফমথবৈ। ইবানী নোকপা খংলেপ লেপ্লি। মহাক্তি নোকফেৎ তৌবি। খোযবপ তৌবা শন্নাংশিংদু ঈশিংদা ইতূমলুবগী কংননবা দ্রাইয়বনা হুমবিখিবদগী ইচায চাযনা তাবি। ইতৎ তক্তনা মখূৎ ওযদুনা হেক হেক হুগৎলি। ঙাইহাক ব্রা অমক্তা ঙাঙনদে। থংনবগী টেবলশিংদা ব্রেকফাষ্ট চাবগী চামচনা ফোর্কনা প্লেটতা থেংবগী কেং লাউবা খোঞ্জেলদু নক্তনা কবিমক্তা তাবা ফংখিদে। মদুসু মখোল থোকপসি ইকাযনবিবনি। মবম অসিনা কন্নামক্তা মখোল থোকহন্নদে। অদুবু যামখ্রবা মীযামদুগী মবক্তা খবা যাওবক্লিবদু মখোযগী চৎনবী খঙদবা শোযদনা ওইবমগনি। ঐমকফাওবা মখোল থোকহন্দনবা হোৎনবদা ওম্থোক্লা ব্রায।

নোকফেৎ তৌবা মীনোক্তুগা লোযননা মহাক্লা হংলকই

— "কবি লমদগী লাকপনো?"

— "ইন্দিযাদগী।" ঐনা খুম্মি। মহাক থাজদনা ঙক্লা য়েংদুনা লৈ। ঐখোযনা ইন্দিযাদগী হাযবগা হেক হেক থাজদবগী মতৌ অসি থেঙখাং কযাবক থেংনদুনা লাকখ্রে। মহাকসু শোইদনা ঙক্লমগনি। মহাক্কী মতৌদুদা ঐহাক্লা চপ চানা থাজবা অদু পীননবা যাম্না মযেক শেংনা হাযখি— "ইন্দিযাগী অব্রাং নোংপোক থংবা খ্বাইদগী মতাইদা লৈবা ভাবতকী স্তেত অমা ওইবিবা মণিপুব হাযবা মফমদুদগীনি। ঐখোয় অসি মোঙ্গলোইদ হাযবা মী কাঙলুপ অদুগী মনুংচনবা কাঙবুনি। ম্যানমাব, চিনা, থাইলেন্দনচিংবা লৈবাকশিংগী মীগসু

শকচু মান্নবা কাঙবুনি।" মহাক য়ানিংবগুম তৌই। মঙক নোমই। মহাকপুসু করি লমদগী লাকপনো হায়বসি খঙনিংখি। মরম অদুনা ঐনা হংখি — "অদোমদি করি লমদগীনো?"

— "অর্জেন্টিনা।"

— "মিংদি?"

— "পেট্রিসিয়া সুসানা কসকো। অদোমগীদি?"

— "শরতচান্দ থিয়াম। মহাক্কীনা হরিদাস শর্ম্মা।"

— "ঙসিদি ঐখোয় শান্তিবু পামজবশিং পূন্না মফমসিদা উনররে। মসিসু ঐখোয়গী পূন্সিদা কাউঙম্লরোইদবা অমনি।"

পৃথিবীগী চাওখৎলবা লৈবাক অর্জেন্টিনাদা ঐগী মরূপ অমা ফংলে খঞ্জদুনা ঐহাক নুংঙাইবা অমসু পোকখি। পেট্রিসিয়াগা ৱারী য়াম্না শাননিংখি অদুবু কনফরেন্সকীদমক ঐখোয়বু বসনা লৌবা লাকপগী মতম ওইশিল্লক্লবা মরম্না ঐখোয় কোন্না ৱারী শানরসি হায়বগা বেস্তোরেন্টতগী থোরক্লে। ঐখোয়না লৈরিবা কা অদুদা ঐজ্ঞা ইবানী অমুক চঙলক্লুনা অনৌবা ফিরোল হোংদোক্লগা গ্রাউন্দ ফ্লোরদা কুমথরক্লুনা বস ঙাইরম্মী ময়াম পূন্না চৎমিন্ননবা। মখাদা অতোপ্পা দেলিগেটশিংসু বস ঙাইদুনা পূল্লপ লৈরম্মী। বস লাকপ্রা য়েংলিঙৈ তাঞ্জাদুদা পেট্রিসিয়াসু অতোপ্পা মীয়ায় চল্লবা নুপা অনীগা পূন্না লিফতগী থোরকপদু উই। মখোয় অহুম শোয়দনমক্কী অর্জেন্টিনাগী কাঙবু ওইবমগনি। ঐখোয়না হান্না লৈরম্বদু উরগা পেট্রিসিয়াদু হায়রপ নোকশিল্লকই। ঐসু হাইফেৎ নোক্লুনা মাগী মীনোক্কী পাউখুম পীখি।

বস থুংলরে। ঐখোয় পূন্নমক মথং মথং কাখৎনরে। এথেন্সপু শকখঙনিংবগী অপাম্বা কোক্লিবা ঐহাক্কীদি থোঙনাও ময়াদা ফম্বা হায়বসি তঙাইফদবনি। বসকী ময়ায় ওইরপ্পা ওয়রোমথংবা মায়কৈদা লৈরিবা থোঙনাও মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফম্লে। মানা মানা পাম্বা সিটশিংদা চঙদুনা ফম্নখ্রবা তুংদা ইকোন কোন্না মীতৈ মানবা অহল ওইরপ তৌরবা চিরাই হাইরপ তাঙলবা নুপা অমা ইনাক্তা ফম্লে। স্বাই লাউই। মীতৈলোল ঙাঙলক্কদৌবোই হেক খনখি। নহানৱাই ইম্ফাল গুৱাহাটিগী বস তোংবদা মীতৈ অহল অমগা হেক থংননা ফম্বা য়াওখিবদু নীংশিংলকই। ঐসু মীতৈলোন্না হেক হংনিংখি— "করি লম য়ৌবীদোইনো তাদবো?" মাসু খুম্লক্কদবা হেক মাল্লুই— "কোহিমা ফাওবদনি।" মহাক ৱা ঙাঙদে। মহাক্না য়াল্লকপা খাউ অদু মফৈগন্দা থম্লগা তুমিন লৈ। ঐসু খাউ অমা পুরকপদু মহাক্কী মতৌগুম ফৈগন মথক্তা থম্লগা মাগী মতৌদু য়েংলগা তুমিন লৈখি। করিগুম্বা খরদি হায়নিংবনি। বস হেক থৌবগা হায়বগে খন্দুনা ইম্ফালদা লৈহৌবা ঐগা তিন্নবা অহল লমনশিংদুগা মশক মান্নবা কনা য়াওবগে হায়দুনা মাগী মায়থোঙদুদা লোন্না লোন্না য়েংবনা ঐগী অরোনবা ইথৌ ওইখি। কনামত্তগা মান্নবা য়াওদে। অদুবু মহাক মীতৈ অমগী শকফমদগী নাম্থোকপদি ইয়া য়াদ্রে। ঐগী মীত্তা মীতৈ অহল অমা ওইনা অসুম উদুনা লৈখি।

বস থৌবা হৌরে। নাল্লবা এথেক্সকী লম্বীদুদা বসতুনা নোমহৌ নোমহৌ চৎপদু ঐখোয় বস তোংলে হায়বা কাউই। উফুল থাংদ্রবা মৈখুগী মশক উদ্রবা শাংলে শাংলবা লম্বীশিংবু ট্রাফিক্কী লাইট সিগনেলশিংনা নীংথিনা কন্ট্রোল তৌরি। কনামত্তনা হেক্কিন্নদে। মীথসিদা উরিবা ইঞ্জিন পানবা গাড়ীদি ওম্থোক্লা য়ামখ্রে। মখোয়সিবু গ্রীসনা করম্না য়োক্রিবা? অচৌ অচৌবা দুকান কয়াদা য়োল্লিবা ফজ ফজরবা অনৌ অনৌবা তেকনোলোজিগী মমি তারবা কারশিংদু উবদা অঙকপা পোকই। বস থৌরবনিনা ৱারী শাবা হৌদোক্লুগে থন্না হৌদোক্লুই মীতৈ মানবা অহন্দুদা— "ইয়াম্বা, করি লমদগী ওইবীরবনো?"

— "ভিয়েটনামদগীনি।" নোকফেৎ তৌনা মমায় অদু ঐঙোন্দা লৈশিল্লকই। ভিয়েটনাম পাল্লকপদা অঙাং ওইরিঙৈদা ঐনা তাখিবা ভিয়েটনামগা অমেরিকাগা লান শোক্লখিবগী ৱারীদু নীংশিংলকই। মহাক লান অদুদা হিংহৌবা অমরা? লানগী ৱারীদা য়াম্না কিখিবনি অঙাং ওইরিঙৈদা ঐহাক। লান অদুসু অকিবগী মশক্কি হায়নখি। মরাল লৈতবা নুপী কয়া হাৎখিবা খুল কয়া তুম্না মৈ থাখিবা বোম তোপকী মৈখুনা ভিয়েটনামগী অতিয়া কূপখিবা, মীরোল তাদ্রিবা অঙাংশিংনা মমা মপা কাযনবগী কপখিবা, খোমজিন্দগী হেন্না উম্বা ফংজদ্রিবা অঙাংশিংগী মচীন্দা নোংমৈ মতোন চূপহনখিবগী কির-কিরবা ৱারী কয়ানি ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা তাখিবদু। থৌনা ফনা মবৈবাক্কীদমক লাম্থেংনখিবা ভিয়েটনামিজশিংবু ঙসি পৃথিবীগী লৈবাক কয়ানা থাগৎনরি। অসিগুম্বা মরৈবাক নীংবা অথৌবা কয়ানা পীক থন্না লৈবা ভিয়েটনামগী অহল অমগা পূন্না ফম্মিন্নবা ফংবসিদা ঐহাক শাথিনা নুংঙাইখি। মসিমসু ঐগীদি কাউওম্নরোইদবা থৌদোক অমা ওইদুনা লৈহৌরগনি।

— "ইবুঙোদি করি লমদগীনো?"

— "ইয়াম্বা, ঐহাকতি ভারতকী কন্সিসাইদতা লৈবা মণিপুর কৌবা চহী ২০০০ হেন্না নীংতম্না নিংথৌপানবা লৈবাক অমা ওইনা লৈরকপা, মশাগী ইতিহাস, লোল, ময়েক, সাহিত্য শুনা লৈবা ম্যানমারগা লোম্ননা লৈবা স্তেত অদুদগীনি। মণিপুরনা ১৯৪৯ দা ভারত্তা তিনখিবদগী হৌজিক্কি ভারতকী স্তেত অমা ওইনা হৌজিক ফাওবা লৈরি।"

ইন্দিয়াননি হায়রগা তূমিন্না তোকখ্রবদি মখা তানা মথং মথং হংলকপা হায়বসি শোয়দ্রবনি হায়বসি খঙবদগী মহাক্লা মখা তাদ্রিঙৈদা ঐগী লৈফমগী মতাঙদা লোইনা হায়দোকপদগী মহাক মঙক নোম্লগা লৈ। শক চু মান্নবা সাউথ ইষ্ট এসিয়াদা লৈমিন্নরিবা মীওই কাঙলুপ ওইমিন্নরুবদুনরা খঙদে খংনুং নুংশিনবগুম তৌরকই। থম্মোয়গী নুংশি মরী অমনা চেৎনা পুনবগুম তৌখি। মখা তানা ঐনা হংখি।— "ইয়াম্বগী মিংদি?"

— "ঙুয়েন ভান হিন। ভিয়েটনাম পিস কমিতিগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইরি।"

— "ভিয়েটনামদগীদি কনা কনা?"

— "ইতোমতনি। কমিতিগী মীহুৎ অমা ওইনা ইতোমতা লাকপনি। ইবুঙোখোয়গীদি

কনা কনা লাকই?"

— "মণিপুরদগী ঐখোয় পুন্না ১১ লাকই। ওল ইন্দিয়া পিস এন্দ সোলিদরিটি ওরগনাইজেসন মণিপুর স্তেত কাউন্সিল গী মহুৎ শিন্দুনা লাকপনি। ঐখোয় ১১ মক তোঙান তোঙানবা শিনফমদা লৈনবা ঙাক্তনি। অদুবু পিস এক্তিবিস্ত ঙাক্তনি। ঐদি জরনেলিষ্ট পোইন্ট অমা ওইনা কনফরেন্স অসিদা শরুক য়াবা লাকপনি। ঐগী ইমিংনা শরতচান্দ থিয়াম।"

— "অদুদি কলম অমসুং নোংমৈ?"

— "মদুগী অর্থদি ইয়াম্বা?"

ঙাইহাক তুমিন লৈ। ৱাহংগী পাউখুম পীরক্তে। পিগী ঈরা চেনবগুম তৌই। মহাক্কী পূক্নিং নুংশিরবা মতৌদুদা ঐহাক্কা ঙাইরিবা পাউখুম অদু তকশিল্লুদে। মহাক্কী চীনবান কাঙথোরকপা ঙাইদুনা লৈখি। লেপ্তুনা চৎলিবা বসসু য়ৌহন্নিংখিদে এথেন্স য়ুনিভর্সিটিদা। ত্রাফিক জাম ওইবিমখৈ ঐঙোন্দা নুংঙাইবা ফাওখি। মপূক্নিং ফাথরগা শাংলবা ৱারী অমা লীথরকখি — "চহী খুদিংগী পৃথিবীগী মফম কয়াদা চত্থরিবা লান্দা জরনেলিষ্ট কয়া শিরি। মক ওইনা লান হায়বসিদদি য়াম্না খুদোংথিনিংঙাইনি। নঙসু খঙলমগনি জবনেলিষ্ট কয়ানা লান্দা শিবা মতমদা মশাদা নোট বুক, কেমেরা, তেপ বেকোর্দবনচিংবা শোয়দনা লোয়নরমগনি। অদুবু ভিয়েটনামদদি জরনেলিষ্ট অয়াম্বা শিবা মতমদা নোংমৈ লোয়নরমগনি। লান মনুংদদি ভিয়েটনামিজ জরনেলিষ্ট অমা ওইববদি লান্মী অমা ওইগদবনি। য়েক্লবনা লাঙ্গোয় চনশিনখ্রবা মফমদসু চঙদুনা মীয়ামগী সপোর্ট ফংননবা মখোযনা হোৎনগদবনি। নোংমৈ করম্না কাপকদগে হায়বসু তমগনি। লানফমদা চঙদুনা লাম্থেংনবসু য়াওগনি মখোয়। জবনেলিজমগী প্রোফেসন অসি কবিনো হায়বফাও খঙদবা নহারোল ময়াম য়ুনিভর্সিটিদগী কৌথোক্নুনা মরু ওইবা ট্রেনিং খরা পীবগা তোঙান তোঙানবা প্রেস এজেন্সিশিংদা থাজিনখিবসু কোঙ্গায়নি। নঙনা হেন্না খঙলিবদুনি লান হায়বসিমক্তবু অফবা অমদি নত্তে। হৌজিক্তি ঐখোয়গী জবনেলিষ্টশিং লানগী করেসপোন্দেন্ট ওইহনবা পামদ্রে। ঐখোয়গী ইরৈবাক্কী লাইবক্তা অমুক হন্না ঐখোয়বু কলম অমসুং নোংমৈ পুন্না পায়খৎনবগী নুমিৎ অদু লাক্লসনু হায়বসিনি ঐখোযনা নীংজবিবসি।"

শান্তি পামজবা মীওই কয়ানা খুন্দিন্নরবগী মরকসিদা ভিয়েটনামগী শান্তি পামজবা ভুয়েনগী ৱাহৈশিং মচীন য়াম্না তুম্বা থাঙদগীসু হেনখি ঐঙোন্দা। মখোয়না ৱারমগদবা মখোয়না থেংনরমগদবা পুন্নমক খল্লুবদা তু চুংই। চহী লীশাং শীৎনা নীং তন্না পাল্লকপা মণিপুরদসু থেংখাঙ কয়ারক মীনায় ওইখিবগী ৱারী ঐখোয়সু তাদবা নত্তে। লাইওইখ্রবা ইপা ইপুশিং করম্না খাঙলমগনি? করম্না য়েক্লবগা মায়োক্নরমগনি? লৈবাক নীংবা অথৌবা মপারী মমোম কয়ানা মণিপুরবু অৱাবা থেংখাঙ কয়াবক্তগী কন্দুনা লাকখিবনা মণিপুর মুৎখিবা লৈত্রি। চহী তরেৎ চুপ্পা অৱানা লাঙ্গোয় চনবীখিবা মতমদু হৌজিক ফাওবা চহী

তরেৎ খুত্তাকপা হায়দুনা খঙনরি। মসিদসু মণিপুর মুৎপা কৌবা লৈখিদে। নুমিৎ তাবা লৈতে হায়নখিবা বৃটিশকা চপ চানা মায়োক্লখিবা মণিপুরনি। পুম্নমকসিগী মথক্তা মণিপুরদি হি-য়াই কনবা লমদমনি হায়নরি। কন-থৌরবা কয়াসু মণিপুর হেক য়ৌবগা মতীক ময়াই পুম্নমক চমখিদুনা হন্তেফম ওইদুনা মরমদমদা হন্নখিবা ঙাক্তনি হায়নসু অহল লমনশিংনা হায়বীখি। অকন অথৌ পোকপী মণিপুরনা কৈদৌনুংদসু মুৎপা নাইদনা চহী লীশিং কয়া হিংদুনা লাক্লি হায়বসি ইতিহাসনা শাক্সিনি। মুৎথ্রগদবোই নীংলুই নাপী মকা অমদা ওইরবসু হেক্তমক য়াম্দুনা লৈরম্মী হায়নসু অশৈবশিংনা শৈথানরিবা লমদম্নি। মণিপুরনা ঙসি ফাওবা হিংদুনা লাক্লিবসি অথৌবা মপারী মমোম কয়ানা চেকশিন্না ঙাক শেল্লকপদগীনি হায়বসি খল্লুবদা ভুয়েনগী মমাঙদা ঐসু চাউথোকচবা অমদি পোকখি। ঐখোয়গী লিরবা ইতিহাস অমগী ৱারীসু মঙোন্দা চাউথোকচবা অমগা লোয়ননা লীখি। ভিয়েটনামগী অথৌবা মরৈবাক নীংবা কয়া লৈরিবা অদুগুম মণিপুরগীসু লৈ হায়বসিদনি ভুয়েনগী মমাঙদা চাউথোকচখিবসি। মণিপুরগী কবিশিংনা মণিপুরগী অথৌবশিংবু শৈথাদুনা ইবা শৈরেং কয়া লৈ হায়নসু ফোঙদোকখি। ঐনা শৈবেং পল্লকপদুদা মখোয়গীসু কবি কয়ানা লানগী এক্সপরিয়েন্সতা ইখিবা মশীং থীঙমদ্রবা শৈরেং কয়া লৈ হায়বকখি।

ভিয়েটনামগী লান্দা হকথেঙননা য়াওরুবশিংনা ইবকপা শৈরেং কয়া পাখ্রে। পুক্লিংদা থুক লাউবা, অকিবা পোকপা, কপ্লিংবা কযা থেংনখি। ভুযেন চি থিয়েন কৌবা জেলদা পুন্সিগী তাঙ্কক কয়াবক লেনখ্রবা হানোইদা পোক্লগা হায়ফোঙদা চাউখিবা অফাওবা কবি অসিগী *A Jungle Night, This Land's No Joy, The Model Children of the Regime, Travel with Grief— Goodbye to Joy* নচিংবা শৈরেং পারুবদা অকিবা পোকখি। শৈরেংশিং অসিদা ফোঙদোকলিবশিং অশেংবা ওইনা থোক্লমগদ্রা হায়না খনবা কয়াসু যাওখি। লান য়াওরুবশিংনা মখোয়গী এক্সপবিয়েন্সতা ফজনা ইথোরকপা শৈরেংদা মুব তৌহনবা ঙম্বা হায়বসিমকসু অচৌবা মগুণ অমনি। মসিমক ভিয়েটনামগী কবিশিংনা ইরকপা ফজ ফজরবা শৈরেংদা থেংনৈ হায়বদা ভুযেন হরাওজখি। ভিয়েটনামগী শৈরেং পাই হায়বদুদা হরাওবগা লোয়ননা ঐগী খুৎ শোক্লকখি। খুৎ শোক্লা শোক্লা মহাক্লা হায়রকখি— "ঐখোয়গীদি নখোয়না পাবীরে। নখোয়গীদি ঐখোয়না পাবা অমত্তা ফংদে। মসিদি করিগীনো?" মহাক্কী পাউখুম পীবদা লুনা থোকখি। ইনাক খুল্লে হায়রিবা ঐখোয়গী মণিপুরী সাহিত্যদি ট্রান্সলেসন তৌদুনা মরাঙ কায়না পুথোকপা ৱাৎপনিনা চীংলোন মাপল ৱাংমা লানবা ঙমদ্রি। মসিসু মণিপুরগী তম্পাক্তগী হেন্দোকপা ঙমদ্রি। পৃথিবীনা খঙবা লোলশিংদা ট্রান্সলেট তৌদুনা ফোঙলম্নবদি মহাক্কী ৱাহং অসি হংলমদবসু য়াই। অদুবু করি খুমগনি মঙোন্দা? লায়রবা স্তেত ওইবনিনা পব্লিসার মরাঙ কায়না লৈতবা, পব্লিসরসু রাইতরসু মশা মশানা ওইজবা, শেম্বোক মরাঙ কায়না লৈবা অইবা অমত্তা লৈতবা মরম্না

ফজ্র ফজবা ৱারেং শৈরেংগী মনুস্কৃপ কয়া লৈরবসু লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপা ৱাৎপনা মপান্দা ঐখোয়গী সাহিত্যসি ফজনা খঙহনবা ঙমদে হায়না খুমনিংদনা খুমখি মহাক্কী ৱাহংগী পাউখুম। ঐনা পুবা অনৌবা শৈরেং খরদি পীখি মঙোন্দা। মণিপুরবু শকখঙননবা 'ইন্ট্রদক্সন টু মণিপুর' কৌবা বুক লেট মচাদুমসু পীখি। মহাক্লসু ভিয়েটনাম এয়রলাইন্সনা ফোঙবা 'হেরিতেজ' কৌবা মেগাজিনগী কমপ্লিমেন্টরী কোপী অমা ঐঙোন্দা পীরকখি।

ঙসিদগী চহী লীশিং অনীগী মমাঙদগী চিনা অমসুং টিবেটতগী ফংখিবা মার্সিয়েল আর্টসনা য়ুমফম ওইরগা ভিয়েটনামিজ ফাইটরশিংনা মশাবু ঙাকথোকচনবগী আর্ট কয়া তম্নরকখিবগী ৱারীসু মহাক্না লীরকখি। চাইনিজ সাওলিন স্কুলদা য়ুম্ফম ওইরগা মসিদগী ইমৈ, ৱুদাং, কোন্দোং, সন্দোং, তাইচিনচিংবা মথং মথং শেমগৎলকখিবগী ৱারীনা ঐবু শুমহৎখি। পুক্লিংগী পাঙ্গল পীবা, মসলগী শক্তি হেনগৎহনবা, খূৎলাই পায়রগা শান্নবা, খূৎলাই য়াওদনা শান্নবা মখল কয়াগী আর্ট ফোর্মশিংসু ৱারী ওইনা লীরকখি। মখোয়গী অনৌ অনৌবা আর্ট ফোর্ম কয়া দিবলপ তৌরকপা অসিগুম মণিপুরগীসু যাম্না লিরবা থাঙ তাগী ৱারী কয়া লৈরি হায়না অৱাৎপা লৈত্রবা মণিপুরগী ৱারী কযা মঙোন্দসু লীখি। মীতৈ থাঙ তাগী তা খৌশাবোলগী তোঙান তোঙানবা ফোর্ম কয়া হৌজিকসু তেক্ত কায়দনা তগৎ তগৎ তেক্লা হিংলি হায়না মঙোন্দা চাউথোকচবা অমগা লোয়ননা তমখি। মণিপুরদা মার্সিয়েল আর্টসকী তোঙান তোঙানবা স্কুল কয়া লিংখত্তুনা হৌরক্লিবা নহারোলশিংদা আর্ট অসি তম্বীদুনা মালেম শীনবা থুংনা শন্দোক্লবা হোৎনবি হায়নসু ফোঙদোকখি। পৃথিবীগী মফম কয়াদা মণিপুরগী থাঙ তানা লেপ্তনা চঙশিল্লকলি হায়নসু ফোঙদোকখি। থাঙ হাইনবগী অঙক অঙকপা ৱারী কয়াদা মহাক ঙকখি।

ইবানীগী ৱারীদা কনামত্তা য়েংলুবা শংদ্রে। মখল কয়াগী ৱারীদা ইবানীনা চীকথনরিবা অদু বস মনুংদা তোংমিন্নরিবা দেলিগেটশিংনগা উরম্নবদি ঙক্লমগনি। ঙক ফাওবা হাইগৎনদবমখৈ ৱারীদা চীকথনরিবদু উবদা শাগৈ অমগী মচীন মনাও অনীনা ইমুং মনুংগী ৱারী শানবা ওইরমগনি হায়না খল্লম্বসু য়াওরমগনি। মহাকসু ঙাঙবদি লেপ্তে তুম্বক তুম্বক। ঐসু তানা তানা মহাক্কী ৱারীগা মবী লৈনবা খুদিং হেক হেক খুম্বদুদা ৱারীগী মপুং ফাখিবনি। মহাক্না অমুক হৌদোরকই— "ঙসি মেগী তাং ১১ অসি থান খুৱোং ভিলেজদা জৌ পেগোদা ফেস্তিবেল পাঙথোক্লমগনি। বুধিষ্টকী মমা মান নুৱোং হায়বদি ভিয়েটনামিজগী মমাবু ঈরাৎ পূজা তৌবা নুমিৎনি ঙসি। মচানুপী মরি হায়বদি লৈচিল, নোং, অখাক-অরাও অমসুং নোংথাঙবু পোকপী মান নুৱোংবু ঈরাৎপা নুমিৎ অসিদা মীয়াম্না মখূত্তা চৈ পায়দুনা, নোংশাগী মাক্স উপ্তুনা, ড্রম থিন্দুনা লম্বী সোরোক্তা চৎলমগনি। নুমিৎসিদা রেস্টলিংসু পাঙথোক্লমগনি। মসিসু নুংঙাইবা ফেস্তিবেল অমনি। অতোপ্পা ঐখোয়গী খাইদগী চাউবা ভিয়েটনামগী মফমখুদিংদা পাঙথোকপা ফেস্তিবেলদি লাক্লিবা জুনগী ৬ তা পাঙথোক্কদৌরিবা

দোৱান ঙো টেৎ হায়বসিনি। নুমিৎসিদা মরু ওইনা ভিয়েটনামগী মীয়াম্না তমথিরবা ভুট প্রেটশিংদগী ঙাকথোক্লনবা হোৎনজবনি। নুমিৎসিদা চেঙদগী শুংবা য়ু খরা খরা অনা অয়েক্তগী ঙাকথোকচনবা হায়দুনা থকনৈ। পীক্লিবা অঙাংশিংদা ফৎত্রবা ভুট প্রেটশিংনা চঙলকপা ঙমদনবা হায়দুনা মখোয়গী মখূত্তা লূপাগী খূজি শিবী। নুমিৎ অসিদগী য়েন্নীং থাদগী নোংজুথা চঙলকপা হৌরে হায়না খন্নে। পূম্নমক ঐখোয়গী থাজনবীনি। নুমিৎ অসিসু থাবান্দা লৌবনিনা হোংদোক হোংজিনসু লৈ। নখোয়গীসু ঐখোয়গী অসিগুম্বা ফেস্তিবেল য়াম্না লৈরমগনি। লৈত্রনে?”

হরাও কুম্মৈনা থা কাংদবা মণিপুরদদি লৈ হায়বা নত্তনা করি খুন্নুগনি? মখল কয়াগী ফেস্তিবেল লৈ হায়বদা মহাক থাজখিদে। অদুবু কাঙলুপ কয়ানা পুন্না খুন্দামিন্নরিবা মণিপুরদা কাঙলুপ কয়াগী ফেস্তিবেলনা পীক থন্না লৈ হায়বদা মহাক য়ানিংখি। মরু ওইবা ফেস্তিবেল খরগী পাঙথোক্লিবা মওং মতৌদুগা লোয়ননা শম্নপ্পা খরা হায়বদা মহাক য়াম্না পূক্লিং চংনা তাখি। মতম কুইনা অমেরিকাগা লান্থেংনবদা চোকথবা নাইদ্রবা থৌনা ফরবা ভি মজশিংনা ভিয়েটনামবু মালেমগী চাওখৎলবা লৈবাকশিংগী মনুংদা অমা ওইহন্ননবা হোৎনরকখিবগী ৱারীসু লীদবা নত্তে ঐঙোন্দা। ঐহাক খঙই ঙসিদি ভিয়েটনাম য়াম্না চাওখৎলে। হো চি মিন সিটি অঙকপা ফংনা চাওখৎলে হায়বসিসু ইন্টরনেসনেল মেগাজিন কয়াদা থেংনখ্রে। শুবা নোম্বা লেপ্তবা ভিয়েটনামিজশিংনা এসিয়াগী চাওখৎলবা লৈবাকশিংদগী হন্থবা থাক্তা লৈতনবা হোৎনখিবগী ৱারী কয়া তাখ্রে। লান তৌরিঙৈদা অতিয়াদা পায়রিবা য়েক্নবগী এরোপ্লেনশিংদা য়েংলগা বোমগী মহুৎ অচাপোৎ ওইনা থাদবীরকউ হায়না চাবা ফংদ্রবা অঙাংশিংনা মবূক পায়দুনা লাউখিবা, মখোঙ থাংবা থোক্তুদুনা ওন্না থোইনা লৈতঙ্গায়দা ওন্দুনা অরাম্বগী মৈচাক খাঙখিবা পূম্নমক ভিয়েটনামগী লৈমায়দগী মূৎখ্রে হায়বসিদনি ঙুয়েন্না চাউথোকচরিবসিসু। অসুক তমথিবা থৌদোকশিংসি করম্না থোকখ্রিবনো? পূম্নমক লান হায়বদুননি। লান পামদে হায়বসি অমত্তা ওইনা লাউননবা ঙসিগী মীফমসিদা পৃথিবীগী লৈবাক কয়াগী


এঙেন য়ুনি ভর্সিটিদা লৈবা মার্বল পানেল

মীহুৎশিংনো শরুক য়াবা লাক্লিবা নৎত্রা? ঙুয়েনসু ঐসু?

য়ৌরমাল্লে এথেন্স য়ুনিভর্সিটি। ময়াম কুমথনৈ মরী মরী বসতগী। ঙুয়েন ইবানীসু কুমথরে। ৱার্ল্ড পিস কনফরেন্স য়াওবা লাকপগী নুংঙাইবা অদু ঙুয়েন্দগী ফংবা হৌরে। লান পামদে হায়বগী খোল্লাউ পুরক্লিবা লানগী চৈথেঙ ফংলকখ্রবা ঙুয়েনগা উনবসি ৱার্ল্ড পিস কনফরেন্স য়াওবা চৎলমদ্রবদি ফংলমগদ্রা? ৱাহংসু পাউখুমসু ইয়ান য়ানশিন্নরবা পোৎলুম অমদি নত্তে ঐঙোন্দা। শকখঙনবা হৌরকপনি লান অমসুং শান্তি। নোংমৈ অমসুং কলমগী মফম থিরকপনি। মফম খঙবা হৌরকপসিনি ঐগী নুংঙাইবা। নুংদা ঙাইরম্বা খরা খঙবা হৌরকপদা ঐঙোন্দগী মাঙখিবদি লৈত্রি নুংঙাইবা। হেন্না হেন্না নুংদা ঙাইনিংলি। ঙাইরিমখৈসু নুংঙাইবা চাম চাম থুংলখিনি খনবা হন্দক্কী খোঙচৎনি।

— "করি ৱারীবু শারিবনো নমায়গদু শুকহাই হাইগৎলকখিদ্রেনে? নখোয়গী নয়াম্বগা মাল্লিকো।" তাচাওবনা নোক্লদুনা ঐঙোন্দা লক্লরকপনি। ঐসু নোক্লদুনা খুমখি— "মানি ঐখোযগী ইয়াম্বনি। উনদবা কুইরে হায়দুনা ইমুং মনুংগী ৱারী শানবম্বনি।"

# মঙা

এথেন্স য়ুনিভর্সিটিদা দেলিগেট পূল্লমক থোমজিন্নরক্নে নে তাদ্রবা পৃথিবীগী মরমদা খন্ননবগীদমক। অরাবা কয়া হকথেংননা মায়োক্নবিবা দেলিগেটশিং খরগী মায়থোঙগা অতৈগা মান্নদে। নিংঙমদবা শাউনিংবা ফুম্বংনবা কয়ানা মখোযগী মায়থোঙদা মমি তারি। ৱার্ল্ড পিস কনফরেন্স অসিদদি মরীক চুন্না ফোঙদোক্নল্লগে খন্না লাকপা ঙাক্তনি। শোক ১৯৪৯-৫০ দা লিংখৎখিবা ৱার্ল্ড পিস কাউন্সিল অসি পৃথিবীগী ওইনা শক্তি লৈবা এন জি ও অমা চপ-চানা ওইবে। কাউন্সিল অসিদগী থোরকপা আপিলশিং পৃথিবীগী লৈবাক কয়ানা তারি। শান্তি পুরকপা, খূৎলাই থাদোক্নবা, মালেমবু ঙাকশেনবা অসিনচিংবা ৱাখল্লোলদা শেমগৎখিবা কাউন্সিল অসিদা পৃথিবীগী লৈবাক কয়ানা হৌজিক্তি এফিলিযেট তৌখ্রে। কাউন্সিল অসিগী ফাউন্দর প্রসিদেন্ট ফ্রেদরিক জোলিওট ক্যুরিগী ৱাহৈ— “Peace is everybody’s business” হায়বসিনা হিমায় চুন্নগা কাউন্সিল অসি ঙসি মশা খীংনা হিংলি। কাউন্সিল অসি বোদি মঙানা শাদুনা য়াম্না মপাঙ্গল কনবা এন জি ও অমা হায়বদু চপ-চানা ওইরে। এসেমব্লী, রিজনেল কনফরেন্স, একজিকিউতিব কমিতি, স্তেন্দিং কমিতি অমসুং সেক্রেটরিয়েট হায়দুনা বোদি মঙা থোক্না খায়দোক্নগা পৃথিবীদা শান্তিগীদমক থবক পায়খৎপা হৌরকখিবনি। কাউন্সিল অসিগী এসেমব্লী অসিনা খ্বাইদগী

চাউবা বোদি ওইবদা নত্তনা চহী অহুম অহুম লৈবগা চাং নাইনা পৃথিবীগী মফম হোং হোংদুনা মীফম পাঙথোকই। ঙবাংদগী হৌনা এথেন্সতা পাঙথোবক্লিবা ৱার্ল্ড পিস কনফরেন্স অসিগী মক ওইবা পান্দমসু চবাঙনববা পৃথিবীদা শান্তি হুঞ্জিনহনবা হাযবসিনা ওইবি। শান্তি হুঞ্জিনহনবা হাযবসি চীন্দা হায়বদি লাযববসু থবক ওইনা পাঙথোকপদদি যাম্না লুবা অমনি। মবম অসিনা কাউন্সিল অসিদা যাওবিবা লৈবাকশিংনা তবেৎ তবা থোক্লা খন্নবগী যাম্না মক



মীফম

ওইবা নুমিৎ অর্দুদি ঙসিদগী ওইগদৌবি। ঙবাং হৌদোকপগী থৌবমদা ইনোগুরেল এদ্রেস পীখিবা কাউন্সিলগী প্রসিদেন্ট ওফ ওনব মিস্তব ইভানজেলস মহেবাসনা হায়খি— "পৃথিবী অসিদা বার্ল্ড ৱাব অনীবক থেংনখ্রে। মীওই মিলিযন কযা হাৎখ্রে। মখল কযাগী বিভোলুসন থোকখ্রে। চাওখৎলকপগী মকমদা নিউক্লিযাব ৱিপন কযানা লৈবাক কযা উৎ ওলহনখ্রে। বাজনিতিগী শবৌদা কযামা থুবা যাওখ্রে। হৌজিক অনৌবা লান কযা ঐখোয মাযোক্লবি। পুম্নমক কবম্না লোইশিনহনগদগে হাযবসিনি হন্দক্কী এসেমব্লীগী মক ওইবা এজেন্দাশিং। শান্তিবু পামজবা মীযামগী খোল্লাউ মবক্তা তর্মথিববা অকিবা ফংলবা সমস্যাশিং কোকখিগনি থাজে।"

হন্দক্কী এসেমব্লীগী প্লেনাবী অমসুং বার্কশোপতা খন্ননবগীদমক পুখৎলিবসি মক ওইবা থিম মবিখক্তনি।

1 Disarmament
2 For a new world order of peace and security
3 Peace and development
4 Culture of peace

ঙসিদি অহানবা অমসুং অনীশুবা থিম খন্ননবগীদমক্তনি দেলিগেটশিংনা শেম শানবিবসি। চাউথ্রবা এথেন্স যুনিভর্সিটিগী সেন্ট্রেল হোলদা মযাম পুম্নমক চঙনবে।

চঙলমদাইদা বিসেপসনিষ্টশিংনা হেদ ফোন অমমম পী। হোল চঙফমগী থোঙ মনাক্তা ঙসিগী থিমসিগা মবী লৈনবা চে-চাং কযাসু টেবল খবগী মথক্তা থম্মি। অপাম অপাম্বা লৌনদুনা মনুংদা পুশিল্লগা পানৈ। হেক লৈবিবা মবী লৈনবা চে-চাং পূন্নমক্কী কোপি অমমম লৌবগা ঐসু হেদ ফোন অমগা লোযননা হোল মনুংদা চঙলে। খবা মতাই ওইবপ্পা চখোক চৎশিন্দসু খবা কোমগদবা যেংলগা ফমলে। মক ওইবা মীওইশিংনা বা ঙাঙলকপদা ফোটো নমহৌবা অমদি মখোযনা হাযখিবশিং ঐগী নোট বুক্তা বেকোর্দ তৌহৌবা নুংঙাইনবা মতাই ওইবপ্পা ফম্বনি। দেলিগেটশিংনা মানা মানা অপাম অপাম্বা সিটশিংদা ফমদুনা লৈনখ্রে। জবনেলিষ্ট কযাসু মথং মথং থুংলবে। ঐনা ফল্লিবা নাকল অদোমদা যু এসকী নুপী দেলিগেট অমগা জিবোটিদগী লাকপা মহমদ কদামি চঙশিল্লক্তুনা ফম্লে। মখোয অনীসু হেক্তা হংলকই ঐখোযগী লৈফম। ঐনা পুবা 'ইন্ট্রদক্সন টু মণিপুব' হাযবা বুক লেট মচাদু কোপী অমমম মখোয অনীদা পী। অমেবিকান দেলিগেট অদুদি অঙকপা অমগা লোযননা যেংদুনা লৈখি। বুকলেট অদুদা যাওবিবা লোক্তাক, ফুম মথক্তা শাবা যুম নুপী কৈথেল মাইবী জগোয পুং-চোলোম, পোলো শিবোই লীলি শঙাইনচিংবদু মমীৎ কুপ্তমখৈ যেংদুনা লৈখি। খঙনিংবনা লাঙতক্লবগা



লোযননা হংলকখি। তেস্তক্লা পীখি পাউখুম। মদুনা পেল্লমগদ্রা হাযবদি খঙদে। অদুবু মহাক্কী থম্মোযদা মণিপুব উনিংবগী ঈথৌলাংবা অমদি পোকখিবগুম তৌই। অদুননি মহাক্লা হাযবকখ্রিবা— "ফজখ্রেদা। যেংনিংবা অমা হেক ফাওহল্লিদা।"

প্লেনাবী সেসন হৌবে। অহানবা থিম অসিমক লৌখৎলে। অহানবা স্পিকব ওইনা জাপানগী কাজাসি কানেকোগী মমিং লাউথোবক্রে। কন্দক তৌবিবা গ্রীক মচাদুনা হেক হৌবদগী লোইবা ফাওবা ঙাঙলিবসি গ্রীক মবোন্দনি। গ্রীক খঙদবগী অৱাবা অমত্তা লৈহন্দ্রে ঐখোযদা পীবকখিবা হেদ ফোন্দুগী মতেঙনা। নাকোংদা উপশিন্দুনা ঐনা খঙবা ইংলিসকী চেনেলদুদা হেক নম্বদা মহাক্লা ঙাঙলিবা পূম্বা ইংলিসতা ওইনা থোবক্রে। অহানবা স্পিকবগী মবমদা মহাক্লা হাযবকপা খুদিংমক খুদক্তা খঙলে— "মিস্তব কাজাসি কানেকো, পৃথিবীগী অনীসুবা লাঞ্জাওদা হিংহৌবা অমনি। মহাক হিবোসিমা সবভাইবব অমনি। মহাক্লা মমীৎমক্লা উহৌবা থেংনহৌবা পূন্নমক যাম্না মবীক চুম্না ৱা ঙাঙগনি। লানগী অকিবা মশক অদু পাউদমগনি। মঙোন্দগী লান পামদে হাযবা ৱাহৈশিংসু তাবিগনি।" মযাম খুবাক খূনৈ।

লান্দা হিংহৌবগীদমক নুংঙাইবসু ফোঙদোক্লরকই। অদুবু মীয়াম্না ঙাইনরিবসি মহাক্কী ৱাহৈশিংদুনি। ঐহাক্কী হকচাংদা তু চুংখি। থাজখিদে। জাপান ৱারদা বোম মরক্তা মহাক্লা করম্না হিংহৌরিবা! ইথন্তা চিংনজখি— "মহাক অসিবু হিরোসিমা সরভাইবর অমা শোয়দ্রবরা?" ময়াম পূম্নমক তুমিন তুমিন লৈনখি। করি হায়রক্কদগে হায়বসিনি লাঙতক্নদ্না ঙাইনখিবা। মাইক্রোফোন মনাক্তা চৌক্রিদু হায়রপ চিংশিল্লগা ফম্না ফম্না মহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈদা মমীৎমক্লা উখিবা থৌদোকশিংদু মথং মথং মশাগী মরোন জাপানিজদা পাউদম্লকখি। দেলিগেটশিং শ্বর হোনবা ফাওবা কাউনরমগনি। কাজাসিগী খোঞ্জেল তপথরকখি। লকক লকক তৌবকখি। ৱা ঙাঙবা ঙমদনা ইক ইক তৌদুনা ঙাইহাক ঙাইহাকসু লৈখি। নুংহীক্লনা হায়রকই মতৎ মতৎ— "স্কুল চৎমিন্নবা ইমান্নবা কয়া শিখি। স্কুলদগী য়ুমদা কন্না


কাজাসিনা ৱা ঙাঙবা

চেল্লক্তুনা লোৎখি। ইমান্নবগী মমা-মপাশিংনা হংলকখি মখোয়গী মচাশিংগা চৎমিন্নদবরা? কদাইদা লৈহৌই? উরম্বরা? থেংনরক্তববা? ঐনা কবি খুমগনি? বোম থাদবগী পূম্মম মম্লবা মৈখু মবক্তা কনানা কনানো কনানা কদায়দা করম্না থিরুগনি? য়ুম কয়া উৎ ওনখ্রে। মরুপ কয়াগী পাউ তাখিদ্রে। মরী-মতা কয়া মফম খঙনখিদ্রে। করিসু শোকহৌদবা ময়ামসু তগৎ তগৎ তেক্লা হিংলম্মী। স্কুল কামিন্নরম্মী। শান্নমিন্নবম্মী। চেনমিন্নরম্মী। মতম খরা লৈরগা স্কুল কারকপদা হবাওনা নোকমিন্নখিবা মরূপ কয়া মখল কয়াগী লায়নানা নাবক্তুনা মথং মথং শিবা হৌবকখি। ঙরাং স্কুলদা নোকমিন্নরম্বদু ঙসিদি স্কুল কারক্রে কৈদৌরবনো হেক হংলুবদা শিহৌরে হায়না খুম্লকপা কয়ানি। তমথিরবা রেদিয়েসন্না হকচাংদা চঙখিবদগী তপ্পা তপ্পা শিবকপা, শোয়নায়রকপা য়েংহৈদ্রবা শক্তম কয়া উরকখি থেংনরকখি। অঙাং অমা ওইনা যাম্না পেনখিদে। লান হায়বসিনা কান্নরিবসি করিনো হায়না অঙাং ওইনা ইথন্তা ইপঙ-পঙনা হংজখি। উৎ ওল্লবা মফম কয়াদা চঙবা য়াদদুনা মৈখু ৱাংনা ৱাংনা কাদুনা লৈখিবা পূম্নমক করম্নদি কাউগনি? শিঙমদনা শিখ্রবা মরূপশিং মরী-মতাশিং করম্না নীংশিংদনি? লান হেক পল্লকপগা হেক্তমক নীংশিংলকই।"

কাজাসিগী ৱারী তারুবগা সদাকোবু খুদক্তা নীংশিংলকখি। করিগুম্বা সদাকোসু হিংলম্বা থোক্লুবদি ঙসি মহাকসু হিরোসিমা সবভাইবর অমা ওইনা ৱা ঙাঙলমলোইদ্রা? করিগুম্বা মহাক হিংলম্নবদি মহাক শোইদনা লাক্লমগনি। মমীৎমক্লা উখিবা পূম্নমক অমত্তা চিংখদনা ঐখোয়দা ৱাবী লীরমগনি। অদুবু মহাক্তি অশিবনা পুদুনা চৎখিবনা ঐখোয়গী

ইরক্তা য়াওরম্রে। তিল্পদ্রে। নুংশিবী সদাকো! নঙবু নীংশিংদবদি নত্তে। নঙবু নুংশিদবদি নত্তে। লান হেক পল্লকপগা নঙগী ৱারী হেক্তো নীংশিংলকলিবা ঐগী থম্মোয়গা নঙগা করি মরী লৈনরিবা? য়াম্না হিংনিংখি নঙ। শিঙমদনা শিখি নঙ। অদুবু নঙনদি শান্তিগী মৈরা অমদি চুখৎপীরম্লে। হিরোসিমাগী পিস পার্কতা মোমোন মোমোন নোক্লদুনা চেগী কাংঙা অমা পায়রগা লেপ্লিবসিবু নঙ নৎত্রনে? করম্না নহাকপু শিখ্রে হায়গদৌরিবা?

শোক ১৯৪৫ গী আগষ্ট ৬ তা এতোম বোম পোখাইখিবা মতমদুদা নঙগী চহী অনীতা ঙায়রি। নৎত্রা? সদাকো সসাকি নঙ অসি নশকসু ফজৈ নশা-নউসু ফৈ। বোম পোকখাইবদা নঙদি শোকহৌদে। অৱা-অনা অমত্তা ফংহৌদে। নঙগী পামজবদি লমজেল কন্না কন্না চেনবদু নৎত্রা? অদুনা নৎত্রা নঙগী ইমানা থেংন-থেংনবা মী খুদিংমক্তা হায়খিবদো— "ঐখোয় সদাকোদি চৎপা হৈত্রিঙৈদা চেনবনা হান্না হৈখি।" স্কুল কাবা ঙম্লকপা মতমদসু নঙনা নমান্নবীশিংদগী বুদ্ধি লৌশিং চঙখোনবা হেনখি। নোংমা নঙনা স্কুলদগী কুম্লক্লগা হরাও হবাও চাকশঙদা চেনশিন্দুনা নঙগী ইমাদা হায়খি— "ইমা ঐহাক স্কুলগী রিলে লমজেলগী টিমদা যাওননবা খল্লকলে।" মতমদুদা নঙগী ইমানা হরাওবদুনা মায় পাকপা ওইয়ু হায়দুনা নঙবু চেৎনা কোনশিনবীরগা নঙগী লাইবক্তা চুপ্লিখিবা নৎত্রা? স্কুলগী জুনিয়র টিমদসু য়াওবা পামজব্বনা নুংতিগী প্রাকতিস তৌখি নঙ। শোক ১৯৫৫গী ফেব্রুৱারী থাগী য়াম্না ঈংবা নিংথমথাগী অয়ুক অমদা নঙগী অনীংবা অদু থুংননবগীদমক স্কুলগী য়ার্দতা চেল্লিঙৈদা নকোক ঙাওবক্তুনা লৈমাযদা তুশিনবদগী ওজা অমনা চেনশিন্দুনা কোনখৎপীবগা লোয়ননা করি তৌরে হংবদা নঙনা খুমখি— "ঐ য়াম্না ৱারে। ঐ য়াম্না চোকথরে ওজা।"

মতম অদো নহাক চহী ১২ মপূং ফাবক্নে। এতোম বোমগী চৈথেংদগী নারবা মীওইশিংবু লায়েংনবগীদমক অখন্নবা লিংখৎপা বেদ ক্রোস হোসপিটালদা নহাকপু লায়েংননবা পুখি। ডাক্তরশিংনা কুপ্না য়েংবদগী নহাক্কী লায়না অসি এতোম বোমগী রেদিয়েসন্না থোকহনবা 'নিউকেমিয়া' হায়বা লায়নাদুনি হায়বসি খঙখি। হোসপিতালগী চীক্লবা কা অমদা অমুক ফরক্কনি হায়বগী থাজবা লৈত্রবা লাযনাসিগা লোয়ননা নহাক লৈখি। হোসপিতালদা লৈবগী নীনিশুবা নুমিত্তা নঙগা খ্বাইদগী লুনা তিন্নজবী চিঝুকো লাকখি। নৎত্রা? চিঝুকোনা নঙোন্দা হায়খি— "সদাকো নমীৎ উইশিল্ল। নঙোন্দা করিনো অমা উৎকে।" নঙনা নমীৎ উইশিল্লিঙৈদা চিঝুকোনা নঙগী ননাক্তা কাটি অমগা সনা মচুগী চেবাং অমগা থমখি। অদুগা নঙোন্দা হায়খি— "সদাকো নমিৎ পাঙথোকপা য়ারে।" নঙনা নমীৎ পাঙথোরকপদা কাটি অমগা সনা মচুগী চেবাং অমগা লৈরম্বদু উবদা নঙনা ইঙক-ঙক্না মঙোন্দা হংখি— "মসিবু করিনো?" মদুদা চিঝুকোনা য়াম্না চাউথোকচবা অমগা লোয়ননা খুম্লকখি— "নঙগী অনাবদু ফহন্নবগীদমক পুরক্লিবনি।" চিঝুকোনা খুদক্তা কাটি অদুনা সনা মচুগী চেবাং অদু

কক্লুগা চেগী কাংঙা অমা শাবগা পীবদা নঙনা হংখি— "চেগী কাংঙা অসিনা ঐবু কবম্না ফহনগদৌবিবা?" মদুদা চিঝুকোনা খুমখি— "ঐখোয় জাপানগী মীশিংনা অবিবা মতমদগী হৌনা কনাগুম্বা অমনা পামজবা অনিংবা অদু থুংজগে হায়ববদি পূক্লিং চঙনা চেগী কাংঙা লীশিং অমা শাবা ঙম্লবদি মহাক্কী নীংবা থুংই হায়না থাজনৈ। মবম অসিনা নহাকসু কাংঙা লীশিং অমা থৱায় য়াওনা শাবা ঙম্লবদি নহাকপু ঈশ্বৰনা অনাবদগী ফহন্দুনা নশা-নউ ফনা হিংহনবীগনি।"

অনাবদগী ফনীংবগী মযাইদুনা নহাক্কী মীৎলু অনীমক পিবাংনা থুমহৎখি। অদুগা নহাক্না তৌবিমল খঙবা উত্তুনা চিঝুকোদা হাযখি— "চিঝুকো, নহাক অসি কযাদা থৌজান হৈবী নুপী অমা ওইবিবা।" খুদক্তা নহাক্না চেগী কাংঙা অমা শাবা লোইখি। অদুগা চিঝুকোদা নোক্লদুনা নঙনা হাযখি— "মসিনা ঐগী অহৌবনি। হৌজিক ঐনা শাগদবসি ৯৯৯ দা ঙায়বে। হৌজিক্তি ঐবু সনাগী কাংঙা অসিনা ঐগী অনাবসু ফহল্লগনি। লাইবক ফবী নুপী অমসু ওইহল্লগনি।" চিঝুকো চৎখ্রবা মতুংদা অহীংগী অচীকপা মবক্তা নঙনা কাংঙা মথং মথং শাখি। শাবা হেক লোইবগা অনী— নাবা ফজবগে। অহুম— নাবা ফজবগে। যাংখৈ— নাবা ফজবগে। চামা— নাবা ফজবগে হাযনা নথন্তা শোঞ্জখি। যাম্না থৱায যাওনা শাজববসু তমথিববা লাযনাসিদগী কবম্নদি কনগনি? নঙনা হিংনিংবগী মযাইদুনা কাংঙা ৬৪৪ শাবম্লগা ১০০০ শুদ্রিঙৈদা নহাক্কী মীৎ অবোইবা ওইনা উইশিনখি। নমান্নবী পূম্নমক্কী তেংথা খোঞ্জেলনা পূম্নিন নিনখি। অৱা মৈচাক খাঙহৌবিবী নঙগী ইমাগী তেংথাখোল তাদনা নহাক্না চৎখি অশি লৈবাক্তা। নিংঙমহৌদ্রবা নঙগী নমান্নবীশিংনা কাংঙা ১০০০ শুগদবা ৱাৎহৌবিবা মশী° ৩৫৬ অদু শাদুনা কাংঙা লীশিং অমগা লোযননা নঙগী হকচাং লৈবোন চনখি।

নঙনা চেগী কাংঙা ১০০০ শাবা ঙমদনা নহাক্কী অনীংবা অদু থুংবা ঙমদনা ঐখোযগী ইবক্তগী চৎখ্রবসু জাপানগী নহাবোল মযাম্না তুংকোইনা মালেমদা নীংশিংদুনা লৈহৌনবা পিস পার্ক অমা শেমগৎতুনা নহাক্কী নীংথিববী শক্তমগা লোযননা সনা মচুগী কাংঙা অমা নখুৎনা ৱাংনা থাংগৎলদুনা হিবোসিমা সহবগী পিস পার্ক মযাযদা থমদুনা মালেমগী মীওই খুদিংদা শান্তিগী পাউজেল চেল্লি। নঙগী মূর্তিগী মনাক্তা লাকপা মীওই খুদিংমক চেগী কাংঙা অমমম পুবক্তুনা কৎলবি। অমুক হন্না মালেমদা অসিগুম্বা থম্মোয কাযনিংঙাই ওইবা লান অমত্তা থোকহল্লবোই হাযনা ৱাবেপ লৌনবি। সদাকো নহাক্তি তশেংনা শান্তিগী পাউজেল পুবীনি। পূম্নমকপু থাদোক্লম্লগা চৎখ্রে হাযবা কনামত্তনা থাজবা ঙম্নদ্রি। ঙসিসু নহাক ঐখোযগী ইবক্তা লৈবি। শান্তিগী পাউজেল চেন্দুনা লৈবি। মালেমদা শান্তিগী পাউজেল চেনবী অমা ওইনা নহাক হিংলি। ঙসি নহাক্না এথেন্সতা ৱার্ল্ড পিস কনফবেন্সতা হিবোসিমা সবভাইবব অমা ওইনা লাক্তুনা হিবোসিমাগী ৱাবী লীবদ্রবসু নহাক্তি মালেমগী মীওই

খুদিংমক্কী থম্মোয়দা লৈবি। নহাক্কীদমক ঐহাক্না চাউথোকচে — "নঙদি মালেমদা শান্তিগী পাউজেল চেন্দুনা লৈবি। মপোক মপোক খুদিংমক্তা শিবা নাইদনা হিংলি। ঐ খঙই নহাক্না মালেমদা শান্তি পুবকখিগনি।"

কাজাসিনা তিল্লিবা মীয়ামবু পিগী ঈবা হৌহনখি। কাজাসিগী ৱাহৈশিংনা নুংশিরবী সদাকোগী কাউঙল্লবোইদবা ৱাবীবু থুপ্লবা থম্মোযগী কাচিন্দগী চিংথোবকখি। কাজাসিবু সদাকো ওইনা ঐগী মীত্তা উবকখি। কাজাসিগুম্বা লান্দা হিংহৌবা মীওই লীশিং লীশিংসু হৌজিক হিংলমখিগনি। মখোয তশেংনা লানগী মহাও খঙলবা ঙাক্তনি। মখোযগী পুম্নিদা লান অমমুক থেংননিংলমখিগদ্রা? লানগী মহাও খঙদ্রিবা কযাগী পুম্নিদা লানগী মহাও তংননবা অনৌবা লান অমা শাগৎপা দবকাব ওইবিববা? লান পামদে হাযবগী অপুনবা খোল্লাউদুনি হন্দক্কী কনফবেন্সকী মকওইবা। খূদমগা লোযননা মমীৎমক্না উহৌবা থৌদোক ৱাথোকশিং অদু কাজাসিনা মবীক চুন্না তল্লকপদা সদাকোবু নৌহৌনা নীংশিংলকখিবনি। কাজাসিনা লান পামদে, ঐখোয খূৎলাই থাদোক্লবসি হাযনা অবোইবা ওইনা আপিল তৌবগা লোযননা মহাক্কী ৱাবোল লোইশিনখি। ইচীক চীক্লববা হোল অদু খূবাক মখোলনা নিনখি। কাজাসিগী আপিল অসি ঐখোয যানিংই হাযবগী ইঙ্গিৎ উত্তুনা অমত্তা ওইবা খোঞ্জেলদা থোবকখিবা খূবাক মখোল অদু এথেন্স যুনিভর্সিটিদগী মালেমগী মফম খূদিং যৌনা শন্দোক্লমলগনি। কাজাসিগী মথংদা যু এস কী মিস্ত্রেস কাবেন তালবোটনা পৃথিবীদা খূৎলাই লমজেল তান্নবগী ঈহৌ অসি মূথৎলসি হাযদুনা মহাক্কী ৱাবোল পীবা হৌখি। কাবেন থৌনা ফবী নুপীনি হাযবসি খঙই মহাক্কী মতৌদা ৱাঙাং শাঙাংদা। অকিবা অমত্রা লৈত্তনা বা ঙাঙই মযাম পুন্নমক্কী এটেকতি যু এস ত্তনি হাযবসি মহাক খঙই। ফজনা ইচঙ থৌনা ঙাঙই অমগীসু অমগীসু থম্মোয শোকহন্দনা। যু এস তা যু এস পিস কাউন্সিলনা পৃথিবীদা শান্তি পুবক্লবা হোৎনবিবদুগী মতাঙদা মচা খাযনা খাযনা মযেক শেংনা ঙাঙই। মহাক্কী ৱাহৈশিংগী মবক্তা খূবকপা খূবাক মখোলনা হেন্না হেন্না মহাক্কী স্পিচ অসিবু মথ্যাই হাপলকই। য়াম্না ইচঙ থৌবী কাবেনগুম্বী নুপী কযা থোবকপা মতমদা পৃথিবীদা শান্তি লাকনি হাযনফাও ইথত্তা খঞ্জখি।


কারেননা ৱা ঙাঙবা

মক ওইবা মীওই খবনা ৱা ঙাঙবা লোযববা মতুংদা টি ব্রেক অমা লৌবগা ৱার্কশোপ চখগনি হাযনা লাউথোবকপদগী হোলদগী দেলিগেট পুম্নমক মপান্দা থোবক্লে। পবেং লেপ্তুনা কোফি

গ্রাস অমমম পায়নরগা মীওই কয়া মায় মায় ওনশিন্নদুনা ৱারী শানরি। ময়ামদুগী মরক্তা য়াম্না থাজদনা উরকখি অন্টি বোলা। অশেংবা অন্টিদুরনে হায়না মঙোন্দা চাগদৌবগুম য়েংখি। অশেংবা অন্টিদু ওইরম্মী। চঙশিন্দুনা কৌরুই— "অন্টি।" নোক্লদুনা ঐঙোক্লোমদা মায় ওনশিল্লকই। নুংশিনা খূৎ শোক্লকই। ইংলিস মতেক মতেক ঙাঙনদুনা পাউ ফাওননবা হোৎনৈ। মচানুপা উকিল অমা এথেন্সতা প্রাকটিস তৌদুনা লৈবদু হয়েং লাক্কনি হায়না ঐঙোন্দা পাউ তমই। অন্টিগা উনদুনা ৱারী শাবা অমুক ফংবদা ঐহাক শাথিনা নুংঙাইখি। ঐখোয় মণিপুরদগী লাকমিন্নবা ময়ামদুদা অন্টি লাকপগী পাউ তমখি। ময়াম পুম্নমক মনাক্তা ওমশিন্দুনা নোকমিন্নৈ। ঐখোযবু উরগা অতোপ্পা দেলিগেটশিং ঙক্লা য়েংনখি। য়াম্না নুংশিনবা মতৌ অদুনা অমুক্কা হেন্না অন্টিগা ঐখোয়গগী মরক্তা নুংশিনবগী মরী চেৎশিনহনখি। অন্টিগী মীনুংশি চাওবা থম্মোয় করম্নদি কাউগনি? হেক্তমক হংলকই— "এথেন্সতা ঙরাং নহান কমদৌবা? অদুম নুংঙাইবরা?" মপুং ফাদ্রবা মহাক্কী ৱাহৈ ওইরবসু মহাক্কী থম্মোয়দগী থোবকপা মীনুংশি চাওবা ৱাহৈশিংনি হায়বা ঐখোয় খঙই। ঐখোযনা খুমখি— "শাথিনা নুঙাই।" টি ব্রেক হেক লোইবগা ওরগনাইজরশিংনা অহানবা থিমগী মতাঙদা পুং অমবোম চথগদবা ৱার্কশোপকীদমক গ্রূপ মরি থোক্লা খাইদোক্লগা গ্রূপ অমমমগী মোদবেটর অমমম খল্লগা তোঙানবা কা অমমমদা চঙননবা লাউথোরক্লে। অহানবা থিমগী মনুংদা হীরম মরি থোক্লা খাইদোক্লগা ৱার্কশোপ অসি চথগদবনি। দেলিগেটশিংনা অপাম অপাম্বা গ্রূপ খল্লগা য়াওবা য়াগনি হায়বদগী ঐদি য়ু এস পিস কাউন্সিলগী প্রসিদেন্ট মিস্তর অলফ্রেদ মার্দরনা মোদবেটব ওইবা গ্রূপ অমদা যাওবা চঙলে। অন্টিসু মানা পাম্বা গ্রূপ অমদা চৎখ্রে। ঐখোযগী গ্রূপ অসিগী হীরমদি 'স্পেসিফিক মিজবস ফোব কনভেনসনেল দিসঅর্মামেন্ট' হায়বসিনি। ঐখোযগী গ্রূপ অসিদা বেলজিয়ম, ফ্রান্স, সিনেগাল, ভিয়েটনাম, গ্রীস, পোর্টুগালনচিংবা লৈবাকতগী লাকপা দেলিগেটশিংনা শরুক যাখি। অহানবদা ঐখোয় মশেন শক তাক্লখি। মদুগী মতুংদা হৌদোকপা ওইনা মোদরেটর অলফ্রেদনা য়াম্না মচা খায়না হীবম অসিগী মতাঙদা ৱা ঙাঙখি। মসিনসু নৈনবদা হেন্না নুংঙাইহনখি। অমেরিকান ওইরবসু অলফ্রেদনা মহাক্কী লৈবাক য়ু এস না হৌজিক ফাওবদা পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদা খূৎলাই য়োল্লিবা, লানগী ট্রেনিং পীবিবা কয়াবু শোক তারিখকা লোয়ননা পীখি। সিনেগালদা, বেলজিয়মদা, সাউথ কোরিয়াদা, সাউদি অরাবিয়াদা খূৎলাই



য়োল্লিবা পূন্নমক মশীংগা লোয়ননা পীখি। মরীক চুম্বা রিপোর্টকা লোয়ননা মহাক্না হায়খি— "হৌজিকস্যু য়ু এসতা মিলিটরি বজেট অসি অসুম হেনগৎলককলি।" ৱার্কশোপ অসিদা শরুক য়ারিবা দেলিগেটশিংগী মরক্তা ইংলিস ফজনা খঙদবা য়াওবা মরম্না অমগা অমগা পাউ ফাওনবা ৱাৎপা থরদি থেংনখি। অদুবু মদুমক্না ৱার্কশোপ অসিগী মপুং ফাহন্দবদি ওইখিদে। ৱাহং কয়া লাক্লখি। পূন্নমক অলফ্রেদনা ঈংনা তপ্না মহাক্কী অমেরিকান ইংলিসতু ঙাংদুনা ফজবা পাওখুম পীখি। য়াম্না নীংথিনা ঐখোয়গী গ্রুপকী ৱার্কশোপ অসি পাঙথোক্লুবা মতুংদা লঞ্চ লৌননবা ঐখোয় খুদিংমক লঞ্চ লৌফম তান্না থোরকখি। ঐখোয়দা পীরকপা টোকন অদু পায়দুনা লঞ্চ লৌফমদা হেক চঙবদা দেলিগেটশিং ক্যুদা লেপ্লগা লৈরম্মী। উচিন নাচিন্না ঐসু ক্যু লেপ্লদুদা য়াওশিন্দুনা তোকনদু পীরগা ঐনা অপাম্বা মথেল থিবদা অৱাবা অমা ওইখি। মরু ওইবা চাকসু য়াওরমদে। এনছাং মথেলশিংদু ঐনা হৈনবা ইয়াও য়াওরমদে। অদুবু ইচম চম্বা মনা মশীংনা শেম্বা মথেল খরা লৌরগা অরাম্বা কোক্লবা হোৎনখি।

লঞ্চ লৌরবা মতুংদা ঙাইহাক পোত্থারিঙৈ তাল্লক্তুদা তোঙান তোঙানবা লৈবাকশিংগী দেলিগেটশিংগা উনদুনা ৱারী শাহৌবা হায়বসি কান্নগনি খন্দুনা য়ু এস কী কারেনগী মনাক্তা ঐখোয় চঙলুই। কারেনদি চিনাগী ঝু সান কিংগা ৱারী শানদুনা লৈরম্মী। অহানবদা ডাঃ নবনা মিস্ত্রেস কাবেনবু য়াম্না থাগৎলি। মহাক্কী স্পিচ অদু মমল য়াম্না যামই হায়না থাগৎপদুদা কারেনদু নোকফেৎ তৌনা ঐখোয়রোমদা এতেনসন পীরকই। ঐখোয়দা নত্তনা ঝুনসু কারেনবু থাগৎলকই। হৌজিক পৃথিবীদা সুপর


কারেনবু থাগৎপা

পৱার অমা ওইবিবা যু এস কুম্বা লৈবাক অমদগী থৌনা ফবী অমনা পৃথিবীদা শান্তি পাম্বগী ৱা ঙাঙলকপদা করিগীদমক থাগৎলোইদৌবিবনো হায়নসু ঝুনা ফোঙদোকখি। ঐখোয় মশেনসু করম করম্বা গ্রুপতা ৱার্কশোপ যাওনরুবা কমদৌবকপা হায়না অমুক হংনখি। ডাঃ গাংতেনা জাপানগী কৱাটানা মোদরেটর ওইবা গ্রুপ অমদা শরুক যারুবগী পাউ তন্নকই। জাপান্দা য়ু এস মিলিটরি বেজ কয়া শেমগৎলকপা অসি লৌথোক্তুনা ফ্রি ফ্রোম ন্যুক্ল ওইহন্নবা খন্নখিবা অদুদা জাপানগী দেলিগেট পূন্নমক য়াওদুনা নৈনখিবগী পাউদুনি মরু ওইনা ডাঃ গাংতেনা তমখিবসি। জাপানগী লৈবাক লৈহাওদগী পূন্নমক লৌথোকহনখিনবা

ৱার্কশোপ অসিনা রিকমেন্দ তৌখি হায়নসু ৱারী শানবদা ডাঃ গাংতেনা ফোঙদোকখি। জাপানদা লানগী খুৎলাই পৈখৎলে নৎত্রগা মিলিটরি বেজ কয়া শেমগৎলে তাবদা সদাকোগুম্বা কয়া থোবক্কত্রা হায়না ইথন্তা মিপায়বা পোকচখি। কাজাসিগুম্বা কয়াসু কনফরেন্স কয়াদা চৎ চক্তুনা লানগী পাউ তমহনগদৌরিববা ? ৱাহং কয়া হংজখি ইশানা ইশাদা। জাপানগী ওকিনাৱাদা পাক্তক্লনা য়ু এস মিলিটরী বেজ কয়া হাংদোরকপগী চপ-চাবা মফম য়াওবা মেপ কয়ামসু দেলিগেটশিংদা যেঙ্গোকখি। মসি উবদনি ওকিনাৱাদা মিলিটরী বেজ কয়া লৈরবগে হাযবসি ইবায লায়না খঙখিবা। মসি উবগা অনৌবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও অমমুক থোবক্লগদ্রা হাযনা মিপাযবসু ফাওখি।

অখন্নবা সেসন অমা 'সোলিদবিটি ফোব ক্যাবা' হাযদুনা লঞ্চ মতুং নুংথিল পূং ২ তাবদা অমুক সেন্ট্রেল হোলদা চখখি। দেলিগেট পুন্নমক শুনা তিল্লে। হীরম অসিদা ৱা ঙাঙনবগীদমক ক্যবান পিস মুবমেন্টকী ভাইস প্রসিদেন্ট অর্টুরো এসপিনোজা হর্নান্দেজ দাইসতা চঙখ্রে। মযাম খুবাক খুদুনা মহাকপু তবাম্না ওকই। হর্নান্দেজ ইচম চম্না উই। চহী লৈশিল্লবা অহল অমনি। মকোকসু তাঙলে। ক্যবান অহল অসিনা কবি হায়বক্কদৌবিবা হাযবসিনি মযাম্না লাঙতক্লনা ঙাইনখিবা। যাম্না চীং,লেম্না মাইক্রোফোন মনাক্তা চঙশিন্দুনা ৱা ঙাঙবা হৌলকই - "ঐখোয যাম্না বাবে। কযামুক যাম্না ৱাববগে হায়বসি ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদ্রে। য়ু এসনা মখল কযাগী সেঙ্কসন থমজিনবীদুনা লেঙবা ওৎপা ফাওবা যাদবগী ফিভমদা লাক্লে। ঐখোয " ৱা মখা তাবকখিদ্রে। ঙাঙনিংবা খবদ্ যুনগত্তুনা লৈখ্রে। ইক ইক তৌদুনা মখোল গোল্লা কপথোবক্লে। উপ্লিবা আনোক্তু লৌথোক্লগা মপি তৈথো ক্তুনা ইক ইক তৌদুনা ফনা কুইনা লৈখি। কপ্তনবা ফনা কন্না হোৎর্নখি হর্নান্দেজ। মমাযদু নোংথক্তা ওনখত্তুনা পিগী ঈফৎ থিংবা লাক্লখি। ঙমখিদে মীৎলু অনীদগী থিংবা ঙমদনা চেম্থবকখি। ফম্বা ঙম্লক্তবদগী ফুক হৌগত্তুনা নুঙগী মূর্ত্তিগুম চপ যৃংদুনা লৈখি। তুমিন লৈবম্বা দেলিগেট পুন্নমক ফুক ফুক হৌগৎনবকখি। অমত্তা ওইবা খোঞ্জেলদা লাউদুনা খুবাক কন্না খুজিন্নবক্তুনা কনসোল তৌনা হৌবকখি। খাইগী মমাঙদা ফম্লম্বা অমেবিকাগী মিস্ট্রেস কাবেন্না ফুক হৌগৎতুনা চেনশিনখ্রগা হর্নান্দেজবু কোল্লগা মখজাই অনীদুদা পেন্না চৃপখি। অদুগা হর্নান্দেজগী মখুত্তু মহাক্লা পাযবগা বাংনা থাংগৎলকখি। দেলিগেট পুন্নমকসু মখুৎ বাংনা থাংগত্তুনা "নখোযগীদমক ঐখোয লৈবি" মতাগুম লাউনবকখি। নুংগী মূর্ত্তিগুম্লবা হর্নান্দেজ জ্ঞান তাবকপগুম তৌখি। হাক হীক লাউবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা মাগী চৌক্রিদুদা ফমথরকখি। দেলিগেট খবসু মাগী মাগী ফমফমদগী থোক্লবক্তুনা হর্নান্দেজগী নাক্তা চঙশিন্নবকখি। মিস্ট্রেস কাবেন্না— "বাগনু নখোযগীদমক্তি ঐখোয় লৈবিবসে" হাযনা লাউবকপদা মযাম পুন্নমক অমত্তা ওইবা মওংদা খুবাক খুদুনা হর্নান্দেজবু শৌগৎখি। মহাক্কী পুক্নিংবু ফাথখি।

কদোমদগীনো খঙহৌদে মহাক্কী মতৌদুদা ঐগী মীৎলু অনীদা পিনা থুমহৎলমলে। করম্বা থম্মোয়নদি খাঙবা ঙমগনি মহাক্কী মতৌদুদা। দেলিগেট অয়াম্বা কপখি। মপি তৈথোক্লবা কয়া উখি। ঐগী পুন্সিদা অসিগুম্বা থৌদোকসি মসিনা অহানবনি। ৱা ঙাঙবদা ইমোসনেল ওইদুনা কপ্পা কপ্পা ৱা ঙাঙবা মীওই কয়া থেংনখ্রে। অদুবু হর্নান্দেজনা ৱা ঙাঙবদা কপ্লকপদগী মীয়াম্না কন্সোল তৌখিবগী মওং অসিদি পুন্সিদা অহানবনি। ঐসু হর্নান্দেজগীদমক লৈরি হায়বগী মতাগুম কন্না খুখি খুবাক। মহাক্কীদমক লেপখি। অদুবু করিদি তৌবা ঙমগনি ঐনদি? মহাক্কীদমক কাউন্সিল অসিনা চপ চানা থেংননবা ৱারেপ লৌখিবসিনি ঐগী নুংঙাইবা। মসিদা ঐগী শরুকসু য়াওখ্রে খনবদা চাউথোকচবা অমা পোকখি। মহাক মখা তানা ৱা ঙাঙবা ঙমখিদ্রে। মহাক্কী হায়নিংবা ৱাহৈশিংদি মহাক্কী মীৎকী পিদা লোয়না য়াওখ্রে। মসিমক্লনি ময়াম্না মাগীদমক চপ মান্ননা লেপমিন্নখিবা। ৱার্ল্ড পিস কাউন্সিলগী প্রসিদেন্ট ওফ ওনর অমা ওইরিবা রোমেসচন্দ্রনা হর্নান্দেজবু থেম্বগা লোয়ননা চাউথোক্লা হায়খি— "নখোয় করিমত্তা ৱাগনু। নখোয়গীদমক ঐখোয়না থেংনবা য়াবা থেংনগনি। ক্যবা হায়বসি ঙসিদি ওৎপী নৈবীরবা অৱাবা তারবশিংগী সিম্বোল অমা ওইরবনি।" রোমেসচন্দ্রগী ৱাহৈসিদা খুবাক মখোলনা হোল অসি পুন্নিল অমুক নিনখি।

অখন্নবা সেসন অসি লোইরবা মতুংদা হোলগী মপান্দা পাউমীশিংনা হর্নান্দেজগী মনাক্তা পুমওম ওর্মশিনখি। ৱাহং কয়া হংখি। তপ্পা তপ্পা ৱা ঙাঙবা হর্নান্দেজনি। তপ্পা তপ্পা খুমখি। ঐসু মহাক্কা ৱারী শাননিংবদগী মপান্দা থোবকখি। মহাক্কী মতৌ য়েংদুনা ঙাইহাক লৈখি। হোল মনুংদদি প্লেনারী সেসনগী শরুক অমা ওইনা অনীশুবা থিমগী মতাঙদা মরু ওইবা মীওই কযানা ৱা ঙাঙবা হৌহৌরে। হর্নান্দেজগা অমুক্তং উনদুনা ৱারী খরা শানিংবগী তাঞ্জা ঙাইবদা অৱাবা অমা ওইখি। অদুবু ঈশ্বরনা চানবীবদগী তাঞ্জা অদু লাকখি। মঙোন্দা ওমশিল্লিবা পাউমীশিংদু হেক হন্দোকখিবগা মনাক্তা চঙশিন্দুনা খুৎ শোক্নুনা মহাকপু থাগৎখি। তপ্পা হংখি মঙোন্দা— "নহাক থম্মোয় য়াম্না শোক্লবরা?" মহাক্কী হৌনবী তপ্পা তপ্পা ঙাঙবা মতৌদুদা খুম্লকখি— "ঐখোয় য়াম্না ৱারে। সেক্কসন ময়াম অমসু থমজিনবীরে। ঐখোয় হৌজিক হৌজিক প্রোব্লেম কয়া মায়োক্লরি। ব্রোকেদ, ইমবারগো, একজাইল মখল কয়ানি। অদুবু ঐখোয়গী চাউথোকচনিংঙাই ওইবদি ক্যবানশিংদি মরৈবাক নুংশি। মরৈবাক্কীদমক কখোকপা ঙম্মি।


হর্নান্দেজগা ৱারী শাবা

মসিমক্লসু ৱারবা তানফম অসিদা ক্যবানা হিংদুনা লৈবা ঙম্বনি। নৎত্রবদি অচৌবা লৈবাকশিংনা সুপর পাৱারশিংনা ঙা মচা য়োৎপগুম য়োৎশিনখ্রগদবনি। হৌজিক্তি ঐখোয়বু কন্নানসু নমথবা ঙম্লরোই। ঐখোয় হৌজিক চাওখৎপগী থাক্তা লাক্লে। মরু ওইনা লৌউ-শীংউবসি য়াম্না চাওখৎলে। চাবা কোম্ননবা মহৈ-মরোং পুথোকপা ঙম্লে। অদুগা ক্যবানশিংগী খ্বাইদগী চাউথোকচনিংঙাই ওইবদি স্পোর্টসতা মাঙজিন থারকপসিসুনি। নুপাগী বোল্লিবোল, বোক্সিং, বেজবোলনচিংবদা ঐখোয়গী লাম্বা লৈতে। মসি নঙনসু ওলিমপীক্তা খঙবা ঙমলমগনি। করিগুম্বা ক্যবান অমনা ইন্টরনেসনেলগী থাক্তা চেমপীয়ন ওইবা ঙম্লবদি মহাক অদো নেসনেল হেরো অমা ওইনা ঐখোয়না রিকোগনাইজ তৌগনি। স্পোর্টসমেনশিং অসি ক্যবাদদি য়াম্না থাক ৱাংনা থম্মি। নেসনেল হেরো অয়াম্বা মন্ত্রিশিংগুম মমল লৈনা লৌনৈ।"

—"ভারতকী বোক্সর কয়া ক্যবাদা ট্রেনিং তৌবা চৎনৈ। করিগুম্বদা ভারত্তগী দিংকোখোয় লাকপগী পাউ তাখিবা লৈব্রা?"

—"মদুমক্তি তাদ্রি। ভারত্তগী বোক্সর ময়াম ট্রেনিং তৌবা লাকপদুদা ঐনা পার্টিকুলর ওইনা দিংকোবু খঙলমদবসু ওইবা য়াই। চুম্মি ক্যবাদদি লৈকায় খুদিংগী রিং অমমম লৈ। ক্যবান বোক্সর পুম্নমক মরৈবাক্কীদমক শান্নে। মরৈবাক্কীদমক কখোকপা ঙম্মি। মখোয়দগী তমজনিংঙাই কয়া লৈ। ভারত্তগী বোক্সর কয়া ট্রেনিং তৌবা লাকপদু অফবা খোঙথাংনি। নহাকসু ভারত্তগী লাকপরা?"

—"হোয়। ভারতকী অৱাং নোংপোক্তা লৈবা মণিপুর হায়বা মফমদুদগীনি। য়াম্না নুংঙাইবে অদোমগা উনদুনা ক্যবাগী মরমদা খরা খঙজবসিদা। থাগৎচরি অদোমবু।"

মহাকপু পুক্লিং থৌগৎপগা লোয়ননা ক্যবাগী অৱা-অনাগী মবমদা ৱারী খরা শাবদুদা মহাক হরাওজখি। য়াম্না নুংঙাইজরে হায়রম্লগা হোল মনুংদা অমুক চঙলকলে ঐহাক। জাপানদা লৈবা জাপান পিস কমিতিগী সেক্রেটরী জেনেরেল ওইরিবা হিসোসি সুদানা ৱা ঙাঙদুনা লৈবম্মী। ঐগী ফমফমদুদা ফমদুনা সুদাগী স্পিচ অদু ঙাইহাক তারবা মতুংদা পৃথিবীদা লাক্লিবা শান্তি অমসুং লান অনীনা মূক্লবিবদুগী মশক খরা খঙবা ঙমখি। কনফরেন্স অসিগী থম্লিবা অনীশুবা থিমগী মতাঙদা বেলজিয়মগী জর্জ স্প্রেটনা ঙাঙবা, গ্রীসকী পাফিলিসনা ঙাঙখিবা কয়া লান লাক্তনবগী মচং ওইবা ৱারোলনা ৱারোইশিন ওইখিবা ঙাক্তনি। প্লেনারী সেসনগী মতুংদা অমুক অয়ূক্কী মতৌগুম থিম অসিদা হীরম মরিথোক্লা খায়দোক্লগা গ্রুপ অমমমগী ওইনা ৱার্কশোপতা মানা মানা পাম্বা মফমশিংদা চঙনখ্রে। ঐদি জরমনিগী জরমন পিস কাউন্সিলগী বোর্দ মেম্বর অমা ওইরিবা মিস্তর হন্স পিটর ৱিচরনা মোদরেটর ওইবা গ্রুপ অমদা চঙলে। গ্রুপ অসিদা নৈনগদবা হীরমদি 'মিলিটরী ইন্টরবেন্স এন্দ সোবরেন্টি' হায়বসিনি। অমেরিকাগী অলফ্রেদ ভারতকী হরি স্বারুপনচিংবনা ৱা ঙাঙখি। নৈনবদা ফজনা শরুক য়াখি। রিচব যাম্না হৈ-শিংবা মীনি। হংলকপা ৱাহংশিংগী পাউখুম

ফজনা পীবা, খন্না নৈনরকপদা মশাগী মোৎ ফজনা পীবা ঙস্মা মীশক্লি।

ব্বার্কশোপ লোয়রবা মতুংদা ব্বার্ল্ড পিস কাউন্সিলগী বোদি অমা ওইরিবা রিজনেল কনফরেন্সকী মিটিং অমগীদমক এথেন্স য়ুনিভর্সিটিগী কা অমদা এসিয়া পেসিফিক রিজনগী মনুংদা লৈবা লৈবাকশিংগী দেলিগেটশিং পুনখি। মরু ওইনা চিনা, জাপান, সাউথ কোরিয়া, নেপাল, বাংলাদেশ, ভিয়েটনাম, ইন্দিয়া, পাকিস্তান, শ্রীলঙ্কা, লাওজ, নিউজিলেন্দনচিংবগী মীহুৎশিংনা মিটিং অদুদা শরুক য়াখি। রিজন অসিদা থেংনরিবা প্রোব্লেম, ওইরিবা ফিভম, লৌখৎখিবা থবকশিং নৈনখি। পুথোক্লখি। লৌখৎপা য়াবা থবকশিং পূন্না চঙশিনমিন্ননবা খন্নখি। রিজনেল কোওরদিনেটিং কমিতিনচিংবা শেমদুনা পায়খৎপা য়াবা থবকশিং মায় পাক্না পাঙথোকপা য়াননবা খন্নখি। য়াম্না ঈংনা তপ্না খন্নখিবা মীফম অসি মপূং ফানা পাঙথোক্লবা মতুংদা এসিয়া পেসিফিক রিজনবু মহুৎ শিল্লিবা মীওইশিংনা কাদুদগী থোরকপদা অফ্রিকাগী, য়ুরোপকী, নোর্থ অমেরিকাগী, লেটিন অমেরিকাগী মহুৎ শিল্লিবশিংগা মথং মথং অমুক থেংনখি। মহৈরোইশিংগী অব্বাংবা দিগ্রী লৌফম ওইরিবা চাউরবা এথেন্স য়ুনিভর্সিটিগী মগুণ খংহেন হেনগৎখি পৃথিবীগী মীয়াম্না অমত্তা ওইনা পূল্লবদা। পীক্লবা গ্লোব অসি অমুক্কা হেন্না পীকশিন্না উখি। শক-চু মান্নদবা ধর্ম্ম তিন্নদবা জাৎ মান্নদবা ময়াম পূন্নমক অমত্তা ওইনা ব্বা ব্বা নোকমিন্নদুনা ঐখোয়বু ঙাইবিবা বসকী মনাক্তা অমুক লাক্লে। অরোইবা ওইনা এথেন্স য়ুনিভর্সিটিবু বিদায় পীরম্নবা ঐখোয় পূন্নমক্কী মায় লৈথোরক্লে। নুমিদাংব্বাইরমগী স্নরূপ্পা মচুনা ঐখোয় পূন্নমকপু লৈতেংবীররে। গ্রীক পিস কমিতিগী ওরগনাইজরশিংনা লাউথোরকই বস মনাক য়ৌদ্রিঙৈ নুমিদাংব্বাইরমগী পূক্লিং নুংওন্নরবা মতমদুদা— "কেরাটসিনি সহরগী স্কুলশিংদা মহৈ তম্লিবা মহৈরোইশিংনা ময়ামবু কলচরেল প্রোগ্রাম অমগা লোয়ননা ওকপগী থৌবম অমা পাঙথোক্কদৌবি। নুমিদাংদা কেরাটসিনিগী মেয়োরনা ময়ামবু দিন্নর অমগী হোষ্ট ওইগদৌরি। ময়াম পূন্নমক কেরাটসিনি সহর পাংলসি।"

কেরাটসিনি য়ৌবদা স্কুলগী অঙাংশিং পরেং লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐখোয় হেক থুংলবগা ব্বার্ম বেলকম তৌবগা লোয়ননা অচম্বা বুকি অমমম পীদুনা ঐখোয়গীদমক শেম্লম্লবা ফমফমশিংদুদা ফম্ননবা ইঙ্গিৎ পীরম্মী। পীক্তক্লা শাবা স্তেজ অদু লম্মীগী হেক মনাক্তা লৈবা পার্ক মচা অমদনি। ঐখোয়বু ওকপগী থৌবমদুদা লৈরম্লিবা মীয়াম অঙকপনি। স্কুল তম্লিবা পীক্লিবা নুপামচা নুপীমচাশিংনা মখোয়গী ট্রেদিসনেল দ্রেসশিংদু শেত্তুনা স্তেজদা থোরক্লগা জগোয় শাবা হৌরকই। শান্তিবু পামজবা শান্তিবু ঈখৌলাংনা কৌজবগী জগোয় শাথেক্লি শৈহেক্লি হায়বসি অহানবা উবদদা খঙবা ঙমখি। অদুবু হেন্না কৃপ্পা খঙনিংখি। করম্নদি খঙলুগনি? গ্রীক্কী চৎনবী, জগোই, হবাও কুম্মৈ, থায়নগী ব্বারী ঐনা করম্না খঙলুগনি? খঙনিংবদি হৌনশানি মীওইবগী। পীক্লিবা মহৈবোইশিংগী মচীন্দা খোম্থোক অমত্তদা তোঙান তোঙানবা সুরদা শক্লিবা ঈশৈ, খোঙগী খূৎকী লেঙলিবা মওং মতৌ ইনৌ নৌখি ঐঙোন্দা।

ঐখোযগীসু লৈজে মাইবী জগোয, কবুই জগোয, তাংখুল জগোয, থাদৌ জগোয়, লাই হবাওবা, জগোয বাস মখল মখল। উখ্রে খণ্ডখ্রে ঐখোযগীদি অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌজিক ফাওবসিদা। অমত্তা মান্নবমদে মখোযগীগা ঐখোযগীগা। মখোযগী উবদা ঐহাক ঙকখি। ঐখোযগী উবদসু মখোয ঙক্কনি। ঐখোযগী ইপা-ইপুশিংনা ঐখোয়গীসু জগোয় কযা শেমগৎতুনা লাই হাক্তক্তগী থম্বীবম্বসি চাউথোকচনিংঙাইনি। মপানগী মীনা মণিপুবদা হেক লাকপগা মণিপুবগী জগোয যেংগে হাযনা হেক্তা হাযবিবসি ঐখোযগী ইপা-ইপুশিংগী অচৌবা খুদোল অদুননি। মখোযনা থম্বীবমদ্রবদি ঐখোয কবম্না চাউথোক্না হিংবা ঙম্লগনি? গ্রীকশিংনা ঙসি চাউথোক্না হিংবা ঙম্লিবা অসিসু মখোযগী মপা-মপুশিংগী মপান্দগীনি।

গ্রীককী অঙাংশিংনা শাবিবা জগোয, শক্লিবা ঈশৈবু খঙনিংবগী ঈথৌ লাংবদুদি কোকপা ঙমদ্রি। ঈশৈগী লাইবেম্বা ফেবসনা ঐগী অৱাবসি খঙবীবমান্লে। ঐনা ফম্লিবা চৌক্রিদুগী হেক মনীংদা গ্রীক অহল অমা তুমিন ফমদুনা থৌবমদুবু যেংদুনা লৈবদু উই। ঐনা হাযফেত্তুং তুংলোমদা ওম্লোক্তুনা যেংলুবদা নোকফেৎ তৌবকই। ঐসু নোকখি। ঐনা কবিগুম্বা খবা খঙনিংবা মানবগুম উবদুদা মহাক্কী চৌক্রিদু খবা চিংখৎলক্লগা ঐগী নাকোং মযাদা মকোক্তু থিংজিল্লকখি। ঐনা হাযখি— "ইযাম্বা, অঙাংশিংগী ঈশৈগী মবমদা খবা খঙনিংই। মখোযনা ফোঙদোক্লিবসি কবিনো?"

— "অবিবা গ্রীক মিথোলোজিদা যাওবা ঈথৎ অনীদা তোঙান তোঙান লৈনখিবা লুনা তিন্নখিবা অঙাং অনীনা নীংশি-নবকপগী ৱাবী অমদা যুমফম ওইবগা শাবা জগোযনি। অমুক উনবক্কনি হাযনা থাজবা ফোঙদোক্লবনি। গ্রীসকী মফম অযাম্বদা যাম্না পোপুলব ওইবা জগোযনি।"

জগোয অমগী মথংদা অমা শাদুনা যেংলিবা ঐখোযবু মীৎ পেলহনখি। নুংঙাইহনখি। ইনৌ-নৌহনখি। জগোযগী মবমদা শক্তাকলিবা অহল অদুগী মবমদা হংবদা মহাক্না খুম্লকখি— "ঐগী ইমিংদি নিকোলাস বতিস্তাতস কৌই। কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ গ্রীসকী মেম্ববনি। ঙসিগী মযাম ঙকপগী থৌবমসিদা যাওনিংদুনা লাকপনি। নখোযগা উনবা ফংবসি যাম্না নুংঙাই। নখোর্যাদ কবি লমদগীনো?"

- "ইন্দিযাদগীনি। মণিপুব হাযবা চীংলৈবাক অমা লৈ। নখোযগীগুম ঐখোযগীসু চীং যাম্না লৈ। খেন্নবা হাযববু শেমগৎ শাগৎপদা যাম্না খেন্নবা অসিখক্তনি। অদুবু ঐখোযগী মণিপুবসু চাওখৎ লম্বীদা চঙশিল্লকলিবা ষ্টেট অমনি। ঐখোযগী কলচব, পুঙ্গি মহিং, লম্মিৎ-তুম্মিৎ খবদি যাওববনি র্মাস যেংবীয্।" ঐনা 'ইন্ট্রদক্সন টু মণিপুব' কৌবা বুকলেটতু মঙোন্দা পী। যাম্না মুন্না যেংই। অঙাংশিংনা শাবিবা জগোযদা মায ওনশিন্দে। মণিপুবগী মরু ওইবা শক্তম খবা যাওবদুদা চাগদবগুম যেংদুনা লৈখ্রে। তোঙান তোঙানবা কাঙলুপ

কযানা পূন্না খুন্দামিন্নরিবা লমদমনি হায়বসি বুকলেট অদুদগী খঙবা মাল্লি। হংলকই— "গ্রীসকী মতৌশুম নখোয়গী মণিপুরদসু কাঙলুপ কয়া নুংশিননা লৈমিন্নরিবসি ফৈ। অদুগা নখোয়গী পোলিটিক্সতি কমদৌই?" রাজনীতি দল অমগী মীনিনা রাজনীতিগী মরমদা শোয়দনা হঙলকপা য়াই হায়বসি খনখ্রবনি। য়াম্না চম্না খুমখি— "মতম মতমগী রাজনীতি অদুম তৌই।" ৱাহৈ পরেং অমগী পাউখুমসিদা মহাক পেল্লমগদ্রা পেল্লমলোইদ্রা খঙদে। ঐসু মখা য়াম্না তারুদ্রে মণিপুরগী রাজনীতিগী মওংসিদা। বুকলেট অসি য়েংবদদি মহাক্না শোযদনা খল্লমগনি মণিপুর অসি য়াম্না চাওখৎপা লৈবাক অমনি হায়না। অতৈদি খঙদে ঐনা চাউথোকচখিবদি ঐখোয়গী ইনাক খুল্লবা কলচর অসিনি। মসিমদি মঙোন্দা ময়েক শেংনা হাযখি।

জগোয় অমা হেক লোইবগা অতোপ্পা জগোয অমা হেক্তা হৌরকই হৈশিংলবা গ্রীককী অঙাংশিংদু। মদু উবদা নিকোলাসনা হায়বকই— "জগোয়শিং অসি পিসকা মরী লৈননা কমপোজ তৌবা ঙাক্তনি। গ্রীসকী মফম খুদিংদা পিসকী পাউজেল পীরিবা জগোয় ঙাক্তনি। হৌজিক্তি যাম্না পোপুলর ওইরে।" চুম্মি মহাক্না হাযবগুম। শেৎলিবা দ্রেস, ম্যুজিক পূম্নমক শান্তিগা মবী লৈনবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। পূক্লিং হুববা যন্ত্রগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা খোঞ্জেল ফবা শৈশকপশিংনা শান্তিবু পামজনা শকলকপা ঈশৈ তারুরগা ওর্ফিয়সপু নীংশিংলকখি। ওর্ফিয়সকী ঈশৈদা চীং-পাৎ-তুবেল লবুক-লমহাঙ পাম্বী শা-ঙা পূম্নমক ঙাওখিবনি। অশিবগী নিংথৌরেল প্লুতোগী মনাক যৌনা মহাক্কী শকহেনবী লিন্না চীক্তুনা শিখ্রবী য়ুরিদিসকী খোঙ্গুল লীবা ঙমখিবা অদুমক ওর্ফিয়সকী নুংশিবা ঈশৈদগীনি। মহাক্কী শুমহৎলবা লায়রগী খোঞ্জেলদা ঙাওদবা কনা লৈখিবগে? অশিবগী নিংথৌ প্লুতো ফাওবা ঙাওরবদা অশি তুবেলগী হিহোনবা চারোনদি করিগী ঙাওবোই? মসিমক্তনি মহাক্কী চান্নজবী য়ুরিদিসকী মনাক য়ৌবা ঙমখ্রিবা। ম্যুজিসিয়ান ওইবিবা অঙাংশিং অসিবু ওর্ফিযসকী শাযোল্লা? অঙাংশিংগী জগোয় অদুনা ঐখোয়বু মীৎফম হোংবা যাদবমখৈ পূমশুম শুমহৎলম্মী। জগোয় অমা লোইবগা খূবকপা খূবাক মখোলনা কেবাটসিনি সহব পূম্লিল নিনখি। পীক্লিবা নুপামচা নুপীমচাশিংনা জোন জোন লাউবা ফিজোল শেক্তুনা জগোয শাবকপদুদা পূক্লিং হুনা ফজমনখিবদগী য়েংলিবা পূম্নমক ৱা অমত্তা ঙাঙনদে। মীৎ কুপ্তুনা যেংদুনা লৈনখি। মখোয়না শক্লিবা ঈশৈদুগী অর্থ খঙনিংবদগী নিকোলাসতা হংখি। চপ চাবা অর্থ অদুমক নৎত্রবসু ঈশৈসিনা ফোঙদোক্লিবসি অসিনি হায়দুনা নিকোলাসনা ঐগী নোট বুক মচাদুদা ইরকখি—

*অঙাং ওইরিবা ঐখোয়দি*
*ঐখোয়দি পামই পামই*
*ইপোক নুমিৎ পাঙথোকপা।*
*মীবু হাৎপা লান*

*লান লান তৌববদি*

*ঐখোয়গী ইপোক নুমিৎ*

*কনানা পাঙথোকপীগনি?*

*লান পামদে ঐখোয়*

*ঐখোযদি লান পামদে*

*অফবা চীঙ্গাক পীবিয়ু*

*হিংজনবা ইবমদমগী।*

অর্থ খঙনা যেংবদগী মখোযগী জগোযদু ঐঙোন্দা খ্বাইদগী নুংঙাইনা থোকখি। লোইবা লৈতে অঙাংশিংগী জগোয। মথংদা গ্রূপ অমমুক থোবকই। বেকগ্রাওন্দগী ম্যুজিক্কা লোযননা চোং-ফন্দুনা জগোয অমুক শাবকই। নুংশিববা ঈশৈসু যাওবকই। নিকোলাসনা ঐগী নোটবুক্তু অমুক লৌখি ঐনা হংদ্রিঙৈদা। ঈশৈসিগী মযেক খবনি হাযদুনা অমুক ইবকই—

*শান্তি— শান্তি*

*ঐখোযনা পামই শান্তি*

*নঙগী নমিংদি*

*ইদুনা লৈহৌবগনি*

*যুগ— যুগ খুদিং*

শান্তিগা মবী লৈনবা পৃথিবীগী ওইবা অচৌবা মীফম অসিবু মপুং ফাদে কবম হাযগনি? কেবাটসিনিগী অঙাংশিংনা পাঙথোকপা কলচবেল প্রোগ্রাম অসিনা মীফম অসিবু হেন্না মপুং ফাহনখি। শান্তিগী মীফমগী অর্থ থোকহনখি। নুংশিবী গ্রীস নঙগী তম্পাক্তা থোক্তবা কবিবু লৈবিবগে? নঙগী তম্পাক্তগী থোবকপা শান্তিগী খোল্লাউনা কবন্না পৃথিবীগী কাচিন কোযা থুংলোইদৌবিবনো? ঙসিদি শীন থুংখ্রবা ঙাক্তনি। নুংশিবী গ্রীস, নঙদি তশেংনা লাইবক ফবীনি। অথোইবীনি।

কেবার্টসিনিগী অঙাংশিংগী কলচবেল প্রোগ্রাম লোইববা মতুংদা কেবাটসিনিগী মেযোব মিস্তব ফোতিস মেলাসনা মযামবু হবাও তযান্না ওকপগা লোযননা হাযবকখি—

*নুংশিববা শান্তিগী মকপশিং,*

*ঐখোযগী সহব কেবাটসিনিদা অদোম খ্বাই পুন্নমকপু ঐনা তবান্না ওকচবি। হৌজিক, অদোম্না কনফবেন্স পাঙথোক্লিবা মতম অসিমক মীওইবা খুনাইদা খ্বাইদগী খুদোংথিনিংঙাই ওইববা মতমদুমক্লি। অদুম ওইনমক পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা লৈবিবা মীশিংনদি নুংঙাইবা মতম অমা লাকখিনি খল্লি মবমদি পোৎ-চৈ পুথোকপগী লোইবা নাইদবা, তেকনোলোজিনা অসুম চাওখৎলকপসিদা। অদুবু পৃথিবী অসিদি লাননা, লাযববনা চবা হেনবনা, লৈতাফম খঙদবনা অমসুং মায়দবনা লৈঙাক্তুনা পাল্লি। যু এস এ দা ফাওবা থবক ফংদবগী, লৈফম লৈতবগী, স্কুলদা*

*ঈরাং থোরকপগী অমসুং হাৎন-শুনবা হেনগৎলকপগী পাউ কয়া ঐখোয়না তারি। অফ্রিকাদা, ভারত্তা, ব্রাজিলদা, ইথিওপিয়াদা চরা হেল্লিবা অঙাংশিং, হিংননবা মীনায়শুম থবক শুরিবশিং, শেগাইরবা থাঙপোকশঙশিংদা লৈরিবা পূন্নমক্কী ৱারী তারগা কিনিংঙাইহনি। য়ুগোস্লেভিয়াগী, ইরাক্কী অঙাংশিংনা কোক চীকপা ফনবা হীদাক শুলী অমফাওবা ফংদবদগী শিরিবা কয়া কয়ানি। গ্রীকশিংনা লম্বীদা থোক্তুনা লানবু য়ানিংদবা ফোঙদোকখ্রে। শান্তি পাম্মী হায়দুনা লাউখ্রে। ঐখোয়গী গ্রীস অসিমক প্রোব্রেম কয়া মায়োক্লরি। এজিয়ান সিবু টরকিসকীনি হায়না ক্লেম তৌরকপা, লোইশিন্দ্রিবা সাইপ্রসকী প্রোব্রেম পনবা য়াই।*

*অদোমদি অদোম-অদোমগী লৈবাকশিংগী শান্তি পুরক্পবা হোৎনরিবা শান্তিগী লূচিংবা ডাক্তনি। ঙসিদি ৱার্ল্ড পিস কাউন্সিলগী থৌদাং য়াম্না দরকার ওইরে লোয়ননা ফাইটিং কেরেক্তুর অমা লৈবগী তঙাইফদ্রে। পৃথিবীগী তুংগী পুক্সি অসি তম্বা ঙমদবা ফিভম অমদা লৈরে। সুপর পাৱার অমনা য়ু এন খণ্ডহনবা তৌদনা ৱারেপ কয়া লৌরকপদা খুদোংথিনিংঙাই কয়া থোরক্লনি। পৃথিবীগী তুংগী লাইবক্তি ঐখোয়গী অঙাংশিংদা, অদোমগী অঙাংশিংদা, পৃথিবীদা হেক লৈরিবা অঙাং খুদিংমক্কী মখূত্তা লৈরে। অকিবা অমত্তা য়াওদবা অফবা পৃথিবী অমগী মঙসু মঙজহনগদবনি মখোয়। ঐনা আশা তৌই নুংঙাইরবা নুমিদাংৱাইরমসিদা অদোম নুংঙাইনা এক্লোয় তৌরমগনি হায়না। অদোম খ্বাই-খিবিকপু থাগৎচরি।*

কেরাটসিনিগী মেয়োব ফোটিস মেলাসকী ফজরবা ৱাহৈশিংনা ময়াম্বু পূমশুম শুমহৎলবগুম তৌখি। শান্তিগী পাউজেল পীবা জগোয়শিংনা ঙাওহল্লবা মতুংদা মেলাসকী ৱাহৈশিংনা অমুক শুমহৎলিঙৈদো নুমিৎনা নোংচুপ চীঙযাদা লৈথখিরম্লে। কেবাটসিনি সহরগী নাল্লবা লম্বীশিংদা বল্বশিংনা মথৌ পাঙথোক্তুনা লৈরম্লে। নুমিদাং ওইবে হাযবখক্তনি ইঙান-ঙান্না উই। য়াম্না চাওখৎপা সহর অমা ওইদুনা লৈরম্মী কেরাটসিনি। এথেন্সতমক চাওখৎলগা অতৈদি চাওখৎপগী মমি নীংথিনা তাবমগদবা মান্দে হাযবসি ঐনা হান্না খনখিবা ৱাখলনি। মরমদি মণিপুরদা ইম্ফালখক্তমক চাওখৎলগা অতৈ মফম অমত্তা চাওখৎপগী মমি তাদে। পৃথিবীগী মফম খুদিংমক মণিপুরগুম তৌরমগনি হায়না খনখি। মণিপুবগী হৱা নুংশিৎনা চুরবা ঐগী কোক মচাসিদা মণিপুবদগী হেন্না উবা ফংখিদে। ঙসিদি কযাদা খেন্নরম্নবা। এথেন্সসু চাওখৎলম্মী। কেবাটসিনিসু চাওখৎলম্মী। পূন্নমক অমত্তা ওইনা উহল্লি। অমত্তা ওইনা খলহল্লি। মণিপুরদদি ইম্ফাল মযোলদগী কিলোমিটর অনীদং চথোকপদা খেন্নবা খুদিংমক ফন ফন চোংথোবকই। লোৎপা য়াদে। মপান্দগী লাকপা মীশিংনা মণিপুবদা লাকপদা করি খল্লমগনি? থম্মোয় শেংনা হায়বিববা নৎত্রগা ঐখোযবু শাউনিংগনি খনবনবা— 'ফৌজেদা' হাযবম্মী। মসিদা অসুম পেন্থোকপা তারবদি মণিপুবগী তুংগী ফিভম কবি ওইরক্লনি? ৱাখল অসিমক কেরাটসিনিনা ঐবু খলহল্লকপনি।

মেলাসনা হোষ্ট ওইদুনা অখন্ননা শীনবা দিন্নর অমগীদমক ঐখোয পূন্নমক পার্ক

অদুদগী হোটেল অমদা খোঙনা চৎলম্মী। ঐগা ব্বারী শানরম্বা নিকোলাসতি লৈহৌরে। অদুবু মঙোন্দা থাগৎ ব্বাহে পীরম্নগা ময়াম মরক্তা ঐসু য়াওরকখিবনি। ময়াম ব্বা ব্বা নোক্তুনা খোঙনা চৎপা ফংবসিসু নুংঙাইবা অমনি। খোঙনা চাউরাক্লা মিটর ৭০ রোম চৎলবা মতুংদা ব্বাং-চাউরবা হোটেল অমা থেংনরে। হোটেল অসিদা চঙগদবনি হায়বদগী সেকেণ্ড ফ্লোর তম্না কাখৎপদা অচৌবা বেস্তোরেন্ট অমা লৈরম্মী। নীংথিনা তরু তনাম্না শেম শাদুনা লৈরম্নবা রেস্তোরেন্ট অসিদা ঐখোয ময়াম মথঙ মথঙ চঙনদুনা মানা মানা পাম্বা মফমশিং খল্লগা ফম্নখ্রে। ঐদি ইমা ভানুনে ডাঃ নবনে ইবেম্মা ইলোরানে কোয়শিন্দুনা ফম্মিন্নরে। মানা মানা থক্লিং চানীংবা পূম্নমক পৈদুনা লৈরিবদুদগী লৌনদুনা থকপা চাবা হৌনরে। সোফ ড্রিঙ্ক, বিয়াব, য়ু শুনা লৈরিবদুদগী অপাম অপাম্বা লৌবগা মনীংতম্না থক্লবা হৌখিবদু হোষ্ট ওইরিবা মেলাসতি শোয়দনা পেল্লমগনি। য়ুগী লৈবাক্লি। য়ুগী য়ু ঙাক্তনি। ফজনা শীজিন্নবনা য়ু থকপগী অমাঙবা অদু লৈবাক অসিদা থোইনা লৈতবগী ব্বাতনি। পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লৈবাকশিংদগী লাক্লিবা দেলিগেটশিংনা অপাম অপাম্বা য়ু বিয়ারবু হেন্না পান্না থক্কৎনবকই। ঐগী পুক্সিদা য়ুদি অমুক্তা থক্লক্তবনা য়ুবু মিহৌরুবা লৈখিদে। ঐখোয় ফম্মিন্নবিবা কাঙবুদি সোফ ড্রিঙ্ক লৌরগা অচম্বা চান-থরুবা খবগা লোয়ননা পার্টি অদুদা এঞ্জোয় তৌরম্মী। মসিসু নুংঙাইবা অমনি। মসিগুম্বা থৌদোকসি ইম্ফালদসু মশীং লাকঙমদনা থোকখ্রে। ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফমদা পাঙথোকখিবা পোইটস মিট কয়াদা শরুক য়ারুবদসু মসিগুম্বা থৌদোকসি থোকখ্রবনি। হান্নমা হৈনদুনা লাকখিবনিনা গ্রীসতদি অরাবা অমা হাযবদু ওইখিদে ঐঙোন্দা।

দিন্নরগীদমক ঐখোয় পরেং লেপ্তুনা অপাম অপাম্বা আইতেমশিং লৌরগা মেলাসকী অখন্নবা দিন্নরগী থৌরমসি মপূং ফাহন্নবা হোৎনবা হায়বসি গেষ্ট ওইরিবা ঐখোয়গী ইথৌনি। মখোয়গী আইতেমশিংদা শা থোংবা, ঙা থোংবা, হৱাইগী মথেল, মনা মশীংগী মথেল, ব্রেদ, হৈরা শুনা য়াওরি। চাকখক্তনি য়াওদবা। চাক য়াওদ্রবসু চাক্কী মহুৎ শিন্নবা ব্রেদ শীজিন্নবদি হৈনরে গ্রীসতা লাকপদগী। পূক থন্নবা চাবা য়াবা খরা চাববা মতুংদা পার্টিসিদা ফজনা এঞ্জোয তৌবিবা ময়ামবু য়েংদুনা লৈখি। ঙাইহাক লৈরগদি দেলিগেটশিংদু অমত্তা ওইনা পূনশিন্নদুনা ঈশৈ শকমিন্নবা হৌরক্লে। খূবাক খুবগী মখোল হৌগৎলকলে। লেপখক্তুনা জগোয় শাবা য়াওরক্লে। নুংশিবা উত্তুনা খজাযদা চুপ্নবা য়াওরক্লে। অমত্তা ওইবগী মতৌদু উৎলকপদগী পীক্লবা গ্লোব অসি নুংশিনবনা পীক থল্লবগুম খল্লকখি। হৱাওবা নুংঙাইবা নুংশিনবা অসিনা নৎত্রা পুরক্কদৌবিবসি পৃথিবীদা শান্তি? অসুম্না নুংশিনরবদবু করিগী লান? কেরাটসিনিগী মহৈরোইশিংনা শাবা জগোয় য়েংলুরগা হল্লক্লবসু অনৌবা শান্তিগী জগোয় অমনা রেস্তোরেন্ত অসি পাক চাউববা স্তেজ অমা ওম্থোরক্লে। খরনা চীক্লা ব্বারী শাদুনা করি করিনো খন্নরি। খরনা চুরুপ থকমিন্নদুনা জগোয়গী ভাবোক ওইমিন্নরি।

— "শোরোত।" ঐগী লেংজুমদা পায়রগা কৌরকপা নুপীগী খোঞ্জেলনি। য়েংথোক্লবদা অর্জেন্টিনাগী পেট্রিসিয়া ওইরম্মী। কুচু ঙৌবী পেট্রিসিয়ানা অমুবা ফিজোল শেৎলগা লৈরম্বদুদা অমুবা লৈচিল মরক্তগী পূর্ণিমা থাজনা লীৎথোরকপগুম উখি ইমীৎসিদা। করি হায়সিগে খঙখিদে। চপ লেপ্লগা মাবু য়েংদুনা লৈখি। নোকফেৎ তৌরগা মহাক্না হংলকখি— "এঞ্জোয় তৌবা ঙমদ্রবরা?"

— "ঙম্মি। অদুনবু ময়ামগী কুম্মৈদা য়াওরিবসিনি।"

— "থাজদে!"

— "অশেংবনি। ঐগীদি ঙসি অসি খ্বাইদগী নুংঙাইবা নুমিৎনি। মরমদি পৃথিবীগী মান্নদবা মী ময়াম অমা ঙসিদি অমত্তা ওইনা পুল্লবে। ঐখোয় ঙসিদি অমত্তা ওইরে। নঙোন্দসু মসিগী নুংঙাইবসি ফাওদ্রনে?"

— "ফাওই। ঐখোয় অমত্তা ওইনা পুনশিনবা ঙম্বসি মমল য়াম্না-য়াম্বা থৌদোক অমনি। পুন্সিদসু কাউবা ঙম্লরোই।"

লাঙবা নিনবা হরাওবা নুংঙাইবা লোইশিল্লকলে মৈতাম্না লোথরকপগুম। ঐখোয় পুন্নমকপু ঙাইরিবা বসতুগী মনাক্তা থোক্লবক্লে। মেলাসনা হবাওনা ময়ামদা বিদায় পীরকই। ব্রারী শা-শাদুনা পেট্রিসিয়াগা থোকমিন্নরকই বস তম্না। মহাক্না হান্না কাখত্তুনা মমাঙ ওইনা ফমখ্রে অর্জেন্টিনাদগী লাকমিন্নবা দেলিগেটশিংদুগা। তুং ওইরপ্না ফমলে ঐদি বেলজিয়মদগী লাকপা নহা ওইবিবা মিস্তর লুদো দি ব্রবান্দবগা লোয়ননা। যাম্না স্মার্ট ওই লুদো। প্লেনারী সেসন্দা, ব্রার্কশোপতা ফজনা পার্টিসিপেট তৌখিবা নহানি। য়াম্না কমান্দ লৈ। ইচঙথৌই। যানিংদবা মতাঙ য়াওবকপদা ফজনা অর্গুমেন্ট তৌবা ঙম্মি। হৌজিক্কী মতমদা মখোযগুম্বা নহাবোল য়াম্না দরকার ওই হায়বসি খনখি মাগী পার্টিসিপেসন্দু উরুরগা।

হোটেল স্তানলিগীদমক বস থৌবা হৌরে ঐখোয় পুন্নমকপু পুরদুনা । খঙনিংবনা হেন্লিবা লুদোগী মচীন লেপ্পা লৈতে। ব্রাবী শাবা হৌরকপদা মণিপুরদগীনি হায়রুবদগী মণিপুবগী মবমদা য়াম্না হংলকই। ঐসু খুমখি হৌজিক্কী লৈতাদবা মণিপুরগী ফিভমশিং। মণিপুরদা থোক্লিবা হাৎন-শুনবা, হ্যমেন রাইট খোঙ্গাওনরকপা, মীচম কয়া শিরকপা, নুপী-অঙাং কয়াগী ইজ্জৎ শোকলকপা মথং মথং। মহাক গুদ লীষ্টনর অমসুনি। ঐনা খঙবা ঐনা থেংনবা ঐঙোন্দা ফাওখিবা খরদুনি মঙোন্দা ব্রারী ওইনা লীখিবা। ঐনা চাউথোকনা মঙোন্দা হায়খিবদি পোকপদগী য়াওরক্লবা মণিপুবগী শান্নরোইশিংগী মগুণদুনি। মণিপুরগীদি মী খূদিংমক প্লেয়ারনি হায়বদা মহাক ঙকখি। ওলিমপীয়ান পুথোকপা ঙম্বা মণিপুববু নীংথিনা শেমগৎপীবদা পৃথিবীদা লাম্বা লৈরোই হায়নফাও চাউথোক্লা হায়খি। ভারতকী খ্বাইদগী চাওবা নেসনেল গেমস ইম্ফালদা পাঙথোকপা মতমদা পীকখ্রবা মণিপুবনা ওভরওল টিম চেমপীয়ন ওই হায়বদা মহাক অমুক্না হেন্না ঙকখি। করিগুম্বা থাজদ্রবসু ঐহাক্না

লাকমিন্নরিবা মণিপুরগী দেলিগেটশিংগী মরক্তগী অমদা হেক্তা হংঙউ হায়বদা করিগী থাজরোইদৌরিবনো হায়না খুন্নকখি। অতৈদি খঙদে শান্নবগী মতাঙসিমদি কাচিন য়ৌনা থাগৎখি। মসিদা ঐগী অপেনবা নুংঙাইবসু পোকখি। মহাক মশামকসু ফুটবোল প্লেয়ারনি হায়না ফোঙদোরকখি। মদুদা ঐহাক্না বেলজিয়মগী পার্ফোমেন্স কয়া ফ্রান্স ৱার্ল্ড কপতা উখ্রে হায়বদা মহাক ঙকখি। বেলজিয়মগী প্লেয়ার মার্ক ৱিলমোটস, লুক লীলিসনচিংবগী খুৎশান্না কয়া মথং মথং হায়বদা অমুক্কা হেন্না ঙকখি। য়াম্না থাপ্নবা চীংনুং অমদা লৈরগা করম্না খঙলিবনো হায়না হংলকখি। ঙসিগী চাউখৎলবা ইনফোরমেসন তেকনোলোজি অসিনা চাউখ্রবা পৃথিবী অসি অপীকপা খুঙ্গং অমা ওম্বোকপীরবনিনা নখোয়গী মরমদা করিগী খঙদনি হায়না খুম্বদা মহাক মঙক নোমখি।

হোটেল স্তানলিদা কুমগদবশিং কুমথরসি হায়রকপদা ইবানীগী ৱারীসু লোইশিনখি। বসতগী হেক কুমথরকপদা ওজা গাংতেনা হায়রকখি— "শরতসে ৱারী য়াম্না ফৈনে।" নোক্রদুনা হোটেলদা চঙমিন্নরক্লে। ঐখোয় ঐখোয়গী কাদা চঙননবা লিফতা কাখৎননবা চঙবদা পেট্রিসিয়াসু মহাক্কা লাকমিন্নবা নুপা অনীদুগা লোয়ননা চঙলকই। ঐখোয়না লৈরিবা ৭শুবা ফ্লোর অদু হেক য়ৌবদা লিফ অদুদগী থোবক্লগা ঐখোয়গী কাদু তম্না চঙলম্মী। ঐখোযনা লৈরিবা কাদুগা পেট্রিসিয়াখোইনা লৈরিবা কাদুগা পরেংনি। কা অনীখক্তনি মরক্তা খল্লিবা। গুদ নাইট হায়রম্নগা মখোয় অহুম মখোয়গী কাদা চঙখ্রে। ঐখোয়সু কাদা চঙলে মেগনেটিক লোকতু শীজিন্নদুনা। অয়ুক্তগী মতোমতা ইচীক চীক্না লৈহৌরবা রুম নম্বর ৭০৫ মখোল থোবক্লে ঐজ্ঞা হরিদাসকী ফাগিদা। ঙাইহাক্তসু পোত্থাবা ফংদবমখৈ অয়ুক্তগী মফম হোং-হোংদুনা চথখিবা প্লেনারী অমসুং ৱার্কশোপ লোয়ননা কেরাটসিনিগী মেয়োর মেলাসকী রিসেপসন্দা ঙসি অসিমা হৌখিবা খঙহৌদে। অসুম্না কনফরেন্স নীনি শুজিনখি। মতমগী লেপ্তবা খোঙচত্তা য়াওন্নবিবা ঐখোয়দা অনৌবা থৌদোক ৱাথোক কয়ানা পুক্নিসিদা নম্বো পোশিল্লম্বনি। নম্বোশিং অসি কৈদৌঙৈ থাগদগে হায়বসিতনি ঐখোয়না খঙদবা। ঙাইহাক ফাগি তৌবম্নগা ঐজ্ঞা হবিদাসতি ৱারমাপ্লে তুমথখ্রে। ঙসিগী থৌদোকশিংগী চিল্লবা মরকসিদা য়ুম নুংশিরকপগী ৱাখল অমসু পীক্রবা কোকসিদা চংলকখি। ঐগী মণিপুর ঐগী পীক্রবা ইম্ফালনা করম তৌবিগবা। অয়ুক অঙনবগী খবর হেক হাংদোকপগা অমা শিরে অনী শিরে, অমা হাৎলম্লে হায়বগী পাউ অশিবশিংগী ফোটো উরক্তবা কুইশিল্লকলে। নুমিদাংৱাইরম হেক ওইরকপগা তাইবোমচা তামোগোপাল য়াম্বুং ভুবোন উনদুনা অনৌ অনৌবা ৱারী কয়া শাবা ফংলক্তবা কুইরক্লে। ইম্ফাল ঐগী নুংশিবী ইম্ফাল নঙবু কমদৌরিবগে? কুইরেদা নপাউ তাখিদবা?

# তরুক

পাইবেযস যুনিভর্সিটি যৌবদু অযুক্কী পুং ৯ মুক তাবম্লগনি। অহুমশুবা থিম 'পিস এন্দ দিবলপমেন্ট' গী মতাঙদা নৈনগদবা খন্নগদবা নুমিৎনি। কনফবেন্সকী হুম্নি চনবা নুমিৎ ওইববসু দেলিগেট পূম্নমক মশা খীং খীং লাউবি। যুনিভর্সিটি অনীগী মহাও তংখ্রে। পাইবেয়স যুনিভর্সিটিসু চপ  মান্নবস্মী। ফেসিলিটি শুনা লৈবস্মী। যাম্না নান্না নান্না থস্মী মখোযগী সেন্ট্রেল হোলশিং। যুনিভর্সিটিগী ওইবা হোলশিং অসিনা অসুক ফজববদবু মখোযগী সবকাবগী ওইবা সবকাবনা চলাইবা পব্লিক হোলশিংদি কবি ওইবমগনি? মেন্টেনেন্স খ্বাইদগী ফজনা তৌবা মফম্নি হাযনসু মখোযগা থেংনবদা হাযবকই। লম্বীদা থেংনবা গ্রীকশিংগা ব্বাবী শাবদসু অযুকতা ঙাহৌ ঙাহৌ ব্বাকিং চৎপদসু অচোয অপা অমদি খবব য়োনবা দুকানশিংদা ব্বাবী শাবদসু মখোযগী তোপ তোপ্পা কেবেক্তব অসি উবা ফংই। মখোয মশা নানবা য়াম্না পাম্বা কাঙবুনি হাযবসি উবিবা গ্রীকশিংদগী খঙবা ঙম্মি। পাইবেযস যুনিভর্সিটি অসিমক্কী কমপ্লেক্স যাম্না চাউই। সেন্ট্রেল হোলদা দেলিগেটশিং ইনভাইটিজশিং পূন্নমক মাগী মাগী অপাম্বা মফম যেংলগা ফম্নখ্রে। হোল খুদিংমক ব্বা ঙাঙফম দাইসনা মথাদা লৈবগা মযামগী ফমফম্না অসুম অসুম ঙমখৎখিবা ঙাক্তনি। অসুম ঙমখৎখিবগী খ্বাইগী মতাই ওইবপ্না কুচু মুশুক মুবা অনীখক ব্বাবী চীকথনদুনা

লৈ। কুচু মুবশিংগা ব্বারী শানবা মরূপ শান্ননিংবা কুইরবনি। কুচু মুবা অমত্তং ঐগী মরূপ্নি হায়বদু পামজখি। হন্দক্কী কনফরেন্স অসিদদি কুচু মুবা মরূপ অমদি শোয়দনা ফংলগনি থাজখিবনি। থাজবা অদু চেৎনা থন্নগা মখোয় অনীগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফম্লুই। কয়ামুক য়াম্না মুবগে হায়ববু মখোয়গী মখুত্তা থেংলুবদা অমুবা চুরক্কদবগুম খনখি। মশা মুবগী মথক্তা ফুরীৎসু অমুবা লীৎলি। মশমসু মুশুক মুবগা লোয়ননা উরূ উরূ লৈশিল্লি। তাঞ্জা য়েংলগা খোন নেম্লপ তৌনা ঐগী ওয়থংবদা ফম্লিবদুদা কৌরুই— "হল্লো ফ্রেন্দ!" নোকফেৎ তৌনা য়েংথোরকই। খুৎ শোক্লে। ঐবু উবদা কদাইদগীনো হংলকই। মণিপুরদগীনি হায়বা তাকই। 'ইন্ট্রদক্সন টু মণিপুর' গী কোপী অমা পীশিল্লি। মুম্না য়েংদুনা ঙাইহাক লৈ। ব্বা অমত্তা ঙাঙনদে। ঙরাংগী ব্বার্কশোপ্তসু থেংনখ্রবনি। অদুবু হকথেংননা ব্বারী শানবগী খুদোংচাবা ফংদবগী নিংঙমদবা অমদি লৈহৌই। অচীকপবু থুগাইরগা হংখি— "অদোমগী মরমদা খরা খঙজনিংই।"

— "ঐহাক সিনেগালদগীনি। ইতোমতনি কনফরেন্স অসিদা য়াওবা লাকপসু। ঐগী মিংনা এলিওন লুম। হৌজিক হৌজিক য়ুনাইতেদ নেসন্স ইনফোরমেসন সেন্টরগী নেসনেল ইনফোরমেসন ওফিসার অমা ওইনা থবক তৌরি। সিনেগাল নেসনেলগীনি। লৈবনা সিনেগালগী কোনুং দাকরমক্তুদা লৈ।" চাউরবা মচীনবান অনীদুগা লোয়ননা তুম্বক তুম্বক ঙাঙলকপনি। ইশাসু মখা তানা জরনেলিষ্ট-পোইন্ট অমা ওইনা ইন্দিয়াগী মহুৎ শিন্না মণিপুরদগী লাকপনি হায়না মঙোন্দা খঙহনখি। ঐ ইশানা ইবা শৈরেং খরা ইংলিসতা ট্রান্সলেট তৌদুনা পুবদু কোপী অমমম মঙোন্দা পী। 'অফ্রিকা' হায়বা শৈরেংদুনা মথক ইথং থংনা পীবনি। ঙক্না য়েংখি শৈরেংদুদা। মথং মথং অতৈসু য়েংলগা হায়রকখি— "শৈরেংশিংসিনা ঐঙোন্দা করিগুম্বা খরা খলহল্লি। ঐবু মুব তৌহল্লি। দাকব হেক য়ৌবগা ফ্রেঞ্চ লোন্দা হন্দোক্তুনা জরনেল খরদা ফোঙগে। ঐখোয়গী সিনেগালদদি ফ্রেঞ্চ লোন্না মপুং ওইনা শীজিন্নৈ। মসি য়াবা নৎত্রা?"

— "ঐনা হেক পামজরিবসু মদুনি। অয়াবদু পীজরি।" ঐহাক হরাওমন্দুনা মহাক্কী মুশুক মুরবা থা থা লাউরবা মখুত্তু পেন্না শোক্লুই। ঐগী কেমেরাদু পুথোক্তুনা ফোটো অমত্তা নমমিন্নসি হায়না মঙোন্দা হৌদোক্লুই। মদুদা মহাক্না নোক্লদুনা হায়রকই —"নম্ববুদি য়াই। নমসিনে। অদুদা নঙদি তানি ঐদি তারোইদো।"

— "করিগী তাদনি! ব্লেক এন্দ হোইটনবো!" ইবানী অমুকসু পেন্না নোকমিন্নৈ। ইবেম্মা ইলোরাদা হায়রগা ইবানীগী ফোটো অমা লৌহনখি। লুম ব্বাং চাউই। মহাক্কী খদাঙ মপাদা ঐগী কোকতোন লৈ। ফোটো কাপ্লমদাইদা নুংশিনা কোল্লকখি। থেঙ্ক য়ু হায়রম্লগা মহাক্কী মনাক্তগী থোরকখি।

সেসন হৌগদবা ঙাইহাক ব্বাৎলিবগুম তৌই। অকোয়বদা কোয়না অমুক্তং কনা কনা

লৈবগে য়েংলকপদা পেট্রিসিয়াদু মনীং ওইরপ্পা মতোমতা ফমদুনা লৈবদু উই। মনাক্তা চঙশিল্লুই ঝারী খরা শানীংদুনা। মানা ঐবু হেক উবগা কৌরকই— "শোরোত।" মহাক্না ঐবু শোরোত শোরোত কৌই। শরত নৎত্রগা শরতচান্দ হায়না শেংনা হায়বা থোক্তবগুম তৌই। অদুবু মহাক্না মরৈ থারপ তৌনা শোরোত হায়না কৌরকপদা হেন্না নুংশিবা অমা পোকহল্লি। মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফম্মিন্নরে। ঐগী খাউদা য়াওরিবা ফাইলদু লৌথোক্লগা শৈরেং খরা মঙোন্দা পী। শৈরেংশিংদু য়েংলগা মহাক্না হায়রকখি— "নহাক পোইট অমরা?" হোয় হায়দুনা ঙক নোমই। মখা তানা মঙোন্দা হায়খি— "য়ারবদি ঐগী শৈরেংশিংদু নখোয়গী স্পেনিস লোলদা হন্দোক্লগা খরা ফোঙবীয়ু। মদু তৌবীরবদি ঐহাক য়াম্না নুংঙাইগনি।"

— "শোয়দনা তৌগনি। ঐগী মরূপ খরা যুনিভর্সিটি খবদা প্রোফেসার ওইবা য়াওবি। স্পেনিস লিটরেচরদা থঝায় য়াওবা মরূপ খরসু লৈ। মখোয়বু স্পেনিস লোন্দা হন্দোকহনগে অদুগা ফোঙগে। নহাক পোইট অমা ওইবম্বসি য়াম্না নুংঙাই। ঐগী মরূপ পোইট অমা ঙসিদি ফংলে।"

—"চপ চাবা পোইট অমদি নত্তেদা। পামজবগী অসুম ইবনি। হৌজিক ফাওবদা শৈরেং লাইরিক মরি ফাওবদি ফোঙখ্রে।" মহাক ঙক্না ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈ। ঐনা মখা অমুক তাখি —"ঐনা অর্জেন্টিনাবু খঙবদি ফুটবোলদনি। অর্জেন্টিনা হেক হায়বগা ফুটবোল হেক্তা নীংশিংলকই। নখোয়গী মরাদোনা ঐনা কবম্না কাউগনি? হন্দক্কী ১৯৯৮ গী ফ্রান্স কপতা বতিসতুতা, ওরতেগা, লিওনার্দোনচিংবগী খুৎশান্নশিংদু কাউদ্রি। নখোয়গী অর্জেন্টিনাদি অফাওবা ফুটবোল্লব কয়া পুথোবকই।" ঐনা মথং মথং মখোযগী প্লেয়ার খরগী মমিং পনবদুদা মহাক পুমঙক ঙকখি। হংলকই

—"নঙদি কবম্না ময়ামদু খঙলিবনো?"

— "ঐদি স্পোর্টসরাইটর অমসু ওই। শরথি হাযবা পেন নেম অমগী মখাদা স্পোর্টসকী মরমদা য়াম্না ই। পোক্লফম কৌবা মণিপুরীদা নুংতিগী ফোঙবা পাউ-চে অমদা ১৯৯৮ গী ফ্রান্স কপপু হৌবদগী লোইবা ফাওবা ফজনা কোভব তৌখি। অহীং কয়া তুমখিদে। ঐবু য়াম্না লুনা তৌবা মণিপুরগী কবি নীলকান্তনা য়াম্না থাগৎখি মদুদা। অসুম্না য়াম্না ঝানা ফ্রান্স কপপু কোভর তৌনবা হোৎনবদগী অর্জেন্টিনাগী মরমদা খঙখিবনি। ঐদি অর্জেন্টিনানা চেম্পীয়ন ওইগদ্রা খল্লুবনি অদুবু কার্টর ফাইনেলদা হোলেন্দনা ২-১ দা মাযথীবা পীদুনা নখোয়গী লৈবাক্না লৈহৌবদু ঐঙোন্দা নুংঙাইতনা থোকখি। চেম্পীয়নসু য়ুম্বু ফ্রান্সনা ব্রাজিলবু ৩-০ দা থোইদুনা ওইখি। নুংঙাইখিদবদি ব্রাজিলগী টিমদা য়াওবা ঐনা য়াম্না পামজবা বোনালদোনা ফজনা শান্নবা ঙমখিদবদুনি।" মহাক অমুক্না হেন্না ঙকখি ঐনা মথং মথং হায়রকপদুদা। অঙকপা অমগা লোয়ননা হায়রকখি— "নঙদি পোইট অমা ওইবদা নত্তনা

স্পোর্টসকী মরমদসু ফজনা খঙইনা!"

ঐহাক পাউখুম পীখিদে। নোকপতমক নোকখি। ঐগী খাউদা য়াওরিবা 'ইন্ট্রদক্সন টু মণিপুর' হায়বদু কোপী অমা লৌথোক্লগা মঙোন্দা পীনা পীনা হায়খি—"মণিপুরগী মরমদা ফোঙবা অতেনবা ৱারী খরনি। পাবীয়ু। মণিপুরবু খঙবীয়ু। পৃথিবীনা ইখঙ খঙনদ্রিবা পীক্লবা স্তেত অমনি।"

থেঙ্ক য়ু হায়রম্লগা মনাক্তগী থোরক্লে। নোকফেৎ তৌদুনা লৈহৌই। ইমা ভানুখোয়না ময়ায় ওইরম্না ফল্লিবা মায়কৈ অদোমদা চঙশিন্দুনা ফম্লে। প্লেনারী সেসন্দা অহুমশুবা থিমগী মরমদা তোকর খরনা ৱা ঙাঙবা হৌরে। দোমিকান রিপব্লিকতগী মতোমতমক লাকপা পিসকী জরনেলিষ্ট অমা ওইরিবা দুৱান পাব্লো একোস্তা গারসিয়ানা মোদরেটর ওইখি সেসনদুদা। অহানবদা বাংলাদেশকী ৱাটর রিসোর্সেসকী মিনিস্তর মিস্তর অব্দুর রাজাক্না হায়খি— "শান্তিগী মৈরা পায়রিবশিংনা পৃথিবীদা শান্তি পুরক্লনবা ঙসি এথেঙ্গতা পুল্লিবা অসি চাউথোকচনিংঙাইনি। অনৌবা সেঞ্চুরি অসিগী নোঙাল্লকপা মতমসিদা ঐখোয় পুন্নমক্না কন্না হোৎনদুনা পৃথিবীদা তুং কোইবা শান্তি পুরক্লবা হোৎনমিন্নরসি।" পোর্টুগালদগী লাকপা ইকোনোমিষ্ট ব্লাস্কো ফর্নান্দেজনা হৌজিক্কী পৃথিবীদা ইমবেলেন্স কয়া থোরক্লিবসিগী মতাঙদা মরীক চুন্না ঙাঙখি। ইনাকখুনবনা অসুম খুনখিবা লায়রবা অমনা পৎ-তৎনা লায়ররকপা অসিগী মরম কয়া খুদমগা লোয়ননা হায়খি। ইরাক্কী ওরগনাইজেসন ওফ ফ্রেন্দসিপ পিস এন্দ সোলিদরিতিগী প্রসিদেন্ট ওইরিবা ডাঃ একে অল-হসিমিনা হৌজিক ইরাক্তা থোক্লিবা ব্রোকেদ অমসুং ইস্বার্গোদা খম থেংনা মায়োক্নরিবা অৱাবশিংদু পাউদম্বদা তিল্লিবা পুন্নমক থম্মোয় শোন্থহনখি। ইরাক্তা থোকপা থাউ পুন্নমক য়োনবগী মতাঙফাওবা য়ু এন না কন্ট্রোল তৌশিল্লকপদগী হেন্না ৱাশিল্লকপগী ফিভমসু পাউদমখি। মহাক্না য়াম্না ইমোসনেল ওইনা মখা তাখি— "জেনোসাইদনা ঐখোযবু অশিবগা চপ মান্নহল্লে। চহী খুদিংগী মখল কয়াগী লায়নানা মী চা কয়া শিরি। লান তৌখিবদগী লানফম ওইখিবদগী কেমিকেল ৱার পাঙথোকখিবদগী ঐখোয়গী অঙাং কযা চহী খুদিংগী লেপ্তনা শিরক্রি। অঙাং কয়ানা মখল কয়াগী লায়না পক্তুনা অয়ো নাহে চন্দুনা লৈরি। অনাবা অমগী হীদাক মখল অমফাওবা ফংহন্দ্রি। ঐগী অনাবা ফনবা হীদাক অমত্তা ফংহনবীয়ু হায়না মখূৎ থাঙ্গৎলদুনা অঙাং কয়ানা তেংথারি। য়েংহৈদ্রবা ঐখোয়গী লৈবাকসিদা ঐখোয় শান্তি পাম্মী। অদুবু ব্রোকেদ ইস্বার্গো জেনোসাইদনা ঐখোযবু ইখোঙ-ইখূৎ লোয়না পুনশিন্দুনা থম্বীবগা চপ মান্নরে।" ডাঃ অল-হসিমিগী মখোল নীক্লবা ৱাহৈনা ঐখোয়বু পি শীন্থহনখি। ঙসিদি ইরাক কয়াম ৱারবগে হায়বদো মহাক্কী ৱাহৈশিংদগী খঙবা ঙমখি। ঙসিগী থল্লিবা অহুমশুবা থিমগী মরমদা দেলিগেটশিংনা অমুক খন্না নৈনবা হৌরকখি। মোদরেটর ওইরিবা গারসিয়ানা নৈনবদা শরুক য়াগদবশিংদা মিনিট অহুমদগী হেন্না ঙাঙবা য়ারোই হায়না লাউথোকখি।

ডাঃ গাংতেনা খন্ন-নৈনবদা শরুক য়ারদুনা হায়খি— "সাউথ ইষ্ট এসিয়াগী মনুং চন্না লৈবা ভারতকী অৱাং-নোংপোক ভারত্তা লৈরিবা মণিপুর কৌবা স্তেত অসিদা হিংলিবা ঐখোয়গী পুন্সিদা লৈতাফম খঙদনা হিংলকলিবসি চহী ৫০ হেল্লকলে। ইন্সরজেন্সি প্রোব্লেম, ইথনিক প্রোব্লেম অসুম হেনগৎলক্রি। ভারতকী অৱাং-নোংপোক ভারত্তা থোক্লিবা প্রোব্লেমশিং অসি পৃথিবীগী ওইবা সংস্থান খুদম ওইনা ৱার্ল্ড পিস কাউন্সিলগুম্বগী মীৎয়েং চিংশিনজরি।" পীরিবা মতম মিনিত অহুমদগী হেনবা য়াদবনা ৱাফম খরসি ডাঃ গাংতেনা


ডাঃ গাংতেনা ৱা ঙাঙবা

ময়ামদা ফোঙদোক্রমখি। বোলিভিয়াগী লাজারো পারপসু থিম অসিগী মতাঙদা নৈনবা যাওখি। অদুবু মিনিট অহুমগী মনুংদা ৱা ঙাঙউ হায়বদুদা অৱাবা অমদি ওইনখি। মোদরেটর গারসিয়ানা ফজনা কলিং তৌদুনা মী খুদিংমক মিনিট অহুমদগী হেনহলখিদে। ৱাকোয় হেক চৎপদা পোইন্টতা লাকপীয়ু হায়দুনা মরক হেক্তা থৎখি। নেপালগী ডাঃ নাগেশ্বরনা ঙাঙবদসু মিনিট অহুম হেন্দোরকপদা মোদবেটবগা খোন কল্লপ ঙাঙনখি। মোদরেটরনা য়াম্না তোয়না "স্তোপ প্লিজ" শীজিন্নখি। দেলিগেট খরসু মাগী মাগী ওইবা মোৎ ফোঙদোক্লখি। অরোইবদা মোদবেটরনা থিম অসিগী মতাঙদা তেনতকপা ৱাফম খরা থম্বগা লোয়ননা অরোইবদা হায়খি— "ময়াম পুন্নমক্কী মোৎ ফোঙদোকপা ঙাইহাক্তা ওইববসু ফংননবা ঐনা মিনিট অহুমখক্কী মতম পিজখিবনি। মসিদা ময়াম্না পুক্লিংদা নুংঙাইতবা থোক্লম্বা য়াই। মদুগীদমক নুংঙাইতবা ফোঙদোকচরি।"

টি ব্রেক অমা পীরবা মতুংদা তোঙান তোঙানবা কা মরিদা গ্রূপ মরি থোক্লা খায়দোক্লুনা ৱার্কশোপ হৌরে। মানা মানা অপাম্বা মতুং ইন্না য়াওনখ্রে। মণিপুরগী টিমবু লিদ তৌদুনা চৎলিবা ডাঃ মোইরাংথেম নরবু ওরগনাইজরশিংনা গ্রূপ 'দি' দা থল্লিবা 'ইবাদিকেসন ওফ পোবরটি এন্দ হঙ্গর' হায়বা হীবমসিদা মোদরেটর ওইনা খল্লে হায়না লাউথোরকখি। মণিপুরদগী চৎলিবা ঐখোয় পুন্নমক চাউথোকচবা অমা পোকখি। পৃথিবীগী লৈবাক খরগী দেলিগেট খরনা শরুক য়াগদবা ৱার্কশোপ অমদা মণিপুরী মচা অমবু মোদরেটর ওইনা খল্লকপদা করম্না ঐখোয়না চাউথোকলোইদৌরিবনো? গ্রূপ দিগী থল্লিবা কা অদুদা ঐসু শরুক য়ানবা চঙলে। অদুবু ঐনা ডাঃ গাংতেদদি হায়রম্মী— "ওজা, য়ারবদি গ্রূপ সিগী হ্যুমেন রাইটস হায়বা হীরম অসিদা খন্নগদৌরিবা অসিদা শরুক য়াবীয়ু। ঙসাই দিসকসন্দা

ফজনা ঙাঙবগী চান্স ফংখিদবনা ৱার্কশোপতা ঐখোয়গী প্রোগ্রেমশিং ময়েক শেংনা হাইলাইট তৌবীরম্মু।" ওজা গাংতেদু ঐনা হায়বা ৱাফমদুদা চুম্মি হায়দুনা গ্রূপ সিগী ওইনা পেলেস্তাইন কাউন্সিল ফোর জস্তিস এন্দ পিস কী জেনেরেল সেক্রেটরী ডাঃ মারি অবদেল রহমননা মোদরেটর ওইগদবা গ্রূপ অদুদা শরুক য়াননবা চঙখি।

ডাঃ নরনা চেয়র লৌদুনা চত্থবা হৌখিবা ৱার্কশোপ অদুদা সিনেগাল, জিবোটি, বেলজিয়মনচিংবগী দেলিগেট কয়াসু য়াওখি। অতোপ্পা য়ু এনগী য়ুনেস্কোগী এন জি ও খরগী রিপ্রজেন্টেতিব খরসু নৈনবা অদুদা শরুক য়াখি। ডাঃ নরনা মতম ফজনা পীদুনা মখোয় মখোয়গী প্রোগ্রেম কয়া ময়েক শেংনা ফোঙদোকহনখি। পৃথিবীদা ওইরক্লিবা পোবর্টি অমসুং হঙ্গরগী মতাঙদা য়ু এনগী ওফিসিয়েল ওইবা ডাটা কয়াদা



মোদরেটর অমা ওইনা ডাঃ নরা

বেজ তৌরগসু নৈনখি। নীংথিনা নৈনদুনা ৱারেপ খরা লৌরবা মতুংদা ৱার্কশোপ অসি মায় পাক্লা লোইশিনখি। শরুক য়ারিবশিংনা ডাঃ নরবু ৱার্কশোপ অসি ফজনা কন্দক তৌবগীদমক থাগৎলমখি। ঐখোয়না থোরকপদা ডাঃ গাংতেসু মখোয়গী গ্রূপকী নৈনবদু লোইরে হায়দুনা থোরক্লম্মী। মহাক্লা ঐহাক হেক উবদা হায়রকখি— "ইবুঙো শরত, ঐনা ফজনা হায়রম্লবনি। ঐনা মথং মথং হায়রকপদা মোদরেটরনা য়াম্না পূক্লিং চঙনা তাবীখি। শরুক য়ারিবা অতোপ্পা লৈবাক্কী দেলিগেট খবনদি 'অহানবদা য়েৎলম্মী অদুবু ঐনা মচা খায়না ঙাঙবদগী মখোয় তুমিন্না লৈখি। আসামদা, নাগালেন্দা, মণিপুরদা, ত্রিপুরাদা থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোক ময়ামসি ৱার্ল্ড পিস কাউন্সিলনা য়েংশিনবীয়ু হায়নফাও ফোঙদোক্লম্লবনি। অরোইবদা মোদরেটরনা ঐনা পুখৎলিবা ৱাফম অসিবু য়ারদুনা কাউন্সিলগী একজিকিউতিব কমিতিদা ইসুশিংদু পুথোক্লবা রিকমেন্দ তৌবা হায়না লেপ্লখ্রে।" ওজা গাংতেগী ৱাফম অসিদা ঐহাক শাথিনা নুংঙাইখি। ঐখোযগী ওইবা ৱাফম খরা পৃথিবীগী ওইবা অচৌবা প্লেটফোর্ম অমদা পুথোকপা ঙম্বসিদা হন্দক্কী কনফরেন্স অসি ঐখোয়গী ওইনদি মায় পাক্লবনি হায়না খল্লখি।

লণ্ডন লৌববা মতুংদা ঙাইহাক পোত্থানরিঙৈ তাম্লক্লুদা ঐনা ডাঃ নরগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা হায়রুই —"ওজা ইম্ফালদা ফেক্স অমা থাসি হায়বদু কমদৌসেবা ? য়ুনিভর্সিটিসিগী ৱাংমদা ফেক্স থাফম অমা থিরুবগা থাথ্রসিরা ?" ঙাইখো অমুক্তা হংলকখিগে হায়রম্লগা ডাঃ নরদু হোল মনুংদা চঙখি। এ ফোর সাইজদা লামায় মঙা পীক থন্না মণিপুরীদা ইথোক্লবা 'পৃথিবীদা শান্তি পুরক্লবা মীফম ফম্বা হৌখ্রে' হায়না মিংথোনবা পাউ অদুনি ঐনা পোক্লফমদা

থাবা পামখিবদু। ডাঃ নর থোরকই ৱার্ল্ড ফেদরেসন ওফ দেমোক্রেটিক য়ুথকী প্রসিদেন্ট ইরাকলিসকা লোয়ননা। চৎসি লাকউ হায়বদগী ঐখোয় অহুম লিফ তোংদুনা মথক্তা কাখৎলি। মথক্তা কম্প্যুটরনা পীক থন্না লৈবা কা অমদা ঐখোয় অহুম চঙমিন্নরে। নুপী অমা লৈরম্মী। কা অদুসু য়ুনিভর্সিটিদুগী ইনফোরমেসন এন্দ পব্লিক রিলেসন্সকী ওফিসনি। নুপীদুনা ইনফোরমেসন ওফিসার। ইরাকলিসনা ঐখোয় অনীবু নুপীদুদা শিন্নরম্লগা থোকখ্রে। ডাঃ নরনা ঐখোয়গী অপাম্বদু নুপীদুদা হায়। এথেন্সতা পাঙথোক্লিবা ৱার্ল্ড পিস কনফরেন্সকী মরমদা মরীক চুম্বা পাউ অমা ইন্দিয়াগী স্তেত অমা ওইরিবা মণিপুরদা থাদুনা পাউ-চে অমদা ফোঙহন্নিংবদগী ফেক্স  অমত্তং থাজগে তৌবনি হায়বদা নুপীদুনা হরাও হরাও য়ারম্মী। খুদক্তা **পোক্লফমদা** টেলিফোন তৌদুনা ফেক্স হাংদোক্নুনা থন্নবা হায়খি। ফেক্স মেছিন্দুদা অহানবা পেজ অদু হাপচিল্লগা লোইবা ঙাইবদা মিনিট ২৭ লোম চংলে। য়াম্নসু কুইমনখ্রে। পেজ মঙা থাবদদি পূং অনীরোম হেন্না চঙলগনি খনবদা ঐহাক  হুমাঙ অনপ্পী কারে। নুপীদুসু চঙশিল্লক্নুনা ফেক্সকী মওংদু য়েংই। অদুবু অহোংবদি লৈতে। য়াম্না তপ্না চৎলি। ফেক্স থাবা হৌবদু নুংথিলগী পূং ১২.০৫ রোম চৎলে। পেজ অনী লোইরকপা মতমদদি নুংথিলগী পূং ১ রোম তারক্লে। ডাঃ নরসু নুংথিলগী পূং ১ দগী হৌগদৌরিবা 'সোলিদরিটি ওফ পেলেস্তাইন' গী সেসন্দু যাওনিংই হায়বদগী ঐঙোন্দা য়াননবা থাখ্রো হায়বম্লগা কুমথখ্রে। লেঙঙম শাঙমদনা চৎলিবা চেনাদু শেন্নবদা চোকথবা ফাওরক্লে ঐহাক। নুপীদুসু মহাক্কী মথৌদা পূক্লিং চঙলি। অদুবু মনাক্তা লৈরিবা টেলিফোন খরদু খীংলকপদা অচীকপা কয়াদি থুগাইখি। মানসু কন্না কন্নাদনো খঙদে টেলিফোন পঙতৌদা তৌই। ঙাইহাক লৈরগা ইনাক্তা অমুক চঙলকই। য়ারিবা নৎত্রা হায়রম্লগা মাগী চৌক্রিদুদা ফমদুনা করি করিনো ফাইল খরা শুবগুমসু তৌই। ঐহাক্তি ঙাইবদা শিগদৌরে। লামায় মঙামক লোইনা থাগদৌরিবনিকো খনবদা অমুক্তা হেন্না ৱারে। নুপীদু অমুক অমুক হৌগৎলক্লগসু হংলকই— "পেজ কয়াম ৱাৎলি?" য়ামদ্রে হায়বা নত্তনা করিদি খুম্নুনি? নুংথিলগী পূং ২ তারে পেজ মরি থাবা লোইবদা। ৱারবসু ৱানা পেজ অমখক্তা ঙায়রে খনবদা হকচাংসি খরদি য়াংবগুম তৌই। অরোইবা পেজ থাবা হৌরকপদা নুপীদুনা হায়রকই— "কয়াম ৱাৎলি? ঐগীদি পূং ২ দা ছুটি ওইরে। অদুবু নঙগীদমক খল্লগা ঙাইরিবসিনি।"

মতমবু য়াম্না লীক্লা শীজিন্নবা মতমগী মমল খঙবা মখোয়দদি মিনিট মঙা তরা হায়বসি মমল য়াম্না য়ামই হায়বসি খঙই ঐহাক। মতমগী মমল ইখঙ খঙদবা ঐখোয়দদি মতমবু মতম চানা শীজিন্নবা ঙমদে। অদুনা মণিপুরদদি 'মৈতৈ পূং' হায়দুনা অনৌবা পূং অমা চৎনরক্লিবসিনি। মসিবু চাউখৎলকপগী খুদম্না? নুপী অসি পূং ২ দা ছুটি ওইবনিনা পূং ২ চপ চানা মাগী ওফিস থাদোক্নুনা ময়ুমদা হন্নিংলম্বা য়াই। নৎত্রগা মরূপ-মপাং উনবগী প্রোগ্রাম লৈরম্বা য়াই। নৎত্রগা থিয়েটর অমদা কুম্মৈ য়েংবা চৎনবগী প্রোগ্রাম লৈরম্বা য়াই।

অদুবু ঐনা মবম ওইদুনা মাগী মরু ওইবা প্রোগ্রাম কয়া কেন্সেল তৌহল্লবজাৎলা হায়না ইথন্তা ইকায়বা ফাওবকখি। লাষ্ট পেজদুনা চৎনিংগুম চৎনিংদগুম তপ্লি তপ্লি চৎলিবদু উবদা নাতোন শুমাঙদা অবৎপা লৈতনা হুমাং কাবকখি। ঐবু ঙাইবা ওইনা নুপীদু অমুক টেলিফোন মথঙ মথঙ তৌদুনা লৈখি। কনা কনাদনোদি খঙদে। মরূপ-মপাংশিংগী মফমদবা নৎত্রগা ময়ুমদবা? উচিন নাচিন্না নুংথিল পূং ২ ২৯ তাবদা চপ চানা লোইবে। হকচাংসি ঈকজবগুম রাই শংখি। ইযাং যাংখি। নুপীদুদা হাযখি— "লোইজবে। অদোমবু হন্না হন্না থাগৎচবি। অদোমগী তৌবিমল পুন্সিগী কাওজবোই।" মহাকসু নোক্লদুনা হাযবকখি— "অদোমগীদমক কবিগুম্বা খবা পাঙথোকপা ঙম্বসিদা ঐহাকসু নুংঙাই। থাগৎচরি।" ফেক্স থাখিবগী বিজল্ট পীবকপা চে মচেৎ অদু পুবদুনা ঐহাক মখাদা কুমথবক্লে মঙোন্দা থেক্ষ যূ ভেবি মচ হাযবল্লগা। ঐনা মখা হেক যৌবদা নুপীদু কাব থৌবগা যুনিভর্সিটি কেম্পসতগী থোকখিবদু উখি।

হোল মনুংদা চঙলে। পেলেস্তাইনগী হৌজিক ওইবিবা ফিভমগী মতাঙদা ঙাঙনবল্লি। অকিবগী অকিবা ঙাক্তনি। পৃথিবীগী মফম খূদিংদা থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোকশিংগী ৱাবী। মসিগী মতুংদা কনফরেন্স অসিগী অবোইবা থিম ওইনা থল্লিবা 'কলচব ওফ পিস' হাযবসিগী মতাঙদা খন্ননবা অমুক লৌখৎলে। হীবমসিগী মতাঙদা ডাঃ নৱসু দাইসতা চঙশিন্দুনা ঙাঙখি— "কলচব হাযবসি সিবিলাইজেসনগী প্রদক্ট অমনি মবম অসিনা অফবা সমাজ অমা শেমগৎপদা কলচব অসি শীজিন্নবা যাই। ঐখোযবু বাজনীতিনা খাইদোকপীববসু কলচবনদি পূনশিনহনবা ঙমই। ঐখোযগী পৃথিবী অসিমক্তদা লান কয়া মীহাৎ মীপূন কয়া জেনোসাইদ কয়া থোকখ্রে। অদুবু হৌজিক্তি হ্যুমেনিজম্না ঐখোয পূন্নমকপু পূনশিন্নবগী মতমদুদি হৌজিক ওইববনি। অদুনা পৃথিবীদা হিংমিন্নবিবা


ডাঃ নরসিংহ ঙাঙবা

ঐখোযগী মবক্তা কলচব ওফ পিস নুংশিনবা অমসুং নুংঙাইবগী ৱাখল্লোল অমা শেমগৎপা দবকাব ওইবে। চৎলিবা চহী ২০০০ অসি যুনাইতেদ নেসন্সনা ইন্টবনেসনেল ইয়াব ফোব কলচব ওফ পিস হাযনা লাউথোকখ্রে। মণিপুবদসু থিম অসিগা মবী লৈননা ইন্টবনেসনেল সেমিনাব অমগা লোযননা কলচবেল ফেষ্টিবেল অমা পাঙথোক্লনবা প্রপোজ তৌজবি। মণিপুব অসি কলচবদা ইনাক যান্না খুনবা ভাবতকী মনুংদা লৈবা ভেত অমনি। মালেমদা পোলোবু খুদোল তৌখিবা পোলোগী পোক্লফম লমদম ওইবিবা মণিপুবদা পোলোনা

কলচরেল ফেস্তিবেল অসিগী মপূং ওইবা ইভেন্ট ওইহনগনি। মণিপুরদা ফোরেন্নর চঙবা য়াদবগী অথিংবা অমদি হৌজিক লৈরি। মরম অসিনা ইনাক খুল্লবা মণিপুরগী কলচরবু মপানগী মীশিংদা ফজনা মশক তাকপা ঙমদ্রি। অদুবু ইন্টরনেসনেল কলচরেল ফেস্তিবেলদদি মপানগী মীওই কয়া লাক্তুনা মণিপুরগী কলচরবু খঙবা ঙম্লগনি। লোয়ননা কলচরগী মতেঙনা শান্তি পুরকপদসু মতেঙ ওইরগনি।"

ডাঃ নরনা প্রপোজ তৌখিবা ফেস্তিবেল অসি পাঙথোকপদা ময়াম্না হরাওনা অয়াবা পীখি। মণিপুরদগী চৎলিবা ঐখোয় পূন্নমক হেন্না হরাওখি। ঐখোয়গী মণিপুরবু পৃথিবীগী লৈবাক খরনা হেন্না ময়েক শেংনা খঙলগনি থাজখি। ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংনা থম্বিরম্বা মমল য়াম্লবা কলচরনা পৃথিবীদা শান্তি পুরক্লবগী মচাক অমসু ওইবা ঙম্লগনি খনখি। মণিপুরদগী চৎমিন্নরিবা ঐখোয় পূন্নমক হরাওমনখিদুনা খুবাক পেন্না খুখি। শান্তিগী কলচর অমা শাগৎপদা ঐখোয়গী থৌদাং খরদি লৌবা ঙম্লগনি খনবদা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদে। থিম অসিগী মতাঙদা লৈবাক খরগী দেলিগেটশিংনা মাগী মাগী পূক্লিংদা ফাওবকপা ৱাখল্লোন কয়া ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লখি। ফ্রান্সকী দানিয়েল দুরান্দদি য়াম্না ময়েক শেংনা হৌজিক্কী পৃথিবীদা কলচর ওফ পিসকী ঈহৌ অমা শাগৎপা য়াম্লমক তঙাইফদ্রে হায়না ফোঙদোকখি। অবোইবা থিম অসিগী প্লেনারী সেসন হেক লোইবগা ৱার্কশোপ অমুক চত্থখি। হান্নগুম গ্রুপ মরি থোকনা খায়দোকখি। ঐহাক্তি গ্রুপ বিদা থন্নিবা হীরম 'ইন্টরনেসনেল ইযার ফোর কলচর ওপ পিস' হায়বসিদা শরুক যাখি। মসিদনা হেন্না কৃপ্পা কলচব ওফ পিসকী মতাঙদা নৈনখি। নৈনবা অসিদা শরুক য়াবিবা পূন্নমক্লা হৌজিক হৌজিক তঙাইফদ্রিবা অসি ক্রিয়েসন ওফ কলচর ওফ পিস হায়বসিনি হায়না মোৎ অমত্তা ওইনা য়ানখি। ৱার্কশোপ লোইদুনা থোবকপদা নুমিদাংৱাইরম ওইবম্লে। নুমিৎনা চীংযা পাঙখিবগী স্নব্দপ্পা মচুনা চাইথবা হৌরম্লে। ৱার্কশোপ পাঙথোক্লিবা কা অদোমদগী হোললোমদা লাকপদা হোলগী মমাঙমক্তদা অন্টি বোলাগা নুপা অমগা লেপ্তুনা লৈবদু উই। মহাক উবদা হবাওমনখিদুনা মনাক তম্না পরপ পবপ চংশিল্লুই। হবাও মীনোক্লা লোয়ননা মখূৎ তিংথোরকই। খূৎ শোক্লা শোক্লা মহাক্লা হায়রকই— "ঐগী ইচানুপা উকিল।" ঙাঙনিংবা কয়াদু মচীনবান্দা পম্লে খঙখি। মচানুপা অমা এথেন্সতা লৈবদু ওইরম্লগনি থাজখি। মঙোন্দা খূৎ শোক্লুই। ইংলিস ফজনা ঙাঙই। ৱাং-চাউই কুচু ঙৌই। নুপাদা নুপা মাল্লি। অন্টিনা মাগুম্বা অমা মচানুপা ওইনা ফংজবসি মরায়বক ফৈ খনখি। নোকফেৎ তৌবদুনা মহাক্লা হাযবকখি— "ঐহাক্লা মচানুপা য়াইমনি। ইমানা ঐখোয় ইচীন-ইনাও নুপা অনীখক পোকই। ইয়াম্বদি ইযূম থেসালোনিকিদা লৈবা কলেজ অমদা মেথমেটিক্সকী প্রোফেসাব ওইরি। ঐনা এথেন্সসিদা উকিল অমা ওইনা প্রাকটিস তৌরি। য়াম্না নুংশিবা মব্দপ-মপাং খরা ইন্দিয়াগী থাপ্লবা মফম মণিপুরদগী লাকই মখোয়গা ৱারী শানবা লাকউ ইমাগদি লোল ফাওনবা ৱাত্তুনা নুংশিবসি

ফোঙদোকপা ঙমদ্রে হায়দুনা ঙরাং টেলিফোন তৌরকপদগী নখোয়গা উনবা লাকপনি।" মচানুপাদুনা হায়রিবদু মঙক থাংগত্তুনা মুন্না য়েংলগা অন্টিনা নোকফেৎ তৌজরিবদু উই। ঐঙোন্দা অমুক য়েং মচানুপাদা অমুক য়েং অন্টিনা নুংঙাইজখিবা মীকুপতুমদি করন্না কাউগনি? মচানুপাদা অমুক মখোয়গী মরোন্দা করি করিনো খরা হায়খি। মচানুপাদুনা অমুক হায়বকই— "ইমানা হায়রিবসি অতৈ নত্তে। লোল ফাওনদদুনা হায়নিংবা কয়া হায়বা ঙমদ্রে। নখোয় লোইনমক য়াম্না নুংশি হায়য়ু হায়বনি।"

লোল ফাওনদ্রবসু অন্টিবু কবন্না নুংশিরোইদৌরিবনো? নুংশিবদি লোলনা পুরকখিবা নত্তে। অন্টিগী মিনুংশি চাউবা থম্মোয় অদুনা পুরকখিবনি। মচানুপাদুদা ঐনা হায়— "ঐখোয়না নখোয়গী ইমাবু নুংশিনা অন্টি কৌই। মহাক্কসু য়াই। নখোয়গী ইমাদি মিনুংশি লৈবী পূকচেল-চাউবী থৌজাল-হৈবী ইমানি। ঐখোয়না অন্টিবু পুন্সিসিদা কাউবা ঙম্লোই।" ঐনা হায়বা ৱাহৈশিংদুগী অর্থ হন্দোক্তুনা অন্টিদা মচানুপাদুনা মখোয়গী গ্রীক মবোলদা তম্বা মাল্লি। অন্টিদু মচানুপাদুনা হায়বা ৱাহৈশিংদু তারগা মঙক নোমদুনা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌই। ঐঙোন্দসু য়েংলগা নোকশিল্লকই। অন্টিনা অমুক মচানুপাদুদা মখোয়গী মবোলদা কবিগুম্বা খরা হায়খি। মচানুপাদুনা অমুক ঐঙোন্দা হায়রকই— "এথেন্সতা লৈরিঙৈদা নুংঙাইতবা অৱাবা করিগুম্বা থেংনরবদি হায়রকউ হায়না তাকপীবনি। এথেন্সতা লৈবসি কমদৌই হায়না হংউসু হায়না তাকপীবনি।" অসুক নুংঙাইবা অসিদা নুংঙাইতে করম হাযগদৌরিবা? ঐখোয়না এথেন্সতা লৈবসি শাথিনা নুংঙাই হায়না অন্টিদা তম্বীয়ু হায়খি। লোইনমক মরীক চুম্না হাযখিমাক্লে অন্টিদু পেন্না নোকই। মচানুপাদুদা মহাক্কী অমসুং অন্টিগী অশেংবা মিং অমসুং লৈফমদু ময়েক শেংনা ইবিরম্মু হায়দুনা ঐগী নোট বুক মচাদু পীশিল্লি। নোট বুক্তুদা য়াম্না শেংনা লৈফমগা লোয়ননা মহাক অমসুং অন্টিগী মমিং ইরকখি। নোট বুক অদু য়েংবদা খঙলে মচানুপাগী মমিং— "পেট্রোস এঞ্জেলাকিস।" ঐগীসু মিংগা লোয়ননা লৈফম ময়েক শেংনা ইরগা মঙোন্দা পীখি। চিঠি ইনদুনা মরূপ শান্নসি লৈবাক্কী ঈ-পাউ খঙনসি হায়খি। ঐখোয় অহুম ৱারী শাদুনা লেপমিন্নরিঙৈদা ডাঃ নরসু চঙলকখি। ঐনা অমুক পেট্রোসকী মরমদা ইন্ট্রদ্যুস তৌখি। ডাঃ নরনা অমুক ঐখোযনা এথেন্সতা নুংঙাইনা লৈরিবা অসিগী মতাংদা পেট্রোসতা পাউদমখি। অন্টিবুসু য়াম্না থাগত্তুনা ঙাঙখি। এথেন্সকী কনফরেন্স অসি লোইরগা অমুক থেসালোনিকিদা হনখিবগী মতাঙদা নুংঙাইনা হনখিবা য়ানবগী করম করম্বা মওং লৈবগে কন্নম্বা হোটেলদা লৈবনা খুদোংচাগনি হায়বনচিংবা পুম্বা পেট্রোসকা তানখি। পেট্রোসনা সজেসন কয়া পীরকখি।

পেট্রোসকা ফনা কুইনা ৱারী শারবা মতুংদা মহাক্কা ময়াম্বদা টেলিফোন তৌদুনা থেসালোনিকিদা লৈবদা অমসুং হনখিবদা মতেঙ পাংউ হায়খিগে হায়রম্লগা য়ুনিভর্সিটি

কেম্পস থাদোকখ্রে।অন্টিগা লোয়ননা ঐখোয সেন্ট্রেল হোলদা প্লেনারী সেসনগী ক্লোজিং ফংসনগীদমক অমুক চঙলে। গ্রীক পিস কমিতিগী সেক্রেটরী জেনেরেল এথানাসিওস পাফিলিসনা চেয়র লৌরগা ফংসন অদু হৌরে। জাপানগী তাদাকি কব্রাটানা ২১ শুবা শতাব্দী অসি শান্তিগী শতাব্দী ওইননবা পৃথিবীদা লৈরিবা শান্তিগী থবক তৌরিবশিং পূনশিন্নরসি হায়না আপিল তৌবগা লোয়ননা নুমিৎ হুন্নি চখরকপা ৱার্কশোপশিংদগী পীরকপা রিকমেন্দেসনশিং অদু পাস তৌননবা পুথোরকখি। য়াম্না কৃপ্না অমমমতা ওইনা খন্নরকখি। য়াম্না নুংঙাইবা ওপন দিবেট অমা ওইরকখি। চেয়র লৌরিবা পাফিলিসনা চপ চপ চাবা পাউখুম পীদুনা য়াম্না মপুং ফাবা লোইশিনবগী থৌরম অমা ওইখি। ক্যবাগী ওরলান্দোনা থাগৎ-ৱাহৈ পীবগা থৌরম অসি মায় পাক্না লোইশিনখি। থৌরম অসি লোইবগা লোয়ননা দেলিগেট পূম্নমক হোটেলদা হন্ননবা হোলদগী থোক্লরক্লে। য়ু এসকী অলফ্রেদনা ফাইল ময়াম কোল্লদুনা থোরকপদুদা তাঞ্জা অমা লৌরগা মনাক্তা চঙশিন্দুনা ঐনা পুরকপা শৈরেং খবদু মঙোন্দা পীখি। অমেরিকাদা ফোঙবা জরনেল খরদা ঐগী শৈরেংশিং অসি খরা ফোঙবীয়ু হায়বদা অলফ্রেদনা খুম্লকখি— "শোয়দনা ফোঙগনি। ঐহাক ৱাশিংতন পোষ্ট কসু মবী লৈনবা মীশক্নি। জরনেল খরদা হাপ্লক্লবা শোয়দনা তৌবক্নে।" মহাক্না নুংশিনা ঐগী কোক্তা নাম্ববীরকখি। অলফ্রেদনা ঐবু লুনা তৌই। মহাক্না ঐবু মুন্না খঙখিবসি কনফরেন্সকী অহানবা প্লেনাবী সেসনগী অহানবা থিমগী ৱার্কশোপ অমদা মহাক্না মোদরেটব ওইখিবদুদা ঐহাক্না শরুক য়াখিবদুদনি। মহাক্না লোয়ননা মনুংদগী থোকমিন্নরকপদু হোলগী মপান য়ৌবদদি নুমিদাং ওইবম্লে। ঙাইহাক্তসু মুৎপা হৈত্রবা এথেন্সকী মৈদি মথৌ তৌদুনা লৈরম্লে। থোবকপদা কায়নরমদাইগী কোফি কপ অমমমদং থকমিন্নখিসি হায়দুনা ওরগনাইজরশিংনা ঐখোয়বু খাম্মি। কোফি থকমিন্নদুনা দেলিগেট পূম্নমক হরাওনা নোকমিন্নবগী খোঞ্জেলনা পূম্নিন নিনখি। গ্রীক পিস কমিতিগী সেক্রেটরী জেনেবেল পাফিলিসতসু ঐগী শৈবেং খরা পীরমখি হরাও তয়াম্বদুগী মরক্তা। খুদোংচাবা নৎত্রগা উনবা হায়বসি তোযনা ফংদবা য়াই খন্দুনা মরুওইবা ঐনা পীনিংবা মীওই খল্ল-খল্লগা ঐগী শৈরেংশিং পীখি। চিনাগী জেনজি, দোমিনিকান রিপব্লিক্কী গবসিয়া, জিবোটিগী কাদামি, ফ্রান্সকী দুরান্দনচিংবদা শৈরেং খবা পীখিবদা ঐহাক্কী পোৎলুম অমা থারবগুম খনখি। অদুবু ঐঙোন্দা খজিক্তং নুংঙাইখিদবদি গ্রীক্কী মমিং চৎলবী সাহিত্যগীদমক নোবেল প্রাইজ অনীরক নোমিনেট তৌখিবী কবি মারিনা পি জোগ্রাফোগা উনবা ফংখিদবসিনি। মহাক্কী শৈরেং কয়া ৱার্ল্ড পোইত্রি সোসাইটিনা ফোঙবা **পোইট** হায়বা থা-থাগী ফোঙবা ইন্টরনেসনেল জরনেলদা পাবা ফংখি। **ইফসটিনোই- ৪৬, প্রাকোমেকক্লোনি, এথেন্স** হায়বা মফমসিদা লৈবী মারিনাগা অমুক্তং উনবা ফংলবদি য়াম্না নুংঙাইগনি খনখিবনি। অদুবু এথেন্সকী চিল্লবা কনফরেন্স মরকসিদা মহাক্কী ময়ুমদা চক্তুনা উনবগী খুদোংচাবা অদুমদি

ফংখিদে। মহাক্কা উনদুনা শৈরেংগী মরমদা য়ারী খরা শাননিংখিবদ্সু তোকখি। মহাক্কী শৈরেং **'Life'** হায়বসিমদি ঐহাক কাউবা শুকণ্ডম ঙমখিদে।

**Life**

*Like a long night of hatred,*
*like a large steppe of silence,*
*the stormly life goes on*
*along the Pantheon of merits,*
*workers' parapets*
*upon unlimited hush,*
*where the soul remains struck dumb,*
*and the city chokes up,*
*hills collapse into boulder,*
*hail of armours, javelings and blood,*
*kind of an unrealistic interpellation.*
*Words like gold coins which jingle in the salver,*
*shells-conspirators plotting in the middle of their white temple,*
*harlots of the gutter turning into doves,*
*wearing their crystalline, lame, garments.*

লৈখিদ্রবা গ্রীসকী কবি কয়াগী শৈরেংশিংনসু ঐবু শুমহৎখি। তশেংনা মখোয়গী শৈরেং কয়াবু পারুরগা গ্রীসতা চৎনীংবগী ঈথৌলাংবসু হেনগৎখিবনি। মতমসিগী অনৌ অনৌবা শৈরেং কয়া গ্রীক কবিশিংনা ইরকপশিংদু য়ার্ল্ড পোইট্রি এন্থোলোজিদা অঙকপা ফংনা থেংনখি। মখোযগী খুৎই, মফোঙদোক এক্সপরিয়েন্স কযানা ঐবু ঙাওহনখি। থোইদোক্লা ঐনা ঙাওখিবা কবি অমদি ১৯১১ দা ক্রেট ঈথৎতা পোকখিবা ওদিসিয়স ইলিটিসনি। ১৯৭৯ দা সাহিত্যগী নোবেল প্রাইজ ফংখিবা ইলিটিসনা অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা আর্মি অমা ওইনা থবক তৌখিবা মদুগী মতুংদা অমুক ব্রোদকান্তর ওইখিবা লোয়ননা আর্ট ক্রিতিক অমা ওইনা মায পাকখিবগী পুন্সি য়ারীশিংদু পারুরগা গ্রীক সাহিত্যগা ঐহাক্না হেন্না শকখঙনিংখিবনি। মহাক্কী শৈবেং *'Aegean Melancholy', 'The Axion Esti', 'The Origin of Landscape or the End of Mercy'* নচিংবনা ঐবু ঙাওহনখি।

মহাক্কী শৈরেংগী মরমদা লোরেন্স দ্যুরেলনা ইখিবদুসু কাউবা ঙমদে— *"Using the most up-to-date methods in technique, he has, at the same time, insisted that at bottom poetry is not simply a craft or skill but an act of divination. His poems are spells, and they conjure up that eternal Greek world which has haunted and continues to haunt the European consciousness with its hints of a perfection that remains always a possibility".*

নোবেল প্রাইজ ফংখ্রবা ইলিটিসনা মহৈ-মশিংগী জ্ঞান ফংখিবা এথেন্স য়ুনিভর্সিটিদা ঐহাক মীকূপ অমত্তা ওইরবসু খোঙদাবা ফংদুনা ইলিটিসপু নীংশিংবা ফংজখিবসিমদি ঐহাক তশেংনা পোকপগী মহৈ য়াল্লবগুম খঞ্জখি। ১৯৯৬ তা তাইবঙপাল থাদোকখ্রবা গ্রীক্কী মমিং চৎলবা কবি ইলিটিসকী মরমদদি হৌজিক ফাওবা মীয়াম্না শোন্নরি।

মোদর্ন গ্রীক কবিশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মমিং চৎপা গ্রীকক্কী অনৌবা শৈবেংগী যুগ অমা শেম্বদা মাঙজিন থাখিবা কবি য়ান্নিস রিতসোসকী শৈরেংশিংগসু শকখঙননিংখি। ১৯০৯ দা পোকখিবা য়ান্নিসকী পূন্সিদা থেংখাঙ কয়ারক জেলদা চঙখিবগী ৱারী পাকব্দা অঙকপসু পোকখি। মহাক্কী শৈরেংশিংদা তোপ তোপ্পা মশক অমা য়াওরি হায়নসু পৃথিবীগী অখঙ অহৈ কয়ানা মোৎ পীনখি। মহাক্কী শৈবেং কয়া ৱার্ল্ড পোইট্রি এন্থোলোজিদা থেংনখি। মহাক্কী শৈরেং **Last Will and Testament** তা ইরম্মী—

> *"I believe in poetry, in love, in death,*
> *which is precisely why I believe in immortality, I write a verse,*
> *I write the world; I exist; the world exists.*
> *A river flows from the tip of my little finger."*

১৯৯০ দা তাইবঙপাল থাদোকখ্রবা য়ান্নিসকী পূন্সিদা ফোঙখ্রবা শৈরেংগী লাইবিক চামরোমদুনা গ্রীক পূন্নমক ঙাওহনখি। গ্রীক পূন্নমক ঙাওবদগী হেন্দোরক্তুনা গ্রীস লাম্থোরকখি। ঐহাক ইশামকসু মহাক্কী শৈরেংনা হেন্না ঙাওহনখি। মহাক্কী *'Requiem on Poros'* হায়বা শৈরেং মচাসিনা ঐবু অমুক্কা হেন্না ঙাওহনখি। গ্রীক লোন্দা মখোযনা ইখিবা শৈরেংশিং অসি পৃথিবীগী অফাও অফাওবা ট্রান্সলেটরশিংনা ইংলিসতা হন্দোক্তুনা ফোঙলকপদগী গ্রীক কবিশিংগী মগুণ অসি হেনগৎহল্লকপনি। এদমন্দ কিলিনা ইংলিসতা হন্দোকপা শৈরেং অসি পারুরগা গ্রীসপু হেন্না খঙনিংবা অমসু ফাওহনখি।

## Requiem on Poros

We keep forgetting the gods And if we happened to remember
Poseidon tonight
as we returned to the desolate shores of Calauria,
it's because over here, in the sacred grove one July evening,
while oars gleamed in the moonlight and one could hear
the guitars of ivy-crowned young men in the rowboats,
here in the pine-covered spot, Demosthenes took poison—
he, a stammerer, who struggled until he became the best orator of
the Greeks,
and then, condemned by the Macedonians and the Athenians,
learned, in the course of one night,
the most difficult, the greatest art of all to be silent

মমিং চৎলবা গ্রীক কবিশিংগী শৈবেং কযা যূমদা লৈবিঙৈদা পাখিবা মতমদা ফাওখিবা নুংঙাইবা অদুদগী শরুক লীশিং লীশিং হেল্লবগুম তৌবে ঙসিদি ইশামক্লা গ্রীসতা খোঙদাবা ফংলবা মতমসিদদি। তাইবঙপাল থাদোকখ্রবা কবিশিং অমসুং হৌজিক হৌজিক হিংলিবা মমিং চৎলবা কবিশিংগা হকথেংননা উন্নবা ফংলক্রবসু অফাওবা কবিশিংগী পোক্লফম ওইবিবা লমদমসিদা খোঙদাবা ফংবসিদনি ঐনা নুংঙাইবিবসি। ঐনা হেক থেংনখিবা গ্রীক খবদদি পীখি ঐগী শৈবেংসু। শৈবেংগী লৈহাও চেল্লবা লমদমসিদা ঐগী শৈবেংগী মফম মচা অমত্তং ওইববসু ফংলে খনবদা ঐহাক শাথিনা নুংঙাইখি।

ভাবতকী অতোপ্পা স্তেতশিংদগী লাকপা দেলিগেটশিংদসু শৈবেং কোপী খবা পীদুনা আইট সিদ্যুলদা চল্লবা লোল অসিবু খঙহনবগী খুদোংচাবসু লৌখি। হন্দক্কী কনফবেন্স অসিদা বার্ল্ড পিস কাউন্সিলগী প্রসিদেন্ট ওফ ওনব ওইবিবা বোমেসচন্দ্রনা কনফবেন্স অসিদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবগা লোযননা ওল ইন্দিযা পিস এন্দ সোলিদবিটি ওবগনাইজেসনগী জেনেবেল সেক্রেটবী ওইবিবা চিত্তা বিশ্বাসনসু ভাবতকী সমস্য কযা পুথোকখিবদা ঐখোয মশেন থাগৎনখি। অসুন্না দেলিগেটশিং পুনশিন্দুনা উনবগী তাঞ্জাদা ঐগী বাবেং শৈবেং কযা পীদুনা মণিপুবী সাহিত্য অমসুং লোলবু মশক খঙহনবগী খুদোংচাবা অমসু ফংখি। লুধিযানাদা লৈবা পঞ্জাবী সাহিত্য সভাগী মেম্ববসু ওইবিবা সার্জন ডাক্তব অরুন মিত্রা



অমসুং সেন্ট্রেল বেঙ্ক ওফ ইন্দিযাদা থবক তৌবা মনিন্দব সিংহ ভটিযানা ঐগী শৈরেংশিংবু পাবগা থাগৎলকখি। পঞ্জাবী লোন্দা হন্দোক্লগা ফোঙগে হাযবকপদা হবাওবগা লোযননা অযাবা পীখি।

হোটেল তম্না লাক্লে বস তোংদুনা ঐখোয নুমিদাং ওইজববসু ইঙান ঙাল্লবা লম্বীদুদা। ডাঃ নবগা ফম্মিন্নে হনমিন্নবকপদু। ডাঃ নবনা নোক্লদুনা হাযবকই— "শবতচান্দ হন্দক্কী কনফবেন্সসি কমদৌবা?'

— "ওজা, শাথিনা নুংঙাই। পৃথিবীদা শান্তি পুবক্লবা হোৎনবদা কবিগুম্বা খবদি পাঙথোকপা ঙমলে খনবদা নুংঙাই। অনৌবা মব্দপ কযামসু ফংবা ঙম্লে। পৃথিবীসিদা ঐগী মব্দপ যাম্না হেনগৎলে। ঐগী শৈবেং কযামসু মখোযদা পীদুনা সাহিত্যগী মতেংনা নুংশিনবা পুবকপা ঙম্লগনি হাযবসিদা নুংঙাইবা অমসু ফাওই। "

— "চুম্মি নঙনা হায়বা। মসিনা নুংশিনবা পুবক্তুনা শান্তিসু লৈবক্কদৌবিবনি। অসিগুম্বা পৃথিবীগী ওইবা মীফমশিংসিদি যাবিমখৈ যাওনবা হোৎনগদবনি। লাক্লিবা মযামসি অচম্বা অমত্তা নত্তে। মখোয়গা উনবা খঙনবা হাযবসি ঐখোযগী ব্লাখল-লৌশিং পাকথোক চাউথোক্কদৌবিবনি।"

ব্লাবী শানা শানা লাকপনা হোটেল যৌখিবা খঙহৌদে। বসতগী হেক কুমথবগা ঐখোয পুন্নমক ঐখোয ঐখোযগী কাদা চঙনবে। অনৌবা ফিবোল হোংদোক্তুনা ফমুংদা ফমথবতা মঙায়বি ইন্টবকোমদু খীংলকই। থাংগৎলুই— "শবতচান্দ নৎত্রা? নুমিদাংগী দিন্নবদি কমদৌবা? নঙদি চাক ফংদদুনা যাম্না ব্লাবদু ঐঙোন্দসু নুংঙাইতবা ফাওই। ঐখোযনা নহান চাকবা চাইনিজগী হোটেলদুদা চৎলগা চাক খবা চাকসি হাযব্রা? নঙ কবি খল্লি?"

— "চৎলুসি ওজা"। ডাঃ নবনা মাগী কাদগী চাক চাবা চৎলুসিবা হাযবকপদুদা চাক

খংলাম লামখৎলকই। ডাঃ নবনা লুচিংদুনা ঐখোয় চাইনিজ হোটেলদা চাক চাবা চৎলমই। হোটেলদুদা চাবি-থক্লিবা পূন্নমক চাইনিজ ঙাক্তনি। মখোযসু ঐখোযদা যেংলকই। ঐখোযসু মখোযদা যেংই। যেংনবখক্তনি ৱাদি ঙাঙনদে। পূক্লিংদদি খল্লি ইমুং অমত্তগী ইচীন ইনাওগুম। ঐখোয়না ওর্দব তৌখিবগী মতুং ইন্না চাক পুথোবক্লে। নুদলসু যাওবক্লে। মখোযগীদি চোপস্তিক্লা চাবনিনা চোপস্তিক অদুম যাওবকই। কবম্না চাবজাৎনো হাযদুনা চাংযেং তৌই। অদুবু যাই। ঙমই। চোপস্তিক্লা চাক চাবগী এক্সপবিযেন্স অমা ফংবা ঙমখি। ইথন্তা খনখি— "মসিসু যাবজাৎনিদনা।" সিনেমাদা উবদদি যাম্না ঙকখিবনি। ঙসিদি ইশামক্লা যেংবদা ঙম্বসিদদি ইথন্তা নুংঙাইবা ফাওখি। চোপস্তিক্লা ঙাইহাক চাবগা মতুংদা চামচনা অমুক মহুৎ শিল্লে। পূক থম্না চাববা মতুংদা ডাঃ নবনা ফাগি তৌবকই

— "শবতচান্দ ঙসিদি চাক চাবা ফংলেকো!"

— "ফংলে ওজা।"

হোটেলগী বিল পীবল্লগা ঐখোয খোঙনা অমুক হল্লকলে ঐখোযবু নাউকোনবীবিবা হোটেল স্তানলি তম্না। ঐখোয ঐখোযগী কাদা চঙনদুনা পোত্থানবা তৌবদু নুমিদাংগী পুং ১১ বোম তাবে। নুমিদাংগী পুং ১১ তাববসু ইঙন্দা ঙল্লিবগুম তৌই। ইম্ফালদদি অথেঙবা অহীং ওইবম্লগনি। লোদ সেদিং লৈবা মাযকৈনা পূম্মম মল্লমগনি। লৈতবা মাযকৈনা ঙাল্লমগনি। পীক্লবা ইম্ফালবু অমম অঙান অনী থোক্লা খাযদোকপীববা মবক্তুদা ওলিব গ্রীন শেৎপশিংবু পুবিবা গাডীশিংগী মখোলদি লেপ্তনা তাবমগনি। লাক্লা লাক্লা হূইশিংসু খোংলমগনি। অচীকপা অহীংবু থুগাইবিবা খোঞ্জেলশিংনা ইম্ফালবু স্বব মপী হোলহল্লমগনি। হযেংগী খববগী লামায থন্ননবা অনৌবা থৌদোকসু থোক্লম্বা যাই। তপথদ্রবা ইম্ফালগী খনবদা তূম্বদি যাখিদে পৃথিবীগী ওইবা কনফবেন্সতা অনৌবা পোৎলুম কযা থোঙ্গৎলবসু। মণিপুব, ঐগীদি পীক্লবা পৃথিবী অমনি।

# তরেৎ



সিদি পান্টেযো য়ুনিভর্সিটিদা ৱার্ল্ড পিস কাউন্সিলগী এসেমব্লী ফম্বা নুমিৎনি। থাংজ নুমিৎ মেগী ১৩। অয়ুক পুং ৯ দগী হৌগদৌরিবা এসেমব্লী অসিদা শরুক য়াননবা ব্রেক ফাষ্ট লৌবগা ঐখোয পূন্নমক বস লাকপা ঙাইদুনা লৈবে। ইকুই কুইদনা বস থুংলবে। ঐগীদি লাইবক ফবা হাযবদুনি অমুক্তং উনদুনা ৱারী শানবা পামখিবা জবমনিগী হন্স পিটর বিচরগা হেক ফম্মিন্নরুবে। মহাকসু ঐগা পূন্না ফম্মিন্নবা ফংখিবদুদা নুংঙাইবগুম তৌখি। মকোই ইচোম চোম্বা অঙৌবা শম্লাংনা লৈতেংবা অকে অমৌগী থোইদোক্লা খন্দ্রবা ইচম চম্বা পিটবনা মখূৎ য়েৎথংবদু তিংথোরকই। নুংশিনা খূৎ শোক্লে। থা থা লাউবা মখূত্তুনা চেৎনা পাযশিল্লকই। মহাক্লা মোদরেটর ওইখিবা ৱার্কশোপ অমদসু ঐহাক্লা শরুক য়াবা য়াওখিবদুদা মহাক্কী মবমদা খরা খঙলবনি। মদুমক্লা য়াম্না কূপ্না খঙখিবদি নত্তে। অহানবদা ঐনা খঙখিবদি মহাক্কী জরমন পিস কাউন্সিলগী বোর্দ মেম্বর অমা ওইবি হায়বদুখক্তনি। মহাক্লা ঙাঙথোরকপদা হৈ-শিংবা হীরম অয়াম্বদা য়াম্না খঙবা মতৌ অদুমসু ৱার্কশোপতগী খঙবা ঙমখি। জরমন পিস কাউন্সিলগী মাওথ পিস অমা ওইরিবা পেক্স রিপোর্টকী এদিটরিয়েল বোর্দ মেম্বর অমা ওইরি হায়বদুসু মহাক্লা ঐঙোন্দা পেক্স রিপোর্টকী কমপ্লিমেন্টরী কোপী অমা পীরকপদা খঙবা ঙমখি। মহাক্লা জরনেল অসি ফোঙবগী মতাঙদসু

ৱাবী লীবকখি। জবনেল অমগা মবী লৈনবা মীওই অমগা ইনৌ নৌনা ঙসিদং ফম্মিন্নদুনা শকখঙনবদা অমুক্কা হেন্না নুংঙাইবা অমা ঐঙোন্দা ফাওখি। জবনেলগা মবী লৈনবা মীওই অমগা ৱাবী শানবসু পামখিবনি। মদুমক থোকপসিদা যাম্না নুংঙাইবা ফাওখিবনি ঐঙোন্দা।




মণিপুরদা লৈবা সাহিত্যগী সংস্থান নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা ফোঙবা **ৱাখল** কৌবা জবনেল অমগী এদিটর ঐহাক্না ওইবি হায়দুনা মঙোন্দা খঙহনখি। মহাক্না যাম্না খঙনিংনা ঐগী মবমদা হংলকখি। ঐসু মবীক চুম্না ইশাগী অমদি মণিপুরগী মবমদা শক্তাকখি। খজিক্তং ওইববসু খঙননবা হায়দুনা **ইন্ট্রদক্সন টু মণিপুর** কৌবা বুকলেট মচাদু মঙোন্দা কোপি অমা পীখি। মখোয়দদি ইনৌ নৌনা থোকপনিনা ঙক্না যেংখি। লামায় খুদিং হাংদোক্তুনা যেংখি। ফোটোশিং অদুদা মমীৎ কৃপ্তুনা যেংখি। মখোয়দদি মণিপুর অসি ইনৌ নৌনা থোকপদা নত্তনা কবম্না মফম অসি লৈবম্লিবনো হায়না হংনখিবা ঙাক্তনি। মহাক্না হংলকখি— "নখোয়গী লোল লৈব্রা? নখোয়গী ময়েক লৈব্রা?"

— "লৈ। ঐখোয়গীদি অবাংপা অমত্তা লৈতে। ঐখোয়গী লোলদি মণিপুরী লোল হায়বগা খঙনৈ। ময়েকসু চ শচানা লৈ। ঐখোয়না মসিবু মীতৈ ময়েক হায়না খঙনৈ। ময়েক অসিনা লোল খুদিংমক ইবা ঙম্মি। ভারত্তা নেসনেলগী ওইনা শকখঙলবা লোল ১৮ লৈবগী মনুংদা মণিপুরীসু অমনি। মণিপুর অসি পীকচববসু হীবম খুদিংমক্তা ইনাক খুল্লি।"

-- "ইতিহাসতি কবম তৌবা?"

— "ঐখোয়গী ওইবা ইতিহাস লৈজে। চহী ২০০০ হেনবা মশাগী ইতিহাস লৈজবা অদুগা মনীংতম্না পাল্লকপা লৈবাক অমনি। ১৯৪৯ দা ভারত্তা মর্জ তৌখিবদগী হৌজিক্তি ভারতকী স্তেত অমা ওইনা লৈবি। ঐখোয়গী সাহিত্য মতীক চানা লৈ। ঐখোয়গী কলচর পৃথিৱীদা ফাওই। ঐখোয়গী স্পোর্টস পৃথিৱীনা খঙই। লম পীকচববসু মী যামজদ্রবসু থৌনা ফবা লৈবাক নীংবা ঙাক্তনি মণিপুরীশিংদি। পৃথিৱীগী ওইবা থৌবমদা মণিপুর যাওদবা লৈবক্তে। পৃথিৱীদা শান্তি পুরকপা পাম্বদগী পীকখ্রবা মণিপুরদগী দেলিগেট ১১ লাকলিবসিনি।"

ইবমদম মণিপুরগী মবমদা মথং মথং মঙোন্দা হায়বদা মহাক অমুক্কা হেন্না ঙকখি।

রাজনীতিগী ওইবা ৱারী কয়াসু শারকখি। ৱারী শানা শানা মঙোন্দসু পীখি ঐগী শৈরেং খরা ঐনা পুবা খাউদুদগী লৌথোক্লগা। শৈরেংশিংদু য়েংলগা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই। মহাক্কী ৱাহং লাকত্রিঙৈদা হায়খি— "জরমনিদা ফোঙবা জরনেল খরদা জরমন লোন্দা হন্দোকপীরগা ঐগী শৈরেংশিংদু ফোঙবীয়ু। ফোঙদোকপা খঙহনবা পাহনবা হায়বসিনা ঐগী অপাম্বনি। অদোমগী মতেঙ নীজরি।"

— "করিগী তৌরোইদৌরিবনো? ঐগী অপাম্বসু মদুনি।"

হরাওমন্দুনা মঙোন্দা চেৎনা কোল্লুই। জরমনিদা ঐগীসু মরূপ অমা লৈরে হায়দুনা ঐহাক চাউথোকচরি হায়রুবদা মহাক্লসু থাপ্লবা মণিপুরদা মরূপ অমা ফংলে হায়না খুল্লকখি। হরাওনা লাকমিন্নখিবা হরাওনা ফম্মিন্নখিবা হরাওনা ৱারী শামিন্নখিবা মীকুপতো লোইখিবা খঙহৌদে। বসতু পান্টৈয়ো য়ুনিভর্সিটিগী গেটমক্তদা খামদুনা লৈরম্লে। খাউ মরী অশাংবদু ময়েঙবান্দা য়াল্লগা বসতগী কৃমথম্রে পিটর। মতুং ইল্লুই ঐসু। সেন্ট্রেল হোল য়ৌরে। ৱার্ল্ড এসেমব্লী অমদা শরুক য়াবা ফংগদৌরিবসি হন্দক্কী অসিনা অহানবনি। মসিগী অপাম্বা অসিনসু ঐবু লমজীংদুনা লাকখিবনি। হোল অদু মীনা পীক থনখ্রে। গ্রীক পিস কমিটিগী সেক্রেটরী জেনেরেল পাফিলিসনা তরাম্না ওকপগী ৱারোল পীদুনা এসেমব্লী হৌখি। ৱার্ল্ড পিস কাউন্সিলগী একজিকিউতিব কমিতিগী রিপোর্ট পুথোক্তুনা খন্নবা হৌখি। কাউন্সিলগী মেম্বব ওরগনাইজেসন ৪০ রোমগী বিপ্রজেন্টৈতিবশিংনা শেম্বা একজিকিউতিব কমিতিগী রিপোর্ট খন্নরকপা মতমদা য়াম্না মমূৎ তানা খন্নরকখি। মতম লৈত্রে হায়দুনা ফৎ ফৎ লোইশিনবগী মওংদু তৌদে। মখোযনা খন্নবগী মওং অসি যাম্না তমজনিংঙাইনি হায়বা যাই। শরুক য়ারিবশিংনা ফল্লিবা সিট অদুদা মাইক্রোফোন অমমমসু লোইনা য়াওবনিনা মশা মশানা মাইক্রোফোনশিংদু ওন তৌবগা মাগী মাগী মোৎশিংদু খূদক্তা ফোঙদোকপা ঙমই। ঙাইহাক খন্নরবা মতুংদা টি ব্রেক অমা অমুক পী। মবকসিদা হোলগী মপান্দা ঙাইহাক্তং থোরকপদা রিসেপসনিষ্ট নুপীশিংদুনা লৈবিবা মফমদুদা লাইরিক অথাবা ময়াম অমা পৈদুনা লৈবা উই। কবিনো হায়বদু খঙনিংবদগী চঙশিন্দুনা যেংলুবদা ওইরম্মী— সেন্টব ফোর দি স্তদি ওফ দি হিস্তবী ওফ দি রেজিস্তেন্সনা ফোঙবা **এলবম ওফ মোনুমেন্টস**। মেগাজিন সাইজদা লামায় ২৫৩ পানবা হার্দ বাওন্দগী অথাবা লাইরিক অসিদা য়াওবিবসি মরু ওইবা মোনুমেন্টশিংগী কলর ফোটোগা লোয়ননা মোনুমেন্টশিংদুগী মপুং ফাবা ৱারীনি। হেক উবমক্তদা পামখি। অদুনা রিসেপসনিষ্ট নুপী মবক্তগী খরা অহল ওইবী অমা য়াওবিবদুদা হংখি— "ময়ামদা অমমম য়েন্নবরা?"

— "নত্তে। শরুক য়ারিবা লৈবাকশিংগী লিদরশিংদা অমমম পীননবনি।"

তশেংনা ঐহাক কোপী অমদি পামখি। অদুবু নুপীসিনা হায়বিবা মওং অসিদদি ফংবা য়াবগী খুদোংচাবা অদু লৈত্রে। ভারতকী ওইনা কোপী অমদি ফংলগনি। মদুসু ওল ইন্দিয়া

পিস এন্দ সোলিদবিটি ওবগনাইজেসনগী মক ওইবা মীহুৎ অমনা ফংখিবা তাবনি। নুপীদুদা ঐনা হংখি— "ঐহাক কোপী অমা ফংবা যাবোইদ্রা?"

— "কবি লমগী ওইবীববনো?"

— "ইন্দিযা।"

—"লৈবাক অমদা অমমমখক পীগদবনিনা ইন্দিযাগী ওইনা লৌবদি য়াগনি।"

— "ঐনা পামজবদি ঐগী লন্নাইগীনি। ঐহাক জবনেলিষ্ট-পোইট অমসু ওইবনিনা গ্রীসকী মবমদা কবিগুম্বা খবা ইবা পাম্মী।"

— "অদুদি য়াবোই। ইন্দিবিজুযেলদদি নুংঙাইগদবা মান্দে।"

— "যাবগদি অমত্তা যেংবীযু। ঐনা পামজবা মতাঙ যান্না য়াওবি লাইবিকসিদা।"

— "ঐ চপ চানা হাযবা ঙমদে। অদুবু যেংসি। নঙগীদমক ঐহাক কোপী অমা পীবা যাব্রা যেংগে।'

মহাক্কী ব্রাহৈদুদা ঐহাক হাইফেৎ হবাওবদি পোকখি। অদুবু পূক্লিংদদি থাজখিদে। মবমদি মমল যামখ্রবা লাইবিকসি ঐগী লন্নাইগীদমক কবম্না পীবক্কদৌবিবনো? ঐহাক ব্রা ঙাঙদে। মহাক্কী মমাঙদা তুবৎ তুবৎ চৎলি। মহাকসু ইতৌদুদা যেংলকই। কবিমত্তদি হাযবক্তে। টি ব্রেক লোইদুনা মযাম মনুংদা চঙনখ্রে। লৈবাক খবগী মীহুৎ খবদি কোপী অমমম সোই তৌনবন্নগা লৌখিবদু উই। ফংবা যাবগী থাজবা উবক্তবদা ঐহাক নীংবা কাযনা হোল মনুংদা চঙলে। হোল মনুংদা ব্রাখলসি লৈতানা ফম্বদি ঙল্লমদে। ঙসাইগী লাইবিক্তুদমক উদ্‌না লৈখি। পোত্থাফম খঙদ্রবা থম্মোযসিনা কন্না ঈনশিল্লক্তুনা থাংনিংদ্রবা ইখোঙ অনীসি হোলগী মপান্দা থাংদোকহনখি। ইকাযবপ তৌনা ঙসাইগী অহল ওইববী নুপীদুদা অমুক্তং যেংলুই। নুপীদুনা মখূৎ খত্তুনা কৌবকই। শ্বাই লাউই। তপথবা নাইদনা মনাক্তা পবপ পবপ চঙলুই। হাযবকই— "নঙগীদমক স্পির্সিযেল ওইনা কোপী অমা থাক্লবনি। মসি পূখ্রো।" কোপী অমা ঐঙোন্দা পীবকই। হবাওবনা লুতোন কাখি। থেঙ্ক যূ ভেবি মচ হায়বা নত্তনা কবিদি হাযকনি মঙোন্দা? ঐনা মঙোন্দা হাযখি— "অদোম্না পীবকপনি হাযবসি তুংকোইনা নীংশিংদুনা লৈহৌনবা অদোমগী মিং অদু লাইবিকসিদা ইশিনবীযু।" লাইবিক্কী কোভব অদু হাইগৎলগা ফ্লাই লিফ অমা যাওবিবদুদা ইবিযু হাযদুনা মনাক্তা পীশিনবদা ইবকই— লিজা অপটিওচো, গ্রীস।

থাগৎচবি হাযবন্নগা লাইবিক অদু পুদুনা হোল মনুংদা চঙলকখি। খ্বাইদগী মমল যাম্নবা লাইবিকনি খন্দুনা ঐগী খাউদুদা হাপচিনখি। এসেমব্লীসু লোইবমদ্রি। কন্না ঙাঙনবন্নি। তাঞ্জাদুদা ইবাক্কী ডাঃ অল-হর্সিমি মপাঙ্লোমদা থোকখিবা উই। মহাক্কা অমুক্তং উনদুনা ইবাক্কী মতাঙদা ইন্টবভিযু অমা তৌনিংখিবনি। যাগদ্রা হংগে খন্দুনা ঐসু পবপ পবপ থোবকই মপান্দা থেংনৈ মাগা ঐগা। ঐনা হায—"ডাঃ গী ইন্টবভিযু অমত্তা লৌবা য়াগদ্রা?"

— "য়াইনে। করিগী য়াদনি। অদুবু মরমদি খঙনিংই। ইবুঙোনা কদাইদগী?"

— "ঐহাক ইন্দিয়াগী মনুংদা লৈবা মণিপুর হায়বা স্তেত অদুদগীনি। মণিপুরদা ফোঙবা জরনেল অমদা হাপনিংবদগীনি।"

— "ঐদি নহাক গ্রীসকী জরনেলিষ্ট অমা ওইরবোই নীংলুরে। ও! অদুদি নহাক ইন্দিয়ান ওইরে।"

— "হোয় মানি।"

— "ফরে অদুদি ঐহাক তোইলেট ফাওবদং চঙলুখিগে। থোবক্লগা তৌরসি। নঙগী থৌরাং লোয়রম্মো।"

হোল মনুংদা চঙদুনা ঐগী খূৎলাইশিং মরু ওইনা তেপ রেকোর্দর, কেমেরা, নোটবুক নচিংবা লৌথোক্লুরে। ইবেম্মা ইলোরাদসু ফোটো অমত্তং কাপ্পনবা হায়রম্মী। মপান্দা লেপ্তুনা ইন্টরভিয়ু পাঙথোক্লমদাইদা ঐনা মহাক্কী মরমদা চাউরাকপা অমা হংবদা মহাক য়ুনিভর্সিটি অমগী রিটায়ার্দ প্রোফেসারনি অদুগা সবজেক্টনা জিওলোজিনি হায়না খুম্নকখি। জিওলোজিদা পি ঐচ দি ফংখি হায়নসু মখা তাবকখি। মহাক্কী ভিজিতিং কার্দ অমসু পীরকখি। ইরাক্তা থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক্কী মতাঙদা মঙোন্দা হংবা য়াবা হংখি। মাসু তপ্পপ তপ্পপ খুম্নকখি। তেপ বেকোর্দব মচাদু মচীনবান মনাক্তা থমদুনা মহাক্কী ৱাহৈশিং রেকোর্দ তৌশিনখি।

— "হৌজিক হৌজিক ইরাক্তা মায়োক্নরিবা মরু ওইবা প্রোব্লেমশিং অসি কবি করিনো?"


ডাঃ অল-তসিমিগা ৱারী শাবা

— "হৌজিক ফাওবা লেপ্তুনা চত্থরিবা ইম্বার্গো, সেঙ্কসন অমসুং ব্লোকেদনচিংবা অসিনি হায়বা য়াই। মসিনা ঐখোযগী অঙাং শিং মরু ওইনা নহারোল কয়াদা য়াম্না ৱাহল্লি।"

— "হীদাক ফংদবগী প্রোব্লেম অমা হৌজিক মায়োক্লব্রা?"

—"হোয। মসিমদি ঐখোয়না মাযোক্নরিবা প্রোব্লেম অমনি। মসিদা নত্তে এগ্রিকলচরদা, মেদিকেল ইকুইপমেন্টতা, ইলেকত্রিসিটিদা, ইরিগেসন্দা, এদুকেসন্দা ঐখোয় অৱাবা কয়া মাযোক্নরি। য়ুনাইতেদ নেসন্সকী কমিতি সিক্স সিক্স ৱান্না লোইনা কন্ত্রোল তৌখিবনা ঐখোয় অৱাবসি হেন্না মায়োক্নবনি।"

—"হীদাক শুংনবা ফেক্তরীগুম্বদি লৈতব্রা?"

— "য়াম্না লৈ। অদুবু হীদাক শুংননবা শাননবা রো মেটরিয়েলশিংদুদি অমত্তা ফংহনবীদ্রবনিনা করি তৌনরুগনি? ঐখোয়গী লৈবাক্তা রো মেটরিয়েল অমত্তা পুশিনহনবা য়াদে। হেক্তা থিংই। রো মেটরিয়েল ফংহনবীদ্রবনিনা করম্না ফেক্তরী অমা চলাইগনি?"

— "ইরাক হায়বসি থাউ থোকপা ইনাক খুনবা লৈবাক্নি হায়। অদুগা করম্না?"

— "চুম্মি। ইনাক খুনবা লৈবাক্নি। অদুবু হৌজিক্তি থাউ য়েনবা থাদোকপা পূন্নমক য়ুনাইতেদ নেসন্সকী কমিতি সিক্স সিক্স ৱাম্না লোইনা কন্ট্রোল তৌশিনবীখ্রে। অমেরিকা অমসুং বৃটিসকী রিপ্রজেন্টতিব য়াওবা কমিতি অসিনা খুৎ থিংজিন্নকপদগী পূন্নমকসি থোরকপনি।"

— "ইরাক্তা লৈবা পিস কমিতিনা করি করিদি পায়খৎলি?"

— "ইরাক্তা মপূং ওইনা লৈরিবা অসি **ইরাকি কাউন্সিল ফোর পিস** হায়বসিনি। মসি ৱার্ল্ড পিস কাউন্সিলদা য়াওবগা লোয়ননা পৃথিবীগী লৈবাক ১০০ হেন্নবগী পিস কমিতিশিংগা খুৎশন্নদুনা থবক তৌই। ঐখোয়গী প্রোগ্রেমশিং খণ্ডহল্লি। শান্তি পুরক্নবা হোৎনবদসু য়াম্না এক্তিব ওইনা থবক তৌই।"

অসুম্না ঙাইহাক ৱারী শানরবা মতুংদা থাগৎচরি হায়রম্লগা ইবানী কায়নরে। মহাকসু থেক্ক য়ু হায়রম্নগা হোল মনুংদা চুমথ্রিং চণ্ডখ্রে। ঐসু হোল মনুংদা চণ্ডগে হায়দুনা পরপ পরপ লাকপদা ঙসাইগী লাইরিক পীরকপী নুপীদুদা হাইফেক্তং য়েংলুবদা নোক্নুনা লৈরম্মী। ঐসু নুংশিনা নোক্রম্মী। ঐহাক জরনেলিষ্ট-পোইট অমনি হায়বদু মহাক শোয়দনা থাজরম্লগনি ডাঃ হসিমিগা ইন্টরভিয়ু তৌবদু উখিবনিনা। মঙোন্দা থাজবা অমা পীরম্বসিদা ঐহাক নুংঙাইখি। মহাকসু নুংঙাইরমগনি। হোল মনুংদা চৎখরিবা এসেমব্লী মখা তানা চৎখরম্লি। মতমসু থেঙজিন্নকলে। নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং ১২.৪০ রোম চৎলে। লঞ্চ মতুংদা অমুক মখা চৎখিগনি হায়রগা মযামদা লঞ্চকীদমক চৎপীনবা লাউথোরকখি। ঐখোয় ময়াম হোলদগী মবী মবী থোরক্নুনা লঞ্চ শিল্লিবা য়ুনিভর্সিটিগী কেম্পসকা নক্ননা লৈবা হোটেল অমদা চৎলে। নুপা-নুপী খায়দে। পবেং লেপ্লে ক্যুদা। তুং ওইরপ্না লেপ্তুনা ময়ামগী মওং মতৌ য়েংবসু নুংঙাইবা অমনি। অমগা অমগা চীঞ্জাক তিন্নদবনা মানা মানা অপাম্বা আইতেমশিংদু লৌনরগা পুক থন্ননবা চানরিবশিংদু য়েংবদা নুংঙাই। ঙসিগী লঞ্চ অসিদা ঐনা খ্বাইদগী নুংঙাইজবদি চাক য়াওবম্বসিনি। করিগীনো ঙসিদি চাক য়াওরম্লিবা? ইথন্তা ঙক্না হংখি। নহানমখৈদি চাক মরু অমত্তা উগে হায়বদা ফংখিদ্রবনি। ঙসিদি চাক উবদা ঐহাক হিংগদবা হেক মাল্লি। নহানমখৈসু মখোয়গী চীঞ্জাকপু হৈননবা হোৎনদুনা নুংঙাইনা লৈরকখিবনি। অদুবু চাক হেক উরকপদা নুংঙাইবা অমা খণ্ডহেন হেন্নকপগী ৱাখক্তনি। সমুদ্রগী ঙাসু য়াওরে। চিক্কনসু য়াওরে। অনীমক্তি লৌবা য়াহন্দে। অনীদুগী মনুংদা অমা খলহল্লি। ঐগী টর্ন য়ৌরক্নুনা পুখমদুদা চাক ফম্না য়াম্না হাপচিল্লে। সমুদ্রগী ঙাসু পাক পাক চাবা ফংবা

নত্তবনিনা ঙা ওইনা লৌরে। চীক্লা ইথন্তা মতাই অমদা চঙশিল্লগা চারম্মী। তুং ওইরপ্না ফল্লিবা ওজা নরনা লক্লরকই— "শরতচান্দ, লৌখৎপা য়াদ্রবো?"

— "ওজা, সুম্মাইনা নুংতিগী তৌগদবা লৈরবদি ঐদি য়ূমদা হন্দ্রবসু য়াররিবু। এথেঙ্গতা সুম লৈরো হায়রবসু ঙমগদবা মাল্লে।"

— "য়ারক্লোইদা য়ূম নুংশিরক্কনিদা।"

— "অদুবুদি চুম্মিদা, চীন্দা সুম হায়রিবা হায়বদুনি।"

ওজা নরা ইবানী চাক তোক্লবা মতুংদা নোক্লদুনা হোটেলদগী থোকমিন্নরকই। মণিপুরদগী চৎমিন্নরিবা পুন্নমক ঙসিদি নোকফেৎ নোকফেৎ লোইনা তৌই। লঞ্চ লৌরবা মতুংদা ময়ামসু হোললোমদা অমুক হন্নরক্লে। হোলগী মমাঙদা মাঙজৌননা লেপ্পুনা ঐহাক লৈখি। ময়াম পুন্নমক মরী মরী ৱারী শা শাদুনা লাকপদু উবদা নুংঙাইবা অমা পোকখি। খূদক্তা পূক্লিং নুংশিরকপা অমসু ফাওরকখি। খঙহৌদবা মতম অমগী মনুংদা ৱার্ল্ড পিস কনফরেন্স লোইশিনখিগদৌরে খল্লুবদা পূক্লিং হেন্না নুংশিরকখিবনি। অমুক উনগে হায়বদা পাক পাক ফংলবোইদবা ঙাক্তনি। ডাঃ নবনা হায়খিবা লাক্লিবা ময়ামসে অচম্বা অমত্তা নত্তে হায়বদু নীংশিংলকখি। যু এসকী অলফ্রেদকা অর্জেন্টিনাগী পেট্রিসিয়াগা ৱারী শাদুনা লাকপদু উখি। মখোয়নীগী মনাক্তা চঙশিল্লুবদা অলফ্রেদনা হান্না কৌরকখি— "হল্লো ফ্রেন্দ।" মখোল চাউবপ তৌবা মহাক্কী খোঞ্জেলদুনা ঐগী নাকোং অনীমক নিন্দুনা লৈবগুম তৌখি। খূৎ শোকই পেন্না অমসুং নুংশিনা। পেট্রিসিয়ানা মঙোন্দা হায়খি

— "হি ইজ এ পোইট।"

— "আই নো, আই নো।" ৱাহৈসিগা লোয়ননা খূৎ শোক্লম্বদগী নুংশিনা কোল্লকই অলফ্রেদনা ঐঙোন্দা। ঐসু চেৎনা কোনখি ৱাং চাউববা অলফ্রেদকী মশাদুদা। মহাক্কা অমুক উনরকখিনি হায়বসি কনানা হায়বা ঙমগনি? মহাক অহল ওইবে। মখজাই অনী খুইথরক্লে। লাইবক্কী ময়িশিং মশুপ মশুপ শুপ্লকলে। শাংলবা মযাঙলেন কোম্থবক্লে। ইবানীগী মতৌদুদা মুন্না য়েংদুনা লৈ পেত্রিসিয়া। নুংশিনা ঙাইহাক কোন্নরবা মতুংদা অলফ্রেদ হোল মনুংদা চঙখ্রে। পেত্রিসিয়াগা ঐগদা ঙাইহৌরে লেপমিন্নবিবসি। অকোয়বদসু কাঙ্গবু কাঙ্গবু পুনশিন্নদুনা ৱাবী শানরি। ঙসিগী লঞ্চ কমদৌই হংলকই পেত্রিসিয়ানা ঐঙোন্দা। চাক য়াওরম্বদুদা খ্বাইদগী মপূং ফাবা লঞ্চতি ঙসিনি হায়না খুমখি। ঐঙোন্দা চে যাওরিব্রা মচেৎ অমত্তা পীরকউ হায়রকখি। ঐগী খাউদগী চে মচেৎ অমা লৌথোক্লে তৌবদা মীনা পীরকপা ভিজিতিং কার্দ খরা মখাদা তারকখি। মদু খূনগৎপদা মহাক্না হায়রকখি— "ভিজিতিং কার্দতু ওইরবসু য়াই। অমা হেক্তা পীরকউ।" ক্যাবাগী হর্নান্দেজনা পীরম্বা মহাক্কী ভিজিতিং কার্দতু মঙোন্দা পীখি। নাকন নাম্মা অহাঙবদুদা মহাক্কী অশাংবা মমিং, লৈফম ময়েক শেংনা ইরগা পীরকখি। অদুগা হায়রকখি— "এদ্রেস অসিদা চিঠি ইদুনা থারকউকো।

কাউগনু। য়ূম হেক য়ৌবগা চিঠি থারক্কদবনি। ঐসু নঙোন্দা থারক্কনি।"

ঐগী খাউদা য়াওরিবা ঐগী কলরগী পাসপোর্ট ফোটোদু লৌথোক্লগা মঙোন্দা অমা পী। য়াম্না হরাওনা ফোটোদু লৌশিল্লগা হায়রকখি— "য়াম্না নুংঙাইরে। মসিনা নঙবু মতম কুইনা নীংশিংদুনা লৈহল্লগনি।"

এসেমব্লী অমুক মখা চত্থবা হৌগদবগী মওং উবদগী ইবানী হোল মনুংদা চঙমিন্নরে। মহাক্তি অর্জেন্টিনাদগী লাকমিন্নবা মখোয়গী মরক্তা চঙশিন্দুনা ফমখ্রে। ঐসু মণিপুরদগী লাকমিন্নবশিংগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফমলে। ঙাইহাক লৈরগা এসেমব্লী হৌরে। দেলিগেট-শিংসু চপ চানা পার্টিসিপেট তৌই। এসেমব্লীগী চপ-চাবা মগুণ অদু মসি ওইরেকো হায়না ইথন্তা খঞ্জখি। মথং মথং থন্নদুনা কাউন্সিলগী থবক থৌরম কযা লোইশিল্লবা মতুংদা এসেমব্লী লোইশিন্দুনা হোলদগী মপান থোক্লরক্নে। হোলগী মপান্দা ফ্রেঞ্চ পিস কমিতিনা ময়ামবু ওকপগী থৌরম অমা শীন্দুনা লৈরম্মী। ফ্রেঞ্চ পিস কমিতিনা ঙসিফাওবদা লৌরকখিবা থৌদাং কয়াবু পন্দুনা মখোয়না ঙাঙখি। ময়াম পুম্নমক্তা সোফ ড্রিঙ্ক, কোফি মানা মানা অপাম্বদু পীদুনা রিসেপসন অসি মায় পাক্লা লোইশিনখি। হেক লোইবগা দেলিগেটশিং নুমিদাংবাইরমগী মশেক মঙাল মরক্তা পুল্লপ পুল্লপ লেপ্তুনা বারী শানদুনা নোকমিন্নদুনা হোলগী মপান্দা লৈমিন্নখিবা মীকুপতু অমুক হল্লক্লরোইদবা মীকুপ্নি। মতমসিদা কেমেরা কয়া পুথোক্লবক্তুনা ফোটো নমমিন্নবা হৌরকই। অমগা অমগা কৌশিন্নদুনা লেংগোন্নরগা ফোটো পঙনমদা নম্মিন্নখি। কুচু ঙৌবা কুচু মুবা অমত্তা ওইশিন্নখি। ঙাইহাক লৈরগা দেলিগেটশিংনা মাগী মাগী লৈবাক্কী কোইনশিংদু পুথোক্লরক্তুনা অমগা অমগা মতম চুপ্পদা নীংশিংদুনা লৈননবা খুদোল তৌনরকই। জরমনিগী পিটবনা মখোয়গী লৈবাক্কী খ্বাইদগী মমল য়াম্নবা শান্তিগী মহুৎ শিনবা বেজ অমা মহাক্কী খাউদগী পুথোরক্লগা ঐগী ফুরীত্তা থেৎলকখি। মখোয়গী কোইন অমসু প্রজেন্ট তৌবকখি। ঐগীদি পীনিংঙাই লৈতদুনা ঐগী বেগতা য়াওবা ঐগী পাসপোর্ট ফোটো অমা লৌথোক্লগা মঙোন্দা পীখি। মহাক্লা মদু হরাওনা লৌরগা থেঙ্ক যূ হায়বদুদা ঐহাক পুংপেন পেনখি। লাইবক থীবদি মখোয়দা প্রজেন্ট তৌননবা ঐগীদি কোইন অমত্তা য়াওবমদে। খুদক্তা ইমা ভানুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মহাক্কী বেগতা য়াওবা শিকি চৎপী মখায চৎপীশিংদু খরা পীবিয়্ হায়না নিখি। ইমা ভানুসু মহাক্লা খঙনবা খুদিংমক্তা ভাবতকী কোইনশিংদু প্রজেন্ট তৌদুনা লৈরম্মী। ঐঙোন্দা শিকি চৎপী মখায় চৎপী খরা পুল্লপ্না মশীং তরামুক পীরকই ইমা ভানুনা। কোইনশিংদু পায়দুনা পিটরদা কোইন অমা প্রজেন্ট তৌখি। ক্যবাগী হর্নান্দেজদসু কোইন অমা খুদোল তৌখি। হর্নান্দেজসু মখোয়গী কোইন অমা প্রজেন্ট তৌরকখি। ঐঙোন্দা ঙসাই লাইরিক অমা পীরকখিবী লিজাগী মনাক্তসু চঙশিন্দুনা শিকি চৎপী অমা প্রজেন্ট তৌখি। থেঙ্ক য়ূ হায়রকখি। মতোমতমক পীবদুদা নুংঙাইত্রদুনা রিসেপসনিষ্ট ওইনা লৈরিবী অতোপ্পা নুপী অনীদুদসু

শিকি চৎপী অমমম পীখি। মখোয় পুন্নমকনা থাগৎপা ফোঙদোরকখি। সিনেগালগী লুম, জুবোটিগী কাদামি, জাপানগী কাজুসিনচিংবদা কোইন অমমম প্রজেন্ট তৌখি। কায়নরমদাই মতমদু লাক্লমাল্লে। থাজখিদে অসুন্না ওইরক্কনি হায়বা। বস থুংলরে ঐখোয়বু লৌনিনবগীদমক। ঐখোয় পুন্নমক পান্তেয়ো যুনিভর্সিটি থাদোক্লল্লে।

হোটেল স্তানলিগী ৭ শুবা মথোন্দা লৈরিবা ঐখোয়গী কাদু হেক য়ৌবদা নুমিদাংগী পুং ৯ লোম তারে। কাদুদা চঙলগা হেক ফমথবতা মঙায়রি ওজা নর চঙলকই। হংলকই— “নখোয়বু য়ুমদকা টেলিফোন অমত্তা তৌনিংদ্রো?”

— “করিগী তৌনিংদনি ওজা! পৈশা য়াম্না তিংগদ্রা হায়না তৌদবগী ৰানি।”

— “পৈশা হায়বদুদি অরায়বনিনে। এথেন্স য়ৌরে, ঐখোয় হৌজিক কনফরেন্স চত্থরি, নুংঙাইনা লৈরি হায়বনচিংবা ৰাহে অমত্তং য়ুমদা হায়খিবদা য়ুমগী মীশিংনা হরাওগদৌরিবনিনে।”

— “ওজানা হায়বিরিবদুবুদি চুম্মি।”

ঐগী য়ুমগী টেলিফোন নম্বরদুদা ওজা নরনা খুদক্তা কাদুদগী তৌরে। টেলিফোনদু ঐঙোন্দা পীরকই। ঐগী লোয়নবী বীমাবতীনা পায়রকই। কয়াম থেঙলে হংবদা খুম্লকই

— “থেঙলে। নুমিদাংগী পুং ১১ মখায় হেল্লে।”

— “সিদদি করিমত্তা থেঙদ্রি। ঐখোয়সু হৌজিক্তা কনফরেন্স লোইবগা হল্লকপদা মঙায়রি। অঙাংশিং কমদৌরি? ইমা বাবাখোয় করিসু তৌদবা নৎত্রা? ঐনা হংলকই হায়না খরা তম্মু।”

— “করিসু তৌদে। লোইনমক থবক ইনখাং চৎনরি।”

— “সোমদসু ঐখোয় ময়াম কনফরেন্সতা ফজনা শরুক য়ারি। ঙসিগী **পোক্লফম** খবরদা এথেন্সকী পাউ য়াওব্রা? ঙরাং ঐখোয়না ফেক্সতা থাখিবনি।”

— “য়াওই। শান্তিগী মীফম হৌখ্রে হায়না ফজনা ফোঙলকই।”

— “ফরে অদুদি থম্লগে। সনাথোইবীদু মহাক্কী কাকা ইনাওবীগা লোয়ননা তাং ২০ দা এয়রপোর্টতা ওক্লম্মু হায়য়ু। ফরে থম্মো।”

ঙসিগী খববদা কনফরেন্সকী পাউ য়াওরে হায় হায়না ওজা নরদা ঐনা অমুক তম্বদা ওজা নরদু হরাওখি। ঐনা ফোন তৌবা হেক লোইবগা ঐজ্ঞা হরিদাসসু ময়ুমদা টেলিফোন তৌদুনা কনফরেন্সকী মরমদা খঙহনখি। হৌজিক হৌজিক এথেন্সতা চত্থবিবা ৱার্ল্ড পিস কনফরেন্সকী মরমদা ইম্ফালদা পাউ ফোঙদুনা ঐখোয় পুন্নমক মায়পুননা শরুক য়ারি হায়না খঙহনবসি ঐখোয়গী মায় পাকপা অমনি হায়না ওজা নরনা ফোঙদোকখি।

ৱার্ল্ড পিস কনফরেন্সকী ফিজঙ খুমজিনখিবসি মেগী ১৪, নোংমাইজিং নুমিত্তনি। মরাথোনগী হৌরকফম অমা ওইখিবা গ্রীসতা তুং কোইনা নীংশিংদুনা লৈহৌননবা পিস


পিস মরাথোন

মবাথোন অমনা কনফবেন্স অসি লোইশিনখি। নুমিদাংব্রাইবমদা পাওথোকখিবা লোইশিনবগী থৌবম্নি। কাযনবমদাইসু ওইবা নুমিদাংব্রাইবমগী পূক্লিং যাম্না নুংশিবা মতমসু ওইবা মতমসিদনি কনফবেন্সতা শরুক যাবিবশিংনা সিংদামা স্কোযাবদা পূনখিবসি। কাউন্সিলগী মশক নাইববা মীওই মঙানা পূক্লিং নুংশিববা ব্রাহৈ কযা ফোঙদোকপগা লোযননা চীং-লেম্না এথেন্সকী তম্পাক্তা ব্রার্ল্ড পিস কনফবেন্স লোইশিনখি। নীংশিংবা হাযবসি মূৎপা নাইদনা থম্মোয খুদিংদা লৈহৌবগনি। মসিমত্তং খুদোল তৌননবা হোৎনবকখিবা গ্রীক পিস কমিতি (গ্রীক কমিতি ফোব ইন্টবনেসনেল দিটেনটি এন্দ পিস— ই ই দি ব্রাই ই) অমসুং ব্রার্ল্ড পিস কাউন্সিলবু কবম্না কাউবা ঙমগনি? নুংশিবী গ্রীস, নঙগী নতস্বাক্তা পৃথিবীগী মীযাম পূম্নমক নুংশি চান্নবা মীকূপমত্তা ওইববসু নোকমিন্নহনগে থন্না ইনিংথৌ জিউসনা শীনখিবা থৌবাঙলা? ঙসিদি খোঞ্জেল থোক্লা তাবক্রে নঙগী তম্পাক্তগী শান্তিগী পাউজেল।

# নিপান

নুংশিবী গ্রীস, নঙগী তম্পাক্তা হেক থুংলবদা উরে শকখঙনরে দাইনাগুম্বী হেলেনগুম্বী লাতোনাগুম্বী ইকোগুম্বী কয়া কয়া। মখোযদসু নত্তে য়ামখ্রে প্রোসবপাইনগুম্বী দাফনিগুম্বী এরেকনিগুম্বী য়ুবিদিসকুম্বী দেইএনিরাগুম্বী এবিয়াদনিগুম্বী নেফলিগুম্বী কয়া কযানি। য়েংবগী পেনবা নাইদবী কয়া কযা। সংসাবগী ফজবা পুম্বা ননাক্তা লোইনা খুন্দিন্দুনা লৈরববা? নঙগী ফজববু করিনা শৈথাগনি? নঙ অমা লেঙদনা লৈনবগীদমক অরকাসকুম্বা নাবসিসসকুম্বা দেদালসকুম্বা থেসিযসকুম্বা সেফেলসকুম্বা মযাম অমসু উরি। মখোয়দা নত্তে হরকুলিসকুম্বা মযাম অমসু। ঐ খঙই নহাক কৈদৌনুংদা মাঙখিবা যাবোই হায়বা। কবম্না মৃৎকদৌরিবনো নহাক্তা মালেমসিদগী মখোয মযাম লৈনা লৈনা। অদুবু গ্রীস, নঙগী হরকুলিস অমসুং দেইএনিরাগী ৱারীগুম্বসু লৈ ঐখোয়গী খম্বা থোইবী। ঐখোয়গীসু ৱাৎপদি লৈতে। লোক্তাক্তা লীবা ৱারী কয়া। কৌব্রুনা তম্বা ৱাবী কয়া। নঙগীসু ওলিমপসনা ৱারী কয়া লীরি। নঙসু চীংদি নুংশি। মণিপুবসু চীংবু নুংশি। নঙগী চীংশাঙ নাপোমশিংসে উবগা ঐনা কবিগী নীংশিংদনি মণিপুবগী চীংলোন মাপল। নঙগীসু চীং-তম ঐখোয়গীসু চীং-তম। তাইবঙ শেম্বা মপুনা কবম্না শেম্বীরম্লিবা! মান্নবনা কদাইদা খেন্নবনা করিদা! অদুবু মসিমদি খঙই মহৌশা খুৎশেন্না নঙসু মণিপুরসু নুংশিবী।

নুংশিবী হেলেনিক বিপব্লিক। নঙোন্দগী পোকখি দেমোক্রেসি। পৃথিবীগী লোল পূন্নমক্তা নঙগী ৱাহৈ চঙখিদবা কবিবু লৈবিবগে? নঙোন্দগী থোবকখি এলোপেথি। ফাদব ওফ মেদিসিন হায়না খঙনবিবা হিপ্পোক্রেটস নতম্বাক্তা পোকখিবা নৎত্রা? ঙসিফাওবদা ডাক্তব তম্বা হৌবকপগী অহানবমক্তা হিপ্পোক্রেটিক ওথ হাযদুনা ৱাশক লৌবগী থৌবমসিনা নঙবু নীংশিংহল্লি। নঙগী হেবোদোটসপুসু কৌনবি ফাদব ওফ হিস্তবী। ঙসি ফাওবসিদা শীজিন্নবিবা ৱাহৈ— দ্রামা, এথলেটিক্স, পোইত্রি, ফিলোজোফি, দেমোক্রেসি, এস্ত্রোনোমি— নঙগী ৱাহৈ ঙাক্তা নৎত্রা? ঙসি পৃথিবীদা ফাওবিবা হোমব, প্লেতো, এবিস্তোতল, সোক্রেটিস, সোফোক্লস নঙগী তম্পাক্তগী থোকখিবা ঙাক্তনি। নঙবু নীংশিংলকপদা কবম্না কাউবা ঙমগনি অলেকজন্দব দি গ্রেট। চাউখৎপগী মঙালনা নঙগী তম্পাক শীন থুংনা ঙানখিবদু যাম্না ঙনখি পূন্নমক্তগী ঙন্না থুংখি নঙোন্দা। ঙসি ঐখোযনা ননাক্তা থুংলববা মতমসিদদি খঙলে পূন্নমক। ওইবম্লে পূন্নমক অচুম্বা। ঙল্লিঙৈ মতমদদি নঙগী নচা নশুশিং ঙাওখি মালেমগী ফজবদা। মহৌশাগী খুৎশেমগী ফজবদা। তাইবঙপানববু শেম্বীবিবা মপু অমা লৈবি হাযবগী থাজবদা। অদুবু মতমগী যাওন্দা মখোয খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎখ্রে। পূন্নমক মতমগী যাওন্দা লাকখিবনি খঙই নহাক। লেঙদবা চত্তবা হাযবসিবু অহিংবা কৌবা যাববা? অহিংবা অমা ওইবনিনা ঐখোযগী মণিপুবসু মহৌশা নৎত্রে খবদি হোংলে। মসিমদি নঙোন্দা খঙহন্নিংই।

অদুবু গ্রীস, খেন্নবা হাযবসি কযাদা খেন্নখ্রবনো? নঙগী চাউববা লম্বী-সোবোক্তা চৎলিবা নুপা নুপী অঙাং অহল খাক্তনা চুকপ মচৈ অমমম চিংলগা চৎপা অসিমদি ঙক্লা থোকখি অহানবদা। যুনিভর্সিটি মক্তদসুনি। কনফবেন্স পাঙথোকখিবা যুনিভর্সিটি অহুম্মক চাউই। যেংবগী পেনবা নাইদে। কা খুদিংমক লুই নাল্লি। কবিগুম্বা মতমদা পীকখ্রবা কা অমদা ওজা অমগা ছাত্র ছাত্রী মঙা তব্ককখক্তংগা পূন্না ক্লাস তৌবা থেংনখি। যাম্না ঈংনা চীক্লা চর্থবিবা ক্লাস অদুদা কবম্বা ৱাখল চোইবা মহৈবোই যাওবমগদগে? ক্লাস লোইবগা থোবকপা মতম, ওফ লৈবা মতমদা থেংনবা ছাত্র ছাত্রী অয়াম্বদি মপান্দা চুকপ থকমিন্নদুনা লেঙ্গোন্নদুনা কবিগুম্বদা চুপমিন্নদুনা ফম্বা যাম্না থেংনখি। কনামত্তা কবিমত্তা হাযনদে। কনামত্তা হন্না যেংনদে। মাগী মাগী মথৌগী মতুং ইন্না গপ গপ চৎনখি। তপ্না অমত্তা চৎপা উদে। নুপা নুপী কযাসু লেঙ্গোন্নদুনা গপ গপ চৎনখিবা কযানি। ইঞ্জিন পানবা গাডী মচাশিং থৌদোক্তুনা চৎনখি। তোংলিবশিংনা চেৎনা চেৎনা কোল্লদুনা। মখোলতমক তাহৌই। গাডীদি মশক উহৌদে কন্না থৌমনখিবনা। ঙক্লা থোকখি অহানবদদি ঐহাক। অদুবু লম লমগী চৎনবীনিনা অঙকপা পূম্বা মাঙখি। চাউ শাংখ্রবা হকচাংশিংদুদা কৃপ্লিবা ফি মতৎশিংদুনা কযাম কৃপশিনবা ঙমগনি? মীওইবগী হকচাং কযাৎশিংনি খল্বা ঙম্বা কোক ঙাক্তনিনা কনামত্তনা লাম্না লৌনদে। ঙক্লা থোক্লদে। মসিনা নঙগী চৎনবীনি। ঐখোয়গীসু লৈজে

চৎনবী অমা। ঐখোযগী উবদসু গ্রীস নঙদি ঙকফম থোক্তে। ঙক্লদ্রনে?

নুংশিবী গ্রীস! নঙগী নতম্বাক্তা চেন চোংলিবা মখোযদি উবে ইমীৎসিদা খবদা ওইববসু। নঙগী ফজববা মফমশিংদি উদ্রি। উনিংই। খঙননিংই মখোযগসু। নঙগী ফজববা মফমশিংদা ঐহাক ঙাইহাক্তা ওইববসু ঙাওজনিংই। ঙাইহাক্তা ওইববসু শান্নিংই। ঙাইহাক্তা ওইববসু চেন চোংনিংই। ঙাইহাক্তা ওইববসু মখোযগা ৱাবী শাননিংই। ননাক্তা লাকপগী মসিমদি ফংদনা ঐখোয হল্লগদ্রা? ৱাহং অসিমদি হংবা কুইববনি। পাউখুম ফংদনা ইথক্তা থম্মোয়নুংদা হেক হেক ৱাখলগী ঈপাক্তা ঈবাক্লদুনা লৈবকপা কুইববনি। নুংশিবী গ্রীস, নঙগী থৌজাল অমদি ফংখি । ঐখোয়না নীংজবদু থুংখি। এথেন্সকী অকোযবদা লৈবিবা মক ওইবা মফমশিং যেংনবগী প্রোগ্রাম শেমদুনা ঐখোয় হোপ ইন কৌবা টুবিষ্টশিংবু বস অমদা পুদুনা এথেন্সকী অকোয়ববু য়েংহনবগী থবক তৌবা এজেন্সি অমদা হায়নবদগী ঐখোয় এথেন্সকী অকোযববু যেংবা চৎখি। মচীন মখা যান্না যাংবী ঙাঙবা শকপদা ঈশিং লীৎতবী গাইদ অমা যাওবকখি বস অদুদা। মহাক্না মথং মথং তাকলকখি ইতিহাসকা মবী লৈনবা শোক তাবিখকা লোযননা। ঐখোয শাথিনা নুংঙাইখি। এথেন্সকী মক ওইবা মফমশিংগা শকখঙনবা ফংলে খনবদা পুক্লিংদা চাউথোকচবা অমসু পোকখি। মখোযগী চাউববা পার্লিয়ামেন্ট হাউস উবা ফংলে। মসিগী মথংদা খ্বাইদগী মযেক শেংনা নুংঙাইখিবদি কন্সতিত্যুসন স্কোযাবদা লৈবা তোম ওফ দি অননোন সোলজবদা এবজোনশিংনা দ্যুতি শিন্নখিবগী মতাঙ অমা ইমীৎমক্না উবা ফংহৌবদুনি। এবজোনশিংনা মখোয়গী ট্রেদিসনেল দ্রেস, ফোসতেনেল্লা শেৎলগা লাকপা,



হান্না দ্যুতি তাবস্বদুগা মথং দ্যুতি তাননবা লাক্লিবা এবজোনদুগা শিন্নবমদাইগী মতাঙদুনি যান্না ফজবিবসি। দ্যুতি হেক হৌখিবগা নুংগী মূর্তিনি। কবিমত্তা লেঙখিদ্রে। জীবা অমনা তোংলবসু মখোয় কবিমত্তা লেঙখিদ্রে। অহানবদা ঐখোয়না মখোযবু উবদা নুংনা শাবা মূর্তি অমগুম খনখি। টুবিষ্ট কয়ানা লাক্লুনা ফোটো পঙনমদা নমই। অঙকপা ফংনা টুবিষ্টসু লাকই। কনাগুম্বনা মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফোটো নম্মিন্নবসু যাওই। এবজোনশিং অসি যান্না শাথিবা মবীংজেন খাবা মীওইশিংনা অয়াম্বনি হাযনসু গাইদ অদুনা ফোঙদোকখি।

এথেন্সতা মযান্না হাযনবসি এক্রোপোলিসনি। এক্রোপোলিস হাযবদি সিতিদুগী খ্বাইদগী ৱাংবা মফম হায়বনি। এক্রোপোলিসকা অমুক্তং শকখঙননিংখি। কবিগীদমক পৃথিবীগী

মীযাম্না এক্রোপোলিসপু শক্না শোন্নবিবনো? মসিগী মবম ময়াম অমা লৈবমগনি। ঐখোয় এক্রোপোলিস য়ৌবে। গাইদ অদুনা লমজীংদুনা ঐখোয়বু চীং অদুগী অকোয়বদা অমসুং মথক্তা কোযপু পুই। মীনা কৃক কৃক ইন্নবম্মী। পৃথিবীগী মী খুদিংমক মফমসিদা লৈববোই নীংই। শক-চু মান্নদবা মযাম অমা পুন্দুনা লৈবম্মী। নুপা-নুপী কযা খুৎশম্নদুনা চীং কাবম্মী। নুমিৎকী মৈশানা যৈথবকপদা অশাবা ফাওববসু কনামত্তা চোকথনবা উদে। নোক্রুদুনা কানবি কৌক্রু কাবগুম। ঐখোযবু লমজীংদুনা চৎলিবী গাইদ অদুনা হায়— "ঐখোযগী গ্রীসতা লাক্লিবা টুবিষ্ট অসি যামখ্রপোৎনি। চহী অমদা লাক্লিবা টুবিষ্ট মশীংনা গ্রীসকী পোপুলেসন্দগী মশীং হেল্লি। ঐখোযগীদি টুবিজম হাযবসি ইন্দস্ত্রিনি। মসিদগী গ্রীসকী ইনকম যামনা লাকই।" মহাক্না হাযবা চুম্লমগনি। ওম্থোক্না যামখ্রে লাকপগা চৎখিবগা মশীং থীওমদে। ঐখোযগী মণিপুবদদি তুবিজমবু ইন্দস্ত্রি অমা ওইনা ওম্থোকপা ঙমদ্রি। মহৌশা খুৎশেন্না ঐখোযগীদমক থম্বীবম্লবা ফজ ফজববা মফম পুম্নমক কনামত্তদা মযেক শেংনা খঙহনবা ঙমদ্রি। ফোবেন্নব চঙবা যাদবনা ঐখোযগী মমল যাম্লবা মফমশিং কনা খঙবীদনা লৈবি। তুবিজমদগী লাক্কদবা চহীগী ইনকম কযা লাকহনবা ঙমদ্রি।

এক্রোপোলিস অঙকপা মফম অমা ওইবম্লে। অঙকপনা পীক থম্লম্লে। কাযখিনি নীংখাযখিনি খন্না গ্রীসকী সবকাবনা চেকশিন্না ঙাক শেন্দুনা লৈবম্লে। হান্নগী ফিভমদুদগী



হেন্না শোকচিনখিদনবা কন্না শেমজিন শাজিনবা নৌনা শেমগৎপা মখল কযানি। ফজববা নুংঙৌ ঙাক্তনি। মখোযগী প্রিজার্বেসন অঙকপনি। মসিমক্না চহী লীশিং লীশিং হেল্লবা মফমশিং ঙসিসু হিংদুনা লৈবা ঙম্বনি। যেংশিনবা রাৎলবা মণিপুবগী ফুবা দলান মন্দিব

কোনুং কয়াদি মচেৎ মচেৎ নীংখাইরক্লি। উফূল ওল্লকলি। অদুগা গ্রীসতনা খোঙ্গুল মূৎখিদনবা হোৎনরি। ঐখোয়গীগা কয়াদা খেন্নখ্রবা। ইশং শংলবা সাইপ্রেস পাম্বীশিংনসু এক্রোপোলিসপু চেকশিন্না নাউকোনবীরম্মী। এপোলোনা লুনা তৌজবা সাইপারিসসকী থবায় য়াওদ্রবা হকচাংবু সাইপ্রেস পাম্বী ওম্থোকপীদুনা মতম পুন্নমক্তা ইশং শংনা হৌহনবীরবা অমদি অৱাবগী এমব্লেম অমা ওইনা খঙনববা সাইপ্রেস পাম্বীনা ইশং শংনা এক্রোপোলিসপু ঙাক শেল্লম্বদু কয়াদা ফজখ্রবা! তগৎ তগৎ তেক্লা হৌরি সাইপ্রেস পাম্বীশিং। মরক্তা উরি ফজরবা পারথেনন। মরক্তা লেপ্লি নুংশিরবী এথেনাগী খুইদংগী লিরবা মূর্ত্তিশিং। নুংজাও নুংজাওশিংনা কক্তুনা মথং মথং লোনখৎনরগা ৱাংখৎহল্লিবা যুম্বীশিং। প্রোপিলেয়া অমসুং নাইক তেম্পলনা দোরিক অমসুং আইওনিক ওর্দরদা হাইগৎলকখিবা মওংদুনা কয়াদা ফজরিবা। কেরিয়াতাইদসকী পোর্চ তা উরিবা শক্তমশিংনা ঐখোয়বু মীৎফম হোংবা য়াহনদে। খজিক্তুং লৈথদুনা য়েংখিবদা উরকই পাক শন্না শন্দোক্লিবা দাইওনিসস থিয়েটর। লিরবা থিয়েটর



অসি হৌজিকসু লেপ্লি হৌখ্রবা ইতিহাসপু ঐখোযদা নীংশিংহল্লদুনা। মনাক্তগী শাংনা শন্দোকখ্রি স্তোৱা ওফ যুমিনিসনা। মথংদা শম্লখ্রি অমুক হেবোদেওনগা। ফজরবা এক্রোপোলিসকী চীংদোনসিসু হেন্না ফজহল্লি এথেনাগী মূর্ত্তিনা। এক্রোপোলিস নঙোন্দগী য়েংথবদদি উরে গ্রীসকী এথেন্স। এথেনাগী মমিং লৌরগা থোনখিবা সহরসি কয়াগী মতীক ফজবিবা। জ্ঞান অমসুং লৌশিংগী লাইরেম্বী হে এথেনা, কয়াদা চাউখ্রবা নঙগী লৌশিংনো। জগৎকী ফজবা পুম্বা তিল্লমলে ননাক্তা।

এক্রোপোলিস থাদোক্লমলে। কদাইদা অমুক পুরিবনো খঙদে গাইদতুনা ঐখোয়বু।

শীৎ নাল্লবা লম্বীদুদা টুবিষ্ট বস তোংদুনা চৎপদু লশিং মফোল মথক্তা হীপ্লগা চৎপদু মণ্ডায়। লম্বীদা উখি পঙউদা উখি মূর্ত্তি কযা। অমত্তা মান্নদে। মফম চানা চানা মীৎযেংফম চানা খিন খিন্দুনা থন্মি। বস মনুংদগী যেংবদা উখি মূর্ত্তিশিংদুনা অর্থ লৈনা লেপ লেপ্তুনা লৈহৌবদু। গাইদতুনদি হায মথং মথং মূর্ত্তিশিংদুগী মবমদা। ঐখোযগীদি কদাই? মণিপুবগী কোনুং ওইবিবা ইম্ফাল মযোলমক্তদা মূর্ত্তি কযাম লৈবিবা? ইথস্তা হংজখি। খুৎ থেক্তুনা মশীং থিজখি। খুৎ থেকপা যাবি। গ্রীসকীনা খুৎ থেকপা ঙমদ্রে। যাম্মনথ্রে। নীংশিংনিংঙাই ওইবসি



ওম্বোক্না যাম্না লৈখ্রবোইদকো নুংশিবী গ্রীস নহাকসে। ঐখোযগীনা অমত্তা লৈত্রববা? মদুদি নত্তে। ঐখোযগীসু যাম্না লৈ। নীংশিংনীংঙাই ওইবা যাম্না লৈ। নুংশিবী গ্রীস নহাক্তি খঙলমদবা য়াই। ঐখোযগীসু মূর্ত্তি শাদুনা থম্বীবা যাবা, লম্বী মমিং থোন্দুনা নীংশিংনফম ওইবা যাবা অইবা কযা, কলাকাব কযা, শান্নবোই কযা, লুচিংবা কযা, নিংথৌ কয়া লৈ। ঐখোযগী ওইবা অমত্তংগী মমিং থোল্লমদাইদদি যেৎনৈ। ঐখোযগী ওইবা মতাঙদদি পঙথনৈ। কবিগীনো খঙদে। হোসপিতাল অমগী মমিং থোনবদা ঐখোযগী ডাক্তব কমলগী মমিং থোনবা যাই। শান্নবুং অমগী মমিং থোনবদা চুবাচান্দসু যাই ইবাবতসু য়াই। লম্বী মমিং থোনবদা অঙাংহলসু যাই। অদুবু তৌদে ঐখোযদদি। কবিগীনো হায়না অঙকপা অর্মদি ফাওবম্বা যাই গ্রীস নঙনদি। ঐখোয়গীদদি চাওখৎপগী মঙাল অসি তপ্না তপ্না থুংলৈ। জ্ঞান অমসুং লৌশিংসু তপ্না তপ্না লাকই। থবক অমা তৌবদসু অনী অনী হেক্তা থোকই। নুংশিবী গ্রীস, মসিদনি নঙবু ঐনা নীংশিংলকইবা। নুংশিবকইবা। নহাক থাজবমদবা যাই। ইম্ফাল মনুংগী সহব মযোলমক্তদা মণিপুবগী লৈবাক নীংবা অথৌবা অহমগী মমিংদা লম্বী অমমম লৈ। কৈথেনসু চাউনা চাউনা লৈ। মখোয অহমদু নঙদি মমিংসু খঙলম্লোই।

অমনা টিকেন্দ্রজিৎ, অমনা পাওনা, অমনা থাঙ্গাল। মখোয় অহুমগী মূর্তিদি অমত্তা লৈতে। থম্বীদে। খন্নবদি য়াম্না খন্নখ্রে থম্ননবা। তপ্না থুংলবা লৌশিংদুনা তপ্নবুদি লাক্কনি হায়বা ঐহাক খঙই। অদুবু নঙগী নমাঙদদি করম্না মীনম্নুগনি? নঙগী গ্রীকশিংদি নরোনবু নুংশিনা লুনা খল্লি। গ্রীক লোলবু চাউখৎননবা হোৎনৈ। মদুদা নঙগী গ্রীকশিংনা চাউথোকচবা ঙম্মি।

বস খাম্লে। ঐখোয় পূম্নমক কুমথরে। গাইদতুনা হায়— "হৌজিক ঐখোয়না চঙগদৌরিবা মফম অসি পনাথেনিয়ান স্তেদিয়ম হায়বদুনি। মফমসিদগীনি পৃথিবীগী ইহান হানবা মোদর্ন ওলিমপীক গেমস হৌদোকখিবদু।" ওলিমপীক পল্লকপদুদা হকচাংসি তেকখৎপগুম তৌখি। ঐনা মাঙ থারগা চেনশিনখি হরাওবোই নুংঙাইবোই। পৃথিবীগী ইহান হানবা ওলিমপীক হৌদোকফমদা ঐহাক মীকুপমত্তা ওইরবসু লেপ্পা ফংলগনি খনবদা হায়ফম খঙদনা নুংঙাইখি। স্পোর্টসরাইটর অমসু ওইরুবনিনা ওলিমপীক্কী ৱারীগা ঐগা শকখঙনদুনা লাকপা য়াম্না কুইরে। হৌদোকফম অদুদা চৎপা ঙমদবগী নুংঙাইতবা অমা থম্মোযদা লৈখিবগী ৱাতনি। ঙসিদি ইখোঙনা থোংনা চঙবা ফংলে। মীওইবনিনা পাপকী থবক কয়া পূর্ন্সিসিদা তৌখিবা য়াওরম্নবসু মীকুপসিদদি পাপ পূম্নমক কোক্লমগদবা মাল্লি। অসুক্কী মতীক পূক্লিংসি মকা লামই। অকোয়বগী গেলবী শীৎ নান্না লৈরি। হেক চঙফমদা ওলিমপীক্কী সিম্বোল ওইবিবা রিং মঙানা অমগা অমগা লৌশিন্নদুনা য়েকপদু উই অপাকপা প্লেট অমদা। মখাদা ইরি মথং মথং ওলিমপীক পাঙথোকখিবা লৈবাকশিংগী মমিং হৌবদগী হৌজিক ফাওবগী। গেলবীদা চেনখত্তুনা ঙাইহাক ফম্লুই। খঙহৌদে ঐহাক্কী ৱাখল শোক




১৮৯৬ তা লৈখি। ফ্রান্স মচা কোবরতিন্না কন্না হোৎনদুনা ওলিমপীকপু পৃথিবীগী ওইহন্নবা হোৎনখিবদু কনানসু কাউবা ঙম্লোই। মরমদুমক্কা মহাকপু ফাউন্দর ওফ দি মোদর্ন ওলিমপীক গেমস হায়না কৌনখিবনি। পৃথিবীগী কাচিন কোয়াদা লৈবাক কয়াদা চথরিবা লান্দগী কনবা ঙমগদবা শান্তি পুরকপা ঙমগদবদি স্পোর্টসনা ওইগদবনি খনখি। মরমসিমক্কা ওলিমপীক গেমস অমুক হিংগৎহন্দুনা পৃথিবীগী ওইবা গেমস অমগী মঙ মঙখিবনি কোবরতিন্না। গ্রীসকী মনুংদা ইনিংথৌ জিউসপু ইকায়-খুম্নবা ওইনা ওলিমপিয়াদা খৃষ্ট পোক্ত্রিঙৈগী মমাঙদগী গেমস অসি পূজাগী মওংদা পাঙথোক্তুনা লাকখিবনি। ওলিমপীক

পল্লকপদা কোববতিনবু হেক্তমক নীংশিংলকই। মহাক্কী ৱাহৈশিংদু ঐহাক কৈদৌনুংদা কাউবা ঙমদে— *"The important thing in the olympic games is not winning but taking part The essential thing in life is not conquering but fighting well"* শোক ১৮৯৬ তা ইহান হান্না গ্রীসতগী মোদর্ন ওলিমপীক গেমস হৌদোক্কদবনি হাযবা কোববতিনগী মঙলান অদু গ্রীসকী সবকাবনা চিংনবা অমদি লৈখি। মবমদি মতমদুদা শেল থুমগী ফিভম ফত্তবা, গেমস হৌনবগী মতমনা নকশিল্লকপা। অদুবু পৃথিবীগী মফম কযাদা লৈবিবা গ্রীকশিংদগী দোনেসন তৌবরুবা পাউজেনবা হৌখি। অঙকপা ফংনা পীনবখি। গ্রীসতা লৈবা খ্বাইদগী ইনাক খুনবা কাববাবৱালা জবজিওস এভবোফনা অচৌবা শেলফম অমা দান তৌবক্তুনা গ্রীসকী অবিবা পনাথেনিযান স্তেদিযমবু অমুক হন্না শেমগক্তুনা ইহান হানবা ওলিমপীক গেমস ১৮৯৬ কী এপ্রিলগী ৬তা হৌদোকখি। গ্রীসকী নিংথৌ জর্জ বান্না গেমস অসি হাংদোকপগা লোযননা হাযখি— *"I declare the opening of the first international Olympic Games in Athens"* ফাওববা গ্রীক কবি কোসতিস পালামাসনা ইবা মযেক অমদা স্পিবোস সামাবাসনা ম্যুজিক কম্পোজ তৌদুনা ওলিমপীক্কী ঈশৈ ওইনা শকখি। ইহান হান্না ঈশৈ অসি শক্লকপদা মদুদা তিনখিবা মীযাম্বু মুব তৌহনবদা নক্তনা হেন্না পাম্লবকপদগী ওফিসিযেল ওলিমপীক এনথেম ওইনা শাজিন্নখি। অমেবিকাগী জেমস কোনোলিনা ট্রিপল জম্পতা মিটব ১৩ ৭১ চোংদুনা মোদর্ন ওলিমপীক গেমসকী ইহান হানবা মাযপাকপা শান্নবোই ওইখি। অঙকপনি মতম অদো। মতমদুদা গোল্ড মেদল লৈবমদে। মদুগী মহুত্তা সিলবব মেদলগা লোযননা ওলিব মনানা শেম্বা লূহুপ অমা পীনবম্মী।

গ্রীসনা ঙসি ফাওবদা চাউথোকচবি— মালেমদা ওলিমপীক অমসুং মবাথোন খুদোল তৌবা ঙম্বগী। ঐখোযগী মণিপুবসু চাউথোকচবি ঙসি ফাওবদা— মালেমদা পোলোবু খুদোল তৌবা ঙম্বগী। গ্রীসনা হৌদোকচবা ওলিমপীক্লা ঙসিদি পৃথিবীগী ওইখ্রে। মখোযনা হৌদোকচবা মবাথোনগী মবমদা হেক কাঙথোবকপদসু থৌনা ফববা গ্রীকশিংবু হেক্তা নীংশিংলকই। মবাথোনগী বাবীনা ঙসিসু লীবি মালেমদা গ্রীকশিংগী থৌনা অমসুং মবমদম্বু নুংশিবগী মজাতিবু লুনা খঞ্জবগী মতৌ। কবম্বা জাতিনা কবম্বা কাঙলুপনা মমা লৈবাকপু নুংশিদবা যাওবগে? গ্রীস নঙগীদি মবাথোন্না লীদুনা লৈবগনি মীবোল মীবোল কযাদসু নঙগী গ্রীকশিংনা নঙবু কযাম নুংশিজবা হাযবদো। ঐহাকসু নীংশিংলি খৃষ্ট মমাঙ চহী ৪৯০ দা মবাথোন কৌবা মফম অমদা গ্রীকশিংগা পার্সিযানশিংগা শোক্লখিবা অকনবা লানগী ৱাবী। গ্রীকশিংনা লান ঙম্বগী নুংঙাইববা পাউ অদু লাঙতক্লনা ঙাইবমগদবা এথেন্সকী প্রজাশিংদা তম্লনবা ফৈদিপ্পিদসনা থৌনা ফনা মখোঙনা চীং তুবেল উমং-ৱামং কযা মথং মথং লাম্থোক্তুনা এথেন্স যৌননবা চেল্লকখিবা। মবাথোন্দগী এথেন্স যৌবা ফাওবগী

কিলোমিটর ২৬ শাংবা লম্বীসি জয় তৌরকপগা লোয়ননা হন্না হন্না লাউদুনা চেনশিল্লকখি— "নুংঙাইরে, ঐখোয়না লান ঙম্লে, নুংঙাইরে, ঐখোয়না লান ঙম্লে।" ৱাহৈশিং অসি মচীন্দা লাউনা লাউনা লমশাঙ চেল্লকপদগী চোকথরবা ফৈদিল্লিদসকী মীৎ অনীমক অরোইবা ওইনা উইশিনখি। নুংশিরবা থৌদোক অসি নীংশিংদুনা লৈহৌননবা অহানবা ওলিমপীক গেমসতা মরাথোন লমজেল হায়না মমিং থোন্দুনা হাপচিনখি। গ্রীসনা মালেমদা খূদোল তৌজবা মরাথোন লমজেলদা গ্রীকশিংগী থৌনাদু মূৎপা নাইদনা লৈরি হায়বদু অহানবা ওলিমপীক গেমসমক্তদা য়াউশেনবা গ্রীক মচা স্পিরিদোন লুইজনা উৎখি। মসিগী নুংঙাইবসিনা গ্রীস লৈবাক শীন থুংনা শন্দোরকখিবগী ৱারী ঙসিসু লীনরি। ওলিমপীক গেমস ইহান হান্না হৌদোকখিবা পনাথেনিয়ান স্তেদিয়মগী গেলরীদা ফম্লগবু করম্না ৱারীশিং অসি নীংশিংলোইদৌরিবনো? ঐহাক খঙই মতমদুদা গেলরীসিদা ফম্লগা গ্রীক পুম্বা হরাওরমগনি। নোক্রমগনি। চোংলমগনি। খূবাক খূরমগনি। স্পিরিদোন্না পম্বুংফম য়ৌনা চেনশিল্লকপদা গ্রীসকী নিথৌমচা অনী জর্জ অমসুং নিকোলাসনা চেঙ্খোরক্তুনা স্পিরিদোনগী নাকন্দা চেল্লগা পূক্লিং থৌগৎখিবগী ৱারী নীংশিংলকই। গ্রীক বারবর অমনা স্পিরিদোনবু মপূঙ্গি চুপ্পগী ওইনা ফ্রীদা মশম কক্কনি হায়না চোংথোকখিবা; রেস্তোরেন্ট অমগী মপু গ্রীক মচা অমনসু ফ্রি মিল পীগনি হায়না ওফর তৌখিবা পূন্নমক শান্নরোইশিংবু পূক্লিং থৌগৎপগী খূদম নৎত্রা?

স্পিরিদোন্না মাঙজিন থাদুনা স্তেদিয়ম মনুংদা চেনশিল্লকপদা তিনখিবা ভাবোকশিংনা পূল্লপ লেপখক্তুনা খূবাক খূরগা পূক্লিং থৌগক্তুনা লাউখিবগী শক্তম অদু য়াম্না চাউনা য়েকথোক্তুনা স্তেদিয়মগী হেক মায়োক্নবা লম্বীগী মমাঙদা থেক্তুনা থম্বদু উরকখি। য়াম্না চাউখ্রে। হেক য়েংবদা খঙবা ঙম্মি মরাথোন লমজেন্দা স্পিরিদোন্না চেল্লকখিবদুনি হায়বা। পূক্লিং নুংশিনিংঙাইনী। চহী ১০০ হেল্লবা থৌদোক অমবু অচৎ অওকশিংদা অসুম



স্পিরিদোন মাঙজিন থাদুনা স্তেদিয়ম মনুংদা চেনশিল্লকপগী ফোটো

নীংশিংদুনা লৈহন্নবা গ্রীকশিংনা হোৎনরি। নুংশিবী গ্রীস! ঐহাক খঙই নহাক্কী থৌদোক-শিংদি নীংশিংদুনা অসুম লৈহল্লি হায়বা। মূৎখিবা লৈতে হায়বা। গেলরীদা ফম্না ফম্না য়েংলকপদা উবিবা স্পিরিদোনগী শক্তমসি উবদা করম্না ঐহাক শোক ১৮৯৬ পু নীংশিং-লোইদৌরিবনো? কুইরে চহী ১০০ হেল্লে। অদুবু হৌজিক্তা থোক্লিবা থৌদোক্কুম উরি। নঙগী চহী ১০০ হেল্লবা পনাথেনিয়ান স্তেদিয়ম হৌজিক্তা শাবা লোইবগুম তৌরি। গেলরীগী ফিভম কায়দ্রি। গ্রীকশিংগী মেন্টেনেন্স করিগী কল্লক্তনি? হে গ্রীস, তশেংনা কল্লকই নহাক। অদুবু ঐস্ নঙোন্দা ৱারী অমদি তমনিংই। পীকখ্রবা স্তেতনিদনা ঐখোয়গী মণিপুর। মসিমদি নঙস্ খঙলেদনা। পীকখ্রবা স্তেতসিনা য়ুম্বু ওইরগা ৫শুবা নেসনেল গেমস ১৯৯৯ গী ফেব্রুৱারীদা পাঙথোকখি। ঐখোযগীসু চাউরবা খুমন লম্পাক স্পোর্টস কমপ্লেক্স অমা লৈ। মসিদা সাইকল থৌবা, হোকি শান্নবা, ফুটবোল শান্নবা, লমজেল চেনবা, ঈরোইবা, বোক্সিং থিন্নবা লোইনা পাঙথোকপা য়ারে। এসিয়াগী মনুংদদি মসিগুম্বা কমপ্লেক্স অসি খরা তাঙই। পীকপা চাউবদুনা ৱাফম অমনি। অদুবু খুমন লম্পাক স্পোর্টস কমপ্লেক্সতা পাঙথোকখিবা ৫ শুবা নেসনেল গেমসতা মণিপুবনা ওভরওল টিম চেমপীয়ন ওইবা ঙমখি। নহাক থাজব্রা? নহাক্কী নতম্বাক্তা ইহান হান্না ওলিমপীক গেমস পাঙথোকপদা স্পিরিদোন্না মাঙ থাদুনা মরাথোন লমজেল চেল্লকপদা গ্রীক পূম্বা হরাওখিদনা! চোংখিদনা! লাউখিদনা! মদুমক ঐখোয়গীদস্ থোকখি। নঙদি থাজরম্লোই। মণিপুর ইমাগী মপারী ওক্রম ওকেন্দ্রোনা মরাথোন লমজেন্দা ভারতকী অতৈ লমজেল্লোইশিংবু তুংওইননা থনম্লগা খুমন লম্পাক স্তেদিয়মদা চেনশিল্লকপদা মণিপুবগী মীযাম্না লাঙখিবদো ! চোংখিবদো! খূবাক হৌনা হৌনা খূদুনা ওকেন্দ্রোবু ওকখিবদো! খুমন লম্পাক স্তেদিয়ম পোকখাইগদৌবমখৈ নিনখিবদো। ঐখোয় মদুদা কয়াম চাউথোকচখি খঙব্রা? মসিদস্ নত্তে। মণিপুরগী নুপীশিং কয়াম থৌনা ফৈ খঙব্রা? মশান্না খুদিংদা মেদল লোইনা লৌবা ঙমখি। কিলোমটর ১০ গী ৱাকিং রেসতা য়ূম্নাম বালানা মাঙ থাদুনা চেল্লকপা চবুংবম বামেশ্বরীনা নুংশিংকী মমাঙ থাদুনা থৌবকপা সাইকল অঙকপনি। খ্বাইদগী নুংঙাইবা অমনা ভারতকী স্তেতশিংনা মাযথীবা পীবা ঙমদ্রবা মণিপুবগী নুপীগী ফুটবোল তিম্না অতোপ্পা তিমশিংবু মায়থীবা পীদুনা গোল্ড মেদল লৌখি। মণিপুরী নুপীদি থৌনা য়াম্না ফৈ। হীরম খুদিংমক্তা শরুক য়াই। শরুক যাবদা নত্তনা মাঙজিনসু থাই। নহাক থাজরম্মোই মণিপুরদা নুপী লান থোকখি হাযবা। মসি পৃথিবীর্দদি অতাঙবনি। নুপী লানগী মূর্ত্তি অমা খিল্লিবসি উবদা নহাক শোয়দনা খঙগনি। থৌনা ফবী নুপী ঙাক্তা ওইবনিনা ৫ শুবা নেসনেল গেমসতা মণিপুরনা ওভর ওল টিম চেম্পিয়ন ওইবদা নুপীশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌখি। ঐখোয়না ৫শুবা নেসনেল গেমস ওভরওল টিম চেমপীয়ন ওইখিবা চহী ১৯৯৯ দগী হৌরগা চহী খুদিংগী ফেব্রুৱারী ২৫বু শান্নরোইশিংগী নুমিৎ হাযদুনা পালন তৌবা হৌখি। ঐখোয়গীসু শান্নরোইশিংগীদমক

করিগুম্বা খরদি পাঙথোকপনিদা! ভারতকী মিংচৎ পুরকখিবা ঙাঙোম দিংকোগী মমিংদা লম্বীগী মমিং ফাওবা থোনখি। থাজদব্রনে? অদুবু নঙোন্দা মসিমত্তংদি ফোঙদোকনিংই। নঙগীদি চহী ১০০ হেল্লবা পনাথেনিয়ান স্তেদিয়ম করিসু তৌদ্রি। তনান তনাল্লি। ঐখোয়গী খুমন লম্পাক স্পোর্টস কমপ্লেক্সতি কয়াম কুইনা লৈখিগনি? চেকখায়রকপা নীংখাইবকপা য়াওরক্লোইদ্রা? মোৎশিল্লক্লোইদ্রা? চহী ১০০ ফানা চৎকদ্রা? মসিমদি ঐহাক নঙোন্দা চপ চানা হায়বা ঙমদ্রে।

পনাথেনিয়ান স্তেদিয়মদা হেক চঙলুবদা ওলিমপীক্কী ৱারীদা ঐহাক পূমশুম শুল্লরে। অতোপ্পা মফম খরা য়েংবা নংহৌররোই চৎলসি হায়রকপদগী ঐখোয় বসতা অমুক কাখৎলে। বস মনুংদগী নুংশিনা বিদায় তৌরম্লে পনাথেনিয়ান স্তেদিয়ম। নুংশিনা খূৎ হাইবকপগুম তৌই। ঐসু নুংশিনা খূৎ হাইরমখি। অসুম লাপথোরক্লে। মীৎয়েং তামহৌরে। য়াম্না স্মার্ট ওইবী গাইদতুনা মথং চৎকদবা মফম লাউথোরকই হন্দক্তি। ৱার ম্যুজিয়ম, নেসনেল গার্দেন মথং মথং চঙদুনা য়েংলে। নেসনেল লাইব্রেরীদা অমুক চংদুনা য়েংখি। তনান তনানবা লাইব্রেরী অদুদা চঙবদা অঙকপা পোকখি। কয়াদা খেন্নব্রবা ইম্ফালদা লৈরিবা মণিপুব সবকারগী লাইব্রেবীগা। মণিপুর সরকারনা লাইব্রেরীবু থৌশাবীদবগী মমি অদুনি ইম্ফালদা উরিবনা। এথেন্সতা উরিবনা গ্রীস সরকারনা অকন্নবা মীৎয়েং চঙবদুনি। লৈবাক অমগী চাউখৎপা হাযবসি লাইব্রেরীগী অচৌবা থৌদাং লৈ হায়বসি গ্রীস সরকারদি খঙই। মখোয়গী নেসনেল লাইব্রেরীদা লৈহৌরিবা লাইরিক মশীংনা মিলিয়ন অমগী মথক্তনি। নুংশিবী গ্রীস, খেন্নবগী ৱাসিদি তোক্লসি। নঙগী এথেন্সকী ফজবনা ঐবু পূমঙাও ঙাওহনবীরে। অমদা চৎলুই ইনৌদা নৌই। অমদা চঙলুই ফজবগী ফজবা ঙাক্তা।

ঐখোয় মথং মথং ফজ ফজরবা এথেন্সকী মফম খরা য়েংবা লোইরে। ঐখোয়গী টুরিষ্ট বস হোটেল স্তানলিগী মমাঙমক্তদা খাম্লরে। গাইদতুনা মাইক্রোফোন্দু পায়দুনা মযামদগী বিদায় নীরকই। মায় পাক্লবা খোঙচৎ অমা ওইহনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবী গাইদতুগী ফোটো অমত্তং লৌগে হায়দুনা কেমেবা লৌথোক্তুনা শেম শাবদা মহাক নোকশিল্লকই। ফোটো নম্বা হেক লোইবগা মনাক্তা চঙশিন্দুনা হংখি— "অদোমগী মিং?"

— "এন্দা মর্সি।" থেঙ্ক য়ু হাযদুনা বিদায় তৌনবে মহাক্কা। ঐখোযনা লৈহৌবে হোটেলদা। খূৎ হাইদুনা মর্সি চৎখ্রে বসকা লোযননা। ঐসু হাইখি খূৎ ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা।



# মাপন

নুংশিবী হেলেনিক, নঙগী ফজরবা চীং তুরেল লবুক লমহাং উরে। ফজদে হায়বসিমদি ঐগী চীনবান্দগী থোরকউ হায়বা য়াদ্রে। ফজৈ হায়বসিদনি হায়বা ঙম্লিবা। নঙগী ননাক য়ৌনা লাকপগী খোঙচত্তা উরক্লে নহাক্না শান্নমিন্নরিবা পাক চাউববা সমুদ্রশিং। নহাক্না উচেক ওন্দুনা পাইরগা শান্নবগুম উখিবা মতাঙ। নহাক্না নশম ননা থাদোক্লদুনা নুংঙাইনা নীংতম্না ঈরুজবগুম থেংনখিবা মীকুপ। নহাক্তি সমুদ্রগা অচেৎপা মরী অমা লৈনরি হৌজিক ফাওবা। নঙগী ৱারী কয়াদা সমুদ্র য়াওখিদবা করম্বা মতাঙ লৈরিবগে? ব্লু মেদিটরেনিয়ান্দা লেপ্লিবা রোক সাইলা করম্না নীংশিংলোইদগে? মখল কয়াগী ৱারীনি সমুদ্রগী নিথৌরেল নেপচুনগী মতম্বাক্তা থোকখিবা। নীংশিংবা চাম চাম লাক্তুনা নঙগী সমুদ্রদা অমুক্তং খোঙদানিংবসিবু ঐগী হেনমনবা ৱাখল ওইরগদ্রা? ঐদি চৎনিংলি। শক খঙননিংলি নহাক্না লোয়নরিবা সমুদ্রসিগা। সমুদ্রগী ফজবনা নঙগী নগুণ হেন্না হাপকৎলি হায়বসিসু ঐ খঙই । নঙগী ফজবা শৈথারকপদা নঙগী সমুদ্র উদ্রবদি করম মপূং ফাগনি? নিংথৌবেল নেপচুনগী মনাক্তা ঙাইহাক্তা ওইরবসু খোঙলেঙদুনা অৱা নুংঙাই ৱারী শাননিংলি। হৌখ্রবা অমসুং হৌজিক্কী চেনা কয়া ফাক্তোকনিংলি। হৌখিবগী ৱারী কোঙ্গায় লৈরি হায়বসিদি খঙলে। হৌজিক্কীসু অনৌ অনৌবা ৱারী কয়া লৈরমগনি।

মদুনি ঐনা খঙনিংলিবা। কন্না কন্না হৌরিবা ঈথকশিংসু করিগুম্বদা তপথরক্নুনা নুংঙাইনা ৱারী শাবা য়াবা মতাঙসু লাক্লমগনি। ঐগীদি অমুক্তং উনরম্বদুনি। শক খঙননিংবদুনি। অহোংবদি য়াম্না লৈরম্লগনি থায়নগীগা হৌজিক্কীগগী মরকসিদা। হৌজিক্কী মীরোলনা নঙবু নীংশিংদবদি নত্তে। অদুনা নঙগী সমুদ্রদি ঙাইহাক্তসু পোখাবা শংলম্লোই।

সারোনিক গল্ফতা চৎননবা ঐখোয় পূম্বা থৌরাঙ লোইরে। অয়ুক ঙন্তা হৌগত্নুনা থম্মোয়না পামজবসি থুংহল্লবা হোৎনবদা অৱাবা অমত্তা চঙখিদে। হেলেনিক ওলিমপীক কমিতিনা স্পোন্সর তৌবা ওলিমপীয়া কৌবা জহাজ অমদা নোংমগী ওইবা সারোনিক গল্ফ কোয়বগী প্রোগ্রাম অসি শেমখিবনি। অয়ুক ঙন্তা ঐখোয় এথেন্স থাদোক্লম্লে। বস তোংদুনা লাকখিবনি সমুদ্র তোর্বানদা লৈবা সহব মারিনা ফ্লিসবোস ফাওবা। সহব অসি হেক য়ৌবগা ঐখোয় বসতগী কুমথদুনা ওলিমপীযাগী মনাক্তা চঙশিল্লে। সারোনিক গল্ফ কোইগদৌরিবা ঐখোয় ময়াম মথং মথং ওলিমপীয়াদা কাখৎপদা গ্রীক্কী ট্রেদিসনেল দ্রেস শেৎপা নুপা অমগা নুপী অমগনা ঐখোয়বু অমমমতা ওইনা তরাম্না ওকই। কেমেরা কাপ্নুনা ফোটো য়োনবগী কারবার তৌবশিংনা ফোটো অমমম শৎ শৎ নমখি। ওলিমপীয়াগী হেক মনুংদা খোঙ থাংজিনবদা সহর মচা অমা ওইদুনা লৈবম্মী। অঙকপনি। মসিবু করম্না ওইথোকলম্লিবা? বার, রেস্তোরেন্ট, দুকান, বেঙ্ক, ওদিটোরিয়ম, পোখাফম শুনা য়াওবম্মী। জহাজনা থৌবা হৌদ্রিঙৈ মরক্তু ঙাইহাক পোখাবা ওইনা ওদিটোরিয়মদা গ্রীক্কী ফোল্ক দান্স কয়া উৎলকই। জগোয়শিংদুনা পূম্নমকপু পেলহল্লি। ঙাইহাক লৈবগদি চাউরবা জহাজ অদু মীনা পীক থল্লে। নোংপোকলোমদগী মরু ওইনা জপান, চিনা, কোরিয়াগী মী কয়া যাওরে। য়ুরোপকী অমেরিকাগী অফ্রিকাগী শুরে। ঙাইহাক্কী মনুংদা ওলিমপীয়াদু পীক্লবা পৃথিবী অমা ওইখ্রে। গ্রীকশিংনা শাবা জগোয় অদুদা য়াওননবা টুবিষ্ট ময়াম্বু চিংশিল্লি। ৱা ৱা নোকমিন্নে। জগোয় শাবা হৈবোই হৈতবোই লাঙবগী খোঞ্জেন্দুনা ঈথক্লা লৈবায়দা যৈবগী খোঞ্জেনবু মায়থীবা পীখি। অমবোমদা নুং লৈঙোই বিলামাটি য়োৎনা কন্না অমত্তা ওইনা তাশিন্দুনা শেমগ্নবা লৈরায়দুদা ঈথক্লা কয়াবক হন্না য়েববসু কিন্থবদি ঙল্লরোই। খজিক্তং কিন্থগে তৌরকপদা শেমজিনগদবগী ঙাইবিবা খুৎশিংদুগী মমাংদা লৈরাযশিংদু কীন্থগদবা ইকায়রমগনি। ওহোক্লসু নানখ্রে। সমুদ্র তোর্বাননি হায়রগা অসুক য়াম্না নানবসিদি করম্ননো খঙদে। ইম্ফাল ময়োল ওইরিবা কংলা, পাওনা বাজার, থাঙ্গাল বাজাব, বি.টি. রোদনা করম্বা মতমদা মখোয়গী সমুদ্র তোর্বানগুম নাল্লকদৌরিবা? এথেন্স সহরগী ৱাদি থম্বু থমখিসি। ইথন্তা খনবদা মম্মি। সমুদ্র তোর্বান্দা লাকপনি হায়বগী করিমত্তা খেন্নবা উদে। উরিবা হায়ববু ঈশিংগা কংফালগা অসিখক্তনি। জহাজ মনুংদা লৈরল্লিবা অসিমকসু য়াম্না চাউখৎলবা সহর অমনি ইম্ফালনা য়ৌবা ঙমদ্রিবা।

জহাজ থৌবা হৌরে। নোংমগী ওইবা জহাজগী খোঙচৎ অসিদা ঐখোয়না চৎকদৌরিবা

অসি সারোনিক গল্ফতা লৈরিবা এজিনা, পোরোস অমসুং হায়দ্রা কৌবা ঈথৎ অহুমসিদনি। সমুদ্রগী ঈশিংনা ইকোয় কোয়শিল্লবা য়াম্না তাম্না লৈখ্রবা ঈথৎ অমমমদা চৎপা ফংগদৌরি হায়বসিদনি ঐখোয়না লাকখিবসু। ঐগী থম্মোয়নদি খনখি— "ঈথৎ অহুমসি সহরদগী লাপথোরক্লবনিনা শোয়দনমক্কী চাওখৎলল্লোই। মোৎলমগনি। পোৎ-চৈ য়াম্না তাঙলমগনি। মী মীগী মরক্তা খেন্নবা লৈরমগনি।" খনফমসু থোকপনি। মরমদি ঐখোয়গী মণিপুরগী



ঈথৎকী ফিভম ঐখোয়না খঙলিবসিনি। য়াম্না কন্না থৌবে হায়বা খঙই। অকনবা নুংশিৎনা কন্না ইশাদা য়েবক্লে। মপান্দা থোক্তুনা যেংবদা অহাঙবা নত্তনা করিসু উবা ফংদ্রে। সমুদ্রগী ঈথক্লা মনীংতম্না নোমদুনা শান্নবদু উই। সমুদ্র ঈমায়দগী থক্তোবকপা ঈশিং মনিল য়াওবা মৈশাগা থক্তগী হৈথবক্লিবা নুমিৎকী মৈশাগা পূন্না তোৎন তিন্নবিবা ঐখোয়দা নুংঙাইবগী ঈনোৎ অমদি পীবি। মথোল অহুম লৈবা জহাজ অদুদা কোযচৎ চত্তুনা য়েংবদা অনৌবা শক্তম ঙাক্তনি উবিবা। ঈশৈ পাম্বনা ঈশৈদা জগোয় পাম্বনা জগোয়দা য়ু পাম্বনা বারদা, অচা অথক পাম্বনা বেস্তোবেন্টতা, পোৎ-চৈ লৈবা পাম্বনা দুকান্দা, কবেন্সি ওষ্ঠোকপা পাম্বনা বেঙ্কতা মখল মথেলনি। নুংশিৎকী মমাঙ থাদুনা থৌরিবা জহাজগী মমাঙ থংবা শরুক্তা লৈরিবা পাক্লবা ফম্বাক্তা নুপী কয়া সনবাথ তৌদুনা লৈরম্মি। থক্তগী য়েথরক্লিবা নুমিৎকী মৈশাবু শীংনদুনা কুচু ঙৌবী নুপীশিংনা মখোঙ শাংনা তিংথোক্তুনা চৌক্রিদা ফম্লম্বা অদু উবদা নুমিৎ মহাক্তি ইকাযবা পোক্লমগদ্রা? অদুনরা মরক মরক্তা লৈচিলগী মরুমদা হেক হেক লোৎখিবদু। কুচু ঙৌবী নুপীশিংদু অঙৌবা উন ওইরম্লবদি শোইদনমক্কী নুমিৎকী মৈশাদা শৌদোক্লমগনি। অদুবু অঙৌবা উন্দুদি ওইরমদবনা কুচু ঙৌবী নুপীশিংদুগী মমাঙদা নুমিৎ মায়থীখি।

ওলিমপীয়ানা পুবীরক্তুনা ঐখোয় এজিনা ঈথৎ য়ৌরে। নুমিৎসু চপ চানা কোক্তোনদা লৈরে। এজিনাগী তোর্বান হেক য়ৌবগা ওলিমপীয়া চপ লেপ্লে। মিনিট ৪৫ গী মতম পী এজিনাবু য়েংননবা। ঐখোয় কূমথরে। শগোল গারী, কার, বস কয়া লৈরম্মী। এজিনাগী তম্পাক্তা খোঙ হেক থাংদবদা উবা ফংলে অনৌবা সহর অমমুক। কন্নানা এজিনাবু খুঙ্গংনি হায়গদৌরিবা? কন্নানা এজিনাবু সহর অমা নত্তে হায়গদৌরিবা? শীৎ নানবা য়েংবদা নুংঙাইবা সহর অমা ওইরম্মী। ঙসাই ঐনা খনখিবদ্গদি কয়াদা খেন্নরম্লবা! ঈথৎনি হায়রগসু করিবু খেন্নরিবগে এথেন্সকা? মফমসিদা ফংদবা পোৎ অমত্তা লৈতে। এথেন্সতা লৈহৌবা কার, বস ইঞ্জিন পানবা টু হ্বিলর লোইনা য়াওই। নাল্প নাল্পবা হোটেলশিংদা, পরেং পরেং লৈরিবা দুকানশিংদা ফংদবা অমত্তা য়াওদে। চপ মান্ননা চাউখৎমিন্নবা মখোয়গী মফমশিংদা করিসু লৈরমগদবা মান্দে খেন্নবগী ৱাখল। মসিগুম্বসিবু য়ৌরকখিরোইদ্রা মণিপুরদা? ইম্ফালদগী খজিক্তং হাইদোকখিবদা খেন্নবগী ৱাখলসিবু লৈতে করম হায়গনি? এজিনাবু য়েংনিংবশিং কার তোংদুনা বস তোংদুনা শগোল গাডী তোংদুনা চৎনবা য়াওখ্রে। ঐখোয়দি কোয়থোক্লদ্রে। কৈথেলগী অকোয়বদা চত্তুনা এজিনাগা শকখঙননবা হোৎনদুনা লৈরে। এজিনাগী কৈথেনদা ফংবা পোৎশিং এথেন্সতসু চপ মান্ননা ফংই। মমল চপ মান্নে। অমগা অমগা হেন্দোক হেঞ্জিন লৈতে। থাপ্লবা ঈথৎ অসিদসু করম্না পোৎকী মমল কন্ট্রোল তৌরিবা? ঙকখি ইথন্তা ইম্ফাল অমসুং মহাক্কী অকোয়বা অমসুং খরা হাইথখিবা মফম অমসুং চীংগী শরুক্তা লৈরিবা পোৎকী মমলশিংগী খেন্নবা। ঐখোয়গী মণিপুরগী ঈথৎতনা কমদৌবা?

চফু শাবগী শিনফমদদি য়াম্না মমিং চৎপা মফম্নি এজিনা। অদুনা কৈথেন্দা ফজনা উই চফু কয়া। অমুকসু অতোপ্পা মফমশিংদা থাদোকখি। এজিনাগী চফু হায়নৈ। গ্রীস সরকারনা ফজনা য়োকখৎলি। মণিপুরগী চাইরেলগী চফু, থোংজাওগী চফু, থৌবান্দোংগী চফু, নুংবীগী চফু করম লেপ্লিবগে? কন্নানা য়েংশিনবীরীবগে? এজিনাগী চফুশিংনা ঐখোয়গী তপ্না তপ্না শিথরক্রিবা চফুশিংবু নৌহৌনা নীংশিংহল্লকখি। অকোয়বদা ঈশং শংনা হৌরিবা উপাম্বীশিংগী মরক্তা লীৎথোরক্লি ৱাংলা ৱাংলবা দলান কয়া। লোইরোই ঙমখৎখিবা চীং- মায়শিংদা য়ুম কয়ানা পরেং শানা নপ নপ্তুনা সনাগী লীকফাংদা মচু কয়াগী নুংনা লৈতেং- বগুম চোংথোক্তুনা লৈরি। ফজরবা চীংমায়শিং অরেম্বদা খক মাঙহন্দে। মণিপুরগী ফজরবা চীংমায়শিংদি মরূ ইকোক কোক্লে। লাম্মে থাদোকপীবদা অশংবা উপাম্বীশিংগী মপূঙ্গি কেমখ্রে। মহৌশা খুৎশেন্না পীবীরম্বা ফজরবা মফম কয়া মুৎশিল্লকলে। এজিনাবু উরুবদা করম্না নীংশিংলকখিবনো ঐগী মণিপুর? খঙহৌদে হেক্তমক হাংদোরকখি মনিপুরগী চেনা মথং মথং। এজিনাগী চীংদোন্দা লৈরিবা এফিয়া লাইরেম্বীগী মন্দিরসু তান্না উরি। নীংথিনা শেমগৎপা য়োকখৎপা ঙাক শেনবা হায়বসি গ্রীকশিংগী ঈদা য়াওদুনা লৈখ্রমাল্লে। মখোয়গী হকচাংদা লূ-তোংদা চেন্দুনা লৈখ্রমাল্লে।

মতম য়ৌবক্লদুনা ঐখোয় ওলিমপীয়াদা অমুক কাখৎলে। যাত্রীক পূন্নমক শুনা তিল্লমাল্লে ওলিমপীয়া লেঙবা হৌরে। মথঙদা ঐখোয় পোরোস ঈথৎতা খোঙশানগদবনি। তপ্না তপ্না ওলিমপীয়ানা এজিনা থাদোকলম্লে। মমি শান্নকলে। উবা ফংলকত্রে এজিনা। ঐখোয় পূন্নমক্কী মীৎয়েং থম্লকলে পোরোসতা। পোরোসতনা কমদৌবা? অসুম অসুম থাপতোরক্রি সহবদগীদি ঐখোয়। পোরোসতা লৈবা জুদো চু পিগিস মোনাস্ত্রিগী ফজবা মমিং চৎলি হায়নৈ। পীক্লবা ঈথৎ অসিগী তোপ তোপ্পা মশক খরসু উবা ফংলগনি খন্না য়েংলু মাযকৈ খুদিং করিমত্তা উদ্রবা ঐখোয়না পোরোসকীদমক মায় ওল্লি। মরক মরক্তা লৈচিল থাংবা অতিযাদা নুমিৎনা কেকু লোৎপী শান্নরি। ইখঙ খঙহৌদনা অমুক থুংলরে ঐখোয়না খৌবাংনা ঙাইবিবা পোরোস ঈথৎ। ঈথৎ অসি হেক য়ৌবদা মথৌ মশক খঙনা ওলিমপীয়া চপ লেপ্লে। ঐখোয় পূন্নমক অমুক কুমথনরে। মিনিট ৩০ খক্কী মতম পীবদুদা ঐখোয় পোবোসকা শকখঙননবা হোৎনখি। পোরোস ঈথৎ চপ চাবা সহর অমা ওইদুনা সাবোনিক গল্ফ মযাযদা থেন্দুনা লৈবম্মী। এজিনাগুম চপ চানা লৈরম্মী অৱাৎপা অমত্তা য়াওদনা কবিমত্তা খেন্নদনা। ইশং শংলবা উপাম্বীশিংগী মরক্তা লীৎথোরক্লিবা ৱাংলা ৱাংলবা দলানশিংনা মীৎচি খৎচীল্লকই। অৱাৎপা অমত্তা লৈতবা খেন্নবা অমত্তা লৈতবা মফমনি হায়না ফোঙদোবকই। পোবোসকী তোর্বান্দা উবিবা শাংলবা কৈথেন্দা কোয়না চৎতুনা অনৌবা ঈথৎসিগা শকখঙনবে। ইঞ্জিন পানবা গাড়ী কয়া পৈশা পীদুনা ৱায়রগা থৌবা শীজিন্নবা য়াগনি হায়দুনা মযাম অমসু লৈ। ঐখোয়গা লাকমিন্নবা জাপানিজ খর্বদি ৱায়দুনা থৌরগা চৎনখি। হৌখিবা খঙহৌদে পুংখায় অমা। পোরোসকী অকোয়বদা ঙাইহাক চৎলম্নগা ওলিমপীয়াদা অমুক কাখৎলে। হেক কাখৎপগা ঐখোয়গী কাঙবু লঞ্চ লৌবা যারগনি হায়বকপদগী রেস্তোরেন্টতা চংলে। মথংগী ঈথৎ হায়দ্রাগীদমক ওলিমপীয়া মমায় ওনবা হৌখ্রে। লেঙবা হৌরক্লে। লঞ্চ লৌরবা মতুংদা ঐখোয় মপান্দা থোবক্লে। ঐখোয ফনা য়াম্না এথেন্সতগী লাপথোবক্লে।

নোংচুপলোমদা নুমিৎসু ফনা য়াম্না লৈথরম্লে। হায়দ্রাদসু উচিন নাচিন্না য়ৌরে। হাযদ্রাগীদমক লাক্লিবা যাত্রীক পূন্নমক ওলিমপীয়াদগী হেক কুমথবগা মানা মানা অপাম্বা মতুং ইন্না চৎনখ্রে। মিনিট ৪৫ গী মনুংদা হায়দ্রাগা শকখঙননবা হায়রকপগী মতুং ইন্না ঐখোয়দি হাযদ্রাগী কৈথেল অকোয়বদা খোঙনা অসুম চৎলম্মী। সমুদ্র মপান্দা অঙাংশিংগী শান্নফম ময়াম অমসু লৈরম্মী। ঈথৎ অসিসু সহর অমা চপ চানা অদুম ওইরম্মী পোৎকী মমলসু খেন্নবা অমত্তা লৈবমদে। মফমসিদা মখল কয়াগী গাড়ী চেল্লম্মী। অসুম অসুম লাপথোরক্লগা সহবদগী হেন্না শোকচিল্লবা চাউখৎত্রবা মফম অমা ওইরমগনি খনখিবদু ঐগী ওম্ন-তৈনবা ৱাখল ওইবম্মী। অমোৎপা অমত্তা উদে। তরু তরুবা ঈশিংদুদা অমোৎপ-শিংদি চঙবা হঙ্গোইবমগনি। কোযনা য়েংখিবদা সমুদ্রদগী ফারকপা ঙা কয়া পুশিল্লকপা

উই। জহাজ খরনা ঙা ফাবা চৎখিগদবগী শেম শাদুনা লৈবসু উই। ইঞ্জিন পানবা মোটোর বোট তোংদুনা নুপা নুপী কয়ানা সমুদ্রগী ঈথক্তা লোয়ননা নুংঙাইনা শান্নবসু য়াওরি। স্কুল কলেজ কয়াগী মহৈরোইশিংসু পুল্লপ পুল্লপ পিকনিক লাকপা এক্সকরসন লাকপা য়াওরি। সমুদ্র মপান্দা লৈবা মফম খরদা ত্রামপোলিনগুম চোং ফন্দুনা হরাও মথোয় কানা নুমিদাং-ৱাইরমগী নুংঙাইবদা শরুক য়াবা মহৈরোই কয়াসু য়াওরি। ইঞ্জিন পানবা টু হ্বিলর অমা ৱায়রগা থৌদুনা চৎলুবা চাইনিজ মচা অমা অতোপ্পা গাড়ী অমগা থেংজিন্নবদা গাড়ীগী পার্ট খরা অকায় অতোয় য়াওবদগী ময়াম য়েংনদুনা লৈরম্মী সমুদ্র মপান্দা অসুম কোয়বা চৎপদা ঐখোয়না। খঙহৌদে পুলিস পার্টি খরা থুংলখি। থবক খুদিংমক তপথবা লৈতে। সেটতা পাউ শৎ শৎ ফাওনবা মাল্লি। বিচারগীদমক নৈনহৌই মখোয়।

হনবগী মতম ওইশিল্লক্লদুনা ঐখোয় ওলিমপীয়ানা লৈরিবা মফমদুদা লাক্লে। সমুদ্র মপান্দুদা ময়ামগী পোখাফম অমা লৈরিবদুদা ঐখোয় ঙাইহাক্তং পোখাদুনা লৈরিঙৈদা স্কুলগী ছাত্র-ছাত্রী ময়ামসু ময়ুমদা হনখিনবগী পুল্লপ যা য়া লাঙলদুনা চঙলকই। য়া য়া লাঙলিঙৈ মরক্তুদা অহল ওইরপ তৌরবী নুপী অমনা অঙাং অমা মখূৎ শম্নগা চঙলক্তুনা মখোয়দা মখূৎ তিংথোক্তুনা শেল নিবগুম্বা অমা উখি। থাজদনা ঙাইহাক মুন্না য়েংখি। মখোয়গী মবোন্দা করি কবিনো খরা হাযনৈ। অহলদুনা অঙাংদুদা খুদোম্বী থিল্লদুনা করি


নিবা অমসুং পীরা

করিনো খরসু হায়বগুম তৌই। অঙাংশিংদু করিমত্তা হায়দে। মখোয়গী ফুরীৎখাউদগী শেল অচোইবশিং লৌথোক্লগা নুপী অহলদুদা শৎ শৎ পীনখি। ঐনা খনখি— "নুপী অসি কনানো? চাকনি ফিনিবীরা?" নুপী অদু য়াম্না মোত্তাই চুদাইনবসু নত্তে। য়াম্না থাজদবা থৌদোক অমা ইমীত্তা উরকপদুদা কেমেরা পুথোক্তুনা ফোটো নমখি। নুপীদু হন্না য়েংলমদনা অঙাংদু মখূৎ শম্বীরদুনা মথং মথং চৎখিবনা কৈথেল পোৎলক্তা চঙশিনখ্রে। মহাক্না চৎখিবদু ঐহাক্না মীৎনা তান্নদুনা য়েংখি। কৈথেল পোৎলক্তসু মী খরদা মখূৎ তিংথোক্তুনা শেল নিবদু উখি। মহাক শোইদনমক্কী চাকনীবী অমদি ওইরমগনি। উনা উনা ঐগী মীৎমাঙদগী মহাক মাঙখ্রে কৈথেল পোৎলক্কী মীয়াম মরক্তুদা। ঐহাক কনাদসু নুপীদুগী মরমদা হায়রুদ্রে। ইথন্তা মহাক্কী মরমদা খল্লগা ফমদুনা তুমিন লৈখি। তাচাওবনা কৌরকখি— "শরতচান্দ লাকওদনা চৎলসি।" হোয় হায়দুনা লাকপদগী ঐখোয় ওলিমপীয়াগী মনাক য়ৌরে।

ওলিমপীয়াগী মথানুংদা কাব কযা থৌজিন্নখিবদু উই। পোৎ-চৈ কয়া হাপচিনখিবদুসু ময়েক শেংনা উই। ঈথৎশিং অসিবু থৱায় হাপ্লিবা জহাজ কয়া সমুদ্র তোর্বান্দপরেং পরেং লৈরি। ঈথৎ অমদা চৎপগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা মহাও পীরিবা হায়দ্রাগা কায়নবগী মতম য়ৌরক্লে। হায়দ্রাগী খ্বাইদগী ফজরবা কোরাবুসু তুংওইনরম্লে।

হায়দ্রাদগী থোরকপদা নোং মংলি মংলি তৌরম্লে। লৈচিন নোংফাই ইথাং থাংলে। অমুবা লৈচিলনা অতিযাসি কুপশিনবা হৌরক্লে। অঙীংবা নুংশিৎ শীৎলকলে। ঙসাইমখৈ য়াক্লা শারম্বা নুংশাগী মৈশা মাঙখ্রে। অঙীংবা নুংশিৎনা হকচাং শীনবা থুংনা য়ৈরবসু ঐখোয় খবদি মপানগী অহাঙবা ফম্বাক্তুদা চৌক্রি থাদুনা ফম্লগা লৈখি। ফনা কন্না থৌরক্লে ওলিমপীযা। উচেক শঙ্গু শঙ্গুনা ঐখোয়গী ইতুং অসুম ইন্নরক্রম্মী। অহল ওইরবা চাইনিজ মতৈ মনাও অমনা অচাপোৎ লংদুনা উচেকশিংদুদা পীজখি। সমুদ্রগী কল্লবা ঈথকশিংদুগী মরক্তা তাখিবা অচাপোৎশিংদু পাইথখিদুনা খূল্লগা হাউনা হাউনা চায় উচেকশিংদু। ঐখোয়সু খাউদা য়াওবিবা অচাপোৎ খবা পুথোক্লগা ঐখোযগী ইনাক তন্না পাইরকলিবা উচেক-শিংদুদা মচীঞ্জাক ওইনবা লংশিনখি। অচাপোৎ অসুম পীজবদুদা মখোয় ঐখোয়গী কোকতোনমক্তদা পাইবখি। কন্না থৌবিবা জহাজদু মখোয়গী কল্লবা শহুমনা মায়থীবা পীবগুম তৌখি। নোং মংলবা অতিয়াদুদা উচেক শঙ্গুশিংদি পাইবি ঐখোয়গা তোৎন তিন্নরি শকখঙনবি। পাক্লবা সমুদ্রগী ঈশিং মথক্তসু নুংঙাইনা তোংদুনা শান্নবি মখোয়। ঐখোয় তন্না পাইশিল্লক্তুনা নুংশিববা মখোযগী ৱারীসু লীনিংবগুম তৌবি। মখোয়গী করম্বা নুংশিবা ৱারী? নৎত্রগা মখোয হলসিঅন বার্দশিংলা? নুংশিননা খ্বাইদগী নুংশিননা পানমিন্নখিবা নিংথৌ সেয়িক্স অমসুং মহাবাণী হলসিঅনগী নুংশিরবা ৱাবীবু করম্না নীংশিংদনি উচেকশিং অসি উবগা। তুংদা করি থোক্লগদগে খঙনিংদুনা লাইবাও লৌরুনবা নিংথৌ সেয়িক্সনা মহাবাণীবু কোনুংদা থনম্লগা থাপ্লবা লমদম অমগীদমক সমুদ্র লান্না চৎখিবা খোঙচৎ অমদা সমুদ্রগী কল্লবা নোংলৈ অমদা সেয়িক্সকী পূক্ষি লোমখি। মপুরোইবা হল্লকখিনি খন্না ঙাইজবিবী হলসিঅন্না নুংতিগী লাইরেম্বী জুনোগী মন্দিরদা চত্তুনা মপুরোইববু তেক্তো কায়দনা হলহনবীবরুবা থৌনিজখি। জুনোনা করম্না লোক্তুনা থমগনি? মহাক্কী পাউ পুবা আইরিস থাদুনা তুম্বগী নিংথৌরেল সোমনসতা হলসিঅনগী মমঙদা অচুম্বদু খরা ফোঙদোকলুচো হায়রকপদগী হলসিঅনগী মমঙদা অশেংবা থৌদোকতু খঙহনখি। খাঙবা ঙমদ্রবা হলসিঅন্না কবম্না মপুরোইবা য়াওদনা হিংবা ঙমগনি? থৱায় য়াওদ্রবা মপুরোইবগী হকচাংদা কোল্লদুনা কপখি। খাঙঙম্লক্তদুনা মপুরোইবগী হকচাংদা কোল্লদুনা শীজরগে খন্না সমুদ্রদা চোংথখি। অদুবু মহাক্তি ঈরাক্লদুনা শিখিদে। নুংশিরবা নিংথৌ মহারাণী অনীগী মতৌদু য়েংঙমদ্রদুনা লাইরেম্বা লাইরেম্বীশিংনা মখোয় অনীবু অঙৌবা হলসিঅন বার্দ ওম্থোকপীদুনা সমুদ্রদা মতম চুপ্পগী নীংশিংননবা লৈহনখি। ঈথক কল্লবা সমুদ্রগী নোংলৈ

মরক্তা চহী অমগী মনুংদা নুমিৎ তরেৎনিদি ঈং-তপ্পা ঈথক হৌদবা ঈশিংনা তরু-তরুনা লৈহনখি। অসিগুম্বা নুমিৎ তরেৎনি অসিবু **হলসিঅন দেজ** হায়না খঙনরি। ইথন্তা খল্লকখি "ঙসিসিবু হলসিঅন দেজগী মনুং চনবা নুমিৎ অমরা? ঐখোয় তম্না পাইশিল্লকলিবা ঙৌরুনবা উচেকশিং অসিনা হলসিঅন বার্দশিংলা?" উচেকশিং অসিবু উরগা সেয়িক্স অমসুং হলসিঅনগী ৱারী মথঙ মথঙ নীংশিংলকপদা ঐহাক নোং চোৎপা খঙহৌদ্রে। পারপ তৌনা নোং থীৎলি থীৎলি তারম্রে। হলসিঅন বার্দশিংসু নুমিদাংৱাইরমগী নোংলীক মরক্তা মনীংতম্না পাইরি। মখোয়না হৌনা হৌনা খোংলকপদু মখোয়গী ৱাবীবু লীবিবোই খনখি।

— "শরতচান্দ নোং চোৎলে লাওহে। মনুংদা চঙলসি।" তামো রঘুমনিনা ঐগী খূদাংদা পায়রগা হায়রম্বনি। হলসিঅন বার্দশিংনি খঞ্জবিবা মখোয়দা বিদায় পীরম্লগা মনুংদা চঙলকলে ঐহাক। মখোয়দি মনীং তম্না পাইহৌরি। ঐখোয়সু কংফান তম্না ওলিমপীয়াগা লাক্লে। অসুম লেপ্তুনা লাকপনা উরক্লে মৈনা পূমঙান ঙানবা ফজরবা সহর কয়া। মণি মুক্তানা ঙানবগুম নিওন বল্বশিংনা নীক নীক লাউনা ঙাল্লিবা সহরশিংগদি শোয়দনা মীৎচানরমগনি হলসিঅন বার্দশিংগা। তোযনসু লীনবমগনি নুংশিবা ৱাবী কযা। ঐগীদি ঙসিখক্তনি। ঙসি সাবোনিক গল্ফ খোঙচৎসিদগী হৌরদুনা নুংশিববা হলসিঅন বার্দশিংগী মফম অমদি ঐগী থম্মোয়দা লৈহৌবগনি। অযুক্তগী ঐখোয়বু কোয়পু পুবকপা ওলিমপীযাগী পোত্থাবগী মতম য়ৌরক্লমাল্লে। ঐখোয়বু মারিনা ফ্লিসবোসকী তোর্বান্দা থনম্লগা অরোইবা বিদায় পীরক্লে। এথেন্সতগী লাকপদা তোংলকপা বসতুনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঐখোয়সু ওলিমপীয়াদা বিদায় পীরম্লগা ঐখোয়গীদমক ঙাইদুনা লৈরিবা বসতুদা তোংলদুনা এথেন্সকীদমক লাকখি। হোটেল হেক য়ৌবগা পোত্থাবগে খন্না ফমুংদা চঙলুবনি। পোত্থাবা য়াখিদে। হলসিঅন উচেকশিং অদু ইনাক্তা অসুম্মক পাইদুনা লৈরিবগুম খনখি। সমুদ্রগা মরী লৈনবা ৱারী কয়া লীরিবগুম খনখি। মখোয়বু উকবদা ফাওরকপা পুক্লিং ইথিলদুনা লমজিং ওইরগা ঐহাক খঙহৌদনা শৈরেং অমা ইখি—

## পোত্থাবা

কন্না হৌরম্বা সমুদ্রগী ঈথকসে  
ঙসিদি কয়াদা তপ্লবা।

হলসিঅন নুমিৎকী  
অহৌবরা

নৎত্রগা
অরোইবরা?

হলসিঅন উচেকশিং
ঈংনা পোখারি
তরু তরুবা
তইং তইংবা
হলসিঅন নুমিৎসিদা।

এথেন্সকা শকখঙনবগী নুংঙাইবা অসিমদি থম্মোয়গী চেনা খুদিংদা ময়েক লানা ইদুনা লৈহৌরে। ফজববা ঈথৎশিং ফজরবা এক্রোপোলিস ফজরবা পনাথেনিয়ান স্তেদিয়ম করন্না কাউবা ঙমগনি? থম্মোয়নুংদা যেক্তুনা লৈখ্রবা ঙাক্তনি। ঐখোয়গী পৃথিবীসিসু এথেন্সতা অপীকপা খুঙ্গং অমা ওন্থোকপীখ্রে ৱার্ল্ড পিস কনফরেন্সনা। অঙকপা অমনা শীৎ নাল্লবা এথেন্সতা অসুক কুইনা লৈবকপসি ঐখোয়গী হকচাংদা অমোৎপা অমত্তা পকলক্তবসিনি। ঐনা লীৎপা ফুরীৎশিংগী ঙকশমদা অমোৎপা অমত্তা থেংনখিদে। হুমাং শৌদুনা মায়দা রুমালনা হুমাং তৈথোকপদসু হুমাংনা চোৎপা নত্তনা অমোৎপা অমত্তা রুমালদা তৈরক্তে। তোর্ংলিবা খোঙউপসু অসুম লংদুনা লৈ। উফুল ৱাইফুল অমত্তা পক্লক্তবনা কাপ থাবা লোইবদা ঙাইবগুম তৌই। ইম্ফালদা ওইরবদি অমোৎপনা পীক থল্লগনি। মীওইবগী ৱাখল অসিগী ফিরেপ অসি হেল্‌ঠ অমসুং ৱেল্‌ঠ গী মখা পোল্লি হায়বদু চুল্লকপগুম তৌই। গ্রীকশিংগী মওং উরগা হেন্না থাজবা পোক্লকখি। মখোয়না নানবা উরগা ঐখোয়না কবিগী মতৌ তম্নিংলোইদগে? শীৎ নাল্লবা লম্বীশিংদুদা কবন্না ফত্ত-হৌদি হুন্দোকনিং লুগনি? কবম্না লোক-তিল শীত্তোকনিংলুগনি? মিথাই মকৃ ফাওবা হুন্দোকনিংবগী ৱাখল পোক্লকখিদে। অনক অনকপদা ফত্ত-হৌদি হুন্দোকফম গারবেজকেন ফজনা লৈ। ফত্ত-হৌদি হুন্দোকফম অদুনবু হেন্না নান্না উই। পব্লিক টেলিফোন বুথ কয়ানা লম্বীগী মচী খুদিগী লৈ। তরু তনান্না লৈ। মপোৎকুম ফজনা শীজিন্নৈ। চঙ চঙদুনা মখোয়গী শেল অচোয়বদু থাদবগা নুংঙাইনা টেলিফোন তৌই। অতোপ্পা ঐনা খঙবা অমদি মখোয়গীদি পোৎকী মমল যাম্না ৱাংই। মখোয়গী করেন্সি দ্রকমা নত্রগা য়ু এস কী দোল্লর অদুম শীজিন্নবদা য়াই। অদুবু গ্রীসতা শীজিন্নবিবা পোৎ অয়াম্বা মপান্দগী পুশিল্লকপা ঙাক্তা ওইনা তৌই। মপুং ওইনা জাপান্না গ্রীসপু জয় তৌশিল্লকলে হায়বা য়াই। মণিপুরদা চিনা জাপানগী পোৎ-চৈনা জয় তৌশিল্লকপা অসিগা চপ মান্নৈ।

নুমিদাং হেক ওইবগা ঐখোয় মশেন ৱারী শানদবা নত্তে হোটেলদা। নোংম-নোংমগী

নুংঙাইবগী অৱাবগী। য়ুমদা টেলিফোন তৌবদগী এথেন্সতা ফল্লিবা কনফরেন্সকী পাউ পোক্লফম দা ফোঙলে হায়বদু তাবদা ময়াম পুন্নমক হরাওনখিবা ঙাক্তনি। কনফরেন্স হৌবা অমসুং লোইবগী মরীক চুম্বা পাউদম কয়া পোক্লফম দা ফেক্স মথং মথং থাদুনা ফোঙখিবনি। ওজা গাংতেমক্লা হায়খি— "হন্দক্কী খোঙচৎসিদি শরত য়াওরম্বদগী মায় পাকপনি।" তাচাওবনসু হায়খি— "মথংগী করিগুম্বা চৎপা তারবদি শরতচান্দদি পুরগা চৎসিকো।" ঐখোয় ময়াম ৱা ৱা নোকমিন্নখি। ঐখোয়না এথেন্সতা চত্তুনা লৈবাক্কীদমক করিগুম্বা খরদি তৌরি হায়বসি মণিপুরদা খুদক্তা খঙহন্দুনা পাউ ওইনা ফোঙবা ঙম্বসিমক ঐখোয়গী হন্দক্কী খোঙচৎসিগী মায় পাকপা অমনি হায়না ফোঙদোক্লখি। ঐখোয় মশেন মণিপুর অমসুং গ্রীসকা চাংদম্নদুনসু য়েংখি। করিদি হায়নরুনি? থম্মোয় থম্মোয়দা ফাওরকপা ৱাখলশিংদু ফোঙদোক্লরগা নৈনবা ঙাঙনবা নত্তুনা। চাউরবা হোটেল স্তানলিদু ঐখোয় ১১গী খন্ন নৈনফম অমসু ওইখি। এথেন্সতগী লৈরকপনি হায়বগী নীংশিংননবা মমল তাঙলবসু তাঙনা পোৎ খরা খরদি লৈনরকখি। থম্মোযদা লৈগদবা নীংশিংবা অদুখক নত্তুনা পোৎশক ওইনসু লেঙদনা লৈগদবা পোৎ-চৈ খরসু নীংশিংননবগীদমক লৈনরকখি। হোটেল স্তানলিগা পংলাপ লাপ্নদনা লৈবা দুকান অমখক্তা হেক হেক চঙদুনা নুংতিগী ফোঙবা খবর লৈবদা

GREECE'S ENGLISH-LANGUAGE DAILY NEWSPAPER

Athens News

Left Coalition left weaker by exodus of 18 party 'modernisers'

Another Milosevic aide shot dead

দুকান্দার মতৈ-মনাও অমগদি ঐহাক খঙনখি। নুংতিগী ইংরাজিদা ফোঙবা এথেন্স নিউজ পাবদা য়াম্না নুংঙাই। মদু পারগা পৃথিবীদা থোক্লিবা থৌদোক খরসু এথেন্সতা লৈরিঙৈদা খঙবা ঙমখি। মতৈ-মনাওগী দুকান্দুদা অয়ূক অমা চঙদুনা গ্রীকশিংনা শাবা গ্রীসপু নীং-শিংনবা করি করি পোৎশক লৈবগে হংবদা মখোয়গী খুৎশা-হৈবগা মরী লৈননা পুথোকপা

পোৎলম খরা উৎলকখি। মশীং খবা যাম্না লৌববা মতুংদা হংখি— 'মমলসি খরা য়াম্মে। অদুগী মথক্তা মশীংসু খরা য়াম্না লৌবে। অদুনা খজিক্তং তাবীবা য়াব্রা?"

— "অদুদি যাদে। ঐখোয়গীদি ফিক্স প্রাইস ঙাক্তনি।" দুকান্দার নুপীদুনা শৎ লাউনা খুম্নকখি। ইম্ফালদা পোৎকী মমল হুন্নবা অদুগুম য়াগদ্রা খন্না হায়রুবতনি। লম-লমগী চৎনবী ওইবনা মহাক্না হায়বা মমলদু পীখি। পোৎ-চৈশিংদু ফজনা য়োম্নগা ঐঙোন্দা পীনা পীনা মহাক্না হংলকখি— "এথেন্স থাদোক্তুনা য়ুমদা হনগদৌববরা?"

— "হোয, হল্লগনি। নখোয়গী লৈবাকসিদা ঐখোয়না লৈনবগী নুমিৎ য়াম্লকত্রে।"

— "এথেন্সতি কমদৌই?"

— "য়াম্না নুংঙাইবা মফম্নি। পুন্সিসিদা কাউবা যাবরোইদবা মফম অমনি।"

—"যাম্না নুংঙাইবে। লীক অসিমা পাযখো। গ্রীক নুপীশিংনা শাবনি। মসিমদি নঙোন্দা ঐখোযগী গ্রীসপু নীংশিংদুনা লৈননবা প্রজেন্ট তৌবনি।"

অঙৌবা লীক অমা পীবকখি। ঐসু হবাওনা লৌরকখি। থাগৎচরি হাযরম্বগা লোযননা মহাকপু অবোইবা ওইনা অমুক্তং যেংলম্নগা মহাক্কী দুকান্দগী থোবকখি। মখূৎ থাংগত্তুনা নুংশিনা বিদায পীবকই। খবব লৈবা ওইনা হেক হেক মহাক্কী দুকান্দা চঙবদগী ঐগী লৈফমসু যাম্না খঙনিংনা নোংমা হংলকখিবনি। মদুদা নুংশিরবী ঐগী মণিপুরবু ফজনা শক্তাকপগী খুদোংচাবা অমা ফংখি। মহাক্নদি ঐহাকসি ফ্রান্সতগী লাকপা মাল্লি হায়রকখি। মণিপুবদগীনি হাযবদা মহাক্না থাজবা ঙমদবগী মীৎযেং অমদি উখি। মহাক্কী মতৌদ্র পুন্সি চুপ্পা কাউঙমদনা লৈহৌবগনি।

# তরা

এথেন্স থাদোল্লবগী মতম য়ৌরক্লদুনা ঐখোয় ১১ মক হোটেল স্তানলিগা বিদায় তৌনরে। এথেন্সকী ত্রেন স্তেসন য়ৌনা চৎননবগীদমক্তদি ঐখোয় টেক্সী দরকার ওইখি। হোটেলগী রিসেপসনিষ্ট অমনা খূদক্তা টেলিফোন তৌখি। মিনিট অনী ফাদে। টেক্সী অনী হোটেলগী হেক মমাঙমক্তদা খাম্লে। কুইনা ওাইবসু য়াদে। চথোক-চৎশিন্দা অপনবা পীগনি হায়বদুদা ঐখোয় তোংখৎলে। ঐহাক্না তোংবা টেক্সী অদুগী দ্রাইভরদুদি নুপীনি। য়াম্না স্মার্ট ওই। মোবাইল ফোন অমসু পায়। কদাইদা ত্রাফিক জাম ওই কদাইদা খরা কোমই কদাইদা ওর্দর লৈ হায়বনচিংবা হংনবগুম তৌই। ঐহাক্না কার মনুংদগী তুং ওস্থোরক্তুনা হাইরপ য়েংলকপদা ঐখোয়বু কোনশিন্দুনা থম্বীখিবা হোটেল স্তানলিবু উরকই। নুংশিরকই। নুমিৎ কয়ানি মহাক্কী মথানুংদা লেনখ্রে। করম্না নুংশিরোই! তপ্না তপ্না চখোরকপনা হোটেল স্তানলি তামহৌরে। উবগী পনখৈ অদুফাওবদি য়েংলম্মী। হূৎ হূৎ লৈদুনা এথেন্সকী লম্বীশিংদা থৌরিবী টেক্সী দ্রাইভরদুনা ঐখোয়বু এথেন্সতগী তপ্না তপ্না চিংথোকপীরবগুম খল্লকখি। কুইদে মিনিট মঙারোমগী লম্বীনি। ত্রেন স্তেসন হেক য়ৌবগা খাম্মি। ঐখোয়গী পোৎ-চৈ পূম্নমক লৌথরে। অরোইবা ওইনা অমুক্তং চীখ-নাম্বহৌবা য়াওব্রা য়েংবীযু হায়রকখি। য়েংলে। অদুবু চীখরমদ্রে। মহাক্কী ভারা পীথোক্লবা মতুংদা নোক্লদুনা চৎখি

মখূৎ হাইরম্লগা। ঐখোয়গী পোৎ-চৈ পূম্নমক বুক তৌশিনখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা ত্রেন থুংলরে। ঐখোয়না তোংগদবা কম্পার্টমেন্টলোমদা ঐখোয় চঙলে তিকেৎতা য়াওরিবা সিট নম্বরশিংদু য়েংলগা। কাখৎকে তৌবমক্তদা থোঙ ময়াদুদা পাখং অমগা লৈশাবী অমগা কায়নরমদাইগী য়াম্না নুংশিননা চুপমিন্নদুনা লৈরম্মী চীনবান অনী। করম্নদি হেক কাখৎলুনি নুংশিনবা অদুবু থুগাইদুনা? উদবা শাদুনা ঐখোয় ঙাইহাক অতোপ্পা মায়কৈদা করি করি লৈবিবগে হায়দুনা য়েংলগা লৈখি। তনান তনানবা স্তেসন, চুরুপ চিংলগা চৎলিবা মথৌ চিনবা মীয়াম, মথৌ নীংথিনা শুরিবা স্তেসনগী এমপ্লোয়িশিং, অমোৎপগা লাম্ছেংনরিবা স্বিপবশিং নত্তনা করিদি উগনি? কাখৎলগে তৌবদা অদুমক লৈরমলি মখোয় অনী চীনবান অনী থেংনদুনা। চৎনবী অমা ওইবিবা মফমসিদা করিমত্তা খন্নদ্রবসু মীনৌ ওইরিবা অউবা ঐখোয়দদি হেন্না ইকাযজবা অমা ফাওখি। পাখঙমচাদু কুমথখ্রে। লৈশাবীদুদি চঙশিন্দুনা ফমখ্রে মহাক্কী সিটতা। ঐখোযসু কাখৎলে। ফমফমশিংদুনা লৈবম্লিবা মওং অদুদি এরোপ্লেন্দা লৈরিবা অদুগা চপ মান্নরম্মী। ময়ায়দা চৎফম অমা থম্লগা নাকন নাকন্দা সিট অনী অনী লৈবম্মী। ঐগী সিট অদুগা থংনবদুদি গ্রীক নুপী অমা ফমদুনা লৈরম্মী। ঐসু মহাক্কা থংননা ফম্মিন্নরে।

যাম্নসু শাদবা যাম্নসু ঈংদবা এথেন্সকী স্তেসন থাদোক্তুনা ত্রেন্না লেঙবা হেক হৌরকপদু নুংথিলগী পুং ১.০৫ বোম তারে। লাকমিন্নরিবা ঐখোয় ১১মক ইশা ইশাগী ফমফমদা ফম্নদুনা এথেন্সপু বিদায তৌবা হৌনরে। নুমিৎ খবনি লৈদুনা এথেন্সকা শকখঙনবা ফংলবা মতুংদা কাযনবমদাইগী মীকুপ্পা অমুক থুংলববদা কবম্বা থম্মোযনদি নুংঙাইগনি? অদুবু অরাবা অমসুং নুংঙাইবগী মবক্তা ঐখোয় এথেন্সতগী থেসালোনিকি তম্না লাক্রে ত্রেন্দা। যুবোপকী ত্রেনসু কমদৌই হায়বসি খঙনিংদুনা ঐখোয় ত্রেন্দা লাকখিবনি। সার্বিসতা ফজবগী হাযকববদি কবম্না চাংদম্নকনি যুরোপকী ত্রেনশিংগা ভাবতকী ত্রেনগা। ঐখোয়না তোংলক্লিবা অসিসু ইচম চম্বা সেকেণ্ড ক্লাসকী জেনেরেল কম্পার্টমেন্টর্তনি। মনুং অসি অসুক্কী মতীক নাপ্লি। ঐখোয়না ফম্লিবা সিটশিংগী থোঙনাও ময়াদা গারবেজ কেন মচা অমমম লোইনা লৈ। থোঙনাওগী মিংশেলসু অমত্তা হাংদোকপা য়াদে। এয়র কন্দিসন ঙাক্তনি। টি টি চঙলক্তুনা চেক তৌবৈ। মাগী মাগী সিত্তা ফম্নদুনা খরনা লাইরিক পাবা খবনা হেদফোন শীজিন্নদুনা ঈশৈ তারগা চৎপা খরনা মোবাইল ফোন পায়দুনা ৱারী শানবা, খরনা মখোয় মশেন ৱারী শাদুনা চৎপা অসি ঙাক্তনি। শকখঙনদবী গ্রীক নুপী অমগা করম্নদি ৱাবী শাকগনি? ঐগা ফম্মিন্নরিবী মহাক্তি অয়াম্বা মতমদা থোঙনাওদা য়েংথোক্তুনা করিগুম্বা খরা খল্লগা লৈবা মাপ্লি।

স্তেসন অমদা হেক খাম্বদা পোৎ য়োনবশিংনা লাঙবা লাউবা অমত্তা তাদে। পোৎ য়োনবা অমত্তসু কাখৎলক্তে। প্লেটফোর্মদগী লাউরকপসু তাদে। চাকনি ফিনিবা অমত্তা

কাখৎলক্তুনা মখূৎ তিংথোক্লদে। তুমিন তুমিন চৎনবসিনা লেম্লবগুম তৌই। স্তেসন খরা লাম্থোক্তুনা ত্রেন হেক থোঁবা হৌবগা অনৌবা টি টি কাখৎলকপা উই। মখূত্তা তিকেৎ পায়। মখোয়গী মরোন্দা 'আপো লারিজো' হায়বগুম্বা ৱাহৈ অনীখক হেক হেক হায়রকই টি টি দুনা। অনৌবা কাখৎলকপা পেসেঞ্জরশিংদু মখূৎ থাঙ্গৎলকই। দ্রকমা খরা পুথোক্তুনা টি টিদুদা পী। টি টিদুসু তিকেৎতু কক্লগা পেসেঞ্জরদুদা পী। পূকচেল শেংনা থবক তৌবা মাল্লি। মীনম্বা অমত্তা উদে। অনৌবা তোংলকপা পেসেঞ্জরশিংদু মশানা খঙনা হৌগৎলক্তুনা শেল পী অদুগা টি টিদুসু ককফম থোকপা তিকেৎ কক্লগা পী। মণিপুর ৱাংমা হেক লাম্থোকপগা তোংখিবা ত্রেনশিংদা তৌনরিবা মওংদুগদি শাথিনা খেন্নে।

ঐহাক গ্রীক নুপীদুগা ফম্মিন্নবদুদা টি টিশিংনা ঐহাকপু গ্রীক ওইনা উরুরবরা খঙদে। ঐবু হেক উবদা মখোয়গী মরোল হেক্তা লোলশিল্লকই। মতাঙ খরদনা করিমত্তা হায়রমদে। য়েংলম্লগা অদুম চৎখি। ইথম্তা খনখি— "ঐসিবু গ্রীক মাল্লবজাৎলা?" লবূক লমহাং চীং কয়া মথং মথং লাম্থোরক্লে। চীং হূৎলগা অন্দরগ্রাউন্দা শাংনা শাংনা চৎপা য়াম্না য়াওখি। অমম্বা মরক্তনি। অকিবদি ফাওখিদে মরমদি মথৌদা পূক্লিং চঙদবা মশাগীতা খনবা শেঞ্জা-থুমজা য়াম্না তৌবা ইঞ্জিনিয়ারনা শেমখিবা নত্তবনিনা। মণিপুরগী শেঞ্জা থুমজা তৌবা মরৈবাক্কী খন্দবা ইঞ্জিনিয়ার খরনা শেম্বা ওইরম্লবদি অকিবসু পোক্লম্বা য়াই। ফজ ফজরবা চীংশিংনা পরেং পরেং লেপ্তুনা লৈরিবদু টিদিম লম্বীদা বস তোংদুনা ইম্ফালদগী হাইথখিবদা উবদুমক্লি। ওহোক্লা পূক্লিং শুমহৎখ্রে। মণিপুরগী টিদিম লম্বী নীংশিংলকই। পাক্লবা লবূকশিংনা চীংয়া য়ৌনা শন্দোকখিবদুমক গ্রীসকী চীংয়াশিংদা উখি। ইশং-শংলবা গ্রীসকী লবূক ঙাক্তনি। মনা মশীংনা পীক থন্না হৌবি। ময়ায় ময়ায়দা স্প্রিঙ্কলরনা ঈশিং খীক্রি। খুন কয়াসু উরি তান্না তান্না । মণিপুরগী লেন্দস্কেপকা য়াম্না মান্নে। লৌমীশিং কার অমমম তোংদুনা লাক্লগা মখোয় মখোয়গী লবূক্তা কূমথনরক্লি। মেকানাইজ ফার্ম মশীং খঙদনা উই। নীংতম্না থোঙনাও ময়াদা ফমদুনা চীংগী তুরেলগী লবূক্কী খুল কয়াগী ফজবদুদি য়েংনিংখিবনি। অদুবু থোঙনাও মনাক্তা ফমদ্রবমকসু লোইনা উবা য়ানবগী শেম্লম্বা ত্রেনগী মওংসিনা ঐগী মীংয়েংদা অপনবদি ওইখিদে। ঐগা ফম্মিন্নরিবা নুপী অদু ৱা অমত্তা ঙাঙদনা মতোমতা থোঙনাওদা য়েংদুনা চৎপদা মহাক্কী মমীৎ অদু চোকথবা নাইদ্রিমাল্লে। য়েংবা তোকত্রি। ভেন্দর খরশু চান-থক্লবা ময়াম অমা হাপ্লগা চঙলকই। ময়াম পূম্লমক মানা মানা অপাম্বা পোৎ লৈরগা চানৈ । পোৎ লৈবা খুদিংগী কেস মেমো অমমমসু পী। ঐগী ইপা হেক য়ৌরকপদা মখোয়গী মরোন্দা করি করিনো খরা হায়রকই। ঐসু খঙদবনিনা ঙক হাইরগা তোকখি। স্তেসন অমা হেক য়ৌরমদাই খুদিংগী ত্রেন মনুংদা স্তেসন অদুগী মমীং পন্দুনা য়ৌগদৌরে হায়না হেক হেক লাউরকই মখোয়গী মরোল অমসুং ইংলিসতা। চীংদি য়াম্না লৈ। চীংগী হায়রুরবদি ঐখোয়গী মণিপুরদগীদি হেল্লমলোই। ঐখোয়গীদি

চীংনি। চীংলৈবাক্নি। তম্পাক মচা অমখক ময়ায়দা লৈবনি। পৃথিবীগী মীয়াম্না মণিপুর য়ৌরকপদা ঙক্তনিংঙাইগী ৱা লৈতে। য়ৌরক্লম্বশিংনা ঙক্না হন্নখিবা ঙাক্তনি। মঙাশুবা নেসনেল গেমস মণিপুরদা পাঙথোক্কদৌরি তাবদা ভারতকী স্তেত পুন্নমক ঙক্লখিবনি। কেন্দ্র সরকার অমদি ভারতকী অতৈ স্তেতশিংনফাওবা মণিপুরবু নীংথিনা খঙবীদ্রগা পৃথিবীগী অতোপ্পা লৈবাকশিংনদি মণিপুরবু কবম খঙলমগনি? নেসনেল গেমস য়াওবা লাকপা ভারতকী অতৈ শান্নবোইশিংনা বস তোংদুনা মণিপুরগী চীংশিং মথং মথং লান্না লাকপদা ঙক্না হংনখিবনি মতমদুদা— "চীংলৈবাকসিদবু করম্না নেসনেল গেমস পাঙথোক্কদৌরিবনো? স্তেদিয়ম্না কদাইদা লৈরমগদৌরিবা?" তম্পাক্কী শরুক হেক য়ৌবদনা অঙকপা অমমুক হেনগৎখিবা ঙাক্তনি। শান্নবোই কয়াদি স্তেদিয়ম উবদা মতিল য়োক্তুনা হন্নখিবা কোঙ্গায়নি।

চীং কয়া লান্দুনা লাকপদা হেন্না খঙবা ঙমখি গ্রীসপু। তাইবঙ শেম্বা মপুনা মালেমবু শেন্নকপদা চীংগী শরুক মখৈনা গ্রীস ওইহনবীরম্লে হায়না গ্রীকশিংনা থাজনবা অরিবা ৱারী অমসু লৈ। গ্রীসকী শরুক মঙা থোকপগী মনুংদা অমখক্তনি লৌউবশিংগী থবক্তা শীজিন্নরিবা। লেমহৌবা অতৈদি জঙ্গলওই বোকওই তৌবা মফম ঙাক্তনি। থোইদোকপা খেন্নবা লৈতবা মফম্নি মণিপুরগা। গ্রীসকী চীং উরগা, তাম্না শন্দোকখিবা লবুকশিং উরগা মণিপুরবু হেক হেক নীংশিংলকলিবসি মসিদগীনি। চীং লবুক লমহাং তুরেল কয়া লাম্ভোক্তুনা লাক্লবসু চীংগী শরুক্তি উখি মরোন মরোন। ফাও ফাওদুনা লাকপনা ত্রেনগী লেপ্তবা খোঙচত্তা থেংনরকখি মফম কয়া। মফমশিং অসি লাম্ভোরকপদা নীংশিংলকখি ঐখোয়গী ককচিংবু। ইম্ফালদগী তাম্না লৈরিবা ককচিংনা লিংজেল মান্ননা চাওখৎপগী লম্বীদা চঙশিল্লকপগী ৱারী খঙদবা লৈতে মণিপুরদা। ককচিংগী প্রজাশিংনা মখোয়গী থৌনাগীদমক চাউথোকচৈ। এথেন্সতগী লাপথোক লাপথোক্লগা লৈরিবা মফমশিংগী প্রজাশিংনা গ্রীক অমা ওইবগী চাউথোকচবগী ৱাখল অমা লৈরিবদু হন্দক্কী খোঙচৎসিদা ফম্না য়াম্না খঙখি। এথেন্সতগী থেসালোনিকি তম্না চৎলিবা খোঙচত্তা থেংনবিবা মফমশিংদা খেন্নবা থোইনা উদে। ত্রেনগী খোঙচৎ অসিনা অনৌবা পাউ কয়ামদি ঐঙোন্দা তত্তনা তম্বীবি। ত্রেনগী খোঙচৎ অসিনা মণিপুরবুসু তত্তনা নীংশিংহল্লি। চীংশিংনা উখ্রুলবু হেন্না নীংশিংহল্লি। খোঙ্গুল মৃৎশিল্লক্লবা ঐখোয়গী শিরোই লীলিবুসু নীংশিংহল্লি। চুরাচান্দপুরবু মীৎমাঙদা চোংথোকহল্লি। তশেংবনি গ্রীস নঙদি চীংনা শেম্বীবা লৈবাক অমা ওইরম্লে। নঙগীদি ফজরবা ঈথৎ কয়াসু লৈরি। ঐখোয়গীদি ফজরবা লোক্তাক পাৎ লৈরি। হৌজিক্তি তপ্না তপ্না মৃৎখিগদৌরে। মসিমদি তশেংনা নুংঙাইতে। অদুবু হোৎনবদি লেপ্তে মৃৎখিদনবা। করি থোক্লগদবা হাযবসিমদি হাযবা ঙমদে। অমুকসু নঙোন্দা লৈতবা অমদি ঐখোয়দা লৈরি। মদুসু কয়াম কুইনা হিংখিগনি হায়বা ঙমদে। ঐখোযগী শঙাইগী মমিং নহাক্তি তাবল্লগনি। মখোয মণিপুরখক্তদা ফংই হায়বসি পৃথিবীগী মীয়ামদা খঙহল্লি। মখোয় লোক্তাক্কী ফুম মথক্তা

*ময়ুম ওইদুনা নুংঙাইনা হিংলম্মী মতম অমদা। অদুবু হৌজিক্তি নোংমা নোংমগী ফুম মুৎশিল্লকলে। ফুম্না মুৎশিল্লকপগা লোয়ননা পৃথিবীদা অমত্তা ঙাইরবা শঙাইসু খোঙ্গুল* মুৎখিগদৌরে অসুম অসুম পুখখিদুনা ঈরোম্নুংদা। মসিগী নুংঙাইতবা অসিমদি মণিপুরগী মীয়ামদা ফাওনৈ। অদুবু করিগীনো খঙদে ফুমদি অসুম মুৎশিল্লকলি। নতস্বাক্তগা শঙাইনা চেন-চোংজরম্লবদি করি ওইরমগনি? শঙাইগী হৌজিক হিংলিবা পুন্সি মহিংসি নহাক খঙবদা তশেংনা নুংঙাইরম্লোই খঙই। খঙদে ঐহাক তশেংনা খঙদে শঙাইগী মরায়বক্তা করি তম্লিগবা? নঙগীদি চীংশিংসু ফজনা শীজিন্নরি। নঙগী গ্রীকশিংনা পোৎকী মগুণ খঙনা নঙবু থায়নদগী হৌনা হৌজিকফাওবা অবাংবা ফিদাদা ফমহন্দুনা থম্লি।

ফনা য়াম্না লাপথোরক্লে ঐখোয় এথেন্সতগী। স্তেসন মচা মচা য়াম্না লৈহৌরে। ঐগা ফম্মিন্নরিবী নুপীদু মহাক্কী বেগতগী মেক-অপ বোক্স মচা অমা লৌথোরক্লগা কেবা হৌরকই। মহাক্কী স্তেসন নকশিল্লকপনা ওইরম্বসু য়াই। ইকুই-কুইদনা স্তেসন অমদা খাম্লে। নুপীদু হৌগৎলক্লগা “এক্সকুজ মি” হায়রগা অমুক্তং থোরক্লবা ঐঙোন্দগী অয়াবা নীরকখি। ঐসু খজিক্তং থৈদোক্তুনা মহাকপু থোকহনখি। থেঙ্ক য়ু হায়রম্লগা মহাক ইনাক্তগী থোকখি। মশা য়াম্না খীংনা উই। স্তেসন্দুদা কুমগদবা পেসেঞ্জরশিংদুগা লোয়ননা মহাক কুমথহৌরে। মথং স্তেসন অমগীদমক ত্রেনদু অমুক থৌরে। নুপীদু কুমথহৌরবনিনা থোঙনাও মনাক্তা চঙশিল্লগা গ্রীসপু অমুক হকথেংননা য়েংখি। পেসেঞ্জর ইকা কারকপা উদ্রে। মোবাইল ফোন পায়দুনা ফম্লিবা গ্রীক পেসেঞ্জর খরদুদি য়াম্না তোয়না ফোন তৌনদুনা ৱারী শানরি।

ত্রেন মনুংদা বার, হোটেল কয়াসু লৈ। অপাম-অপাম্বা মীশিংনা চঙনখি। ওজা নরনা কোফি থকলুসি হায়না হৌরকপদগী কোফি থকপা চঙলুই। কোফি থক্লা থক্লা ত্রেন তোংবগী অনৌবা মহাওগী মতাঙদা ৱারী শানখি। য়ুরোপকী বস তোংদুনা মহাও খঙলবা মতুংদা য়ুরোপকী ত্রেনগী মহাও অমুক খঙবা ফৈ হায়দুনা ত্রেন তোংদুনা থেসালোনিকি তম্লা লাকপদা থেংনবকখিবা এক্সপরিয়েন্সতুনি ওজা নরগা মপুং ওইনা শানখিবা ৱারী। এথেন্সতা লৈরিঙৈদা য়ুরোপকী মেত্রোনা কমদৌবা হায়বদুসু নুমিদাং অমা মহাও তংলকখি। লৈনুংদা চেনবা ত্রেন অদুনা কয়াম য়াঙনা চেনবা কয়াম ফজনা লৈরম্বা হায়বদু ময়েক শেংনা খঙলকখি। করম্না লৈনুংদা মখল কয়াগী ত্রেন চেল্লমলিবা করম্না অসুক নান্না লৈরম্লিবা হায়বদু নুমিদাং অমা ত্রেন তোংলুবদগী খঙলবসু গ্রীকশিংনা হোৎনরিবা অসিবুদি করম্না থাগত্তবা ঙমগনি? হৌজিক চাওখৎলবা পৃথিবীদা চাওখৎপগী লমজেল তান্নরি। লৈনুংদা ত্রেন চেনবা মার্কেট শেমগৎপা, সমুদ্র মনুংদা ত্রেন চেনবা সহর শেমগৎপা পুম্নমক চাওখৎলকপগী খূদোলনি। পীক্লবা ঐখোয়গী মণিপুরদদি করম্বা মতমদা চাওখৎপগী মঙালনা থুংলগদৌরিবা? লাকপদি লাকই। য়াম্না তপ্পা। কোফি থকফমদা কোফি য়োল্লিবা মীওইশিংদু পোৎ লোইশিনবা কন্না হোৎনৈ। থেসালোনিকি য়ৌগদৌরে হায়বদগী মখোয়গী

পোৎ লোইশিনবনি হায়রকই। অরোইবা স্তেসননি থেসালোনিকি। ঙাইহাক্কী মতুংদা ঐখোয়না য়ৌনিংলিবা থেসালোনিকি য়ৌরে। ঐখোয় পূন্নমক ত্রেন্দগী কুমথনরে। ঐখোয়গী পোৎ-চৈ পূন্নমক লৌথোক্লবা লোইরবা মতুংদা ঐখোয়না লৈগদবা হোটেলদা চৎননবা টেক্সী খরা থিরুই। টেক্সী স্তেন্দা লৈবদি উই। অদুবু ঐখোয়গী নাক্তা টেক্সী অমত্তা চংলক্তে। টেক্সী স্তেন্দা চৎপা তারম্মী। ঐগী পোৎ-চৈদু পায়দুনা চৎননবা তৌরিঙৈদা নুপামচা অমগা নুপীমচা অমগা ঐগী ইনাক্তা পরপ পরপ চঙলকই। মখোয়গী গ্রীক মরোন্দা ঐঙোন্দা করিগুম্বা খরা হংবগুম তৌই। মহাক্কসু ঐহাকপু গ্রীক অমা ওইনা উরুরবজাংলা? ঐনা ঙক হাইদুনা খঙদে হায়খি। সোরি হায়রম্লগা মখোয় অনীমক সোরোকলোমদা চৎখি।

নুমিদাংৱাইরমগী পুং ৭.২০ লোম তাবদনি থেসালোনিকিগী ত্রেন স্তেসনদা থুংলখিবদু। হান্না হায়নখ্রবা হোটেল এজিওনদা ঐখোয় অমুক থুংলে টেক্সী তোংদুনা চৎপদগী। ঐখোয় ১১ গী কা মরি লৌরে। নুমিদাং অসিমদি ঐহাক চেঙপাক চাদুনা লেপ্লে। করিমত্তা চখোকত্রে। অদুবু গ্রীসতা লাকপগী খোঙচৎসিদা থেসালোনিকিগা নীংথিনা শকখঙনবা ফংখিদ্রি। ঙসিদি ঐহাক থেসালোনিকিগী মতম্বাক্তা পোখাবা ফংলগনি খনবদা নুংঙাইখি। চাক চাবা ফংদ্রবসু থেসালোনিকিগা ৱারী খরদি শাবা ফংলগনি খনবদা অরাম-খৌরাংবা পূন্নমক মাঙখিবগুম তৌখি। রোমান অমসুং বাইজেন্টাইন মোনুমেন্টশিংনা নীংথিনা লৈতেংলবা সহরনি। হ্বাইত তৱারনসু হেন্না মগুণ হাপকৎলি। মশীং থীঙমদ্রবা বাইজেন্টাইন চর্চশিংনা সহর অসিগী অকোয়বদা থিনগৎ থিনগত্তুনা লৈরি। চীংদি ৱাৎপা লৈতে। উমংনা পীক থল্লবা চীংশাঙশিং, পাৎ কয়া, তুরেল কয়াসু লান্দুনা লাকখ্রবনি ত্রেন্না। মসি পূন্নমকসিবু লাম্থোক্লগা অলেকজন্দর দি গ্রেটনদি ভারত্তা লান্দারকখিবা নৎত্রা? মাসেদোনিয়াগী কোনুং থেসালোনিকি য়ৌবকপা মতমদদি নীংশিংলকখি। হেন্না নীংশিংহল্লকখি। হোটেল এজিওনদা ফম্না ফম্না অলেকজন্দরবু নীংশিংলকপদা লম্বীদা চৎলিবা গ্রীক পূন্নমক অলেকজন্দর ওইনা ইমীৎসিদা উবকখি। মাসেদোনিয়াগী নিংথৌ ফিলিপকী মচানুপা অলেকজন্দরনা গ্রীক্কী নিংথৌরেল ওইরবা মতুংদা পৃথিবীবু জয় তৌবগী খোঙচত্তা ভারত্তা থুংলখিবগী ৱারী ঙসিসু ইতিহাসকী লমায়দা ময়েক শেংনা ইদুনা লৈরি। অলেকজন্দরনা পোকখিবা লমদম অসিদা অহীং অমত্তা ওইরবসু পোখাবা ফংলগনি খনবদা অমুক্কসু হেন্না নুংঙাইবা পোকখিবনি ঐহাক। নুমিদাং ওইরক্লদুনা মাসেদোনিয়াগী লম্বীশিং ইলেকত্রিককী মৈঙান্না কুপশিনখ্রে। মাসেদোনিয়াগী য়ুগী লম্বীশিং ময়েক শেংনা চোংথোরক্লে। মাসেদোনিয়াদা হেক থুংলবগা য়ুগী লম্বীদা চৎনবগী অখন্নবা লম্বী মরিখক মাসেদোনিয়াগী তম্পাক্তা শেমদুনা লৈখ্রবরা? অহানবা খোঙশানগদবা লম্বীনা ৱাইন বোদ ওফ দি ওলিমপীয়ান গোদস অনীশুবনা ৱাইন রোদ ওফ দি মাসেদোনিয়ান কিংস অহুমশুবনা ৱাইন রোদ ওফ চালকিদিকি অমসুং মরিশুবনা ৱাইন রোদ ওফ দাইওনিসস। দি গোদ ওফ ৱাইন হায়না খঙনরিবা য়ুগী নিংথৌরেল

দাইওনিসসনা পুথোকপা য়ুনা ঙসিদি পৃথিবী ফাওরি। খঙনদবা লৈত্রি। নুমিদাং ওইরক্লগা হেন্না হেন্না চীক্লক্লগা য়ুগী লম্বীশিং ময়েক শেংনা ফজরক্লি। তাম্না উখ্রিবা চীংশিংদগী তনীক তনীক ঙাল্লিবা মৈঙালশিংগী মরক খায়না খায়না লাক্লিবা গাড়ীগী মৈঙালশিংনা মিহুল ওইদুনা মাসেদোনিয়াবু অহিংবা ওইহল্লি। অলেকজন্দরগী পোক্লফম মাসেদোনিয়া হিংলি। স্বর হোল্লি। খৃষ্টকী মমাঙ ৩২৭ তা অলেকজন্দরনা ভারত্তা লান্দারক্তুনা য়ুরোপকা ভারতকা শম্নবা লম্বী অমদি শেম্বা ঙমখি। অদুবু অলেকজন্দরনা হল্লকপা মতমদদি মরমদম য়ৌবা ঙমদনা খৃষ্টগী মমাঙ ৩২৩ দা বেবিলোন্দা শিখি। অলেকজন্দর দি গ্রেটপু গ্রীকশিংনা হৌজিকসু মরমদমদা হল্লকপা ঙাইরিবরা মৈরা ঙাম্না থান্দুনা? পীক্লবা মণিপুরবুসু ঙাক্লি হৌজিক মৈরা পায়বীশিংনা মখুত্তা মৈরা অমমম পায়রদুনা। মীতৈ নুপীগী থৌনা উৎলদুনা মখোয়সু ঙাইরিবরা খোংনাংথাবা, লাঙ্গোল লুখোই, মোইরাং লালানবা, লৈশাংখোমবা, কনক থেঙ্গ্রা, রাঙুবাজি, তেম্বা। ইথন্তা মওন মওন খল্লকই এজিওন হোটেলবু অচীকপনা লাঙ্গোয় চল্লকপদা। অলেকজন্দরগী মচননুপী থেসালোনিকিগী মমিং লৌদুনা থোনখিবা সহর অসি ঙসিদি য়াম্না চাওখৎলে। মাসেদোনিয়াগী কোনুং ওইদুনা ফজনা শেমগৎলবা সহর অসিদা লৈরিবা মীশিংগী থম্মোয়দা চাউথোকচবা পোক্লরি মাসেদোনিয়ান অমা ওইবগী। এথেন্সকী এথেনিয়ানশিংসু চাউথোকচবি গ্রীসকী কোনুংদা পোকচবগী। অদুবু গ্রীসকী গ্রীক অমা ওইবগী চাউথোকচবা অদুমদি সহব খুদিংমক্তা খুঙ্গং খুদিংমক্তা ঈথৎ খুদিংমক্তা চীং খুদিংমক্তা খুন্দারিবা মখোয়গী থম্মোয়দা ফাওই। মসিগী চাউথোকচবা অসিদনি গ্রীসনা নোকচবা ফংলিবা। নুংশিবী গ্রীস নঙদি নুংঙাইনা পুক্লিং মকা লাম্না নোকপা ফংলি। পীক্লবা মণিপুরদি করিগুম্বদা নোকপা ফংজদবা মিপাইজবা থরায় ব্লাজবা নুংনোংজবা পোক্লক্তবা নত্তে। নঙগী গ্রীকশিংগা মণিপুরগী মণিপুবীশিংগা মান্নদবা কয়া লৈ। নঙগী গ্রীকশিংনা নঙগীদমক চাউথোকচবা ঙল্লি। মণিপুরগী মণিপুরী খরনা মণিপুবগীদমক চাউথোকচবা ঙম্লক্তবদা মণিপুরনা করম্না মোমোন নোকপা ফংগনি? লিংজেল মান্নবা নঙগী গ্রীকশিংনা শেমগৎলকপদা নঙগী মাসেদোনিযা কযাদা ফজববা? য়েংবগী পেনবা নাইদে হাযবদা নহাক থাজরম্লোই। ঐনা হেন্না হায়জিনবগুম নহাক্লা লৌরম্বসু য়াই। অশেংবনি নুংশিবী গ্রীস, নঙসে কযাদা নরায়বক ফববনো?

অহীং অমা থেসালোনিকিগী মতম্বাক্তা পোখাবা ফংজবগী নুংঙাইবা মীকুপ অদু হৌখিবা খঙহৌদে। এপোলোনা চাইথরকপা মঙালনা নোংঙাম্লে হায়বগী পাউজেল পীবম্লে। অযুক্কী শেংলবা কোরৌগী মঙালদা থেসালোনিকি মশা ইখীং খীংনা লৈরম্মী। হকচাং শেংদোকপা লোইরগা ব্রেক ফাস্ট লৌরবা মতুংদা অযুক্কী প্রোগ্রাম অমুক খন্নখি ঐখোয়। অন্টি বোলাগী মচানুপা অহলনা হায়রকপা মতুং ইন্না য়েংবা য়াবা মফম খবা ঐখোয খন্নখি। থেসালোনিকিদা লৈবিঙৈদা কবম করম্বা মফমবু য়েংবা য়াবগে হায়না টেলিফোন্দা ওজা

নরনা হংখিবদগী হায়রকপা মফমশিংগী মনুংদা ঐখোয় অমেরিকান ফার্ম স্কুলদা চত্তুনা য়েংবা হায়না লেপ্লখি। ফজরবা সহরগী ফজরবা মোনুমেন্টশিং য়েংবা য়াবা খরা য়েংলকখ্রে এথেকতা। বসতা চৎপদা ত্রেন্দা লাকপদা থেংনখিবা লবুকশিং, লবুক ময়ায়দা লৈরিবা চাউর চাউরবা সেদ হাউসশিংগী পুন্সিগসু শকখঙননিংখি। লবুক্কসু শম্নবা ফৈ হায়দুনা ডঃ নরনা অমেবিকান ফার্ম স্কুলদা চৎসি হায়না হৌদোরকখি। ঐহাক নুংঙাইবা অমা ফাওখি। গ্রীসতা লাকপগী খোঙচত্তা মখল মথেল শুনা শকখঙনবগী তাঞ্জা অমা ফংলগনি খনবদা নুংঙাইবা পোকখিবনি। অঙাং ওইরিঙৈদা ঐহাক লবুক্কা য়াম্না শম্নরকখি। অকনবা থবক্তা য়াম্না মায়পুননা য়াওরুদ্রবসু লৌ লিংবা লৌ পেংবা লৌ খাওবা লৌ য়ৈবা য়াওরকখি। ঐগী পুন্সি শেমগৎলকপদা লবুক্কীসু মফম চাউনা লৈখি। অদুনা নুংশিখি ঐনা লবুকপু। লবুক্কা শম্নখিবা মীকুপশিংদু অমেরিকান ফার্ম স্কুলগী মমিং পল্লকপদা হেন্না ময়েক শেংনা মীৎমাঙদা চোংথোরকখি। খুদক্তা চৎনিংলকখি। হোটেলগী রিসেপসনিষ্ট অমনা ফোন তৌদুনা টেক্সী কৌখি। মিনিট অনীগী তুংদা লাকখি। ঐখোয় টেক্সী তোংদুনা ফার্ম স্কুলদা চৎলে। সমুদ্র মপান নক্কা চৎপা লম্বীশিংদা অনৌবা শক্তম কয়াসু উখি। পবেং পরেং হৌরিবা চাউববা উপাম্বীশিংনা সহরবু তঈং তঈংহল্লি। সমুদ্র মপান্দা সংসারগী অবা অনা অমত্তা চঙদনা ফি মচেৎ অমমমগা নুংঙাইনা পোখারিবশিংসু উতুপ তাবশুম তাবি। থেক্লা খোয়না চৎলিবা লম্বীশিংনা অসুম অসুম লাপথোবকপদা পাক্লবা লবুকশিং উরক্রে। মহৈ মরোং চুম্নবা পাম্বীশিংনা নুংশিংকা লেংগোম্নদুনা শান্নরম্মী। অসুম অসুম চঙশিল্লগা চাউববা কমপ্লেক্স অমা উরে। কমপ্লেক্স অসিনি অমেবিকান ফার্ম স্কুল। ভাবা পীরবা মতুংদা টেক্সী ড্রাইভবদু চৎখ্রে ঐখোয়বু স্কুলদা থম্বীরম্নগা। ডাঃ নবনা বাবী পুম্বা স্কুলদুগী স্তাফ অমদা হৌদোক্লবা মতুংদা ঐখোয় স্কুলগী রাইটিং রুমদা ঙাইহাক পোথাদুনা লৈনবা হাযরকখি। দিনগী এসিষ্টেন্ট ওইবিবা জর্জ এ কোলা জিদেস থোবক্তুনা ঐখোয় ইন্ট্রদ্যুস তৌনববা মতুংদা মহাক্লা স্কুলগী লিটবেচর খবা পুথোবক্তুনা পীবকখি। স্কুলসিদা তম্বা চঙলকপগী থাজবা অমা মাঙজৌননা রাশক্লবা কয়া লৈ হাযনসু পল্লকখি। রাশক খবদি অসুম্না হায়বকখি —

"I believe in a permanent agriculture, a soil that grows richer, rather than poorer from year to year". "I am proud to be a farmer and will try to be worthy of the name".

জর্জনা ঐখোয়বু পুদুনা মখোয়গী লৈরিবা দিপার্টমেন্টশিংবু য়েংহল্লি। ময়ামদুগী মবমদা য়াম্না মরীক চুম্না ঐখোয়দা খঙহল্লি। বাং চাউবা মকোক তাংলপ তৌরবা জর্জনা শারবা নুংশাগী মৈশাদুদা অশাবা অমত্তা চঙদনা য়াম্না থবায় য়াওনা ঐখোয়বু কোয়পু পুদুনা চৎলি। চাউখ্রে স্কুলগী কমপ্লেক্স অসি। জর্জনা চৎনা চৎনা স্কুলসিনা লিংখৎপা হৌরকখিবগী মতাঙদা ঐখোয়দা হাযখি— "থেসালোনিকি সহরদগী খরা চথোক্লগা লৈবা

একর ৫০ রোম চাউবা লৌউ শিংউবসু য়াদবা পোখোক নীংথিনা ফংলোইদবা পাক্রবা লমহাং অমা ওইনা লৈরম্বদগী অমেরিকাদগী মিসনরী অমা ওইনা লাকখিবা ডাঃ জোন হেনরী হাওজ অমসুং মাগী নুপীনা ১৯০৪ দা মফম অসিমক্তদা স্কুল অসি লিংখৎখিবনি। স্কুল অসিদা প্রাকটিকেল ট্রেনিং কয়া পীদুনা য়ুমশাশিং য়োকপা শঙ্গোম পুথোকপা, লবুক্কী মহৈ মরোং পুথোকপা, খুৎ শা হৈবগী থবক্তা খুজু খুৎলাই শেম শাবনচিংবা কয়া চখবা হৌরকখি। ডাঃ জোনগী মচানুপা ইঞ্জিনিয়র চারলিনা অমুক স্কুলসিগী দিরেক্তর অমা ওইনা ১৯২৯ দগী থবক পুবা হৌবদগী মোদর্ন তেকনোলোজি কয়া শীজিন্নবা হৌরকখি। ১৯৫৫দা লেপ্পদেলনা অমুক দিরেক্তর ওইরবা মতুংদা নুপা নুপী পুন্না মহৈ তমহনবা, লৌমীশিংদা অতেনবা কোর্সকী ট্রেনিং পীবা, কম্প্যুটরাইজেসন তৌরকপা মথং মথং চখরকখি স্কুল অসিদা। ১৯৯০ দা অমুক জর্জ দ্রাপরনা দিরেক্তর ওইরবা মতুংদগীদি হৌজিক্কি চাওখৎলবা মোদর্ন তেকনোলোজি অসি চপ চানা স্কুল অসিদা পুশিনখি। স্কুল অসিদা সেকেণ্ডরী স্কুল অমসুং পোষ্ট সেকেণ্ডরী ট্রেনিং প্রোগ্রাম এন্দ এদল্ট এদুকেসনগী কোর্স মথং মথং লৈ। স্কুল অসিদা লৌউ শীংউবগা মরী লৈনবা, য়েন য়োকপগা মরী লৈনবা য়ুমশা য়োকপগা মরী লৈনবা দিপার্টমেন্টশিং চাউনা চাউনা লৈ। স্কুল অসি **থেসালোনিকা এগ্রিকলচরেল এন্দ ইন্দস্ত্রিএল ইন্সটিট্যুট** হায়নসু খঙনৈ। মখা তাবা রিসার্চ তৌনবগীদমক্তসু হৌজিক্তি কোলেজ ওফ এগ্রিকলচরেল স্তদিজ লৈরে স্কুল অসিদা। পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লৈবাক কয়াদগী মীওই কয়া স্কুল অসিদা মহৈ তম্বা লাক্লি। অয়াম্বনা য়ুরোপকী লৈবাক-শিংদগীনি। স্কুল অসিদগী জ্ঞান ফজনা ফংলবা মতুংদা মাগী মাগী লৈবাক্তা হন্নখিদুনা মতীক চাবা লৌমী অমমম লোইনা ওইনখি। লৌউবা য়াদবা লমহাং ওইনা লৈবা মফম কয়াসু হৌজিক্তি গ্রীকশিংনা স্কুলসিদগী মহৈ-মশীং ফজনা তম্লগা চৎখিবদুনা গ্রীসকী মফম কয়া অশংবা লবুক ওম্লোক্লে। মহৈ-মরোং মবাঙ কায়না পুথোক্লে। চাবা-থকপা বাত্তবা মীপান তাংদবা অমা ওইহনবা ঙম্লে। শা-ষন লোইদুনা অফবা শঙ্গোম মরাঙ কায়না ফংহল্লে। য়েন ফজনা লোইদুনা য়েন অমসুং য়েরূম কয়া গ্রীসতা অবাৎপা লৈহন্দ্রে। স্কুলসিদগী থোকখিবা মীওইশিংনা কখোকপগা লোয়ননা লৈবাক্কীদমক হোৎনরি। মীয়াম্নসু ব্যবহার তৌনরি।”

জর্জনা পুদুনা ঐখোয় পোলত্রি দিপার্টমেন্টতা হান্না চঙলে। য়ামখ্রবা য়েনবী য়েন্নাও উবদা পেল্লে। খরা পীকপা খরা চাউখৎপা মপী ফারবা যেনশিংবু তোঙান তোঙান্না থমদুনা সপ্লাই তৌখিনবা মপান্দা থাদোকখিনবা থম্লিবদু ওম্লোক্লা য়ামখ্রে। মথংদা জর্জনা ঐখোয়বু দাইরিগী দিপার্টমেন্টতা অমুক পুশিন্দুনা য়ামখ্রবা ষনশিংদু য়েংহল্লি। শঙ্গোম শুল্লিবা ষনবীশিং, হাতম ফারবা ষন লমচাশিং, পীক্লিবা ষন্নাওশিং মাগী মাগী মকোন্দা লৈরম্মি। মনাদা লংমচা অমমম হুক্তুনা চে অমদা মাগী মাগী নম্বর লোইনা থাবম্মি। ষম্বীশিং মফম

অমদা লাপ্পা পুথোক্তুনা বাইও গ্যাস শুংবা, হার শেম্বা কয়াদুসু য়েংহল্লকখি। খুৎশেমগী হার শীজিন্নবা য়ারিমখৈ তৌহন্দে হায়রকখি। খ্বাইদগী নুংঙাইবদি গ্রীসকী ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়র, উকিল, ওজানচিংবনা চয়োল অমদা ফংলিবা ছুটি নুমিত্তা কার তোং তোংদুনা লাক্লগা মখোয়গী গার্দেনিং তৌফম অমা স্কুল অসিনা পীবসিনি। জর্জনা হায়— "ছুটি খুদিংগী মখোয় কার তোংদুনা ফেমিলি পুদুনা লাক্লগা মানা মানা অপাম্বা পাম্বী থাহল্লি। ইস্কোল কোইহল্লি। ঐখোয়না মখোয়দা খুৎশেমগী হার শীজিন্নহন্দে।" পাক্লবা লম্পাক অদুদা পীক্তক পীক্তক তৌনা মাগী মাগী শরুক্তি হায়দুনা লৈহৌবদু য়েংবদা য়াম্না নুংশি। পাম্বী মচা মচাশিং খামেন তিলহৌ কোবী মোরোক হৱায়থরাকনচিংবা হৌরি। মপূ তিন্নদবা পাম্বীশিংনা অমত্তা ওইনা নুংশিননা লম্পাক মচাদুদা পুন্না হিংমিন্নরি। লম্পাক মচাদুদগী খরা চখোক্লগা ওলিব পাম্বী ময়াম হৌরম্মী। থওইনা থারিবনি হায়না জর্জনা হায়রকই। ওলিব পাম্বীশিংদুদা খুদোম্বী থিল্লদুনা জর্জনা হায়— "গ্রীক্কী অরিবা ৱারীদসু ওলিব পাম্বী অসি য়াম্না মরু ওইনা লৌনরকই। ঙসি ফাওবদসু ওলিব পাম্বী অমগী মখাদা হীপ্তুনা পোখানদে। করিগুম্বা পোখারুরবদি খুদোংথিবা নংগনি হায়না থাজনৈ। ওলিব ওইল অসি গ্রীসকীদি তঙাইফদনা চঙদবা য়াদ্রবা থাউ অমনি। থোংবা থাকপদা নত্তনা লাই তীনগী


ওলিব

থবক্তসু তঙাইফদবা অমা ওই। ক্রেট ঈথৎতদি থাউ অসি মী অমনা পোকপদগী শিবা ফাওবদা পাঙথোক্লিবা ধর্ম্মগী ওইবা থবক থৌরমশিংদা শীজিন্নৈ। হেক পোকপদা ঙায়রিবা অঙাং অদুগী মশাদা থাউ অসি তৈবী। য়াম্না কন্না নারবা অনাবগী লাইবক্তা মাইবশিংনা খুৎশানা থাউ অসিদা লুপ্লগা ক্রোসকী সাইন য়েক্তুনা অনাবা ফরল্লবা খুরুমনৈ। শিবা মতমদসু থাউ অসি য়ুগা য়ানশিন্নরগা অশিবা হকচাং অদুবু চামথোক্লগা ফুম্বগী চৎনবীসু লৈ। সাইন্টিষ্ট-শিংনা থিজিনবদগী থাউ  অসি হকচাংদা য়াম্না কান্নবা অমনি হায়খ্রবনি। ডাক্তরশিংনসু থাউ অসি শীজিন্নবা য়াম্না ফৈ হায়না ফোঙদোকখ্রবনি। ওফিসকী থবক তৌবা অমসুং সিফাই ওইবা গ্রীকশিংনা মখোয়গী খুঙ্গংদা ওলিব মরু হেকপা চৎনবগীদমক স্পিসিয়েল লিব লৌবদসু সরকারনা অয়াবা পী।" ওলিব পাম্বী অসি গ্রীকশিংদা য়াম্না মরু ওইবা অমনি হায়বসি জর্জনা হায়রবা মতুংদা ঙসিতমক খঙলি। ঐনা হাম্না খঙখিবদি ওলিমপীক্তা মকোক থোংবদু ওলিব মনাগী লুহুপ অমা শেম্নগা উম্লিবগী ৱারী অদুখক্তনি। করিগীদমক ওলিব মনাগী লুহুপ উপলিবনো হায়বদু ওলিবগী মগুণদগীনি হায়বসি হৌজিক্তি খঙলে। অঙাং ওইরিঙৈদগী য়াম্না তাখিবনি ওলিব মনাগী লুহুপ উপ্পগী ৱারী কয়া ওলিমপীক্তা।

মবমদি খঙখিদে কবিগীনো হায়বা। হংসু হংখিবনি ইথন্তা অতৈ পাম্বীগী মনাদি য়াদববা হায়না। ঙসিদি জর্জগী রাহৈশিংদগী ওলিবগী মগুণ ময়েক শেংনা খঙলে। মসি নত্তবা ওলিবগী মকওইবা কয়ামসু লৈবম্বা য়াই। গ্রীসতা লৈবিঙৈ মবকসিদা ওলিব ওইল শীজিন্নবা ফংবগী নুংঙাইবা অমদি থম্মোযদা ফাওবকখি।

মহৈ মবোং থাবিবা পাক্লবা লবূকলোমদা অমুক লাক্লে ঐখোয জর্জনা লুচিংদুনা। চাউখ্রবা লবূক্তু ইশং শংই। মহৈমবোংনা ইথন থল্লি। লবূক্তা কুমদুনা ছাত্র ছাত্রী খবা লৈবম্বা থেংনখি। ষষ্ঠী পুথোবকপা গাবীশিংগী দ্রাইভবশিংনা ঐখোয়দা যেংলকই। জর্জগা নোকমিন্নবদুনা ইচম চন্না রাবী শানৈ মখোয মশেন। জর্জনা ঐখোয়গী মবমদা ফজনা হায়খি। ইথন্তা খল্লকখি— "কযাদা চন্না নুংশিননা অচৌ-পিশক খাযদনা লোয়নবিবা। মণিপুবদদি গ্রেদ মচা অচৌবা যান্না খাই। মবক্তা গেপ যান্না লৈ। নুংশিনদে। অচৌ অশাংশিংনা গ্রেদ যান্না পীকপা কর্ম্মচাবীশিংবু হন্থনা যেংবী। মচাশিংনা অচৌবদা রা অমা হঙ্গৎনা হায়বা ঙম্নদে। মী মীগী মবক্তা চাউনা খেন্নবা থমখিবনা মপূ মনাইগী মওংদা উহল্লকই। ওফিসাব কয়াগী দ্রাইভবশিংনা খাঙলিবা অরাবা অদু নোংমত্তা ওফিসাব অদুদা ফোঙদোকচবা ঙম্নদে। ওফিসাবগী ইমুং মনুংগী থবক, অঙাং স্কুল থিন্দোক-থিঞ্জিন নুপী অঙাংগা কৈথেল কাথোক-কাশিন্দা দ্রাইভবশিংবু মীনাযগুম শীজিন্নবদা কবিমত্তা হাযজবা ঙমদবা দ্রাইভব কযা লৈবি। গ্রেদ খেন্নবনিনা থবকসু খেন্নবদি তাবনি অদুবু ওফিসাব অমগী দ্রাইভব অমবু অহীং নুংথিল নাইদনা শীজিন্নববদি কবি ওইবক্কনি? গ্রীসতা গ্রেদ খেন্নবগী মতুং ইন্না দ্যুতি খেন্নবগী মতুং ইন্না মাগী মাগী পীবিবা দ্যুতিগী মতম অদুদা নুংশিননা চৎমিন্নবিবা গ্রীকশিংগদি কযাদা খেন্ননা উবিবা। মণিপুবদনা সাহেব সাহেব।"



সেদ হাউস মনুংদা জর্জ

জর্জনা ঐখোযবু নর্সবী ময়াম শেমগৎলিবা মফম অমদা পুশিনখি। মফম অদুবু ঙাকলন্নিবা চৌকিদাব অদুদা ব্যবহাব তৌই জর্জনা। ঐখোয়গী মবমদসু হাযখি। ঐখোয়দা নুংশিবা মীৎযেং অমগা লোযননা নোক্লকই চৌকিদাবদুনা। পীক্লবা পাম্বী কযা চাবা শেমদুনা লৈবম্বদুগী মতাঙদা জর্জনা মখূদোম্বী থিন্দুনা তাকখি। স্কুলসিগী ফার্ষ্ট ইয়াবগী ছাত্রশিংনা শেম্বা সেকেণ্ড ইযাবগী ছাত্রশিংনা শেম্বা থার্দ ইযাবগী ছাত্রশিংনা শেম্বা পাম্বীনি হাযদুনা তোঙান তোঙান্না লৈবিবা পাম্বী মচা-মচাশিংদু মশক তাকখি। তীন কাণ্ড অকনবা নুংশিৎ নুংশাগী অয়াকপা মৈশা কয়াদগী ঙাকথোক্লনবা অচৌ অচৌবা সেদ হাউসশিং অসি শীজিন্নবনি হাযনা জর্জনা ফোঙদোকখি। সেদ হাউস মনুংদা চঙদুনা যেংবদা পাম্বীশিংনা তগৎ তগৎ তেক্লা হৌবিবদু উই। হেন্না ঙকখিবদি পাম্বী মচা মচাশিংদা ঈশিং চাইবফাওবা কম্প্যুটবদা প্রোগ্রামিং তৌদুনা মতোমতা মতম চানা ঈশিং চাইজবদুনি। ঈশিং চাইবগী মতম হেক যৌবকপগা মতোমতা পেবেশিংদগী ঈশিং কাপথোবকই। নর্সবী শেম্বা প্রোগ্রামিং তৌবনচিংবা পূম্নমক ছাত্র-ছাত্রীশিংদুনা মখোয়গী প্রাকটিকেলদা তৌহনবনি হায়নসু জর্জনা ফোঙদোবকখি।



য়াক্লা শাবিবা নুংশাদু ঐখোযদা চঙখিদে। চাউববা মহৈ মবোংনা পীক থল্লবা লবৃক্তগী ঐখোয় থোবক্লে। থোবক থোবক্লা জর্জনা হাযবকই— "লবৃক্তী মহৈ মবোংশিং অসি লোক্লবা মতুংদা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা ঈঞ্জিন থৌদুনা খোইদোক্লনি। মখোয হীবম খুদিংমক লোইনা হৈহল্লি। চপ-চাবা লৌমী অমা হায়বদু ওইননবা ঐখোয়না শেম্মি। মহৈ মবোং য়োন্দুনা যেন যোন্দুনা য়েবদম যোন্দুনা শঙ্গোম যোন্দুনা যন যোন্দুনা ফংলকপা শেলফম্না ছাত্রশিংগী স্কোলাবশিপ পীবদা শীজিম্লে। নুপা অমসুং নুপীগী হোস্তেল চাউনা চাউনা থম্মি। এক্সত্রা কবিকুলব একতিবিতিজ, গ্রীক সমব, কলচবেল প্রোগ্রাম কযা থম্মি। ঐখোযগী লাইব্রেবী অসিসু

গ্রীসতদি অচৌবা অমা ওইরে। স্কুলগী একতিবিতিজবু খঙহন্নবা দি সোৱর কৌবা থা ৬/৬ কী নিউজলেটর অমসু ফোঙই। ইনফোরমেসন সেন্টর অমসু য়াম্না চাউনা লৈ। মসিনা পৃথিবীগী অতৈ মফমগা লোয়না শম্নহল্লি। স্কুল অসিমক কনামত্তগী মখা পোন্দবা লন্নাইগী ওইবা, শেন্দোং তানবগী ৱাখল লৈতবা, অদুগা পূকচেল চাউবশিংনা দান তৌবীরকপা, অমেরিকাদগী গ্রীসতগী য়ুরোপিয়ান য়ুনিয়নদগী পীরকপা মতেঙ, ফার্মদগী ফংবা পোৎ-চৈ য়োঙ্গবদগী ফংলকপা শেলফমশিংনা চলাইজবা স্কুল অমনি। স্কুল অসি বোর্দ ওফ ট্রস্তিনা মপূং ওইনা য়েংশিনবগী থবক তৌই। স্কুল অসিদা ইংলিসনা মরু ওইনা শীজিন্নে।" ৱারী শানা শানা লাকপনা ছাত্রশিংগী হোস্তেল মমাঙ য়ৌরে। ঙাইহাক্তং লৈবীরম্মু হায়রম্লগা হোস্তেল মনুংদা চঙখি। অকোয়বদা ছাত্রশিংনা নুংঙাইনা ঈংনা লৈবদু উবদা ছাত্র ওইরিঙৈগী পুক্নি নীংশিংলকখি। জর্জদু থোরক্লে মখুত্তা লীক্লিগী বোত্তল অমা পায়রগা। বোত্তলদু ঐখোয়দা পীরগা হায়রকই— "ঐখোয়গী ছাত্রশিংনা শুংজবা য়ুনি। লোকেল মেদনি। গ্রীস অমদি মপান্দা য়াম্না পাম্নবা য়ুনি। মসিমত্তং মযাম্না লেঙবীরকপসিদা প্রজেন্ট তৌজবি।" থাগৎচরি হায়বগা লোয়ননা জর্জগী খুদোল পোৎতু লৌখি।

ঐখোয় মখোয়গী ইনফোরমেসন সেন্টরদা অমুক চংলে। সেন্টর অদুদা লৈরম্বা মখোয ময়ামগা অমুক ৱারী শানদুনা শকখঙনরে। ঐখোয়বু অমুক সেন্টরদুগী মরমদা খঙবা য়াবা খঙহল্লে। হোটেল এজিওনদা হনখিনবগীদমক টেক্সী অমুক দবকার ওইরকপদগী ইনফোবমেসন ওফিসারদুনা টেলিফোন তৌখি। য়াম্না থুনা লাকখি টেক্সী। ঐখোয পূম্নমক মখোযগা খূৎ শোক্লবে। মণিপুবদগী কনাগুম্বনা স্কুল অসিদা তমনীংবা লৈববসু পাউ পিবীরকউ অঙম্বা মতেঙ পাংগে হাযবকখি জর্জনা ডাঃ নবদা। ঐখোয় যানিংবা উত্তুনা থাগৎচবি হায়বম্লগা মহাক্কা খূৎ শোক্লববা মতুংদা টেক্সী তোংদুনা হল্লকখি হোটেল এজিওন তম্না। লম্বীদা উবকখি থেসালোনিকিদা যাম্না মমীং চৎপা হুাইট তৱার। হোটেল এজিওন হেক য়ৌবগা টেক্সীদু খামহল্লগা ভাবা পীরগা থাদোকখ্রে। হোটেল মনুং চঙলমদনা ঐখোয় চাইনিজ হোটেল অমা থিদুনা চাক চাখি। চাক চাবগী বিল হংবদা মী অমদা লুপা ২৫০ রোম তারম্মী। পীফম থোকপদু পীবম্লগা ঐখোয় হোটেল এজিওন তম্না খোঙনা অমুক লাকলে। ঐখোযনা লাক্লিবা লম্বী অসি সমুদ্র মপানগসু নক্লরে। কুইনা উরুদ্রবগী তুংদা সাইকল থৌবা খরসু উখি সমুদ্র মপান্দা। মোটোব স্পোর্টসতা য়াওবা মোতোবিষ্ট কযাদি কন্না কন্না থৌবা কয়া উরকখ্রবনি থেসালোনিকিদগী এথেন্স য়ৌবগী লম্বীদা। হোটেলদা হল্লকপগী লম্বীদা দ্রকমা ১০০০ পীবা টেলিফোন কার্দ অমা লৈদুনা লম্বীগী মতাই মতাইদা লৈরিবা টেলিফোন বুথশিংদা চঙশিল্লগা কার্দশিংদু ইনশিন্দুনা য়ুমদা ফোন তৌখি। দ্রকমা লীশিং অমসি কাউন্ট দাওন তৌবক্তুনা অসুম অসুম হস্থরকখি। জিরো হেক যৌবগা মথন্তা লেপচখি ফোন অদু। মরম অসিনা য়াম্না তেনখ্রবা তেক তেক লাউনা জিরো য়ৌনা

হন্থবক্লিবসিগী মনুংদা ৱাবী শাহৌবা তাখি। যুমদা ফোন তৌবদা ইনাওনুপী অক্না পাযবকই। ইচানুপী সনাথোইবীদা অমুক পাযহল্লু হায়বদগী ৱাবী শানবদা গ্রীসতগী ফুবীৎ লৈবকউ হাযবকখি ঐনা কবি লৈবকউগে হংবদা। বীমাবতীগা অমুক ৱাবী শাদুনা মণিপুরগী মবমদা হংখি। শান্তি খবা ওইবি হাযবকখি। ৱাবী শাবা লোইদ্রিঙৈ জিবো যৌবক্তুনা টেলিফোন তৎখি। ঐখোয নোক্লদুনা হোটেল যৌনা লাকপদা লম্বীদা ফুত পাঠ মথক্তা পোৎ য়োনবা কযা থেংনবকখি। উপু অমদা হাপ্লদুনা যোল্লম্বা ঙাক্তনি। খ্বাইদগী ওকপদি মমল তীক্লবা যাবদুনি। ইম্ফালদা হৈনথ্রবনিনা পোৎকী মমল হুম্লবদদি লাম্বা লৈখিদে। দুকান্দাবদুদা মমল হুন্দুনা পোৎ খবা লৈনবা হোৎনখি। খবা তাথোক তাশিন তৌববা মতুংদা পোৎ খবা লৈবগা ঐখোয হোটেলদা হল্লকখি। অযুক পুং ১০ বোম তাবদগী থোবকপদুনা নুংথিলগী পুং ২ তাবকপদা হোটেল যৌবকপদুদদি ৱাবদুনা ঐখোয় ঙাইহাক পোথাখি। ঙসি নুমিদাংৱাইবমদি অন্টি বোলানা মহাক্কী মযুমদা দিন্নব অমগীদমক হোম্ভ ওইগদৌবি। ঐখোয় পূল্লপ অন্টিগা মহাক্কী মযুমদা উনবা ফংলগনি খনবদা মাযথোঙ খুদিংমক মকা লাম্নবা নুমিৎনি।

অন্টিখোযদা চৎকদবা মতমসু খবা ৱাৎপদুদা ঙাইহাক্তং থেসালোনিকি সহবদা কোইথোক্লসি হাযদুনা ঐজ্ঞা হুবিদাস ইবানী খোঙনা ঙাহৌ ঙাহৌ থোবকখি। গাড়ী কল্লা কল্লা থৌনবদুদা লম্বী অমবু হেক লাম্থোকপা হাযবসি অবাযবদি ওইখিদে। লম্বীগী মতাই মতাইদা শেল্লিবা ফুত পাঠশিংদা ইবানী শাংনো অসুম চৎলম্মী ৱাবী শা-শাদুনা। লম্বী মযাযদা, পার্ক মচা-মচাশিংদা খুৎ শা হৈববা আর্টিষ্টশিংনো স্কল্পটবশিংনো শাবা মূর্ত্তিদি মবাঙ কাযনা লৈবম্মী।



এথেন্সতা লিজানা পীবকখিবা **এলবম ওফ মোনুমেন্টস** হায়বা লাইবিক অদু পাকবদসু গ্রীকশিংগী থৌনা মযেক শেংনা খঙবা ঙমখি। গ্রীসকী মফম কয়াদা খিল্লিবা মূর্ত্তি কযাগী মবীক চুম্বা ৱাবীশিংদুনা ঐখু ঙাওহনখি। ওজিয়া জেনি স্কোযাবদা লৈবিবা ৱাব মেমোরিয়েল অদুমক্লা ১৯৪৪ গী আগষ্ট ১৭ তা নুপী-অঙাং কয়া পাক্তক্লনা হাৎখিবগী থম্মোয শোকপা ৱাবী কয়া লীবি। ত্রাইকলাদা লৈবা বিগা ফেব্রাইও স্কোযাবদা ১৯৪৪ গী এপ্রিল ১৮ দা জবমনশিংনা গ্রীকী

অথৌবা মঙাবু ফাঁসি তৌদুনা হাৎখিবগী নীঙশিংনফম ওইনা শেঞ্জেংনা শাবা মূর্ত্তি খিনখিবগী ৱারীসু য়াওরি। লান ঙম্বগীদমক ফরদিকমবোসতা অখন্নবা শাখিবা মোনুমেন্ট অদুনসু ১৯৪৩ গী থৌনা ফরবা গ্রীকশিংবু নৌহৌনা নীংশিংহল্লি। ১৯৪৪ গী সেপ্তেম্বর থাদা জরমন অমসুং মহাক্কী কাঙবুনা ওৎ নৈবদা পূল্সি কয়া পীখন্নখ্রবা মফম অমা ওইরিবা ফারো-দাফনে স্কোয়ারদা লৈরিবা মার্বলগী য়ুম্বী মথক্তসু শান্তিগী খুনুশিং খিন্দুনা থমলিবা লোয়ননা য়ুম্বীগী মখোঙমক্তদনা মখাগী ৱাহৈশিং অসি ময়েক শেংনা হক্তুনা লৈবদু লাইরিকসি পারুবদা থেংনখি—

"One must die for one's country and for
one's people; death comes second,
FREEDOM comes first."

অসুম্না গ্রীসকী মফম খুদিংদা মফম চানা চানা খিন্দুনা হৌখ্রবা থৌদোক কয়াবু নীংশিংননবা হোৎনরিবা গ্রীকশিংবু মশক তাক্লবা অখন্নবা পুথোকপা **এলবম ওফ মোনুমেন্টসনা** কয়াদা লায়না গ্রীকশিংগী থৌনাবু ঐঙোন্দা শক্তাক্লিবা। থেসালোনিকিদা ঐজ্ঞা ইবানী চৎপসিদদি লম্বীদা খিল্লিবা মূর্ত্তিশিংবু উবগা অমুক্কা হেন্না নীংশিংহল্লি। লম্বীদা চৎলিবনি হায়র্বসি ফাওবা কাউবা য়াওরকখি। অসুম চৎপদা সমুদ্রসু থেংনখি। কন্না ঈথক হৌদুনা লৈরম্মী। সমুদ্র মপান্দা ইবানী নুংঙাইনা চৎখি। য়ামখ্রবা মীয়াম্নি থেংনব্বিবা। পৃথিবীগী মফম কয়াদগী লাকপা টুরিষ্টশিংসু চৎলি মানা মানা পাম্বা মায়কৈদা। য়ামখ্রবা টুরিষ্টশিংগী মরক্তা কনানা গ্রীকনো কনানা অমেরিকান্নো কনানা ইটালিয়াননো কনানা জরমন্নো কনানা রুসিয়াননো হায়না খন্দোকফম খঙদে। অফ্রিকারোমদগী লাকপশিংদি খঙই। টুরিষ্ট ময়াম্না লেপ্পা লৈতনা থোমজিল্লকপনা গ্রীসকী হোটেল পূন্নমক অহীংবগুম উরি। যেংলু য়েংলুবা মাযকৈ খুদিংদা হোটেলগী হোটেল ঙাক্তনি। বাবগী বাব ঙাক্তনি। রেস্তোবেন্টকী রেস্তোরেন্ট ঙাক্তনি। নুমিদাং ফনা থেঙলবসু বারদা বেস্তোরেন্টতা গ্রীক্কী ফেমিলি কয়া উই। য়ুমদা থোং থাক্তুনা চাবগী মহুত্তা রেস্তোবেস্তদগী চারগা য়ুমদা হন্নখিবনা অযাম্বা ওইনা তৌই। লম্বীগী মতাইদা খোঙনা চৎলিবা মীয়াম অঙকপনি। মরকসিদা ইবানীসু য়াওশিনখিবনি মান্নদবা জাতিশিংগী মরক্তা। অন্টিখোয়দা চৎপগী মতম য়ৌরক্লনি হায়দুনা ঐজ্ঞা ইবানী হন্নকলে হোটেল এজিওন্দা।

নুমিদাংৱাইরম পুং ৮ লোম তাবদা অন্টিগী য়ুমদা ঐখোয় ময়াম চৎকদবনি বস তোংদুনা। টেলিফোন্দা মাংজৌননা মচানুপা অহন্না লাক্কদবা লম্বীগী মরমদা হায়রকখ্রবনি। বস পার্কিংদসু ওক্লমগনি হায়রকখ্রবনি। মখোয়না লৈরিবা মফম অসি থেসালোনিকিগী কোমনিনোন- ১৯ দনি। ঐখোয় ১১ মক হোটেলদগী থোরক্লে হোটেলগা পঙলাপ লাপ্নদনা লৈবা বস স্তেন্দ অমদা। খোঙনা ৱারী শা-শাদুনা লাকপনা বস স্তেন্দ য়ৌরে। বস স্তেন্দ

মনাক্তা ওটোমেটিক তিকেৎ কাউন্টব অমা লৈবিবদুদা দ্রকমা ১০০ গী কোইন অমমম থাদবদা টিকেৎ অমমম ঈছোবকই। কোমনিনোনলোমদা চৎকদবা বস ঙাইবগা ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈবিঙে তাঞ্জাদুদা মখোযগী সিস্তেম অসি যেংদুনা লৈখি ঐহাক। ঙাইহাক লৈবগা বস যৌবক্রে। ঐখোয পূন্নমক বসতা কাখৎলে। কাখৎফম থোঙ মনাক্তুদা লেটব বোক্স মানবা মেছিন অমা নপ্তুনা লৈবম্মী। ঐখোযনা পাযনবিবা তিকেৎশিংদু অমুক মেছিন্দুদা শৎ শৎ ঈনশিনবদা সিল অমা নম্নগা মথন্তা ঈছোবকই। সিল নম্নবা তিকেৎতু পায়বগা ঐনা ঐনা অপাম্বা সিটশিংদা ফম্নবে। বসকী কন্দক্তব যাওদে। তিকেৎ য়াওই যাওদে হায়বগী চেক তৌবীনবা মী যাওদে। শুপ্নগী দ্রাইভবদুনা মমাঙদা ফম্নগা মাগী থৌফম থোকপা মফমশিং অদু যৌনবা থৌবদুদং উখি। মখোযগী সিস্তেম অসি উবদা ইথন্তা খনখি— "কযাদা পূকচেল শেংনবিবনো? মশানা খঙনা তিকেৎ কক্তুনা ফম্নবি। লৈবাক্কী ইনকম হেনগৎনবা মশা-মশানা হোৎনবি। কবিগুম্বা মণিপুবদা মসিগী সিস্তেমসি চৎনববদি কবি ওইবমগনি?" মখোযগী সিস্তেমসি উকবগা এম এস আব টি সিবু নীংশিংলকখি। কোমনিনোন যৌবমাক্লে বস খাম্লে। ঐখোয পূন্নমক কূমথবে। ঐখোযবু ওক্লমগদৌবিবা অন্টিগী মচানুপাদু মশক উখিবসু নত্তে। কবম্না খঙগনি? মহাক্লসু ঐখোযবু অমুক কবম্না খঙগনি? ঐখোয পূন্নমক অকোযবদুদা তিঙক তিঙক যেংদুনা লৈখি। কনা ওইবিগবা খন্না অবাকপা মী খুদিংমক্তা যেংখি। ঐখোয পূল্লপ লেপ্তুনা লৈবিঙেদুদা পাখঙ অমগা লৈশাবী অমগা চঙশিল্লক্তুনা হংলৈ— "মণিপুবদগী লাকপা মীওইশিংদুবা?" ঐখোয়গী তোপ তোপ্পা শকফম অসিদা ওইবমগনি খন্না চঙলকপা ওইবম্বসু যাই মবানী। মানি হাযদুনা শক্তাকপদগী মবানীনা লুচিংলগা মখোযগী যূমদু তম্না খোঙনা চৎখি। অন্টিগী যূমদা চঙদুনা অন্টিগা অমুক উনবগনি খনবদা নুংঙাইবনা লোযখি। খোঙনা চৎপদু ত্রেন্দগী হেন্না যাঙলমগনি।

অন্টিগী যুম যৌবে। লিফ তোংদুনা মতোন যৌনা কাখৎলে। ঐখোয পূন্নমক উবদা মহাক হবাওবগী ঙমখৈ লৈখিদে। নুংশিনা খূৎ শোক্লদুনা নুংঙাইবদু ফোঙদোক্লখি। মহাক্কী যুম য়ৌবদু নুমিদাংৱাইবমগী পূং ৮ ৪৫ বোম তারে। মথক্কী মাঙ্গোন্দুদা কোয়না থারম্লিবা চৌক্রিশিংদুদা ঐখোয় ময়াম ফম্মিন্নদুনা নোকমিন্নখি। ঐখোয়বু বস পার্কিংদা ওক্লম্বা পাখঙদু অন্টিগী মচানুপা অহলদু



বোলাগী যূমদা

ওইরম্মী। মহাক্কী মমিং য়ানিস এঞ্জেলাকিস কৌই হায়না মহাক মশানা ময়ামদা ফোঙদোকখি। কলেজ অমদা মেথমেটিক্সকী প্রোফেসার অমা ওইরি হায়বা অন্টিগী মচানুপা অহলদুনি। অতোপ্পা নুপীমচাদুনা অন্টিগী মনাওনুপীগী মচানুপী ওইরম্মী। অমেরিকাদা লৈবা কলেজ অমদা গ্রেজুয়েট তন্নি হায়না ফোঙদোকপগা লোয়ননা মহাক্কী মমিং আইওনা মসমানিদো কৌই হায়না নুপীমচাদুনা ফোঙদোকখি। মহাক্কী লৈফম্না থেসালোনিকিগী এন মিতোদি - ১৪ দা লৈ হায়বগা লোয়ননা অন্টিনা ঙসিগী থৌরমসিদা য়াওবা লাক্লবা হায়রকপদগী লাকপনি হায়নসু নুপীমচাদুনা ফোঙদোকখি। ঙাইহাক ফম্মিন্নদুনা মচানুপা অহল য়ানিসকা ৱারী শানবদা অন্টিনা ঐখোয়গীদমক খঞ্জখিবা ময়ামদু মথং মথং লিরকখি। অন্টিগী থৌজান হৈবা মিনুংশি খঙবা পৃকচেল চাউবা মতৌদু য়ানিসতা তমখি। ঙাইহাক ৱারী শানরবা মতুংদা য়ানিসতি কলেজদা মহাক্কী ক্লাস লৌগদবা লৈ হায়রম্লগা চৎখ্রে। হয়েং ঐখোয়না চৎলমদাইদা উনবা লাক্কনিসু হায়রম্মী। ঐখোয় অন্টি অমসুং মচানুপী আইওনাগা পুন্না ফম্মিন্নদুনা অমুক ৱারী শানখি। ঐনা আইওনাদা হায়খি— "ঐখোয়না নখোয়গী ইমাবোকপু নুংশিনা অন্টি কৌই। মহাক্না ঐখোয়গীদমক হোৎনবিরিবা পুন্নমক ঐখোয়না খঙই। নখোয়গী ইমাবোকসে থৌজান হৈবী পৃকচেল চাউবী গ্রীক নিঙোল অমনি। ঐহাক্না ইম্ফাল হেক য়ৌবগা গ্রীস চৎলুবগী মতাঙদা লমকোয় ৱারীগী লাইবিক অমা ইদুনা ফোঙগনি। লাইরিক অসিদা নঙগী ইমাবোক্কী মফম অমদি চাউনা কল্লগনি। ফোটোসু হাপকনি।" করি হায়রিবনো হায়বদু খঙনিংবনা মঙক পৈরপ তৌনা তারিবী অন্টিদা আইওনানা ঐনা হায়খিবা পুন্নমক মখোয়গী গ্রীক লোন্দা তমখি। মুন্না তারগা ঐঙোন্দা য়েংলগা নোক্লকখি। আইওনাদা করিনো খরসু হায়খি। আইওনানা ঐঙোন্দা য়েংলগা হায়রকখি— "হয়েং লাইবিকতু ফোঙলবা মতুংদা কোপী অমা থাবীরকউ হায়রি ইমাবোক্না।" শোয়দনা থারক্কনি হায়খি। ইমা ভানুমতী, ইতৈমা প্রিযাদর্শিনি গাংতে, ইবেম্মা ইলোরাগসু মখোয় নুপী মশেন নোক্লদুনা ৱারী শানখি। ঙাইহাক লৈরগা চান থক্লবা মথং মথং পুখোরক্লে। সোফ ড্রিঙ্ক, য়ু, বিয়ার, চানবা মখল কয়া শুরে। অন্টিনা ঐঙোন্দা য়ু থক্তব্রা হংলকই। ঐনা থক্তে হায়বদগী সোফ ড্রিঙ্ক ওইনা পীরকই। ডাঃ নরনা আইওনাদা মণিপুরগী মরমদা ৱারী কয়া লীখি। মণিপুবগী কলচরগী থাক ৱাংবা, অনীশুবা পৃথিবী লাঞ্জাওনা মণিপুরদা য়ৌবকখিবগী ৱারী কয়াসু লীখি। শান্তি অমসুং মরূপ মপাং ওইনবসিনা চাওখৎপসু পুরক্কদৌরিবনি অদুনা ঐখোয় থাপ্লবা মণিপুরদগী গ্রীস তম্না লাক্লিবনি হায়নসু ডাঃ নরনা হায়খি। মাগী মাগী অপাম্বা খরা চাবগা লোয়ননা ঙাইহাক ৱারী শানরবা মতুংদা কা মনুংদা অমুক অন্টিনা ঐখোয়গীদমক মতম চঙনা লাঙলিবা মথেল লৃকোয়শিংদা অমুক মায় ওনশিন্নরে। ঐনা আইওনাদা থেঙ্ক য়ূ হায়বসি গ্রীক লোন্দা করি হায় হায়না হংবদা মহাক্না ঐগী নোটবুক মচাদুদা ইরকখি— 'ইফারিস্তো।' ৱাহৈ অসিমদি ঐহাক চীনফা পুখি। গ্রীসতা নুমিৎ খরনি লৈরিঙৈদা থেংনখিবা এক্সপরিয়েন্স খরসু মঙোন্দা

তমখি। মপুং ফারবা দিন্নর অদু লোয়রবা মতুংদা ঐখোয় ঙাইহাক ফম্মিন্নদুনা ৱারী শানখি। ইমা ভানুনা পুরকপা মণিপুরগী কীহোমগী মেগফ্রুইট কৌতা অমা অন্টিদা প্রজেন্ট তৌখি। মণিপুরগী হৈগী মহাও অমসুং মেগফ্রুইটনা মণিপুরগী ৱাংমদা থাদোকপা অমসুং পান্নবগী মতাঙদসু ডাঃ নরনা ময়েক শেংনা আইওনাদা ফোঙদোকখি। অন্টিনা মেগফ্রুইট কৌতা অদু চেকশিন্না কোন্দুনা লৈখিবদু করম্না কাউবা ঙমগনি? তামো টিকেন্না ঐঙোন্দা হায়রকখি— "শরত, নুংশিরবা থৌদোকশিংসি ফজনা রেকোর্দ তৌশিল্লুকো। নঙনা ফজনা রেকোর্দ তৌশিনগদবনি। ঐদি ঙসি অসি খ্বাইদগী নুংশিবা নুমিৎনি।"

কায়নরমদাইগী পুক্লিং নুংহীক্লববা মতমসি নুমিদাং ওইরল্লে। ঐখোয়বু বস স্তেন্দ ফাওবা অন্টিনা থিন্দোকপা লাকখি। চীন্দদি লাঙবা শাদুনা ৱা ঙাঙনবখক্তনি ঐখোয়। থম্মোয়দদি নিংঙমদবগী মৈরীনা ওমখৎনরবনি। ঐখোয় ১১ মক্কী মীৎলুদা পিগী ঈরা হৌনরবনি। বস স্তেন্দ য়ৌরে। বস লাকপা ঙাইদুনা ঐখোয় ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈখি। তিকেৎতি ঙসাই বস তোংদুনা লাকপা তিকেৎতুনা অদুম য়াগনি হায অন্টিনা। বস লাকত্রিঙৈদা ঐখোয় অবোইবা ওইনা অন্টিগা খূৎ শোক্নরে। অন্টিগী মখূৎ শোক্না শোক্না ঐনা হায়খি— "অন্টি, ইফাবিস্তো।" মুন্না য়েংলক্লগা মখূৎ অনীদুনা ঐগী খূৎ অসি চেৎনা পায়শিল্লকই। ঐগী পুক্লিং শোম্বরকই। নৌথরকই। অন্টিসু সোইদনা নৌথরমগনি। ঐগী মীৎলুদা খঙহৌদনা পিগী ঈরা হৌরকখি। মায় লৈথোক্তুনা খাঙখি অন্টি উখিদনবা। তাঞ্জাদুদা বস লাকখি। বস লাক্লে কাখৎহৌরো হায়না ইঙ্গিৎ তৌরকই অন্টিনা। চেৎনা পাযরম্বা অন্টিগী মখূৎ অদু থাদোকনিংদনা থাদোকখি। ঐখোয লোইনমক বসতা কাখৎলে। বসকী থোঙনাওদগী নীক্লবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা খূৎ হাইদুনা হায়নিংদা হায়নিংদা হায়খি— "অন্টি বাই।" ইশুক শুকথববা অন্টিগী মায়থোংদু হাইগৎলক্তুনা বিদায় পীরকখি। মথৌ মশক খঙবা বসনা ঐখোয়বু অন্টিগা অরোইবা ওইনা শেৎনা খাইনহনবীখি। হোটেল এজিওন য়ৌখিবা খঙহৌদে। নুমিদাংদু ঐহাক তুম্ফম খঙখিদে। অন্টিগা কায়নবগী নিংঙমদা মৈচাক অমসুং গ্রীস থাদোক্তুনা চৎখিগদৌবগী নুংঙাইতবা ৱাখলনা ঐবু তক্তনা ওৎপীখি।

ঙসিদি মেগী ১৮, শগোলশেন নুমিৎনি। গ্রীসপু থাদোক্তুনা চৎলগদবা পুক্লিং য়াম্না নুংশিবা নুমিৎনি। ঐনা চৎখিরোই হায়রবসু করম্নদি য়াগনি? চৎননবগী নুমিৎনা য়ৌরক্লবদা ঐহাক পম্বদুনা লৈবা য়াররোই। অয়ুক্কী পূং ১১ তারে ঐখোয়না হোটেল এজিওন থাদোক্লনবা শেম শাবা মতমদু। অন্টিগী মচানুপা অহল য়ানিসসু লাকখি হোটেলদা। ঐখোয়গীদমক ৱাবীখিবা কয়াবু শীংথারদুনা য়ানিসপু থাগৎখি। ঐখোয়গী থাগৎ ৱাহৈ কয়াসু অন্টিদা তম্বীয়ু হায়রম্নগা মহাক্কা নুংশিনা কায়নরে। হোটেলগী রিসেপসনিষ্ট অদুনা টেলিফোন তৌবদগী টেক্সীসু থুংলরে। ঐখোয়গী পোৎ-চৈ পুম্নমক পুদুনা থেসালোনিকি এয়রপোর্টতা চৎলে টেক্সী তোংদুনা। এয়রপোর্ট হেক য়ৌবগা দরকার ওইবা থবক পুম্নমক লোইশিন্দুনা বোর্দিং

কার্দ পায়রগা ঐখোয়না তোংগদবা এরোপ্লেন অদু লাকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী। এয়রপোর্টতা লৈরিবা বেঙ্কতা ঐখোয়দা য়াওরিবা ড্রকমাশিং অদু য়ু এস দোল্লরদা অমুক ওণ্ঠোক্লরে। এয়রপোর্টতা থবক তৌরিবী সেক্যুরিতিগী নুপীশিং অদু য়াম্না স্মার্ট ওই। কোর্দলেস টেলিফোন অমমমগা য়াম্না ইচঙ থৌনা মখোয়গী দ্যুতি তৌরি। ঐখোয়বু তেক্ত কায়দনা ইয়ুম লমদমলোমদা পুবীগদবা এরোপ্লেন থুংলরে। দরকার ওইবা সেক্যুরিটি চেক্কচিংবা লোইরবা মতুংদা ঐখোয়না তোংগদবা এরোপ্লেনতুদা কাখৎলে। ঐখোয় ঐখোয়গী সিট নম্বরশিং খিদুনা ফম্লবদা ঐগীদি মী অহুম ফমগদবা পরেং অদুদা রুসিয়ান নুপী অনী ফমদুনা লৈরম্মী। মতাই থংবা সিট অদুদা চঙশিন্দুনা ঐহাক ফমলে। সনা তোপ্পা ময়াশিং উৎলদুনা মখোয় অনী নোক্লদুনা ৱারী কন্না শানরি। নুংথিলগী পুং ১ ৩০ চপ চানা তারে এরোপ্লেননা পাইখৎপদু। নুংশিববী গ্রীসপু তপ্পা তপ্পা থাদোক্লম্লে। থোঙনাওরোমদগী হাইফেং য়েংথখিবদা মরু লূক্কা লৈবগুম উখি ঐগী নুংশিবী গ্রীস। নুমিৎ খরনি লৈবম্বদু ঙসিদি কায়নবে খণ্ডলকপদা হেন্না নুংঙাইতবা ফাওবকখি। মবোল থোক্ত্রবা উজাউনা চপ লেপ্তুনা লৈবগুম গ্রীসনা লৈহৌববদা কবম্না নুংঙাইগনি ঐহাক? নুংশিবী গ্রীস নঙগী নতম্বাক্তা নঙগী হৱা নুংশিত্তা মতম খবদং চেন-চোংদুনা শান্নখিবা মতমদু লোইববোইদো। নঙদি লৈহৌবে নৎত্রা নঙগী গ্রীকশিংগা ননাক্তা লাকপা মীশিংগা পুন্না। ঐনা ঐগী পীক্রবা ইবমদম মণিপুবদা হল্লে নৎত্রা? নুংশিবী গ্রীস মসিবা কায়নবা হায়বদো?

The Moscow Times

THURSDAY, MAY 18, 2000 WWW.THEMOSCOWTIMES.COM

Oil Minor Takes On LUKoil Goliath

Sierra Leone Nabs Top Rebel

Lycos Sold

Duma Approves Kasyanov 325 to 55

Putin to Tighten Grip on

সেবা ফৰা ঙাক্তনি এরোপ্লেন মনুংদদি। য়ু, বিয়াব, সোফ ড্রিঙ্ক শুবে পুশিল্লকপা অপাম অপাম্বা লৌননবা হায়দুনা। ঐগীদি মহৌশাগী সোফ ড্রিঙ্ক। ঐগা থংননা ফম্মিন্নবিবী নুপী অনীদুদি য়ু লৌরগা থকখি। চান-থক্লবা কয়াসু পুশিল্লকখি। ঐগী লৌফম থোকপা চানবা খরা লৌরগা **দি মোস্কো টাইমস** তু লৌথোক্লুনা পারগা মতম লেনখি। নুংথিলগী পুং ৪ ৩৫ তারে মোস্কো এয়রপোর্টতা এরোপ্লেননা থুংলবদু। চাউববা মোস্কো এয়রপোর্টতা ঐখোয় অমুক ট্রাঞ্জিট পেসেঞ্জর ওইনা লৈদুনা নুমিদাংৱাইরম ওইরকপদগী দিন্নব লৌরে

তিকেৎ উৎলবা মতুংদা। ঐখোযগী ঘডীশিংদু অমুক মোস্কোগী মতমদা অমুক ওন্থোক্লে। পুং ১০ তাবকপদা মমশিল্লকলে। নুমিদাংগী পুং ১১ ১০ চপ চানা এবোপ্লেটতু অমুক নিউ দিল্লীগীদমক পাইবা হৌখি। অহীং চূপ্পা এবোপ্লেন মনুংদা লেনখি। ঐগা ঙসাই ফম্মিন্নখিবী কসিযান নূপী অনীদুদি মোস্কোদা লৈহৌবে। পেসেঞ্জবগী মশীংসু য়ামদ্রে। অহীংদু বানা লেল্লবা মতুংদা নোঙাল্লকপগী অযূক অঙনবদুদা নিউ দিল্লীগী ইন্দিবা গান্ধী ইন্টবনেসনেল এয়বপোর্টতা ঐখোয় পূন্নমক তেক্তা কাইদনা থুংখি । নুমিৎতু মেগী ১৯, ইবাই নুমিৎনি। নুমিৎতুগী অযূক পুং ১১ তাবা মতমদা ঐখোয তেক্ত কায়দনা কোলকাতাগী নেতাজি সুভাষচন্দ্র ইন্টবনেসনেল এয়বপোর্টতা অমুক থুংখি। ভাবতকী মতমদদি নুংথিলগী পুং ১২ ৩০ তাবল্লে। এবোপ্লেন্দগী হেক কুমথবকপদা যাক্লা শাববা কোলকাতাগী মৈশাদুনা হুকচাংদা যৈবদা পোকখি। কোলকাতাদা অমুক নুমিৎ নিনি ফাইদুনা লৈবল্লগা কুইনা থাদোক্লুববা ঐগী নুংশিববা ইবমদম মণিপুবদা মেগী ২১, নোংমাইজিং নুমিত্তা থুংলখি ইন্দিযান এযবলাইন্সকী মতেংনা ।

নুংশিবী গ্রীস নঙবুদি থাদোক্লল্লে। অদুবু কাউগে হাযবদি শুকঙম ঙমদে। নঙবু নীংশিংদুনতা লৈবি। অদুগা কৈদৌঙৈ ননাক যৌবা ঙমগনি খঞ্জখিবা অদুমদি মঙফাওনবে। মায পাক্লে। ঐগী নীংবা থুংলে। নঙগা শকখঙনবা ঙমজবে। অদুবু নুংশিবী গ্রীস, শকহেনবী দাফনিনা ওনখিবা লোবেল পাম্বীদুদি এপোলোগী এমব্লেম ওইনা ঙসিফাওবা শীজিন্নবি। অদুগা মায পাক্লবা মীশক অমবুনা লোবেল মনাগী লুহুপ উপ্লিদুনা ইকাযখুম্নবা উৎনবি। থাগৎনবি। নুংঙাইবা ফোঙদোক্লবি। নিংথম কালেন নাইদনা ইশংদা শংদুনতা লৈববা লোবেল মনানা শাবা লুহুপ্তুবু উপনিংদবা কনাবু লৈবমগদগে? লোবিএট ওইনিংদবা কনাবু য়াওবমগদগে? অদুদি ঐহাক '**ক্রাওন বিথ লোরেল**' অদু ফংলে হায়বা যাববা?

*Euxaplbτo*



Saratchand Thiyam with Roula Mousteraki

'Saratchand Thiyam is very careful, remembers and notes down the minutest details of all the events. After reading his book we feel as if we also have seen and experienced everything like he had seen and experienced'.

**Poknapham**

'...It is a rare book in Manipuri that prompts one, after reading it, to grab the first person available and say, "If you want to go to Greece but do not have the money then read *Nungsitbi Greece* and enjoy a trip to Greece"...'

**Imphal Free Press**

'...invoking in the minds of the readers an unanticipated deep sense of satisfaction is a special quality of the travelogue...'

**Iramdam**

'The Book has become a bestseller'

**Times of India**

*Manipur laps up Saratchand Thiyam's O Lovely Greece*
'The 2000 World Peace Conference also helped Thiyam to get one more feather in his cap... The thematic comparison between the stories of Greece and that of Manipur appropriately is the style of the book and in fact is very much the selling point. One can see both Greece and Manipur'

**The DayAfter**

Rs. 80

ISBN 81-900550-5-4